" শকতম্ "

# " সাইরোন্দগী লাংওন লাকপা "

চিংগু নোংময় ইরিকফি,
খমনুঙ-ইশান্ মন্ডগী,
নমু পোওবা মিংতমথৈদা,
তাইবঙ ষৈ হৌরক্পা।
পারি বাওবা ইচেলনা
ঈপুরি থিয়েন পোথাযবা
খোয়ুম্ তায়পঙ লিয়েংননা
মালেম লৈমায়োন্দা হৌরক্
চারনা-অচাউ মপুঙ ফারক্লে
পামেন চাউখোই বাংখোইরে
মনা পুওবা, পামেন ওইবনা
পোম্বী চেক্লানা কাইদোং
চিংলাই পক্লী উ-থম্বাল
লৈরাং লৈরিক্তী অখুয়া
পোম্বী খৌবুম্ থলনা থকপনা
শাম্মা পাজল সায়েপক্লা
পাইমা লৌসিং হেনলক্লে,
খওবা মপুঙ কাদৌরে
মতম খোংলৈ সুরকপনা
লাংপুম মশক খণ্ডলগনি,
অপুনবা শকতম্ অমত্তনা
মালেম পুঙমরোন্দা ঙানলনী।
মতম য়ৌরক্লে খণ্ডলগনি॥

অকোইজাম্বা শীবা।

# শিঙ্খাবগী চৈচৎ মছিং মতম খঙনবা

লৈখোং নোংখোং কোয়বা চীং-ভম কংলৈ পুঙময়োলগী নিংখৌ অহানবা পাখঙ য়োইরেন ভোমপোকপদগী হৌনা থিরকপা মছিং :

| | | | |
|---|---|---|---|
| ১। | চীং-ভম কংলৈগী হুংঃকগী চৈচৎ মছিং | — | ১২,৩৪,৬৫২ |
| ২। | হুয়ি লাংপা চক্কী মতম খোরিফাপা<br>পোকপা মতম | — | ৭৮৫৯ |
| ৩। | মোরিয়া ফম্বাল চাগী কুম্থাবা মছিং | — | ৩৩৮৫ |
| ৪। | মৈতৈ কুম হৌবা | — | ৩১০৩ |
| ৫। | হুয়ি লাংপা চক লোইরকপগী মতম<br>হায়া চক্কী মঙান ফাওরকপা মতম<br>---পোইরৈতোন থুম্বোকপা হৌবা<br>( খৃষ্টগী মমাং হুংঃকগী মছিং ) | — | ১৮৫৯ |
| ৬। | খৃষ্ট ইংরেজীগী | — | ১৯৮৭ |
| ৭। | হিন্দুগী শকাব্দ | — | ১৯০৯ |
| ৮। | আশাম্বীগী সন | — | ১৩৯৪ |
| ৯। | চন্দ্রাব্দ | — | ১১৯৯ |

১। চীং-ভম মৈতৈ ঈয়েক শালাই পুম্নমক্না মৈতৈ পীবা নিংথৌরেন থিরকপা মতম।

২। হীজ হায়নেস ডি মহারাজ ওকেন্দ্রজিৎনা ভারতগী এক্স মহারাজ ওইবদগী চীং-ভম কংলৈ পুঙময়োল্দা মৈতৈ নিংথৌ ওইবা মতম।

৩। চীংমী রীসাংনা চিফ মীনিষ্টর ওইবা মতম।

৪। ডবলিউ অঙৌবা এসেমব্লী-গী ওনরেবল স্পীকর ওইবা মতম তাং ৫।৪।১৯৮৭ ইং, মতম খোংলৈ তুংইন্ননা হুয়ি হায়া খুমুঙ-কোন্না চকপালোন মরিমক্কী থমক্ষুঙ ইঙান কৌবা লাইরিক অসি ফোঙজবে।

৫। শক ১৬৫৪ কালেন থাদা লাই হায়বা মথৈ ফুরা লাইশং হৌএ। তথেল লাংমুং থোকলকএ, থরান ২৬নি পানবা থাংজাদা মৈতৈগী মপা মপু পুম্নমক্কী মৈহৌবা লোন ইএ। লৈমা চীং মতোন তেমথৈএ। মৈতৈগী লাইগী লাইরিক্কী মথৈ কংলাগী উত্রা মাংদা পুয়া লাইয়েক মথক-মথা ওল্লে। পোইমু থাদা মৈয়াংদগী গুরু থোক্লকএ।

# খমনুং ঈশান

ফোঙজবা ঃ
লম্ব'ং খু'গম্বম মৈতৈ রাহেংবা
তি ডিম, রোট বিষ্ণুপুর ডিস্ট্রিক
খোইযুমান।



অনিশুবা ফোংবা কোপী—১০০০
ৱাকচিং ১২ নি পানবা সাগোলছেন অমুক পুং ১১দা
তাং ৩১।১২।৮৭ ইং,

ছাপা প্রিন তৌফম
কেঃ আরঃ প্রিণ্টিং প্রেস
য়াইস্কুল সৌগায়জম লৈরক।

লাইরিক ফংফম :
অইবা অমসুং অফোঙবগীদা নত্রগা
মণিপুরী সাহিত্য পরিষদ
কংলা বুক স্টোর
চৌধুরানী TV, Tape Watch,
Sale & Service, Paona Bazar,
অরুওইবা লাইরিক য়োনবা দুকানসিংদসু ফংবিগনি।

লামাই ২৬০ তনি। থুদোল লুপা ৩৫ তনি।

## অইবগী লাইরিক ফোঙখিবা প্রোফেসারশিংগী মিং—
## থারোল-নুঙলোন ফোঙখিবা

১— ভখেলবম কালা মৈতৈ, কৈশামপাৎ লৈরকপম লৈরক।

**রাখুন পোমি ফোঙখিবা**

২— লৌরেম্বম মাজেল মৈতৈ, কৈবুঙ মাইবম লৈকাই।

**রিভাইস তৌখিবা**

২— তিঐচ ইন্দ্রকুম'র লুরাং মৈতৈ, এম: সি: এস: উরিপোক।

**ঈয়েক সল্লাঈ অমসুং নুমিৎ থাবান ফোঙখিবা**

৩— সৌগ্রাকপম য়াইমা মৈতৈ মোংসাংথৈ মনিং লৈকাই।

**রিভাইস তৌখিবা**

৩— এস: ইন্দ্র জিং মোংসাংথৈ।

**ঈয়েক সল্লাই ফোংখিবা**

৪— অকোইজম ইন্দ্রকুমার মৈতৈ, উরিপোক ময়াই লৈকাই।

**রিভাইস তৌখিবা**

৪— চোংথাম ইবোয়ইমা (পণ্ডিত অচৌবা সনা কোম্মুং ইম্ফাল।

**থমনুং ঈঙাল ফোংইবা**

৫— রাহেংবম যুগেশ্বর লুরাং মৈতৈ ডিভিমরেট বিষ্ণুপুর।

৫— রিভ ইস তৌ খবা-নিঙোম্বম মনিকাও কেসুং এ'রয়া।

৫— মখুম য়েকপা-ওইনাম বোজেন পিশুম নিঙোম লৈরক।

৬— মালেমগী অরাংবা থক ফোঙখিবা লাইরিক লেংবা ইশামক

৬— লো কোর্টকী এক্ট-রুলস বাইলোজ গী রিভাইস তৌবা।

৬— অকোইজম ইন্দ্রকুমার অফিসার টরপেক ময়াই লৈকাই।

৭— অতৈ ভল্যুম চদি অইবা ইশামক্লা রিভাইস অদুম্বক তৌরগা ফোঙদোকচখিবনী।

৮— ইপু ইপা ইপুথৌসি মা মথং মথং থম্বীরবা পুয়া, লাইরিকতগী সিন্দোক চরকপা ল ইরিক থরগা

---

ঐমা মরূপ-মপাংসিংদগী কংজবগা লোইমনা খোমাজিন তসিন্দুনা পুথোক চরকপা লাইরিক তাক্তনি।

অকোইজম্বা শীবা, এলাইজ নদিয় চান্দ মৈতৈ।

# য়াওফম তাকপা



## চেপ্টর টু



# খময়ুঙ ঈওান

য়াহৈ থরদং —

খময়ুঙ- ঈওান কৌবা লাইরিক অসি মৈতৈ ইপু ইপানা য়াম্না লুনা লুপাক তাপু মগুওদা লীতুনা অরুবা ইপা লাই, ইপু লাইগী য়ারী লীপুন ওইহনা থম্বীরম্বনি।

মতম য়াওন শুরকপনা য়েক তরেংকী মচা মশুশিংনা পারা পুবী খিরকপদা থরদং কাম্নগগ্রা থনজরকহুনা হৌজিক মতমগী চংনবী লোনহায় খুদিংমক মতমগ চাননবা অরীবা লোন্দগী অনৌবা লোয়্নোদা ওম্ব মথৈ য়াহস্কে'ক শেমজরগা লাইরিক ওইনা ফোংদোকচগে হায়না হে'ৎনজবকপদা মণিপুর সরকারগী শিক্ষা বিভাগ পুবীবিবা Education Director (S) না শেলগী মতেং ওইনা Order No 4'63/85 কী মতুংইন্না লুঃ ১৫০০/- পীবীরকপগা অমস্তুং লাইরিকয়ে'বম লৈকাইদা লৈবা ইকাই খুম্নবগী মশক ওইববা ঈরৈপাকচা রবীচন্দ্র অথাম খুমনচানা অহকপা অচৌবা থৌদাং লৌবিথিবদগী ঈবৈপাকচাশিংগী মফমদা এনা ইপা ইপুনা থম্বীরম্বা পুয়া অসিবু লাস্থোকচবা ওনজবনি।

পুযা অসিনা ইপা ইপুগী খোঙ্গুল লিবক্লিবা ঈরনদম ঈবৈপাক ঈনাংপু মুংশিবা মীওইশিংগী মফমদা পিক্লবা মৈরা অমত্তং ওইহুনা মঙাল পীবা ওম্ননদি হোংনজবগী মহৈ য়াল্লে হায়না খনজগনি।

অরোইবদা, শেলগী মতেং পীবিরকপা মহৈ লোইশঙগী ডাইরেক্টর অমদি ঈবৈপাকচা ইবুংঙো ইংবেম্ম লৈপাক মপগী মশক ওইবশিংগী মফমদা এনা তৌবীমল থঙবা উ'চবগা লোইননা ওমথৈ লৈতনা থাগৎচরী॥

**— অকোইজম নোদিয়াচান্দ মৈতৈ**

সঙাইপ্রো মমাঙ G.P.-U.P. প্রধান এন্দ মণিপুর স্না কোনুং উমংলাই য়োইবেল লোইশঙ কংলা স্না ইবুধৌ পাখঙবা তেম্পল বোর্ড- মৈতৈ স্না লৈপাক কংলা।

ইম্ফাল, তাং ১৮,৭/৮৬ ইং ইঙেনগী ১২ নি পানবা, ইরাই।

# খমনুঙ ঈঙান

—:(  ):—

**মম্ম তঙ্গৈ লপাক মমিং খঙনবা খর সাকোক লমলেন্দগী।**

হয়ি চককি মমাওদা লমবু তুবু তরেং লৈকাম থেনতানা পালম্বা চহি লক্ষা অমা লিশিং মাপন সুনা সনামহীনা পালম্মী। লৈপাক মমিংদি লৈতাং কাংওইপু মৈতায় সনা লৈপাক কৌএ। মৈতায় সনা লৈপাকপু পোইরৈ নমথক সারোনপুঙ কৌবদি কদোনোংগীনো লৈখাদদি লাইচাও মাংনাইবা তরেংপু নিকহন হাহন্দনা পুরিএ হায়বগী মমাই কোইরেনথক নমথক সারোন পুংও কৌবনে ॥

নমথক সারোনপুং অসিদা ভাইবং পানবগী মপুনা মমিং অুংম্না কৌনা য়াথোক্লুনা সনামহী পাখঙবা লৈসিরেন লৈপুনবী অহুম্মক্কা লোইননা থৌরম অয়াম্ববু তৌহুনা থরায় অয়াম্ববু চংন পথাপ মতুংইন্না শেম্বীরমলে। অসুম্না অরাল অহুই পুমনমক লানবীরমলগা মৈতায় সনা পুঙনয়োন কংলৈ-পাকপু চিংভু মিংওম্নরে ॥

মৈতায় সনা লৈপাক্কি মমিংদি হয়িচক্কা ভিলিকোং তোং অহানবা কংলৈ পুঙ ম'য়ান কৌএ ॥

হৈয়া চক্কুদি মুৱা পাল্লি সন' য়াই কোম্নুং মৈতায় সনা লৈপাক কৌএ। খুন্নুং চক্কুদি মীরা পোংথোকনম সনা লৈম'য়ান মৈতায় লৈপাক কৌএ। হয়ি লাংবা কোম্ন চক্কুদি হাম্ন শেম্ব কোম্ন লোইবা সনা লৈপাক পাখীরেন কৌএ। লাংবা চককি লৈঙাক্কি লৈরাংলোম্না হাম্ন শেম্বা কোম্ন লোইবা হম্নকোকচাও, হম্নলৈথম, কুকে.কপা, কুথিংবা, কুমাইতেক কুমাইহম্না মৈতায় সনা লৈপাকপু ঙাকএ ॥

হৈয়ি হৈয়া কোম্ন চক মুম্না পল্লি মৈতায় সনা লৈপাক্কি চকপরোন কুমশিং চহি মাপম্না মওং অমা লেপথ্রবা মতুং লিশিং তরুক্কা লোমগদবনে, অম্মমনা লাকলমএ ॥ এ, কে,: — নদিয়াচান্দ

# খমনুঙ ঈওান

## বাকম খরদং

অকোইজাম্বা পিবা মায়চৌ অসিগী খমনুঙ ঈওান কৌবা লাইরিক অসি নোংমা কোম্নুংগী য়োইরেল লোইসংগী ফমথৌ মীতিন ওমদা পুংথোকলকুনা অনাইবা মায়চৌ ময়ামনা য়েংবদা ঐস্থু য়াওনা য়েংসনলুবদা লাইরিক অসি মৈতৈ পুযাগা মরী লৈনবা লাইরিক মাল্লি অশেবা মৈতৈ পুয়া হায়বত্তদি নত্তে ।

অতুগা লাই রক অসিগী অহৌবদা হায়রিবা নহাল্লোং সাংহৈওৈগী সৈথীজররকে হায়রিবা বাকম অসিদা অইবগী খোর্জেনা হৌবা লাইবা পুন্নমক অসি খণ্ডলে হায়বগী অরাংবা থাক্কি ঈচেল অনা মায়চৌ অসিনা পুথোক্ল । লাইরিক অসিগী পোনাই পুদিংদা য়াওরিবা দর্শনিক্কি ওইবা গুন কয়ামুক চেল্লিবা গোস ময়ামশিংশি ইকুবগী থোইদোক্লোই । তোপ তোপ্পা মগুন মশিং থাবা ডমদবা মথৈ লাই রক অসিদা থগনা য়াওরি ॥

মরম পুননমক অসি মমি পান্দম লাকনা খচিক্কং হায়বা তারবদি চুম্বা লানগী মরম পুননমক মাদা থমলগা ঐনা ঐগী লৈপাকপু ফজ্জহন্নিংবা ওমদি থকসি খংসি খণ্ডনা অচুম্বা মখোদা মৈতৈ লাইনিং লৈভাকলোন অমস্থুং লোন মথেক পুননমক মৈতৈ হায়বা জাতি অসিগী পুক্কে লনগে থম্না লৈ হায়বসি লাইরিক অসিনা খণ্ডহনলে । লাইরিক অসি পারকপদা অমুক হন্ন পানিংবগী ইথক ইপোম অমস্থু তত্তনা পীহল্লি । অসিগুম্বা লাইরিক অসি সরকার অমদি লৈবাক মীয়ামনা লৌশিনবীতুনা অকোইজাম্ব অসিবু লৈপাক নিংথৌ মীয়ামগী থৌগল ( সেবা ) তৌহনবীযু মীয়ামনা মুংশিরবদি অসিগুম্বা লাইরিক মথল মখা কয়ামুকস্থু পুথোকলকপা য়াই হায়বসি উবা ফংবা মরম খর লৈ ॥

— এম.কে. ওকেন্দ্রজিৎ ( হুয়েন লানহিংফাবা )
হিজ হাইনেস ডি মহারাজ,
মণিপুর কষ্টম ওথোরিটি স্না কোম্নুং ইম্ফাল,
ইঙা থানিল নিংথৌবাবা ( পুর্ণিমা নুমিৎ ) তাং ৩/৬/৮৫ ইং

# খমনুঙ ইঙান

—:( ):—

## পুক্নিং ৱারক

অচাপোক্তগী ঈশিং ওইরক্লিবা ঈশিংদগী ঈ; ঈদগী হুকসাং; হুকসাংদগী তোং; তোংদগী শরু; শরুদগী ত্থিং; তিংদগী অথোইবা পাঙ্গল ওইরক্লিবা অসিদগী মথা চ থরকপদা - মীওইবগী ১/ থকাশ খাশি খঙনা চৎপা ২/ পীপা মশক খঙনা চৎপা ৩/ লাইনিং পরৈ চেৎপা ৪/ পুকচেল চাঙবা ৫/ ঈথক ঈপোম লৈতবা ৬/ ৱাখলবু মুঙাইহনবা ৭/ তাইবঙগী অথোইবা পুক্নিংবু পেলহনবা ৮/ লৈনা মনুংগী লৈরিক পুননমক্কি লৈহা খঙবা ৯/ থৱাই য়াইবী নিংসাগী চুপ্পী লংসুং খঙবা ১০/ মহাক খঙব ১১/ থৱায় খঙবা ১২/ য়াইবী খঙবা ১৩/ নহাক য়হাক ঐহাক ঐ শেংবা ১৪/ চাকচা ভো থিবা ১৫/ য়ুম হকচাং ইশা কোম্লং লাংপুম শেংবা ১৬/ অরেপ্পা ৱাঙাং ১৭/ তাইবঙ থৱায় পানবা পুমনমক অসি সিনথুংনা য়োকুন হিংহনবা, মপু মহাক্কি চিঙ্গাক ঙাক্কুনি। মরম অসিনা মথক্ত হায়খ্রিবা ঈরম তরেংকি কুয়োম লাইফম তরেং অসিগী মনুংদা লাইনিং খুদা তবাতরেং হায়রিবসি মশক খঙনা লৈবা মরম। পুনমক অসি ক ইদন চৎপা ঙমলবদি ঐখোয়গী হকচাং ফনা লৈহনবদা নত্তনা হকচাংদা লৈবস্বা লায়না থিন্না ফত্তবা মরম খুদিংমক কোকহন্দুনা লৌশিংগী অখঙ্গা মপু ফাগা অমদি মশামউ ফবা মা অমা ওইংল্লি ॥

নারক তোংশোংদগী খুনগংলকপা ভাংলবা হী য়াই ওইবা সিক্লাং পরেংগুম্বা লাইরিক অসি লমাই খুদিংগী দর্শনিক ঙাক্তা ওইনা লে থোকচগে নিংজরকপদা চৈতপ ইনিলগী মরমদা অরুম অয়াংগী খোন্থোক থর য়াওদবা য়াদবদগী য়াওথিবনা বিদ্যাগী লনগৈ ডোলার মিলিওন লিশিং মঙারোম সুন্দা মাঙথিগদ্রা খঙ্গুবগী অৱাবদি ময়েক্কনি। থম্মোই লাকা লৈনলক্তা পুক্নিং ৱাখল ইবিরিবা মৈতৈ লৈমা পলেমনা থৌজানবীয়ু ॥

— এ. কে. নোদিয়াচান্দ ঃ রত্ন ॥

মৈতৈ স্না লৈপাক ইম্ফাল, ( মণিপুর )



## মৈতৈ স্না লৈপাক্কী লাইগী চৎনবা সাঙ্গোকপা



ফোঙজবিৰ

Luwang Jugeshwar Meitei B.A Wahengba
Meitei Sana Lepaki Kangla, Imphal, D. Manipur
Cultural Research T.D. Road Bishnupur District.

# "ৱাহৈ অমা অনি দং"

লাইগী সাইওন অমসুং চাংওনগী মরমদা ঐখোয়না চহি কয়াগী মমাংদগী থিজরকপদ মীওইবা ঐখোইগী খং-বদা কাম্নরবা ৱারম থরদংসু "খমনুঙ ইঙান" কৌবা লাইরিক অসিপী মনুংদা য়াওরি। লাইরিক অসিগী ৱাহৈশিং অসি অকোইজাম্বা পিবা নদিয়াচান্দ পন্থৌনা ভলম ১২ হে। ইথোকত্না ফোংদোকপিম্লবশিংদুগী ৱাহৈশিংগা 'খমনুঙ ইঙান"দা য়াওরিবা ৱাহৈশিংগা ইমানমান্নদনা উই। লাইরিক অসি মুম্না পারুম্লগা ঐখোয়না খঙবা ঙমল্লে মদুদি য়েলৌগে দগী মৈতৈ জাতিগী চৎনবীগা য়ুমলোনন জাতিগী চৎনবীগা চাংদমনবদা মৈতৈ জাতিনা হন্থদে হায়না লৌজে। লাইরিক অসিগী মনুংদা ধর্ম্মনিতি ( লিচৎকী ) অর্থনিতি ( ৱাহন-থোক্কীলম রাজনিতি (লৈঙাকলোনগীলম) অহুমবক চপ চানা পননা ইরি। মৈতৈ জাতিগী লাইনিং লম্বীগী মরমদসু লাইরিক অসিনা ময়েক শেংনা উৎলি। লাইরিক অসিদা তাংখক মরি লৈ ঃ— i) পোইরৈতোন খুনথোক (ii) পোইরৈতোন (iii) পোইরৈতোন নিংচৎ (iv) পোইরৈতোন খোঙফাং হ ম্বরিবা তাংখক ৪না শাই। অহানবদা ঐখোইনা খনবা য়াই "খমনুঙ ইঙান" কৌবা লাইরিক অসি কমদৌনা থোনখিবনো হায়-বসি লাইরিক অসিগী মনুং মপান মুম্না পাবিদুগা খংবিগনি। মৈতৈ সাহিত্যগী লৈকোন্দা লাইরিক অসিবু মণিপুর সরকারম অমদি লৈপাক নিংথৌনা, পুখৎপিরগা লৈরাংগী মতৌগুম লৈশাৎ তমহনবিরবদি অইবা অমমুং অফোংবনা পুন্সিগী শিংজবা ঙমজরোইদবা লমন তোমজরে লৌজগনি। মৈতৈ জাতিমা মীপান তাংদনা হিংবা ঙম্ববগী ৱারোন অমরোমদা Psychology ৱাথনলোন ( Phylosophy ) ৱাংউলোনগী

লমীদসু মীপান তাংদে হায়না লৌজে। সাহিত্যগী লমদা ফেংউরবসু মৈতৈ জাতিগী সাহিত্যনা অতোপ্পা জাতিগী সাহিত্যদগী মখা পোনথদে হায়বা তাকলি। মৈ বাক্সী চৎনবী ভারুবা হোৎবদা থরাই খুবাকতা হাপ্তুনা ষেক্রুবগা চম্না পাখি হায়বশি লাইরিক অসিনা ময়েক শেংনা তাকলি হায়বদা হায়যনবা থোকলোই।

লাইরিক অসিনা মরন লুহোংবগী চংদবা শ্নাদবগী ব্রারম পোৎথা হৈথা লৈহুন ময়েক শেংনা তাকই। মরন লুহোংবদা কৌরৌদগী চাইম্মামা কৈগে লৈকোয় পুংদা পুরকপা পোৎনা "লৈরাংগী লৈথন লৈচা শেৎনা, অমমবা মরোন অহুম অঙানবা মরোন অহুমকক্কী হৈরাং লৈরাং তমবগী মরম, মরন লুহোংবদা করমবা খুৎলাইনা ঈশৈগী শৈহৌদা শিজিনখিবা, চোই উবোং পাফল শংগাই কদাইবু কৌবগে হায়বশিংশি চিংব মরম শুগাই তাকলি। পাফন মখোংগী আইমাপাসু মশক তাকলি। মীওইবা ঐখোইগী চংদ্রবা শ্নাদ্রবা পোকপা, হিংবা শিবগী থৌরমদা চিংঙুদা তেংথাবগী ব্রারানসু ঈশ ওইনা ফোংদোকত্না ইরি। মীওইবা ঐখোয়না হিংলিমখৈ ঈশৈ অসি মালেমদা মুৎপা নাইদনা লৌহৌরগনি হায়মসু খনজে।

লাইরিক অসিবু লৈপাক নিংথৌ মীয়াম/পুম্নমক্না নুংশি চান লৌশিনখিরবদ অশিংম্বা লাইরিক মথল মথলকয়াসু অইবগী খোর্জনা অফোংবা পুখোকপা ওমগনি হায়বনি থাজবা লৈ।

W Jugeshwar. Luwang
Meitei Sa·a Kangleipak Im hal
D. Mani ur Cultural Research
Association Limited

# পোইদোকপা ৱারোন খরদং

ইয়াম্না ইবুংঙো অকোইজম নদিয়াচান্দনা হন্দক মৌনা মৈতৈ পোইরৈ লমদমদা লৈরিবা মৈতৈ ফুরুপদী লাইনিঙ লাইশোনগা মরি লৈননা "খমনুঙ ইঙান" কৌবা লাইরিক অসিগা কোন্নুনা 'মৈতৈ ঈশৈ" হায়না পুথোকপিরকলিবা অসিনা মৈতৈ য়েক ৭ অসিগী য়াওন অমা লাকলিবা অসিদা অনৌবা ইথিল অমা পীরগনি হায়না ঐনা চেৎনা খাজজে। ইয়াম্না অসিগী হোৎনবা কনবা অমসুং চহি মশিং য়ামনা মৈতৈ ইপা ইপুগী ইনাৎতা থিজিনবিরকপগী ফংলকপা ৱাখল লৌশিং মরাম অদুনা অইবা ওইদুনা পুথোকপিরকতুনা তুংগী চাক্কদৌরিবা মীরোনগী লমচিং মৈরা অমা ওইরগনি। মৈতৈ ইমা পালেম অপোকপী কংলৈ লৈমাগী মতিক মগুনবু তাইবঙ কনানবু লোইনা খেনা চৈথোবা ঙমদ্রববু ঙসিদি ইয়াম্না অসিনা পালেমগী থৌকল তৌনবা ছৈশক ছেদা পন্দুনা তেংথাজনবা মওং মতৌ অমা ও দুনা পুথোকপিরকপা অসিনা য়েক ৭ কী মমল য়ামলবা ইরম চামা ফংলবনি হায়না লৌজরে। লোইননা তংদসু ঈয়ামবা অসিনা হেননা মমল লৈবা লাইরিক কয়া পুথোকপিরককনি হায়না চেৎনা থাজজে। মৈতৈ ইমাগী ৱাজরবা ইয়ামবা অসিবু মতম কুইনা য়াইফ থৌজান পীনবিয়ু হায়না তাইবঙ শেমববী মাপুগী খুরাখাদা থৌনিজরি।।

অথাম রোবিচন্দ্র ( খুমন য়েক )
Principal Modern College'
Imphal

# “থমনুঙ ঈঙান”

তাইবং মরু সিদবগী থৌজানদগী মওগী মথক্তা মচু-মংদুনা তারংদা পামবে থিদুনা কোংদোকচরকপা লাইরিক অসি (১) পোইরৈতোন খুম:থাকপা (২) পোইরৈতোন থোঙখাং (৩) পোইরৈতোন নিংচিৎ (৪) পোইরৈতোন হান্নরিবা লাইরিক মচা অসি লাংমৈদোং মমাং লাইমনাই অন্নাং লৈকাইদা লৈবিরম্বা, য়ুমথাইবম অমুবা মাইবিনা শিজিন্নরমবা লাইরিক্নি। মাইবীনা কোন্নৌ মোংদাব্রবগী তুংদা মাইবীনা পোকলম্বা মচা ইবুংঙো :—চাউবা মান্নচৌনা পান্নরম্বা লাইরিকনী। মাইচৌনা নোংগাব্রবা মাইচৌনা পোকলম্বা মচা ইবুংচো অহন্ন লোথোন্দগী গ্রৈনা ফংজবা লাই-রিক্নী। হান্নরিবা পোইরৈতোনগী মমিং মান্নদবা লাইরিক অথল ৪ অসিদগী থর থর লৌথোকচরগা শেমগৎ-শাগৎচরকপদা মিংমান্নবা শকলোন অমদগী ‘‘থমনুঙ ঈঙান’ কৌবা পুথোকচবনি।

মরম অমনা মৈতৈগী লাইগী শৈশকলোন ঈশৈগী মতাং অসি চোংথাম মেরামচা লাইমিৎ পানবগুম মৈতৈগীদমক্তা পোকপীরকলবা নাগ মপান চংথাম লৈকাঈদা লৈবা পনংথৌ অসিনা লৈশেমলোন নিপানগী মনুংদগী থরা লৌথোকতুনা ঈবা হৌখিরমবনি। লাঈনিংলম্বী লৃচিংবীর াবা পানংথৌ অসিনা ঈশ অসি লোঈশনবা ওয়মম:দ্র; মরম দ: মপুগা থারকপা মতমগী চেতেকমশিং সুরকপা বাংলেনগী মচুং ফারকপদগী শায়োন লাওৎ অমা চৎথ্রবগী মতুংদা মচা ঈবুংঙো জোয় অ’নগুবা মিংঙানবদগী গ্রৈনা ফংজদুনা ঈশৈগী শকতম অসি শ্লেংশলুবদা তুংগী নহারোনগীদমক কান্নবা য়াঈ হাঈনা থম্নুবদগী শকোক শারুম কৌবা মৈতৈ পুন্নাদগী থরা লৌথোকচরগা গ্রৈনা শেমগৎচরকপা ঈশৈনি। লাঈরিকসিদা য়াওরিবা লোনবাহৈশিংনা নহারোনশিংগী য়াথল লমজিংগদ্রা থনজদুনা মীয়ামগীদমক পুথোকচখিবনি লাঈরিকসিবু পুথোকনবা হোৎনবদা তেংবাংবীরকপশিংগী মফমদা শিংথমপ্রবা চাওরবা নমন অমা তোনশিনজরবনি।

অকোঈজাম্বা পিবা

# মপু-কাদা

নহাল্ নোং শাংহোৌঙগী শৈখিজেদনা
মালেমগী লৈমায়দগী থুনগংচরকপা
থরদংবু খোমজিল তাশিনজন্ধনা
মমিংবু "থমন্থং-ঈঙান" কৌনা
পুথোকচবা লাইরিক্ মচাশি
লৈবাক নিংথৌ, মীয়ামগী
অখণ্ড অহৈ পুন্নমক্না
অবাংপা করা মেনশিন্‌খিয়ু
অহেনবা করা লোথোকপীয়ু ॥
হৌরক্লিবা নহারোল পুন্নমক্তু
অচৌবা থৌদাং লৌবদনা
পলেমগী খোম্লাংনা থম্মীর ।
হোরক্লিবী মৈতৈ চনুরাশিংনসু
অয়ুর্বাদি শক্তিক ওই
নুংঙ্গিদাংগীদি থাবা ওই
শমক্রু নাচোম ওইনবু
নাপ ঙাল্লা লৈথেংনবীয়ু ।
পোইরৈ খুদোল অসিবু
মঙ্গলবনি কান্নবনি থম্মীয়ু
থায়নগা লেংকদবা মরুদা
নৌনা হৌরকপনি থনবাদুনা
লৈরাংগী লৈংখও শোম্নায়
শীঙ্ভলগী মথাক য়োকপীয়ু ।

লাইবিক লেখা

অংকাইজম নদিয়াচান্দ এলাইস অকোইজম লৈ পী।। (মনিপুর কষ্টম্) আগষ্ট ২২ ৮৫ ইং অনিশুবা থরান পানি ১ শাংলাংশন কুমীং অসদা ছাপা নম্বা হৌবা ।

# চৈতপ ইনিলগী

লাইরিক অসি ঐনা ইরকপা মতমদা অরুম অয়াংগী খোঙ্খোক থরা খেন্নবা বাহৈ য়াওদবা য়াদবা মরম্না য়াওখ্রে মরমদী মৈতৈ পুয়াগী ময়েক্কী খোঙ্খোক লোনগা বেঙ্গোললি ময়েক্কী খোঙ্খোক লোনগা বাহনথোক লোন অনি অনি চানদে। মরমদি ময়েক মসিং মান্নদবা মরম্না খোঙ্খোক মান্নদে ইরক্কীবা লাইরিক অসিনদী বেঙ্গোললি ময়েক্কা ইব-শীনা মতমগী বাহৈ খোঙ্খোক্তা চান্নবা ইরকপদা ময়েক নাতৈ সমখিবা চৈতপ ইনিল সোয়খিবা, ময়েক মসোন লানখিবা খোঙ্খোক্কী মতুং ইন্না কোমা, সেমি কোলোল চৈথৈ লৈকম ফমভম ওন্নবা মরম পুন্নমক য়েংনা পাবীয়্। অরিবা মৈতৈ পুয়াগা লাইরিক্কা মরি লৈননা ইজবা লাইরিকনি।

পুয়াগী বাহৈ থরদা হায়বদি লাইরিক অসি " নতিক্ত নংত্রবদি পারুকানো পাতুনা য়েঙলকা থওলপদি নসা নহাক লাইকুমপনে লেপ্পা থওউ" অসুম হায়না ইবিরম্মী মরম অসি-না হায়রিবা মৈতৈগী পুয়াশিংদা ইদুনা থমিরম্বিবা বাহৈ অমসুং বাহৈ-অসিমক্কী খোঙ্খোক্তগী হৌজিক হৌজিক্কী মতম অসিদা ওাওনরিবা বাহৈশিং অমসুং বাহৈ তওগী খোঙ্খোক্তো চান-চুশিন্ননা ইথোরকপদা থর থজিক খেন্নবা হায়বসিদি চৈ-ফম থোকই অত্তুনা থরাই তরানা ছাপা নম্বদা চৈতপ ইনিল শোয়খিবা ময়েক মশোল লানখিবা পুন্নমক তাকপিরকপা মতুং ইন্না অকোনবা থূংনমদা চূমথোকচরগনি।

মহামগী নোদিয়াচান্দ

# অহৈবগী পুন্সি ৱারী চাওৱাকপা খরদং

পম্বৌ শক্রবা কুরু অকোইজাম্বা অসিনা মতম সাংনা মৈতৈ ইনাংপু মুংসিজহনা য়েলহৌগৈ অহানবদগী ইপু ইপা। ইপুখো পুম্নমক্না থম্বীরম্বা ইপোং ইরলবু মা হল্লিংদতুনা হেনবা লোইবী চীংখোং চিংয়া ওনলোম্দা থুপ্পা লৈবা অহন লাই ওইবসিংনা কাচিন কোইয়াদা লাথুপ নাইনা লোংতুনা থম্লিবা লাইরৈ লাথুপ কয়াবু পোকত্রিগৈনা হান্না উদংগুম্না মশাগা ওইজবা কয়া থাদোক্তুনা লৈপাক নিংথৌগী খোৱম মাংওইননা কোয়না চংতুনা থিজ খোমজতুনা লাইওইবা অহনসিংগা খুবাক্কুগা পুরক্কগ হৌরক্লীবা নহারোন ঔখোয়গীদমক থম্লীবা লাইরিক্কি হায়না খলদবা চুমদে।

পম্বৌ অহন কুরু অসিগা হৌরক্লোন খরা য়েংজকবদা পম্বৌ বক অসি হিন্দু ধর্ম্মগা মরলদা ফজনা লূ-নাম্না ওইহে অসিগী মথক্তা অথংবা অমা ওইনা লৈরম্মী। শক ১৬৪৪-৪৫ দগীদি হিন্দু ধর্ম্মসী এগা জাতংগা ইনাং নত্রে খজলক্তুনা মীতৈ মরুপ কোবা মরুপ অহুদা লাইনিং-লম্মী খিজনা শক ১৬৫৫ ইং ফাওবা মপ্পা চহি ২০ লৈরকখি।

শক ১৬৬৫ ৬৬ তগা মৈতৈ পুয়াগী লাইনি লাইসোন ইপুথৌ পাথবনা লাইথিংথৌ সনামহীবু নিংবদা করম্বা লাইনিং লাইসোন সাল্লগ সাইওন লা ওন মপোক অমদা করম্বা সকহো, সক্তম ওইনা লংওন লুগনগে। অমদি পোক্লগা হিংলিগৈ অসিন মপোক হাসিনা করি তেংনগদবা হাযবা অসিগা লমদা চংশিল্লকপা অসিনা শক ১৬৮৭ মুংক্লবা অসি ফাওবদা চহি ৩ মুরক্লবা অসিদা মৈতৈ ইনাংকী লাইনি লাইসোন ইনাংকা শৌরম ভোরকপা চহি ২২ মুরে।

পম্বৌ কুরু অসিনা পাথাং পুথং কোক্কুগী সিম্ভহনা অকবা লাইরিক লাইসু পাযবম্বা অসি ঔখোই নহারোনগীদমকনী খললুবদা কাওবা ডম্ররোইদোরা লমন অমা পম্বৌ কুরু অকোইজাম্বা পীবা অসিগী ভোনসিল্লবনী। অসিগুম্বা মথম অসিদগী পম্বৌ কুরুগী পুন্সি ৱারীখরদং মামি পাগদম লাক্লা খচিক্লা কোংদোকচবনী।

অকোইজাম্বা, পীবা, পম্বৌ কুরু পালেম পম্বৌনা নোদিয়াচান্দ হায়না কৌরম্বা পাম্বৌ মদম মানবা কুরু অসিনা পাকেমগী পীপুক-মুণ্ডদগী তায়বঙ মালেংপান্দা ফাওরকপদী, শকাব্দ ১৮৭১ শক ১৯১৯ ইংগী পোইন্নু থাগী ২৫ নি পানবা সাগোলছেন মুমিত্তা অকোইজাম্বা পীবা পোকখি। পুরৈরোম্বম্ব অঙৌ পানবা সন্নাঙ্গী অকোইজাম্বা পীবা অঙোম ঈয়েক অনাঙ্গী পীবা অসিনা পোকখিবা মৈতৈ কুমসিং ১২, ৩৭, ৫৮৪-ইংরেজীগী শোক ১৯১৯ হিন্দুগী শকাব্দ ১৮৭১ আসাম মীগী সন ১৩২৬ কুমছিং চহি অসিগী মমুং পোইন্নু থাগী ২৫ নি পানবা সাগোলসেন মুনিং নিংথৌকাবনা পুবা পুংফম ( বরুন মৈথ্যাদন্দ ) ঈসি, ময়াঙ্গ, ঈসিং মপু মৈপাকপোকপা থম্বাম্মীচাক লুনাং সংকোন অনদি সলপুঙ-য়াকোক থম্বাম্মীচাক ১ অসিনা সিনলোন সিনজিন পুবা পুংফম (স্বাতি নৈংথৌ) ১৬ সুবা থানা ফংবা পুংফম লাইপুংথৌনা ফংবা পুংফম মু সিংনা ফংবা পুংদগী লেমহৌবা মুনিংনা ফংগদবা মপু ফাবা পুংফম নে যাঙ্ক কোয়ৌমৈন ফবা মওমৈ সেংবা থাপুণ্ডদগী, ভবানি পাল্লকপা মনমৈ থবি অংংনা অসিগী পুংফমদা লাইজ ঈরেম ঈমাইদগী কোমে ঈনা ৱাইনা মু সংকা লোইনরকুনা পোকখিরমলে।

পাম্বৌ কুরু অসিনা অরিবা মৈতৈ পুয়া, লাইরিক শিনিং মান্নদবা মখল মখলগী লাইরিক মৈতৈ ময়েক্কু ইবা মচা মচা শিছি অমারোম পাম্বৌকুরু অসিগী খুনাক্তগী থে নজবে, পম্বৌ কুরুনাদি শিছিং অহুম হেন্না লৈরি হায়না তাকপিবি এনদি লৈরিবা "পুয়া" লাইরিক মছিং-সুনা য়েংজত্রি। মৈতৈ ময়েক্কা ইবা লাইরিকসিংবু এখোঙ্গ নহারোল-গীদমক লুনা নান্না হৈবক্লৌবা নহারোনগীদমক তুংগী য়েংনা "পুয়া" লাইরিকপু মকম বম্বামুক্তগী থে নগংতুনা থম্ব রিবা, অকোইজাম্বা পীবা অসিগী হিষ্টরি রেকে দিং য়েংলুবদা পাম্বৌ অসিনা তৌরকপা অহানবা থবক্তি—।

ফাষ্ট বাটালেন এস এম পি ষ্টেট মিলিটরী পুলিস নম্বর ৫০ নামকামেসন ওফিসার ভরেং সুরকপা সেকেন্দ কমান্দর আই পীসিগী

ধারা নম্বর ১৯২-গী মতুং-ইন্না শক ১৯৩৮ ইংদগীনা শক ১৯৫৮ ইং থা ৪ তাং ৮ ফাওবা আর্মিগী থবক তৌরম্মী। মিলিটরী সেকেন্দ ক্লাসতা অন্দব মেত্রিক নাম কমেসন ওফিসারনি।

পুয়ারোমদদি অরাঙবা থাক্লা লৈগ্রে, লোন অমদা য়েংলুবদি আই, সি, এসকী মথক ওইগে। সরকারগী মন্নুংচন্না লৈবিভৈদগী হৌনা 'পুয়া" তন্বা শক ১৯৪১ ই দগীনা শক ১৯৮৭ ইং অসি ফাওবদা চহি ৪৩ সুগ্রে "পুয়াগী" মরম ইপা ইপু লাইওইখ্রবা কয়ামুক্লা থনম্বা "পুয়াগী" মতিক ময়াঈ থললনা লৈরি। নদিয়াচান্দবু পোইরৈ ফাংখিবা মায়চৌ অমা'ন হায়বদা হায়মনবা থোকলোঈ। মতম থরা চংলম্ব ধর্ম্মগা মতুংইন্না বেদ শস্ত্র থবা খঙলুরবগা তুদা মাঙবা য়াদবনা ইংশোক ১৯৫১ দা আয়ুর্বেদ ভাসেন অমদি কবিরত্ন ফংখি। পাণ্ডী মখলগী য়াইচলনা সেম্বা হিদাক মচি, লাকভমদনা খঙলুরবগী তুদা ফংখিবা মী থোকখি। নোদিয়াচান্দ থোইদোক হেন্দাক্লা লায়না মখল মখলগী পাম্বীগা য়াইচলনা সেম্বা হিদাকী মরম খঙবনা লায়না মখল মখলগা লাইয়ূরবা ফজনা হম্ব মীওই অমনি।

অদুগুম্ব ওজনা উম লাই হবাওবগী থৌরম বৈদিক নহারোল-সিদা লাইগী থৌরম চিংথবা লেতনা তম্বীবগ লোয়নদনা ইংশোক ১৯৬৩ সুরদা চৈং তম মৈতৈ পোইরৈ মনা লৈবাক্লা লিংখংখিবা অল-ইন্দিয়া রেডিও সংগলন অফিস লিংখৎপা চহি অদুদগী অল ইন্দিয়া রেডিওগী আর্টিস অমা ওইনা ব্রাবী লৌবা হৌখি।

মৈতৈ কুনশিংলোন ১২, ৩৯, ৬২৮ থা ৬ সুমিৎ ৫ নিশুবা ইংরেজগী শোক ১৯৬৩ ইং তাং ১।১০ মেরা থানিল ইরাই সুমিত্তা লৈবাক নিংথৌ মীয়াম চিং তম হুপ্পা তিলনা মতম থোংলৈ তুইন্ননা মেরা মেন হৌংবা কৌবা মেরা হৌচোংবা হায়বা থৌরম অমা তৌখি, মতম অদুদা পলেম পম্বৈনা পোকচবদা নোদিয়াচান্দ কৌখিবা লৈকাইনাদ নোদিয়া হায়রগা খঙনৈ মেরা মেন তোংবগী থৌরম অসিদা অকোইজাম্বা পীবা হায়রগা খঙনরে।

পোইবৈ শ্না লৈপাক্কী কংলা সরোন পুঙময়োন্দা লৈবাক নিং-
থৌ চিংবুরোই তম্বুরোই মীয়াম হুপ্না তিল্লবদা খোইয়ুম লাইনা থারম্বা
খোইযুম অমায়বা কনা লৈবগে হায়না ঈয়েক ৭ সন্নাই ৯গী
মীয়াম্না মুংজেং ইথাবমদা খৈয়োম লৈতুন তম্বা ওম্বা মী কনা কনা
লৈবগে হংনবকপদা লৈবাক অসিগী অমায়বা (১০০) চাম্মা হেন্না
লৈরিববু কনাগুম্ব মী অমত্তনা খৈয়োম লৈ ইনবা ওম্মা হায়বা য়াওরক
ত্রবদা অকোইজাম্বা পম্মো কুরু অসিনা লাইয়িংথৌ সনামহি অমদি
ইপুধৌ পাখংবগী খৈয়োম লৈইনবদি এনা ওমজগনি, মফমদি
পাখংবা ঈরেল ঈরো, ঈচিল অহুম ফংবা মফমদা ঈমুঙ খৈয়োম
চলনা লৈহনগদবনি হায়না পাঙথুমলুবদগী।

মীয়াম্না অগাং ওইমনর্দ্বা মতিক চাদে হায়নবকপদা পম্মোকুরুনা
খ্বাই উরিপোক্তা লৈবা চনমদ পোকলম্বা বিরহরী কুকপুরেন্দগী তম-
জবা লাইরেম্বল অতুং চিন্না খ্বাইরমন চেকথোং নম্বোনবী শাবগী
হত্র হুনবা ওমদ্রন্দা চনম্বা ঈধৌসিনা সিজিনারম্বা লাইরোল থাই-
নগী মরোন কাইদবা অচুম্বনী হায়না থুমলুবদগী ওক্রম্বা নিকভাই
কুরুনা শুগু চয়াইতা ঈবেলদা অকোইজাম্বা-ওথম্বা অনিনা চৎ
মিন্নহুনা খৈয়োম লৈহন ওম্বদা থোয়োম লৈইনগী মতাংদা ওক্রম্বা পাঙ-
না শমঙ লৈখিবগী বারেম অইবা লৈরি শুগুদগী পম্মোমক হনবিন্নবন
লগা থুমন ককপা লৈতোন্না সাইওন ওইহুনা লা ওনলকপনি হায়না
মতমতুদা থাজনবিদা লাইশ্রন মনাওম্বদা ওক্রম্বনা হ গংলুরবগী তুদা
অকোইজাম্বা পীরান খৈয়োম লচন ওমহনলু হায়বদগী, থোরম অং
লাইশ্রম মনাওবা অমদি পাং লৈনম্বা খোইস্নাম লেকাইদা লেবা
শমচেৎ খাবম তুকোবা অমদি ওক্রম্বা নিকভাই হায়বিবা অহন :
গী য়াথ দগী মী লাক ওলোন তিলখিবগী লাইগী লেবমদা অকোই
জাম্বা পীরনা লাইয়িংথৌ সনামহি অমদি ইপুধৌ পাখংবাগী
খৈয়োম লৈইনবা ইকুন ঈতা ঈচিল য় ইচলবগী থৌরম পুঙমক তৌগ
মখাতাবা মুনিং ভি পুম ৫ নি তৌবদা লাইগী থৌরম পুঙ ফানা
থোদোন লোমনা তৌখি।

প.স্থৌ কুক অকোইজাবা অসি, লৈবাক নিংথৌ চীং তম মীয়ান পুম্নমক্কী লৈবাক ভাকলোননগী থৌরম থবা ফজনা খঙবা মী অমনি হায়বদ হ'য়ননবা থোকলেই। ইং শোক ১৯৮৭ ত' মশাগী চহি ৬৮ সুরে, অকোইজাগ্বা পস্থৌ অসিনা লাইব্রিক ইবা লাইব্রিক লেংবগী থনক চংথরকপসি মশাগী চহি ১১-১২ দগী ভৌনা ইরম্বা লাইব্রিক থেংনজরে।

পস্থৌ কুক অসী মশানা সাহিত্যবু মুংসিজনা মীশক অমা ওই-বনা অরিবা মৈতৈ "পুয়াগী" লাইব্রিক কয়'মুক পুথোকখি। মহাক্কী হৌজিক ফাওবদা পুথোকখ্রব লাইবিক্কী ভলুম মনি সিংদি থারোল মুংলোন মেরা মেনতোংবগী কুমচল্লোন পারী নো দম্বা, থারোল নো-থ'ইরোল থম্মুঙ ঈঙান, পাথুন পোমিং ঈয়েক সন্নাই অমসুং মুনিং ঘাপান ঈঙান লা পুম ঈয়েক সন্নাই মালেমগী অবা বা থাক্তা ল'ই-য়িংথৌগী সনামহি অমদি উমং লাইগী চংনবী মরম শুনা ইবা অমসুং সরকারগী রেকোটিকা লোইননা পুথোকখ্রে। হৌজিকসু অমুক অনি-স্থবা শরুক্তা থম্মুং ইঙান কৌবা লাইবিক অমসু ইথোকপিরক্লি। অসিতসু নত্তনা (পাম্বৈগী য়াইচলনা শেম্বা হিদাক) লাইনা মখল ১০৮ গী লাইয়েংনবা হিদাক মমিং মাল্লদবা, মখল মখলগী মশক থাক্তা ইবা হিদাক য়ইচল মমিং লিচিং মঙারোম এথোযনা ফ নবিবা লাইবিকসিং মরম অয়াম্বা পাইবীবম্মী।

অকোইজাগ্বা অসিনা "পুয়" লাইব্রিক্কী মরমদ, লৈবাক নিং-থৌ মীয়াম্বু য়াইফ মহৈ ফংনবা হোৎনরকপা অসি অমুক্কী মতিক সিংথানিংঙাই ওই। লৈপাক নিংথৌ মীয়ামগী য়াইফনবগী মবমদা থরাঙ্গ হুকসাং পুম্নমক কংথোক্লা মীয়ামগী খুদোংচাবা ফংনবা হোৎ-নবগী থৌরাং লৈরম্ম'। মৈতৈ লৈবাক্কী লোল অমসুং ময়েক লৈননদা চুমথোক্লবা অপুনবা মফম্না মপাল কাংলৈপুংদা লৈবাক নিংথৌ মীয়াম হুপ্পা তিন্দুনা ফাইরেল থাগী ২৫ নি পানবা তাং ১২।২।১৯৬৯ ই দগী হৌবনা তাং ১৮।২।১৯৬৯ ইং ফাওবা

ময়েকী মরমদা মুমিং ছিংপুন ৭ নি চুপ্পা মীয়াম চঙনা ময়েকী য়া লেপখি।

পুয়া-ময়েকী মরমদা কনফরেন্স তৌখিবা অতুদা অকোইজাম্বা পীবা মশামক কনফরেন্স অতুগী ময়েকী পণ্ডিত অমা ওইখি। লোইনবা ইজুকেটিভ মেম্বর অমসুং মীফমগী অথোইবা স্কোলার অমা ওইখি। ময়েক ২৭ অতুবু কনফরেন্স ময়েক হায়না খঙনখি। ১৯ ৯গী কনফরেন্স ময়েক ২৭ অসি মৈতৈ লৈপাক্তা মতম খরা চৎনরবা য়াই হায়না মীয়াম্না য়ারেপ তৌনখিবা মতমতুগী সহি তৌনখিবা প্রিন্ট তৌদবা ভলুমসু থেংনরি। ইংশোক ১৯৭২ ইংদগী হৌনা হিজহায়নেস ডি মহারাজ ওকেন্দ্রোজিংকী লাইরেল ফম্নাং মৈস্না কোম্নুং উমংলাই লোইসঙ সংলেনগী অমায়পীবা অমা ওইনা চীং তম মৈতৈ লৈবাক্কী লৈরিবা উমংলাই পুম্নমক্কী অচুম অরানগী হক পুম্নমক পুরকপা অমায় পীবা অমনি। অকোইজাম্বা নোদিয়াচান্দ মৈতৈগী ঈয়েক সন্নাঈ সাগৈগী লোনচৎ অমসুং ইনাংপু লেংদনা ছিংজম্নবা হোংনবদা অচোবা থৌদাং য়ারিবা মশক্নি। ইংশোক ১৯৮০-৮২গী মনিপুরগী রাজ্যপালনা লাইহিংথৌ ডেম্পল বোর্ডকী মেম্বর অমসু ওইনা খনবীদুনা লৈবাক্কী অরূবা লাইনিং লাইসেন লাইদা থৌরম থৌনিগী থবক্তা অচৌবা থৌদাং য়ারি লেয়ননা অমাই পীবা হগুবা অমা ওইনা লৈবাক মীয়ামগী অরান অরুই চুমথোক্নুনা লৈবাক নিংথৌ পুম্নমক্কী লাইগী থৌরম থৌদা চহি ৫ পুরম্মী

অকোইজম নোদিয়াচান্দবু ময়াম্না অকোইজাম্বা পীবা হায়নসু খঙনবিরিবা মৈত্রবাক চিং তমগী লৈরিবা লাইহিংথৌ সনামহি অমদি ঈপুথৌ পাখঙবগী কংলা লাইফমলেন উমং লাইসিংগী অমায়বা আস মৈতৈ লাইনিং লাইসোন চৎনবী ঈনাংকী থৌরম মওং মখল মখল পুম্নমক লৈবাক নিংথৌগী থৌদা পোৎলেন লাক্লা পুরকপদগী অকোইজাম্বা পীবা হায়না মীয়াম্না খঙনম্রে। অতুগা লোয়ননা পুয়াদা য়ুকম ওইনা ইবা লাইরিক মখল মৎলগী ১২ মথং মথং ফোংবীখিরম্রে। হৌজিকসু খন্নুঙ-ঈচান কৌবা লাইরিক অমসু ইথোপীরক্লী ভলুম ১৩ সুরে।

অকোইজাম্বা পান্থৌ কুক্ক অসিগী মঙং উবদা মৈতৈ ময়েক্কী লোন অরীবদগী অনৌবা লোন্দা (অর্থ) হন্দোক্লুনা থেংনোন্নী ময়েক্কা ইথোয়রকপস্মু উঈ। হৌজিক মতমগী ডা-নবিনা বাহায়থোক্নোক ওইনা পুথোরকপগুম তৌঈ মরম অসিদগী খঙবা ঙম্মে মত্থুদি মৈতৈ "পুয়া, ময়েক্কী লোন বাহৈ কয়ামুক চহি চহিগী ওইবা লাইরিক্কী লোন বাহৈ মথ. মথং পাকথোক চাংথোকপা হেল্লগনি হায়ব. ডম্বগী চাউথোকচনিংঈ ওইবা পাঙ্গল লৈরে, ঘুমলোম্নবা জাতিশিংগী মাঙদা ঐথোয়গী ময়েক্কী লোন লৈতবগুম চিংনিংডাইগী বাংল লৈরম্বা অত্থু খর মখৈদি কোক্লগনি, হায়না খনবা ডম্বগী পাম্বৈ লৈরে হায়বসি হায়মনবা থোক্লোঈ। ঘুম্নোম্নবা জাতিসিগী মাঙদা ঐথোয়গী পুক্কৈ থন্দবগী থোংক্কম হোংবা ঙমদনা ইতোমংা লেপচবা চুয়ম্নদবত্থু হৌজিক্কি পাঙ্গলগী মতেং ওইনবা খুলাক চাবা চৈস্থু লৈরে হায়না লৌদবা ঙমদে, লৈপাক নিংথৌ মীয়ামগীস্থু পুক্কিং মচেং ভাবীরোইদ্র। খংজৈ।

তাং ১৬ | ৯ | ৮২ ইং যুম্নশকৈশা কুমিংকী মুংথিল পুং ১ তাবা মতমদা মতম থোংলৈ তুংইন্ন স্নাংকোমুংগী সঙ্গাঈ মাংঙান্দা লৈপাক নিংথৌগী ক্কমথৌ মীয়াম হুপনা তিলহুনা অচৌবা মীতিল ১ তিলনা কনফরেন্স তৌখি, মত্থুদস্থু অকোইজাম্বা পীবা অসিনা সভাপতি অমস্তুং প্রাসিডেন্ট ওইতুনা চিংতম মৈতৈ স্না লৈবাক্কী লৈপাক নিংথৌ ম য়ামগী চংনবী লাইনিং লাইসোনগী হৌনবা মীওইবগী চংনবী লিচং সাক্তং অমদি মুঙপালগী লৈডাক লোনগী (কষ্টম সংবীধান) মালেমগী চংনবী আইন পুথোক্লুনা অকোইজাম্বানা হায়খী।

হান্নদগী লৈবাক অসিদা চংনরম্ব লৈশেম নোংশেনভেদগী হৌনা লৈরক্লবা লোন ময়েক্কী চংনবী ইনাংকী ওইবা লাইনিং লাইসোন্না চিংবা পাথাং পুথাং কেংক্লা খম্বীরম্বা ফিজেং লৈতেংগী শক্তমশিং অসিদি, লৈপাক নিংথৌ মীয়ামগী চংনবী আইন লৈঙাকলোনগী চংনরকপা চপ চানা লৈ হায়বসি মীয়ামদা কোংদোক্লুনা হায়। পলবা য়াই মত্থুদি, পৃথিবী অসিদা লৈরিবা মী মখল-মখলগী জাতী

জাতিগী মাগী মাগী চংনবী মশা মশাগী লৈনজে। হায়বসি, লৈপাক নিংথৌগী ফমথৌ মীয়াম্না য়ারেপ ওইনা তানজুনা চংথরকপদগী ভসিদি মীওইবা জাতী জাতীগী চংনবী অসি, পাক চাউথোকপা খুদুম ১ দী হেনলে হায়না লৌবদা হায়মনবা থোকলোই। অসিগুম্বা অরুবা অহুকপা য়াফম কয়ামুকস্তু থলনা লৈরী।

মৈতৈ সনা লৈপাক কংলা ইম্ফাল হায়রিবা কংলা কোম্নুং অ'সদা লৈরিবা ইপুথৌসিগী খুভম ১০৮ চাম্মা নিপ্পাল অসি চপচানা ইবাং থৌনি তৌজগে লাইকংসিং অসি তাকপীযু হায়না লেবাক্কী অহৈ অসিংদা হংজকবদা কংলা লাইফম ১০৮ অসি মশিং স্থনা খংই হায়বা চীংতম মী অমতনা হায়বা ভমদে। পম্থৌ অকোইজাম্বা পীবা অসিনি মখংএ। লৈবাক চাউংনিনা অহৈ অসিং ওজাসিং কয়ামুক লৈরিবনি ঐনা ওজা চংমা হেম্না হংজরকপদা কংলা লাইফম ১০৮ অসি খংই হায়বা ওজা অমত্তা লোংত লৈতৈ লৈবাক্তা লৈরমাক্লে হায়বসি চিংনমিংডাই লৈত্রে। পম্থৌ অকোইজাম্বা পীবা অসিদি কংলা লাইফম ১০৮ অসি মখংএ হায়বসি ঐগী থাজবনি।

ঐনা পম্থৌ অসিগী অফোংবা লাইরিক ভলুম ১২ পারুবদা পম্থৌ অসিগী লাইপ ষ্টোরি পুন্সি দারী মচেং মচেং য়াওরম্বদু থেংনজনা খোমজিন তাসিনজনা নৌনা অমুক ইথোকচরকপনি।

পম্থৌ অসি হৌজিকস্তু মনিপুরগী লম লমগী লেবিবা পঞ্চায়েটকী G P. U P. প্রধান ওইজনা লৈপাক নিংথৌ সরকারগ লোইননা খুংগম্মজুনা নীয়াংগী (সেবা) থৌগল তৌবী।

NINGTHOUJAM KHOGENDRO
SECRETARY CENTRE FOR MENTAL HYGIENE
*Shagolband Thingom Leikai, Imphal.*

**Dated st April '87**

# পুরুম খাজংনেনা

উং হয়া রে, লৈকলায় ও! চমি লাই নক শিরনবু পুরুমজে। কোরো মালেম অঙাংনদ গোয়মা নাযবু. লোইনাম্বু পুরুমজরি খাম্না. লাইঙ্গ. মালং অঙাংনদ পুরুম ম্না পুরুমজরি। মঙাং, লুবাং, খুমন; খুমন, লুবাং, মঙাং খোইনম অহুম্মকপু পুরুমজরে।

লুবাং নোংচুম শঙদা পোইরে মনা লৈপাক্তা মেতিংন, খাগেম্না মায়চো অপোইন্নাবু নেংনা বাহোমজরকরে, 'ইমা,থা ও! তাবাও. নঙনা বাহোমজরক্কে তাইবঙদা কুমশীং চেক্তা কোকপা লাইরিকপ. নিবাগ্নু। অড নোংগী অপোইট মচ খোইগুম লাইয়ামশিংবু পুনেমলবগা। কায়বা, লানবা তাংবা বাগলো, লাইরিংথৌ-ও" অঙুম হায়না লই ইখবাক . পুনেমলবগা. বাহোম নোংগী অপোইনানাদা লুবাং নোংচুম শঙদা লৈপাক নিংথোগী ফমথে. ভুক্ক, মরা শুনা। চমন নিংথো খাগেম্বা-ও! তারো বাহোমলগে" হায়না অপোইনানানা লৈপাক নিংথৌগী ফমথো ভুক্ক মরাম উনপি পুক্লাং শেলমোং নীক্রনা তাবাবো। ইমাখো পুম্নমক্কী পাডশেল লাইপাউ কায়রকলগে উনবা শেলমোং নাক্রনা তাবাও।

# খমনুং-ঈশান

অহানবা মতাং

## *পাখঙবা লমলেল থোকপা*

মৈতৈ পোইরৈ স্না লৈপাকতা সেনব খাগেম্বনা লোলোই-লামাহনবু কুমজ চহি অহুমস্সুনা পোইরৈ থোকাউরম্নগী কোক্লানাবা তাবীও।

হে মৈতিংঙু সেনবী খাগেম্বা-ও! শংসঙনানা খঙবস্ কোন্না চক অসিদা তাইবঙ থায়না লেপহনগে হায়বগী লৈপাক্কী সেকনাংদা থোঙগারক, লৈতাং সোইরেঙদা ফাওরেয়ে হায়বগী শললাই লৈতাং কোরে। মহাক্না শুরুংনা লৈখাদা ফাওখিদ্রুনা পাখঙববু লোৎনা থুপনা থোকহল্লগে হায়না নাংতুনা, অসিথোই মহুমগুম মপাল মরু খিবা থঙদবা য়াইবা তোলনিংখো ওইনা ফাওহল্লগে তৌরক্লে। লৈতাং শুরুংলেল লৈথারোল তরেৎতগী পুখৎনা হায়রককে। লৈনুংদগা নুঙলোল তরেং শুনা তাউথংক্ম, মরোল খিবীক কোয়না ফারদুনা পাখঙববু লোৎনা থমলে হায়বগা লৈনুং লোন লোনথমচা অরীবা-ও কোয়ে। অদুগা মপা খোইমুম শিদবনা থোঙারেল শানা থিরক্লে। লৈনুং লোনচা নহাদি নুপী ওইদুনা লৈঙময়ে হায়বগী লোলথম্বী হায়না কোয়ে। খোইম্মুম শিদবগা, লৈগরেলগা অনীমক্পা পুমনা তাশীননা

ওকনা ওয়া শান্নরে হায়বগী ওকনাবুং কোয়ে। অদুদগী লৈমরেলগা নাপংতগী পাংনা চমনা ঙাইবদগী কাখিদনা মতৌ-মনাও অনীমকনা লাই লৈবা শৈবীকপু ওৱাং লৈরোল-সুং অদুদা থুপনা লৈরে হায়বগী লাইখুরেম্বী কোয়ে।

অদুগা মচা অহল সনামহি লাইকোক অচিবা পুংলেল হনবনা থিরকয়ে। অতিয়া শিদবা খোইয়ুম খোঙারেল শাবগী মরোনা সনামহিবু খঙহন্নরোই হায়বগী মমাং য়ুং য়াংনা, মথা লৈথাদা মখোঙ থিকলেল নোংদা সোয়রে। অদুদা খোইয়ুম খোঙারেল্না অশীববু নঙদি কনানো হায়না হংলম্মী। অশীবনা ননাই ঐদি খোইয়ুম অপিশক্কী লুমলাবা অহনি। হে খোইয়ুম ইপা ও! ইনাও অতোনবদি কদারনো? থিবা খঙদে হায়রবদা, অতিয়া শিদবনা খুমই, "ঐসু থিবা খঙদ্রে" হায়না খুমবদা। অশীবা পুংলেলহনবদি অদুদগী লাকুনা থাগী মচাদা লৈরুরে। লাইখুরেম্বীসু লৈনুং অদুদা নুপী লাই নুরা ললমৈমা লাইনিংথৌ ওইনা লৈরুরে।

লাইগী চহি ১০০ (চাম্মা) শুনা লৈরবদা, মপা খোইয়ুম লাই থানা চাউবা খোঙারেল শাবদা শিন্নরে। খোইয়ুম খোঙারেল্না লাইখুরেম্বীবু নুঙ অহুম্মক্তা মমুংদা লোংহনি হায়বগী মমিং নুংসংরেল শাবদি লৈমরেলগী মশক ওইনা নুংখু শিদবা তানা চঙলকলে। লৈনুং লোনচা নাহানা তাললোয় শারে। নুঙখু শিদা নাদবগী মনাক্তা অনীমক য়াহীপ চাকচা তমনা ওক্লরে, অরীবা কোয়ে। অরীবদু তন্না মকু হুরে, লিল ওললে। খোঙারেল শাবা খোইয়ুম শিদবনা মীগী মশক শারে। অনীমকপু লিনবী-লিনবা কৌনা লৈরে; মমিং লিনবী শুরোল মরিনবী কোয়ে:

খোইয়ুম লাই শিদবা মপা মচা অনীমক্তা নুভুমু শিদবগা মথক্তা য়াওন কোন্না য়াহীপ চাকচা তননা ওকনরে হায়বগা লৈনুং অহুই অরাংবা হায়না কৌথিবনে। অমুগা লৈনুং লোনচা নহা অবাবা অদুদি নুমিৎ ওইনা ত'ইবঙ পানবদ্দা পুমনা ফাওনা ঙালহল্লে। নুভুডু খক্তা খোয়ারেলরে. নুঙ্গু লাইনিংথৌ অহুইবা কৌয়ে। নুঙনাং থকতা নাউপংলে হায়বগী মহাক পুমনাক ময়েক মরাং নাইরে হায়বগী নুংহুই লাবা অরাংবা কৌরে। মসিদগী ত্যাইপঙপান্দা ফাওরগে হায়না মখুল লেংঙলক্রে অদুগা খুনবারোক কৌএ। "লৈমরেল অভুবু মথুনা খাইনা লৈনুং লোনচা অরীবনা থিববু খণ্ড্রে হায়বগী মহো কৌএ ওই কৌয়ে। লাইরেল মাবু খঙনরে হায়বগী লাথং কৌয়ে। অশাইগী অরীবনা ফ'ওনারে হায়বগী লৈরোম পাং কৌয়ে। অদুদা মপা অরীবনা ঐবু হেন্না মপুক লোঙয়ে। ঐ শানা বানা কোকহল্লক্রে। খক্তা থৈনা বানারে হায়চনা নংথম কৌয়ে। নোংশানা লুমনাদরে হায়দুনা নুংসাংখাং কৌয়ে। অরীবগী বাবু তানা শারে। লাইরেম্মদা থৃমলে; ঐসু নঙসু থিরকলে হায়বগী মরোং খোং কৌয়ে। হায়না ঙাংনা শানরমলে. ঙাংখোংবা খাখোংবা কৌয়ে।

শাংনা চমনারে হায়বগী নাপৎ খোং কৌয়ে। অদু-দৈগী ইপা হায়বদি অসিদা খঙনারে হায়বগী পাখঙপ কৌয়ে। ইপা নঙহাকতি নখূল লোঙলমলে হৈরাঙ নিংগা চনুনা ইপা খঙলে হায়য়ে। য়োইনা খৌজালজেয়ে হায়বগী য়াবীরোক-ও কৌয়ে। লৈনুংদা য়াবীরোকনা থোকতুনা চহি ১০০ (চাম্মা) শুনা লৈরবদা. লৈনুংদগী লোক্লশে হায়না লোক্লক্লে. লিলবাউকা লৈবু লৈমরেলনা

য়াইবী লোকয়ে। লৈনুংদা অমুরক তম্না হনজিনখিড়না নিংথৌ ওইরুরে। অড়গী লৈনুংদা অতিয়া থোইমুগ শিদবনা লৈমাসুং, নিংথৌসুং, থোঙারেলসু মহাক্না শাবা মশেম্ন হায়ড়না ঙমনা ফারে। অড়দা পাথঙবদি লিন ওইরড়না নোংসুম ওইনা লোংখরে। থোইমুম শিদবদি লৈশৌপুঙদা তোকপা ওইনা লৈরুরে। শবা শানা লৈ থোঙ্গরে, নোংলুমদো কোকপিরে। নুমিৎ মুংবদা তোকপা থোইমুম শিদবনা য়েংববু উদরে। তোকপনা নুমিৎ য়েংবব, অদুগী মথৈ হৌনখি। অদুবু তোকপা পুড কোয়ে। পাথঙবদি নুমিৎতা চঙদুনা লৈরে হায়বগা নুমিৎ মচা কোনা লৈথিয়ে। অতিয়া শিদবনা চিংনা লাই কনাগুম্বনা খিবা থঙদরে। অদুগীবু পাথঙববু নিংথৌ থোইরুগুম্বা মপাল মরু খিবা থঙদরে। অদুগী পাথঙবা হায়না কৌয়ে। মমিংদি খিংখিংলেল তরংঙাং কৌএ। কুপতরেং সেনতরেং হাইকুপলেং চিরংঙাং. কংলাগী মথোল তরেংতা চিরেল লাংয়েল মথোয়দা তথুপ তরেংবা ফাবা মী মরু, মী মনিক হায় হায় হায় কৌয়ে।

পাথঙবা ফমপাললোল অসি থা তরামঙানি পানবগা য়েরুম তরেংনা শল্লাই তাংদা হুন্দুনা থুনু লৈচেং মানবা অনীদং নোংচুপ, নোংপোক থাদোকউ লেপ্না লৈপাক মরা চেংনা পানগদবনে। হে থাগেম্বা-ও অসি চেংলো। নবুথৌ থানা চাউবগী য়াথংনে। অসি থঙনা পানগদবনে। তারো, অসিদগী অতিয়া শিদবনা অশীবা পোংলেল হনবব, লাও হায়না কৌদুনা নঙগী নমিংব, পুথিবা কৌনা

নুমিত্তা লৈবা পাখঙববু নয়াদা উমনা পুথরকও হায়বগী মমিং উমলেল কৌয়ে।

পাখঙবগী মমিংঙ নোংদারেল পূম্না কৌয়ে। মমিং অসি খঙলবদি কোনয়ায় পু অহুমদং লৈরম্লে। নোংলোন হাং হোং খোং কারন্দা হুললো। লৈপাক মরা তপনা লৈমা নিংথৌ লৈপাক মীয়াম পুম্নমক পুন্সিরে। মফম অমা থোললে, তীনথুং লায়থুং কোকয়ে। লোইরম থাফমদবনে। পোইরের পুম্নমক অশি অনা লৈতেরে। নবুপো খানা চাউবগী য়াথংনে। নবুথৌ পাখঙবনা লমলেল থোকপদা লোয়নরকপা শাগে মশাংদি লাইগী নুমিং, থা, থবানমিচাক, নোংথৌ শিদবা, শজিক, খাবা, শাচুং তেলহৈবা, লিকথা শাফবা, চুংশেননুবী, খোংচোম নুপী, ওকপুরোই, তাউহুইরেং, মনি মমৌ শিন্তাকবা অসিনে।

মঙ্গপতি নুমিং, থা, শজিক থবা থবানমিচাক, নোংথৌ শিদবা মঙামক অসিদি লৈতেংনে। শাচুং তেলহৈবা; লিকথা শাফবা, চুংশেন নুবী, খোংজোমনুবী, ওকপুরোই, তাউহুইরেং, মনি মমৌ শিন্তাকনবী মসিদি নিঙোম্লে।

থবালমিচাকশিং মমিংদি ১। শজিক, থবা, থাদোন, থায়ায়, শচুং তেলহৈবা, লীক থা শাফবা, চীঙজরোইবী, চুংশেননুবী, নোংথৌ নাগা, নোংথৌ তুরেল, নোংথৌ শামু, শামু অপিশা, উংপাংঙা, মোইরাং শংগোল, লুবাং শংগোল, নালপম শংগোল, ওকপুরোই, তাউহুইরেং, তোংহেংনুবী, খোংজোম নুবী অপকও, করাও নুবী,

মনি মমৌ শিন্তাক্লবী, হাওরে মায়য়োংখাং, খাবা লৈত্তাও, শিনবী লৈনীং, য়াম্না খরোম। অরাই লৈমা মুকশন, ওমপিরেল অসিনে। অসিদি অচও অখোক নাইনা চৎলি। খবালমিচাকশিং থুদিংগক মখোঙ মরী পাল্লি। খোঙচংকী মতুংইন্না মখোঙ ৩—২--১ পানবা য়াওরক্লনি মরম কবি লৈবশীনো হায়রবদি লাইনিংথৌ করি করা লৌবা খোইয়ুম লাই অনী লৈয়ে। লাই অনা অদুনা কোৎচঙ চঙ বদগীনি।

খবালমিচাক মখোগ অসি খেবীকনা মফম খা [illegible] কোঙ্গবব, নবুথৌ পাখঙবব, কোকনা। [illegible] খন্নরে। খন্নবব, খোকপা ওমতদুনা নিংথৌ ওইবা ওনদরে। নবুথৌ পাখঙবদি লৈখারোল তবেংমক্তা অনুক হল্লিন্না লৈখিরদুনা কোনচিন তিংথোকপা কোনা লৈরুবে। অদুম লৈরুরিঙদা অতিয়া শিদবগা, অশীবগা অনীমক্তি মতম অদুদা নিংথৌ ওইবা গুঃরক্লে। অতিয়া শিদবনা ঐ নিংথৌ ওইগে হায়রবনা। অশীবনা থুমরে— "নঙগী খুংলদি করি ফবাগে" হংলবদা। অদুদা পাখঙবনা হায়রে 'ঐদুম অপানবা নিংথৌনি, ঐ ওইগে নহাক নখোন থাবিকনা ঐনা পীরে" অস্তুম হায়র্নরিঙদা। লৈমশিননা লাংই কুমদোল লোওবা লাইরাক কুমসোই দাম্না লৈগাক লেরোল তরেংকী মখোয়দা লৈবা লৈমরেলনা— "নখোয় অহুম্না করিগী নিংথৌ মুন্নরিবনো?" হায়না কৌরকু। মাগা মাগী থুংগু-থুংলাম্নব, হংলক্লে।

লৈমরেল শিদবীনা হংয়ে,— "অতিয়া শিদবা নঙগী থুংসু করিনো" হংবদা। অতিয়া শিদবনা খুমে.— "ঐনা সুবা থুংসুতি মৈ, ঈশিং, নুংশিং অহুমনা ওইয়ে" হায়না খুময়ে। লৈমরেলনা অমুক— "অশীবা নঙগী থুংসুতি করি সুবগে" হংলবদা। অশীবনা খুময়ে— "ঐগী থুংসুদি লৈ-পাক্কা নিংথৌগা ওইয়ে, হায়না খুময়ে। লৈমরেলনা অমুক হংয়ে,— "পাখঙবা নঙগী থুংসুতি করি সুবগে?" পাখঙবনা হায়য়ে— "ঐগীদি খৌরী কোঙকোয়, উতুপ, খেঙগু, খাঙ, য়োংসুক, য়োংহিং কলাং অসি খৈবীক ঐগী থুংসুনে" হায়না খুময়ে। অদুদা লৈমরেল শিদবীনা হায়রকয়ে,— "অসি ওইরবদি নখোয় অহুম্মকনা নিংথৌ মুন্ননিংঙাই লৈতে। অতিয়া শিদবা, অশীবা নখোয় অনিদি নোংথৌদা কাখিড়না লৈরু-ও হায়রবদা। অতিয়া শিদবগা, অশীবগা মখোয় অনীদি লৈমরেল শিদবীগী ময়াখং মতুং ইন্ন' নোংথৌদা কাখিড়না খাবা কাংক্রুক্তা থুংলুরে। খাবা কাংক্রুক কৌবদি পোরোম পুঙনে। মৈ, ঈশিং, নুংশিং অহুম্মকপু চঙখ্রে। থিংলেল কাই অতিয়াগা অশীবগা অনীমক্তি নুংবংননা লৈরে হায়বগী নুংপ্রং খোং কৌয়ে। পুক্লীং লাংতক্লনা মৈ, ঈশিং, নুংশিং অহুম্মকপু চঙখ্রে। থিংলেলকাই অতিয়া শিদবগা, অশীবগা অনীনা লোইনা ঙাংনরে হায়বগী মহৌ লোইরাং কৌয়ে।

অতিয়া শিদবগা, অশীবগা অনামক্তি পোল্লি পোল্লি-নরে হায়বগী পোললিরাং কৌয়ে। লৈমরেল শিদবীনা

অশীবা, অতিয়া শিদবগা মখোয় অনীমকপু থাবা কাংক্লুক তগী কুমলক্লো হায়না কৌরক্লে। অতিয়া শিদবগা অশীবগা, লৈমরেল শিদবীগা লাই মখোয় অহুম্মকপু চীঙঙ, খোইয়ুম শিদবনা মখোয় অহুম্মকপু ঐগী লৈখোং মথক্তা অহুমলক হন্না কোয়য়ু হায়না কোয়হল্লে। লৈখোঙ, হৈখোঙ পুম্নমক শেমলে। অতিয়া শিদবী লৈমরেলগী য়েংকি থাঙনে, অশীবনা ওয়গী থাঙনে। লৈমরেলদি মপুঙ ফারদুনা তাম্বোং ময়ুং কুইনা তাম্বোংলে। নুমিৎ, থা অনীমকসু থোকলে।

নোংছুম শঙদা থমলুরে। অতিয়া শিদবগা, অশীবগা অনীমকপু নুমিৎ, থা ওইহল্লে। লৈমরেলদি লৈবৌবক উম পাখিদুনা লৈ, ঈশিং অনীমক ফারে। অতিয়া শিদবনা লৈমরেন্দা হনচিলখিরে। পোংথুমগা মশক ওইনা খোরকলে। শক্তম অদু উবদা অশীবসু অগুক হনচিনখে পোংহনবগা মশক ওইরক্লে। অনীমক তিন্নরগা লৈমরেলগা ফমখোং ওইনারে। মথুং মখোঙ মরামক্তা। অমত্তা ওইরবদি পাফল শিদবনি।

পাফল্লা মরো শাদুনা ফমখোং মরামকপু কোয়না ভুম্না শারে। অদুদগা অতিয়া শিদবগা, অশীবগা তিন্নরে চারবগী ঐ কৌয়ে। পাখঙবগা, পাফল শিদবগা অমগা ওইনা সনানা য়াইগুম তাশীললে। অতিয়া শিদবগা অশীবগা অনীমক উনদুনা নুংপ্রংননা ঈকায়নরে। মখোয় অনীবু খোইয়ুম শিদবনা উনদুনা চায়রকলে। অশীবা নওদি

অনীমক উনজনা নুংপ্রংননা ঈকায়নরে। মখোয় অনীবু খোইয়ুম শিদবনা উনজনা হায়রক্লে। অশীবা নওদি লৈপাক্তী সেকনাংগী শোৱা ওইয়ু হায়ববু তারজনা পাখণ্ডবদি খোই য়ুম শিদবগী মখোয়দা চঙখিরে।

অশাইগী পাকনগী মথুং মখোঙ মরামক্লা লেপত্রেনা তৌবগুম য়ান্না লৈরে। অমুবগী নমানেং অশংবগী নমা- নেং, মরোল অহুম্মকপু খোইয়ুম শিরবা মহাক্লা পুখোক্লনা ফাওনা ঙালহল্লে থবালম্চিাক নিংথৌ শিদবদা খিনকং- লুবে। নুংশিংকি থুমদি অশংবনে মৈগী থুমদি অঙাং- বনে। ঈশিংগী থুমদি অঙৌবনে। মথা থংবগী থুমদি অঙাংবনে। থুম অহুম্মক্লা পাখণ্ডবৰ য়োমনা থমলে।

অজদা পাকন্না হায়য়ে. অশীবা অতিয়া নখোয় অনীদি মরোল য়ামলে, থিবা থণ্ডবা ঙম্নরোই, অজগী য়ামলোল কোএ। মৈমুং ভুং ঈশিংমুং ভুং নুংশিংমুং হায়, মৈমুং য়েং, ঈশিংমুং য়েং নুংশিংমুং য়েং অহুম্মক অসিদা তান থোক লেমথোং থাংত্রম কোরে। খোইনিংগুম নপনা ফারে। অজদা পাকন শিদবা খোইয়ুমনা নোংহুম শঙদা থ পুঙদা ফুমজনা থমলে। পাখণ্ডবনাসরোল মপুঙ ফাবা ঙাক জনা লৈরিঙৈদা অতিয়া শিদবনা থেবা ওন্দনা লৈরে। অশীবনা নোংহুম শঙদা য়াহীপ চাকচা নমজনা লৈরিঙৈদা লৈমরেলনা অশীবৰ নোংহুম শঙদগী পুরক্লনা লোয়রেন্দা ফাওররে। অশীবনা নুমিৎ তরেংনি নিংথৌ ওইজনা পাল্লে।

নুমিৎ তরেংনি শুরবদা, পাখণ্ডবগী হুই ওইরে হুইনা

থেবগী মকোক ওইরসনো। ময়াম্বা অশীবনা ওয় ওইরবদি কোকপা ওয়্যগনি হায়না নোংহুম শণ্ডদা মণ্ডানি কোম্রে। ওকশণ্ডদা তরুকনি কোম্রে। ওকথৌংদা নোংমা কোম্রে ইহন্দা তবা নীথোয়নি কোললে। লাইরুদা তরা হুমদোইান কোললে। লাইরুগী খ' থংবরোমদা তরা মণ্ডানি কোসলে মৈনীং থংবা অংদা তরা তরুকনি কোললে। ইনিং খোঙ-লমদা তরা তরেংনি কোললে ইমাং খোঙলমদা তরা নাপান নি কোললে বারংগাঙ রেপা পুণ্ডবা পাফান্‌ খোক্‌পা নুঙদাগী রাইনা মকোক থুইনা থোরক্লে চাংইথ লাইনা পাংবা নোংহুমশঙ থংবদা পাথণ্ডবা কোকলে।

অনীশুবা মতাঙ

# পোইরৈতোন খুন্থোকপা

ঙং হয়া হে লোকলায়ও! হয়ি লাই মরু শিদববু পুরুমজে। কোরৌ মালেম য়োয়মায়ায় লোইদাম্বসু পুরুম জরি। থাম্বী, লাইজ, মালং অম্মকপু হন্না হন্না পুরুমজরি। খোইয়ুম লাইশিংবু পুনেমবগা, অপোই মচানা বাহোংলকয়ে,—"হে নিংথৌ সেনবী থাগেম্ব। তাবাও বাকোমলগে। লুবাং নোংহুম শঙদা লেপাক কমদৌ হুমফু মরী শুনা কিনবম্ব তারো। মালেম লৈকোয়নুংদগা খোইয়ুম লৈনুং লোনজা পাথণ্ডবা চাঁওঙ লাইবু ওইনা পাললি। চাঁওঙ খোইয়ুম শিদবনা মপারী অশীবগী চেংলৌ মশক রেংনা নুংওরবগী পুকনুং মরেপ রেংনা নুংশিথিগে লৈযুবা

লোক্তবু নুংপাল শল্লাই লেপনাবা লুবাং পামিং-নবাবু ওইনা শল্লাই শিন্না লৈকুরগে হায়বগীবু অসাইঙৈগী খ্লাইয়ুম চীণ্ডু, ওন্দোহনখিববু অপুম্বী অরাব পানাহ্ননা য়োরবু কোলোয় মিংথোনববু লৈমা লাইখুরেম্বীও কৌয়ে।

অসাইঙৈগী চোয়নৌ লুপা চীংদা তেংনৌ য়োংপী ছুইরেল ওইনা মত্তোম থৌবনা নীংখলখিয়ে। খোইয়ুম কোলোয় মমিং থোনবু খমচিংকোল কৌয়ে। খমকোল ঐদি ইপন চেংলো শক উদবনা পল্লেম্বু মীংয়েং শানথৈ-জহুনা তাইবং নোংশা পান্দা থাদখিয়ে। খোইয়ুম মরম্বু ইনথাখিয়ে। মপন খোইয়ুম শিদবগী শংশঙ মথোং খাদা শম্ন মথুং লোন্না বাকংচখিয়ে। ইপন কুরু শিদবনা য়োংপী ছুইরেল ওইমা চীংঙু নংনা লৈবীয়ো হায়না বাকংলবদা। মপন খোইয়ুম শিদবনা পাউহোমলকয়ে,"পারীও! নপনঐবু খোইয়ুম উদবনা উরগনি। নুংখিল খোইয়ুম লাই ওগে। অহীংনা নমু পোংবু মীওইগে। পারৌ ইবীংঙা কোন্না উন্নসে।" অসি হায়না মপারীগী চেংলো শক য়েংনা নুং-শিখিয়ে। পুক্লিং মরেপ য়েংনা নুংঙনখিয়ে।

কোরো নোংমা অহিং ঈনুংয়ায় য়োরবগী ঈচিক ছুনবা মতমসিদা মপারীগা মায়োক্লনা চীংঙু মাগী শংশঙ কম্বাল লাংদা কমনা বাহংলকই,—"মালেম য়াংবী শিদর ও! নানম্না মালেম লৈম্না ওইয়ু। নপুক্না নোংথৌ ওমু। নপুক নরিলনা চাং-মান ওইয়ু। শিংলি ছাংলিনা য়াংলো লম্বী লমদাং ওইয়ু। ইরি লমদাংনা ভুরেল তাকম ওইয়ু। ভুরল তাকম

মরুম্দা মিক্লুপ ইনিল পীরম্মু। ঈরি ঈখাংনা লাইজ ইরও ওইয়ু। লাইজ ঈরংনা তাইবং চাদা নাউদা পুন্নমক্তা খোমলাং ওইনা পীথক্তুনা তাইবঙ খবায় য়োকউ। নপুক্লা নোংখো ওইনা শমু ককচাংবু হৈরাং নিংথিবা, চোইনা-ইননা তালা উথাপা, পামেল উরিংববু ওইরুও। চীংঙু অরুমবা খোইয়ুম অঙাইববু ওইয়ো। মালেম পুঙমদনা করম পাউকোখৎপনো? নমাগা মালেমদা লৈমিন্নোও।" অসি হায়না য়োইবু মশানো মুয়াম শাকোংবিবু লোয়না ঙাননা কোং কোং খোকহল্লে। য়োয়বু কোলোয় মমিংথোনবু লাইমা-ও কোনা লৈহল্লে। কোবা ইনুং-সোই লোইয়া তমন্না তমলোল ঙানগে। খোইয়ুম লাই-নিংথো নঙবু হান্না খুরুমহনগে। খুনবী শল্লাই হুরেংমাবু খোক্সীরমলো হায়না খোশিন্নবদা। খোইয়ুম কোবরেল অহনবা খমচিংকোল কোনা শমু মথুং লোন্না লাহোমজ-রকয়ে। খোইয়ুম লাই অচিবা, লৈনুং খোঙারেনবা অহান-বনা খমচিংকোল মপারীগী কোলোয় ময়াংবু তাবদা উনবী পুকনিং পিনা চীংঙু মকচাংগী খোইয়ুম কোনচিন তিংথোকপবু কোখোল্লগা মপারীগী চেংলো মশক য়েংনা পাউমেল্লকই,— "পারী অতোনবা! নংদি তাইবং নোংশা পান্দা শললাই খুবী হুরেংমাবু হন্না খায়রমও" হায়বা চীংচু ময়াখং তারবদা। মপন পঙেম মমানা মশানো অশ-ববু কোলোয় মগিংথোন লৈপুং পোইনাউতোন হায়না মগিংকোনা নুংশি পুকনিং পীবগী একলেল পুককম তঙনা

শমু মখুং লোমমা-শা কথচবিরে। "ইশানৌ পোইনাও-তোমসু লম কৌইনা পোইথোকপা চৎপা ভমবনিনা "পোইরৈতোন" হায়না মিংথোরকি হায়রবগী পলেম মমাগী ময়াথং মাংথকবদা কোনচিন তিংথোকপগা পোই-নাউতোনগা অমীমক লংখুং গুপ্পা তাশীন্নরে; লাংপুম ওইরে; মী মমতা ওইনা চোংথোকলে।

পলেম মমানা মপারীগা মশানৌগা অনানা ওইবা চেংলো শকপালথোং অত্তু ইশানৌ পোইরৈতোন হায়না কৌথোকলে,—"ইতৈমাগী ইশানৌ, মালেম লৈমায় থক্তা চত্তনা পূরূমও" অসি হায়বা মতৈমগী য়াংহং ফংলবদা। পোইরৈতোননা—"হে খোইমুম লাইরিংথৌ, লৈমুং থো-ঙারেল অহনবা ও, নদাইরেম ইতোম্মতা পোইরৈ করমনা থুম্বোকসিবনো ?"

অসি তাবদা, খোইমুম শিন্দবনা লিক্ল। পিসিন য়াই মরুগুম্বা অমদগী চনুরা নুগী অমগী শক্তম ওইনা পুখো-রক্লে। লৈমরেল লাইচং লাইয়াংকী লাইথুরেম্বী লাই-চত্তা য়োইবু কোলোই মমিংথোনবু "লৈনাওতাবী" শাওনবী অউবা তাইবও পুম্বা মাপুক হুবী শাওন মতম লোইরবগা লৈমা লৈনাউতাবী হায়না মিংথোনবীরে।

মশানৌ পোইরৈতোননা মালেম থুম্বোকহল্লপে পায়মা পিবুকনুংগী নিংথম্লবগী, লৈমুং খোঙারেল অহানবনা মশানৌ পোইরৈতোনগা, মশানৌ লৈমা লৈনাউতাবীগা

অনীমক্তা হায়রকই—"শানৌ অনীমকনা মালেম থুহোক-ভুনা শললাই থুম্বী তরেৎমক শন্দোক্লবা লম পোইখোক্লা চৎলকপদা, মালেম থুনফাওরবা শানৌ পোইবেতোন নঙ-হাকনা অতোপপা চন্নুরা অমগী মকমদা মিংয়েং শান-খৈছুনা নমি মিরেল অমা থনমলগা লৈনুং মপুঙয়ায়দা মালং চৈরোয়ননা হনবাইরকউ। ইশানৌ লৈমা লৈনাউ-তাবী নঙসু মালেম লৈমায়থক্তা অতোপ্পা নমি মিরেল অমা মিতমলমলগা লৈনুং মপুঙয়ায়সিদা মালং চৈরোয়ননা হনবাইরকউ।" অসি হায়না থোঙারেল য়াথং হায়থরক্লে।

পোইরৈতোম্না মানবী থুতপ্পা মুকযু লৈতোল কৌক্লে, "শিহবীও ইশাবীও! চরে ফিগাও শাক্লারিয়ে।" অচু নোংদা থোংঙারেন্না কোলোই বাহোমলক্লে— "লৈশেম্বা মপুনা মালেম শেমলকপা, লোয়মনা তাইবঙ শেম্বীববু পাংগে নীংথনখিয়ে। ইশানৌ পোইরৈতোন! নতে লৈমা লৈনাউতাবীগদি নবীঙা মালেম থুহোকনা লুবাং শন্নাইবয়েন্নও। হিংনা চাবা মরম চাম্নগা নিপাল, অমুনবা চাবা মরম চাম্নগা নিপাল নথোয় অনীমকনা মালেমদা য়েন্নম্নু।" মশাবী কোলোই তাবদা পোইরৈতোম্না—"হে ইশাবী তাবীরো! মালেমদা ইচৈম লৈমাগা থুহোকপদি কদৌনোংগীনো?"

"হে ইশানৌ! নঙদি লংমাই তেংনা য়িমগাদরিয়ে। অচু নোংগী নতেমা লৈনাউতাবীবু মশাবী ঐনা থরায়

থক্তা লৈহাপনা পীবীরে।" অদু নোংদগী মশানৌবু লাইয়িংখোনা কৌঙমলে,— "হে লৈমা লৈনাউতাবী! লাইরেল ছুমজাওবগী মযোমলোই-ও, পম্বো কোলোই ইননা কাওক্সরকপী লৈবাং-ও, খোইম্নম ঐগী তাললোয় অতোনবী নঙবু ও " চাঁওড়ু কোলোই তাবদা লৈমা লৈনাউ-তাবীনা ঙাংলোখাদা বাহোমজরকই ;— "হে ইশাবী! নয়াথং তাকপীরো নদাইরেমদদি ?"

অদু নোংদা খোঙারেন্না কোলোয় বাহোম্বীরে ;— "হে লৈমা লৈনাউতার্বা নঙগা, পোইরৈতোন খোঙকাং অতোনবা ইশানৌপা নবাংঙা পাংবাল ওইনা মালেমদা থুনখোক্লগা লুবাংগী পি-পা ওইরু, চাদানা থুম্বী শল্লাই য়েল্লু ও। তাইবঙ থুম্বোক্কুনা মালেমদা য়াংগোইমিন্নরুও।" চাঁওড়ু কোলোই তাবদা, লৈমা লৈনাউ তাবীদো ভুচুংলে। কোলোই বাহোমলে, খে ঙারেলগী ঙাংলোদ ;— "হে খোঙারেল! ভূবী নসোঙ চাউবা লাই-ও! কোলোই অহকপদো, কদোনোংগী তাকপিবনো? ঙাংলো খোগল কায়বা করি লৈঙমখিবনো তাকপিও?" অসি হায়না মোকপখিয়ে লৈনাউ তাবীনা। য়াবা মীকপখোলগী খোঙারেননা মশানৌ লৈমদা বাহোম্বীরে, — "শানৌ নঙগী য়োলবা করি লৈতেয়ে খমনুংদদি। হয়িপী মালেম লৈ-শেম্নবু পাংউ হায়ঙেনে। চিংনা পরৈ থাদোকনা শানৌ লৈরাং অতোনবগা থুনখোকলু ও।" কোলোই অসি

তাবদা লাইরেল হুমজ্ঞাওুবগী, মম্লোমমেয়োইনা.— "তুবী নগোও, কিনবা লাইনি, শরী পনদোম-লো নে

মশানৌ কোলোই তাবদা থমনুং খোঙারেম্না খৌহু নুঙবু চিকনা শরী পন্দোম লোমথরে,— "হে শ্যানৌ অনীমা তাও-ও, নবীংঙানা মালেমদা খুনবী শললাই য়েনবদা, খোইয়ুম ঐনা মীৎয়েং লাননা য়েংলোইয়ে। হয়ি মানা লেপ্পা উবিরীয়ে। খৌহু নুঙসুকনা বাথেসনো।" অচু নোংদা পোইরৈতোম্না বাকোমলকয়ে.— "হে ইশাবীও! তাবীও। ইতৈ লৈমসিদি, ঐগী শায়োনসিদি পম্লেমশিংদা চললেদো। পম্লেম লাংওল ওইংঙেদি শমু তুংদা ইনসনো। ঐগী লাংওন অচুমদদি ইমাং থাবী ওইজগে।" মাবা কোলোইসি তাবদা, লৈনুং খোঙারেলনা বাহোম্লীরে,— "শানৌওন বাশক পরে থুংজরো; মীৎয়েং কারন্নরবোই-গে।" অচু নোংদা, কোলোই অরেপ্পবু লৈতাফদবদগী অনীমকতো সনাগী কোনয়ায় তাবগুম মালেম লৈদা পুনেমজরে। য়াইফ পাউতাক পীহুনা খোঙশানজরো তাকপীরে। অচু নোংদা মশাবী মশানৌ অনীমকনা মপান শংসও মখোঙথাদা পুনেমজরবগা, পোইরৈতোননা হায়-জরকই;— "লৈনুং খোঙারেল অহনবা-ও! ইতৈ লৈনা লৈনাউতাবীগা, নশানৌ ঐগা লোয়ননা মালেম থুম্বোকল-গে।" নশানৌ ঐগা লোয়ননা মালেম থুম্বোক্লগে।" মশানৌ অনীমকনা মপন ঙাংলো থম্বাল লৈকা অনীমক

—ঃ( ):—

শোকনা খুরুমজরগা, ছাইরোইননা য়াংদৌ লমদাং শীংনা লাকপদা, পোইরৈতোন খাম্বী মৈরা অমা খুৎত পায়রে। লৈমা লৈনাউ তাবীনা খাম্বী মৈরা অমা পায়, মবীংডা খুনথোক্লকপনা অহানবা মালেমগী খুনফাওলকপদা কংলৈ পূভমায়য়োলগী খা থংবা মায়কৈ চবাইতা চকপী ঈরেল খোংচিন্দা খুনফাওরক্লে। অনৌবা রাহৈদদি লমলেল শুগ্ নূভথোভ হায়রগা খভনরি ইনিংথৌ।

নপুংথৌ নবেনথৌ অনীনা খুম্ভোরকপদা মালেম লৈমা শিদবী মখা থোংগা হনবদা লৈরাং খয়োম পোমজিবী মথক পূভগা থোনবদা খরো থম্বাল পোমশাৎনবী, পিকভক্লা থম্মোয় ফুকভম্বী মালেমনি। মালেম লৈময়োনগী লৈমায়দনি কোবৌ, লোইদাম অনীনা ছাল্লে। মালেমসিদি খাম্বী মৈশে মুৎথংলশে ইভৈ লৈমা” কোলোই অসি তাবদা, লৈমা লৈনাউ তাবীনা “হে পোইরৈতোন! অছুদি শরী পান্দাম লোয়সি” অদু নোংদা পোইরৈতোন খোঙকাং অভোনবনা শীকুম চিংডা কারসি, খাম্বী মৈরাংমিম্নসে” হায়বদনা, অনীমক্লা লোইবী চীথকতা কারক্লে। পামেল সায়বা মশা থেকলগা, খাম্বী মৈ লাংখিয়ে।

“সরীশো মালেমদা লৈবা চীঙভু লাইয়াম্না খভসনো। ইবীংভানিনা য়া গোইরকপা মফমবু পোইরৈসিদা মৈনা রাই, তাংনা শম্নদি রাঙম সুদোল ফাওবদা, পোইরৈ মৈভৈ লৈবাক কৌভম্নসে।” অসি হায়না খাম্বী মৈ লাংলগা অনীমক্লা লবাই কোয়রেন্দগী শম্লাং অমমম কোয়রগা পোইরৈতোম্না” হে ইভৈ লৈমা তাবীয়ু। লাংওল অহুম ভত্রিকাও পোইরৈতোন এবু পুকথা লিনথা থাগীগনো। শম্লাং অসিবু লৌবীয়ু। চরৈ ফিজীদা পুনবীয়ু। লাংওন অহুম ভত্রিকাওবদি মাঙহনগনু।” অহুম্না “শমলাংশে” হায়না পীনবা মফম অসিনা

লমলেল "সেরৌ" কৌরসনো হায়ডৈদা। কোলোই অসি তাবদা, লৈমা লৈনাউ তাবীনা কোলোই বাহোম্নকলে ইনিংখৌ—"হে শানৌ পোইরৈতোন ও! তাও, ইবুংঙো ঐগীগী শমলাংসিমা লৌশীন্নু" অসি হায়না লগ্নাই কোয়রেন্দগী শমলাং অমা ফোয়ডুনা পোইরৈ-তোন্দা লৈমানা শিন্নরে। পিবাং থরুপ হৌনদি হীক্লা হীক্লা বাহোংকৈ "হে পোইরৈতোন! নঙগা ঐগা কায়নগন্নুসি। নঙনা পুরকপা খাম্বী মৈসিগী কোলোইদি 'পোইরৈতোন্না খুম্বোকবৈ' কৌঙমসে। ঐনা পুরকপা খাম্বী মৈ অসিগী কোলোয়দি 'পোইনাউভানা খুনফাও মৈ' হায়না কৌঙমমো।"

খানিংবা হোংনদে। খানিং মিকোল অমা তৈবদি নযুবা চীঙ-খোঙ পোইরৈতোনবু কোনবনে। লহান নোং হয়ি চকতৈগী তাইবঙ ওয়না পাল্লমতৈ, খয়ুং তেননা পাললমতৈ, য়ারৌপানা য়ামমা ওইনা পাললমতৈ, য়ারৌ সাতোকপা, তোকমু মৈশাঙবা, লৈপূঙ কোইচাউবা খোঙলেল লমকান শাবু য়াম্মা ওইনা পাললমতৈ, বাবা চেঙডাচানা বাং-লৈ য়ুনসিনলৈয়ে। নোংতা চীঙখল য়াঙনা য়ারো শাবী য়াম্মা তোক-পা খুনবী য়াংলিশা লেরা আতোনববু খৌরৈ য়োং পুননা পাললমতৈ, য়ারৌ শাতোকপনা পাউহংখিয়ে। ইরোই বাপা চেংডাচা-ও! নঙদি অসি কোরৌ মুমিং অনদি কভাইদা য়াতাগবনো" পাউহংখিয়ে।

"হোয়দা য়ানা য়ারৌ শাতোকপা! ঐদি পুম্নম লাংমুম থকতা য়াহীপকে" হায়না পাউথুমখিয়ে। য়ারৌ শাতোকপনা খিংলৌ পলচনববু চল য়োললে। য়ারৌ শাতোকপনা "ইরোই বাপা চে-ঙাচা ও! অসি কোরৌ মুমিং অমদি কদায়দা য়াতারকপনো?" হায়না পাউহংববু। "হোয়দা য়ারৌ শাতোকপা-ও! লিরেল কাংফে থকতা নুঙপী লমঙাননা য়াতাগে" হায়না পাউথুমখিয়ে। য়ারৌ

শাগৎকপনা লিংখেল কাংকে থৌ শাবকে চানখ্রে। য়ারৌ শাগৎকপনা "হয়েই বাপা চেংবাগা ও! নঙদি ঐবু অনৌবা ডমনা য়ামা পুবা অসি কোরৌ সুমিং অমদি কদায়দা য়াউরগনো?" পাউ-হংবনু। বাপা চেংবাগানা "য়ামা ফরৌ শাগৎকপ-ও! অসি কোরৌ সুমিং অমদি লাংলেল কোঙয়াং হাউজান-থক, বাসা থককে থক্তা য়াহৌপকে" পাউথুমখিয়ে।

পোইরৈতোন লাইনাউতাবী অনীমনা সুংগী পালগী রারী শানা লাকপবু থা-রাং, নো চুপ মায়কৈ মরী, চালেম চিথেক নীপাল শুং ভাউ হারৌ কারন ওন-হকক লা ওই পুত্থা-নিংথোই, লৈরিবা লম কোয়না চংলকপদা, নোংপোক পলমু লৈনয়াই লমদা চীঙখোঙ পোইরৈতোম্না চীঙপুরোই শাইগনা লা ওল্লকপদা মতৈ লৈনাবু রা-ওইনরকউদা। মপারী মযোম অথোন সিংঙৎয়েন। মপারী চখা-খোং অহনবা সাকাং য়াইথাবা কাংদেন লৈনৌবা' লৈসং খেনথাযবা, ইযোম খয়োমরোল সুবাহল হুইয়ায় কোংতি মু অহনবী হাওচেং লাং-মৈবু শাকাবী, সিংভাপুং কিয়ান, পোইরৈতোন, লৈনাউতাবী অনী-মকী মচা মীপী, নিপা পুম্নমক অসে মপু মাগী মউদগী মশা অহুম লৈরিবা পোকপা, হিংবা অমা, নৌমানবা তাইবঙ লানবা অমা, অহুম অসিদা শাম্নরিবা শিক্ররবা মচাবু লৈমুং থবায় যেননা মপা, মমা শক থঙই হায়না অমুম হিংকৎহন্দুনা মমিং ওনথোক্তুনা অনৌবা মমিং অমা পোলবগী লাংওন শারী অমদি সুমিং চয়োল তরেং মমিং থোল-লবগী শাফম, থা ভরানীথোইগী মমিং থোল্লকপগী শারমদি "পোই-রৈতোন খুনথোকপা" কৌবা লাইরিক অমদা পাক-চাউনা লৈখরে ইনিংথৌ-ও!

মথং অসিদি পোইরৈতোন খোঙফাং অতোনবা, পোইনাউতাগী মরম্থু মথাদা হায়জরককে ইনিংথৌ।

# পোইরৈতোন খোঙফাং অতোনবা

পোইরৈতোন খোঙফাং অতোনবনা তনবা ওইবনা য়াওনা য়াংগোইখিবগী লৈনাউতাবীদো হৈনা মতুং ইনবা ওমদবগী বানা চংপদা অৱা হকচোকলে লাইখিংথৌ ও। মশানৌ লৈমানা খুলাম তোয়না কৌজেয়ে। পোইরৈতোননা শমু মমায়দি ওম্বোক্তে, য়ারাদি পাউথুম্মী "খোঙশাললকউ। ইতৈ লৈমা; য়োয়মায়ায় অঙালবা য়ুম চঙখিগদৌরে" হায়না হায়না লোইবী হেনবা কৌক্র চীংখোঙ য়োৗরকলে ওমপন্দনা লৈঙামহৌরে লৈমা লৈনাউ তাবীদি। পোই-রৈতোন খোঙফাং অতোনবনা লোইবী পালং কাখিয়ে ইনিংথৌ। অৱাং কৌব্রূ লোকচিন পানম নিংথৌ লোকচিনকোন, মেনতে নিংথৌ শারাবা, মেনদোং মেনকাই নুঙকায় চীঙ, পানবা কৈশি চীঙ, খোঙনাং ইন্দু য়াতেক চীঙ, খোঙনাং খাগা নিংথৌ মেনতোং মেন-তাংবা খোংলোল চীং, কৌক্র তময়ানবু য়াংলৌ লম্বী লমমুক্রবগী ওম-পললে। মশানৌ মতৈ লৈমবু য়ারা কাংনা খুলাম তোয়না কৌওমলে। হেনবা লোইবী লম্বী লমলোঙ মরী কাংবদা মতৈ লৈমদো "হা হা পোইরৈতোন নঙ মিয়ুংশি খঙদেদনা। ঐবু করি ওইহৌ হায়বনো? নহাকনা তাইবীত্রবস্থ পোইরৈদদি খংহল্লম্মু" অশুম তৌনা খুলাম তোয়না কৌওমলকলে। পোইরৈতোনদি হাওরৈ নোংচুপ চীঙগোন্দা খোঙশানখিয়ে। লোইবী চীঙশানা খুনখিবনা য়ারা খোনকম তাবা ফংখিদরে। তাংলৌ থরা থরা থেঙজীল্লবপনা অশ্ম নারল চল্লকলে। লৈমা লৈনাউ তাবীদি অকী তুজুং মাঙওয়নরক্লে। মীংম্না থম্বাল

—:( ):—

অনীমাদা লাইজ ঈরা চেললক্লে। কোরৌ থনুং নো খোংবগুম কে না কৌনা কপলকলে। কপ্পা কপ্পা মমশিন্নক্রবদা পামেল উজাও মরক্তু-দা লমগী শাদি ময়াম্না নিল লাউ-খোংবা হৌরক্লে। পামেল অচৌ-বশিং অহুনা মউনা হুকশাং ওইথরে। মশা মরেংনা মথুৎ ওই; মনাশিংনা শমলাংগুম ওইহল্লে। য়েংথি য়েংখিবা খুদীংদা শাঙ্গিং চাগুম উরকলে। হিংবা য়াইতনবা ঈকোয় কোয়রগা ময়ায়দা লৈব-গুনলে। লৈমা লৈনাউ তাবীদি পোইরৈতোনগা লোয়ননা য়াংলো লমশাঙ শীংনা লাকপবগী ঈ'ভেল চীঙগী লোকনায়দা লৈমা লৈনাউ তাবী মশাবী শংশঙ মমৈরায়, শাদৌ নাহে তমবা অব্রা শোনখে নীকখিবে। অসিমা তোপ-তোপ লৈখিসনো ইনিংথো।

অশোমমদি কৌক্র লাইয়িংথৌগা লাইপক খেললাই চোংলকলে। কৌম্নু লৈমা কৌদনা অহু নোংদা রাহোমলকলে-"হে কৌম্নু লৈমা-ও! নঙবু শাকি লানফি পুখোরকও। হকথং তা, তারোল তা, চঙ, থাং চংগোয় পুখোরক ও।" কোলোই মপাউ তাবদা, পুখোরকলে কৌম্নুনা কোলোই রাহোম্নকলে মবুংতোবু "হে থংলেল ইশাবী ও! কদৌ নোংগীনো তাকপী ও? কোরৌ মযুম চঙদৌরে তোকপা নারল চল্লকলে। পোইরৈ কদোম খোঙশানবীদৌরি?"

কৌম্নু কোলোই তাবদা, কৌক্র লাইয়িংথৌনা রাহোম্বীরকলে "পোইরৈ অতাম্বদা খোঙশাললোই; লোইবী তময়াদা য়াংগোইগে।' শাফি-লানফি শেংলগা য়াংগোই শামু অঙৌবা কৌরক্লে। শামু অঙৌবী য়ৌরক্লে। চীঙডু মাঙদা কুম্বে। শয়াঙ কম্বাল হাপচিল-লে। থুংগু থুংলায় থাংগংলে। লাইয়িংথৌ অশুপ্পা শয়াঙ থক্তা লেঙথৎতুনা য়াথং তাকপিরে। হেনবা লোইবী তময়াদা য়াংগোইরক্লে অশুমনা লাইয়িংথৌ কৌব্রুনা। কোয়না অশুম লাকপদা ইভেল

—:( )—

শোক্কী লাক্তোন্দা পামেল উবিংকাল ময়ায়দা পীক্রবী সুচাগী মাং খোম্জিলনা পল্লেম পম্তৌ কৈতুনা নিরপ খোঙ্গেল থারক্রে লাইরিংথৌ কৈত্রুনা পায়মা সুংদা নীংথম্লক্রে। মালেম লৈংশনলাকইভেদগী মৈত্রুং গী হৈয়া অসিদদি য়াব্রা নিকপাথোলবু কাদৌনোংদা তারকখিগ্রিংয়ে ... ঐবু অহলম মম ও রে হায়দুনা পাউশানরবাইনকো। খোইগুম কনানা খঙ্ল্লগ, খোইগুম কনানা শকখঙ্গে হায়দনা লাইরিংথৌ য়া গোই শামদ য়াথং পিবকেনি। অদু নোংদা শাম্মু অংভোবী তপ্প তপ্পা খো-শান্দুনা চাইগংলক্রে। লংদন থম বাংলিউভদা য়াগোইগী শংগু থক্তুগী লাইরিংথৌ কুমথবক্রে। থাংলেল চকুগোয় য়ানশিনদুনা চংলকপা মকমদা, অশাংবদনা লৈনা লৈনাউ তাবীদি য়ারো শাযান খো লাউনা চংলক্রে মনাকা। অদু নোংদা লৈনাংদা চৈপাঙ কোকইকায়ন। 'ইং পললেম' হায়না খোনফম কপ্পা লাউরম্লগা চংথারে। মতুং খোইগুম কৌত্রু অঙুপ্পনা হায়্ম সুক্তা লইশংমগী কোনাই নপাউখোল চমা পারেম্নবু অমুক তানা ফখিদরে। অমম্মা মাহল চনখিবনা সুচা ওইদনা লৈরিবা নকমম্ব থংখিদরে। খোইগুম কৌত্রু অঙুপ্পা তপ্প তপ্পা লেপ্তুনা য়া গোইরকপনা পানপা কৈসি চংগীদি লগী কমলোং ফাংবা লংদন চৌরক্রে। লৈনা লৈনাউ হাবীবু নীংয়ে পাইপ তারক্রে। অদুদা অয়াং কৌত্রু অঙুপ্পা লাই-রিংথৌনা পামেল উক্তাও অমদা লাংনা থুপ্পা লৈখিরে। খাংলেল থবা লৈরগা অমুক খোমলেন নিকপ খোরকশুম কনকুনা মীংলাং পাংখোরক্রে। লৈনা লৈনাউ তাবা মীংম্লা থম্পাল লক অনমাদা লাইজ তরক শিম্বনা কোরো থম্ভুং নোংনা খোংবত্তুন নিকপলক্রে। অদু উবদা কৈত্রু লাইরিংথৌনা কোলোই বাহোম্লক্রে, —"ইমোম লৈরাং শাকবী! ইমোম ওইবী নঙবু কনানো?" হায়না খোইগুম মপু

—:( ):—

চীকনা ৱাশকলে। মপা মচা অনীমা শরী পন্দোল লে'ম্নরে। মওমদি মুমিদাং যুংক ওইবকলবদা য়াংগোই শামু কৌবক্লে। "পূক্নিং শোং কিনা তৌগনো, ইমোম লাংলেল নঙবো। পম্খৌ ইপাগী থুনেং য়াংগোইনি। শয়াঙ থক্তা কাখৎলু।" অদু নোংদা মমোম কাখৎতুনা মপা মচা অনীমক য়াংগোই শামু তোংতুনা লাকপনা লাইরেল ফম-লাংমৈ সনা শঙগায় কোম্নুং য়ৌরক্লে।

শঙগায় শুমাঙ ময়ায়দা যাংগোই শামু থুতপা কুম্থরে। মালেমগী হেনবা লোইবী চাঙমায়দা কুমথরে, অনামক্তো ইনিংথৌ ও। লাই য়িংথৌ কৌব্রুনা মশাকৌ কৌম্নু লৈমাবু কে ডম্লে "হে ইশাকৌ কৌম্নু নঙবু মপাল লাংদা থোরকউ, লাকও। এনা হেনবা লোইবী তময়াদা য়াংকোইরুবদি থাবানা চামখম পাবে অমা লীক্লাং চোই-নদি লোইবী তময়াদবু তারময়ে, লৈনা নঙগো; লীকলাংসি লৌসি-ললো" অসি হায়না কৌডমলে।

অদু নোংদা মশাবী মপাউ তবদা কৌম্নু মপাল-লাংদা চেন-থোরকলে। অদুগা—"ইশাবী লীকলাংদি কদায়নো?" হায়না হায়জরক্লে। লাইয়িংথৌনা – 'লীকলাংদি অসিনি" হায়না পীবীরে মমোমতুবু। অদুদা কৌম্নু লৈমানা—'ইমোম অসিদি কনানো? পাচা শন্নাই তাকপীয়ু" হায়রবগী লাইয়িংথৌ কৌব্রুনা পাউথুম্নকয়ে "থমন্নুং পোংনি ইমোমশে। তৎলবা লীক্লাং মরুওম তারমলে। মাগী কোলোইদি লৈনাউ তাবী কৌয়ে। এগা শরা পন্দোন লোয়শ্রবনি। নমোম পোক্তে থনহৈত্রবনি। ইমোমগী কোলোই মমিংদি কোবে ওসি নোংদগী 'কৌবরোল নামোইম্নু' কৌগে হায়রবু টিংনবরা ইমোম-ও?" কোলোই অসি তাবদা এম্নু থৈনা পামক্তে" পাউথুমখিয়ে।

—:( ):—

কৌমু লৈমানা মনোম নামোইঙ্গুবু কোন্দুনা পুশিনবীরে। মমা মচ অনীমক পুনচেল তিন্ননা লৈমিন্নখরে। কোরৌ অত্থ নোংদম্বী কোলোই মমিং থোনবু কৌবরোল নামোইমু কৌয়ে।

কৌত্রু লাইয়িংথৌনা অমরক য়াংগোই শামু অঙৌবী শয়াঙ থক্তা তোংলগা মথং মথং পোইরৈ লম কোয়বকপদা, লংমাই চীঙশা খোংচিন পোরোক খোংচিন্দা লৈমুং পোইরৈতোনগা লমওক্লরে। মপন শল্লাই থুন মপানা—"হে লাইমী নঙবু কোলোয় নমিং করি পোনবনো?" হায়ন পাউহংববু লৈমুং পোইরৈতোননা "ইপন-ও! কোলোই ইমিংথোনদি লৈমুং খোঙফাং অতোনবা হায়না থোনবী-বকই।" অসি পাউথুয়বদা কৌত্রু লাইয়িংথৌনা লৈমুং পোইরৈতোন খোঙফাংগী লরাই লেলফুদা খুংনিংঙৌনা নমনা বাহংলকই। অদুদা পোরৈতোনগী লোয়নবা লাংবুম মশা অদো খোঙফাং অনী থোকনা শক মায়ন অমমম ওইনা লাইয়িংথৌ কৌত্রুগী মমাঙদা অনৌমক চপ মায়ন লেপ্পী। কৌত্রু লাইয়িংথৌনা লৈমুং খোঙফাং অতোনবা পোইনাও তোনবু পোইনাওতা হায়না নমু মহাকশংবু নমু পোং ওইন লৈহনজগে নীংবগী "পারী নঙবু তাইবঙ নোংশাপান্দা নমু পোংবু ওইনা পানমিন্নসে। নঙগী কোলোয়দি 'মুংপাল পাং-মিংনবা কৌনা তাইবঙ নোংশাপান্দা নমু পোংবু ওইনা পান্নো" হায়না নোংদম্বীরময়ে। অত্থ নোংদগী মুংপাল পামিংনবা কৌনা লৈহৌর তাইবঙ নোংশা পান্দা।

কোলোই মাঙহনখিবা লৈমুং খোঙফাং অতোনবা পোইরৈতোন কৌনদি লৈমুং মথোঙজীন্দা হনবাইখিরে। লৈমুং মপুঙয়ায়দা বায়-থুংলবগী শমু মথুং লোননা বাহোমজখিয়ে.—"ইশাবী ইবুংঙো লৈমুং পোঙারেল অহনদা থবারেদ-ও! চীঙঙু শংসঙ নয়াথংগী ইশাবী ইতৈ

—:( ):—

লৈমবু পোইৰৈ থুঙ্গোকসিনাহনখিববু শীঙ্গঙেশ অবেদ্ধা লৈরাং অভিং-ভাবু ওইরে। চীঙঙু শংসঙ মথোঙখাদা মাবু হলগাইবক্রী'গবরা হায়ন নশানৌ ইনতাল্লাক্লে" হায়না য়াহোমজখিয়ে !

---

মথক্কিসিদা য়াওবিবা লৈমুং মপুঙয়ায়দগী মতৈ লৈনা লৈনাউ তাবীগা, পোইৰৈতোন খোঙফাং অতোনবগা অনী অসিনা তাইবঙ নোংশাপন্দা নমু পোং ( মী ওইনা ) থোবকপদা কাযনবদগী কৌত্রু লাইহিংথংগা লাইনাউ তাবীগা থেংনখি। মতুংদা কৌব্রুনা লাইনাউতাবীবু কৌবরোল নামোইন্নু ওইনহনা য়োকলে। অদু গা পোইৰৈতোন খোঙফাং অতোনববুনা "নুংপাল পামিনবা" ওইহনা তাইবংদা মী ওইহনা লৈহন্নখিবা ওইনা লুবাং পোনবরোল লাইরিকনচিংদা অদীবদা য়াওবা থেংনরি। লুব্রাং য়েক শল্লংইগী মৈঙৈবোল মতুং ইন্নদি মথক্কা হায়রিবশিং অসি য়াম্না ওম্বনা থোকই অম্মা য়াওরি মতদি "পিযাইন্নুনা পোইৰৈতোন পোকই। পোইৰৈতোন্না লৈনাউতাবী পান্নহুনা শিংদবুং পোকয়ে। শিংদবুংনা শ.ম্না পুলেম্বা চনূ পানাহুনা অরোংগা পান্নিংগা পোকয়ে। অবোংদি থুমন ওইখিরে। পাম্নিংনা হুইমুলেং পান্নহুনা লুগাং থুম্বিবা পোকযে লুব্রাং থুম্বিবনা কৌবরোল নামোইন্নু পান্নহুনা লুবাং পুন্সিবা পোকয়ে অম্মা লীথুল চুয়া হৌবকফম শেংনা লৈরিবনি।

খোইয়ুম নশাবী থোঙারেম্না—"শানৌ নঙদি কন্না শোয়ন য়াওনা মালেমগী লৈমুংদা লৈবরকপনো ? কোলোই নমিংথোনবু লৈমুং খোঙফাং পোইৰৈতোন কৌশি হায়না মিংথোনবীরে; লৈমু মপুংয়ায়দা য়া গোইরে।" অসি হায়না লৈমুংদা য়াংগোইনা লৈহললে লৈমুংগী বাদি তোপ তোপ্না লৈখিসনো ইনিংথো-ও।

—:( ):—

লৈন্নু পোইরৈতোন পোইরৈতা থিবদি মালেমদা য়োয়মায়ায় লাইরেল ভাউভনবদি ময়ুম চঙগে ভোরবদা, মালং অহুম চিনবা, লাইক্ত ঈচিক হুন, পোইরৈ চি নম নম্ম ঈনে না লৌরাংখঙ ফুংশা মপাল কোবা পানবনিগিনা; মুপাল পামিংনবদি চানা তোংদম শেংনা. মপাল মুংওইনবগী মপন শললাই কপা কৌব্র লাইয়িংথৌনা পাউ-মেল্লকই,—"পারা পামিংনবা-ও! সম্বাং লাইয়িংথৌগী মপারী মুপান পামিংনবা-ও নঙনা থাংচীভ লাইয়িংথৌগী মমোমলোই সন-পোং হুইমু লৈমদা প.রী নঙনা লৈরাং রাউচু নিক্কবু কোকসেল মুকম হেন্না পোনবী লাবুম লংগুংগুমনা খোয়না লোলমুংদি শানথুপলো। অশাইগী মালেম লৈথল থোঙবু হিংহল্লবগী হিংদরে। কোলোই মনিং পোনবু মু বান খুম্থিবা কৌনা লৈদি বিয়ে।

পোইরৈতা থিবা পোইমউতান খোদকাং অহোনবলো কোয়-লা য়াংগোইবদা, খোইয়ুম নোংচুপ অদৈগী মশাইকান্দা বাযখুংখরে। খোইয়ুম ময়ায় হবপ লাইগী শঙগায় মা গোন্দা লৈখ্রে। পানবা খুন লাক্তা থম সনথোং লাকথোংবু ভাইগুম্না থাংলেল মাঙদা থমনা কনভগলে। পানবা মমীং অহুনা মৈরা থানগুম ভাল্লরয়ে। অহু নোংদা পোইরৈতোনদি য়ুমথুং ওইগে চঙলকলে। মুমিদাং তাং লৌ ওইবনা মৈরা থানবোই থল্লুরে। খরায় থোঙগান্দগী চঙলক-পনা শুমাং য়োঙমলে। খোইয়ুম শনথোঙ নিংথৌনা তনবা কনানো লাউরক্রে। পানবা খেকনা খোংলক্রে, ইনিংথৌ ও। পোইরৈতোন-দি কিবনা কোক ঈ কাখিহুনা মালেমদা হাইথনা ভাহুনা রাক্তখরে ইবুংঙো। পানবদা য়াখোঙ লোল্লচো পাউতাকলে।

কোলোই অসি ভাবদা মমোম হুইমু লৈমনা শঙগায়মুংদগী মথুংতা থাঙলেল অমা পায়হুনা থোরক্রে। পানবা কৈহু মরাঙ হৌনা

—:(  ):—

য়াথোঙ লোংগে চঙলকনে। হুইমু লৈমস্থ মনিল নাই, য়াইনী মমুং হৌরক্রে। পোইরৈতোম্মা মালেম থকা বাওদিতৈঙদা পাং-বনা শরাক তমগে থৌবাঙলকলে। চাকংাং নাইবী তোকানৌ থাঙলেল পায়, থাঙলেল উংনা লৈমনা হায়হোমলকলে, —"হে পানবা লৈবমমো কোরৈ ঙসিদি নংস্থ য়াইনী নোংমনগে।"

পানবদি লৈমা শকউবদা অকি ভুজুংয়ে, ইমিংথৌ। পানবা কৈবেল অথৌবদি মবুংদো নাক্তা তননা হুনখিয়ে। হুইমু লৈমনা পোইরৈতোনবু চেংলৌ শকতম উবকপদা পায়মা খোয়জভনা তিল্লাং খোয়দারে। লৈমগী কৈরা মতমপাক্তা পোইরৈতোনগী শমু কোকপু থাংগৎতুনা "ননাও লৈজবি ইবুংঙো, অকী পরৈ পূপা থাদোকপিরো" হায়না হায়জরকই। মুজা ওইবীগী য়ারা কোলাই মপাউ তাবদা, পোইরৈতো পানগী বাথল কংলক্লে। শমু মীংলাং অনীমক হেক পাওথোরকপদা লৈমগী চেংলৌ শক্তম শকউরকপবু পায়না খোয়জঙনৈ তিল্লাং খোযদারে। অনীমা শমু মীংফম হোংবা য়ানদে। চিক হৈক য়াথংগা লোয়নমা লৈমনা পাচা শল্লাই হংভবকই। অচু নোংদা অবোল হাহৈনা য়ারা মাতক ওইনা "খমনুং পোংনি" পাউ-খুনখি। হুইমু লৈমনা মখা তানা হায়জরকই, পম্বৌ শঙগায়-মুংদা য়াংগোইরসি ইবুং নংবু" কোলোই অসি তাবদা, পোইরৈতোম্মা হায়ঙমলে —"হে শানৌ নঙবু হাংলেল ভাইহাক্তদি ভাইখিও। ঐবু পুনা অমদা য়াংগোইখিগে" কোলোই মপাউসি তাবদা হুইমু লৈমানদি পায়মা মুংদা থল্লকই,—'পম্বৌবু সোঙকিনবনে। ঐনা তনবা মাবু পুদরবদি য়ারয়োয়' নীংথল্দনা, পোইরৈতোনবু মথুজেং পালোই লাকনা চিংলক্লে। পোইরৈতোন কিনা কিনা মপন পম্বৌ শঙগায় মুংইখিয়ে। শঙগায় মুং চঙলকপদা, মপন পম্বৌনদি-- "হে পারী,

—:( ):—

ইমোম অনীমা ! নবীংঙাগী নঙসি পরৈ খঙদেকো। ঈপাদদি লৌথুপ কিশি খমগনো অনীমা। পাচা শন্নাই হায়রমখো। অদুগা পারীগী কোলোইনা করি কৌবগে হায়বসু তাক্লমখো ?" মপন পম্বোগী য়ারা কোলোইসি তাবদ, পোইরৈতোন্না চীনগোয় পাউথুমকই ; – 'পম্বো ঐদি খমনুং পোং ওইজবনি। কোলোই ইমিংনা পোইরৈতোন কৌজেয়ে।

'অদুদি কোরৌ ঙসিদি কোলোই নমিং অমা থোনবীগে। য়ানিংদবা লৈরগা তোকথোকও।'

পম্বো কোলোই মপাউ তাবদা, পোইরৈতোন্না চরৈ কিগাও শানা য়াজখিরম্মী। অদু নোংদা ৼপন পম্বোনা নোংদম-লকই ;— 'পারী ইমোম অনীগী পুকচেলদো উবগী পনখো ইপানা কোলোই নমিংথোনবু "পামিংনবা" কৌবীরগে। পারী নঙনা পামগ্রবসু তোকথোকও ইবুংঙো।' পম্বো কোলোই তাবদা পোইরৈতোন্দা হায়জৼকই,— 'পম্বো·ও ! নপারী ওইবা ঐগীদি থোইনা য়াইফরবনি।' মতুং তরা চামিন্নবে ; ইমুংদু সোইয়াইরে। ইমুং কোরৌ ভান্নগা চীঙঙু লাইবাউ তাকলে। কাওজ লল উনদনা মরাল লুহোং থোদোল লোইরে। অদু নোংদা হুইমু লৈমগা, মশাবী পোইরৈতোনগা খোঙলোর মান্নরে।

———

মরিশুবা মতাঙ

# নুংপান পোনবী লুৱাওবা পোকপা

নুংপান পামিংনবদি তাইবঙ নোংশা পান্দা সঙ্গোং লাই-য়িংথৌগী মমোমলোই হুইমু লৈমগা থদাঙ চক্লা লুকলেল ফাংনা পানমিন্নরে। লোইদাম থাজ কালেনগী থাপুঙ থানিল য়ুমশকৈশা সুমিংকী মুংখিল য়ুথক লানখিবা মতম, কোরৌ হনবনা নোংচুপ হেনবা লোইবী মায়কৈ তম. য়াইবীরেলদি শিদবা নোংদম থৌদাংথোল তুংইন্না কেরৌ মশেক থাংহনা নোংপোক নোংলেল লৈহৌ চৌঙ, উযুং পানসং শেকয়েবা, কোরৌ মঙাল শমবদা, পামিংকিদি মদাইরেম হুইমু লৈমা মরুপ্পী, তনবা ওইবা নিপানা লোইদাম থাবুম অনী পুরম্বা তাইবঙ চান্না অহুবু মশানৌ মোমন্নু মুজ ওইবী মানা অমুক লৌজরগা মোমন্নু মগী থোয়জী থাদা মিহুল তম, লাকলৌ ফিয়ান্দুনা থাজ মথং মথং লান্নকপনা লোইদাম থাবুম তন্না মপুঙ ওইরক্লহনা রাংগোল শঙকুমহনা মপারী অমা নৌনা শাংলকখি।

মপারী নাউৱা ওইবনা তাইবঙ মপাল-লাংদা ফাওরবদা চকপী লমলাং অমাইবা, অমাইবীশিংনা নাউৱা অঙাং অহুগী নাউকনদা থৱায় মিরেল শমবা অহু তৌদনবা নাউকান্নামদগী নাউৱা অঙাংলোমদা অহুমক হন্না শীংনা নানশিনবীরগা, নাউৱাগী থোয়রী লিনশাং ককলে। নাউৱা ওইববু লাইজ ঈশিং অরুবদা অমোংপা থুনাম নাইংশিং শেংদোকুনা ঈরীক ঈশিং পক্লম্বশিং তৈথোক্লে। অহুগা পারী নাউৱা ওইববু পমথংতুনা "ঈপা মচুম তারো, ঈপু মচু তারো, সুমিংনা কারীঙৈদা কাহৌরো, থবীনা

—:( ):—

চাউরিবৈদা চাউহৌরো, বাংডা চাউরো, কললো, হৈরো, শিংঙ, কোনশা লাবা তিং তিং" হায়না চোংনা চোংনা অমোংপা পুন্নক শেংবীরগা পশ্নৌ পোকপনা 'পারী নাউরা অংকো নঙগী মিংলেলদি "সড" কৌএ। হায়না মিং থোনবীরগা, অথুম্বা থোইহি পুমলোইরনা থোয়াং শইনা পীথক্রা ইনবীরে। রাবা চেংঙা নাউরা অঙাংবু লমলাং মাইবী পোংলাকপীনা লাইজ ঈশেংলে। নাউরা ঈরু মায়ভাবা লেইহৈবগা, মাংগোল ফমেল য়ায়দা থমমী। মতম অদুদা মপারী নাউরা ওইবনা মায়কৈ শুদায় তাবা কোয়য়েং থেংলদনা লেপ্পা হৌগংলাক্রে। মপারী নাউরা ওইবদি তননা কেপথংলক্রগা মাংগোল থেনজ, লাংদগী পন্দনা শঙলেল হাংবা লান্দুনা লোইবী থেক্রুন চাউদোল তম্লক্রে নাউরা মানা কাথিনা থোঙলম তুথুন ইননা পোইরৈ কাংবু হৌদুনা নাউরা য়েংনা থিরুবা কোরৌ শীংবু মরীনি ওতিল্লক্রে।

পোইরৈ হুপনা থিব মথৈ কোয়থি থিরুবদা নাউরা মাবু মকংদরে। নাউরাগী নতৌবু ঈমতিংঙু নিংথৌরেলগী থৌদোকপু হংগংতুনা পাউদমলুরে। কংলৈ মপু পিবাস্থ পাউবু তাবদা সনা পুক্নীংদা চনীং তাডমদা, থোইব্লুম কনাগী নোংদম্লো" হায়না থনখিয়ে। কোবৌ শীংবুম তক্লক্লি ওরকপা নিংথৌকাবা নোংজাগী ঈন্নুং তৈনা ঙাল্লকপা মতমদা লোইবী শীংনা লমথোক্লা মীৎয়েং শানথৈরুববু রাবা চেংঙা নাউরানা বাংগোল শঙদগী চাপোক শংলেল মুংদা চঙলক্রে।

পারী নাউরা ওইববু পললেম হুইমু লৈমগী ফৈরা মতম-পাক্তা লৈরহুনা পল্লেমগী থোয়াং তাচিল ঈনৌ হনববু, থোয়াং মায়য়োক্লরকপদা, পল্লেম হুইমু লৈমদি পায়মা পিবুক থৈনা

—:( ):—

সুংগুনখিয়ে। কোয়ৌ অদু নোংগা মপারী নাউবা খিনখিবা পোইরৈ হুপ্পা হলগাইরক্লুনা মপারী ন উবা ফংদে পাউত্তাককে হায়না পল্লেম লৈমা নাক্তা চংলকপদি, পল্লেম হুইমু লৈমগী ফৈরা মতম্পাক্তা নাউবাবু খোম্লাং মায়য়োক্লরম্বা উনরকখি। নাউবা মতৌ মওং অঙকপবু শকউনরকপদা পোইরৈ পূম্বা অঙক হৌ, অকি তুজুং পোক্লখিয়ে। নাউবা মানা অত্থুম্না হলবাইরকপতু উক্লবদগী কংলৈ পূঙমায়োলগী মীয়ামদা পাউদম্লে।

মৈত্তিংঙু নিংথৌরেল কংলৈ পিবা নোংদা লাইরেল পাখং-বনা নাউবানা খোঙশানখিনা কোয়ৌ শীংবুম তক্লকনি শুবদা মদোম লাক্তুনা পল্লেম মমাগা খোম্লাং মায়য়োক্লরে হায়বগী নাউবা পাউবু তাবদা মৈতৈ লৈমা মরুম্বী লংইস্নাগা, অশায় অশমশিংগা লোয়ননা খোঙগুল্লক্তুনা থুংলরে। মপারী নাউবা ওম্লোকপা মতৌবু মৈত্তিংঙু পিবা, মৈতৈ লৈমা লাইস্না, পোইরৈ হুপনা চঙনা য়েংনখিয়ে। কোয়ৌ নোংজা তক্লকনি শুবসি খোরম পূম্বা লাঙথুনা য়ুপাল হৈশোয় থাবীরে। মতুংদা ঈপাল খোরম লোয়্ন-বদা পম্থৌ সুংবাল পামিংনবনা মপারী নাউবা য়েংনা পাউ হোম্লকই;—“পারী নাউবা শংফবা! ইপা য়ুম্বু লিংনবা, পল্লেম য়ুম্বু ঙাকনবা, ময়ুম লৈপাক পূম্বগী য়াইফ খোরম পুনবা, লূবাং শম্লাই শম্নবা, নোংবাল ময়ুম চাউননবা তাইবঙ লকতা শাৎল-ম্লেদো; লূবাং ঈবু শম্লরেদো। পারী নঙগী কোলোই নমিং-থোনবু হেনবা লোইবী কাথুনা চাঙখোঙ চীংয়া পূম্বা চৎতুনা খুনফম পূম্বা লৈকোয়্না চৎনা নাউবা নঙবু থিক্লরে। খোরম অসিবু কাউদনবা, পোইরৈচা খুদীংনা খঙহৌনবা নাউবা লূবাং খুম্থিবা কোলোইরগে” হায়না নাউবা মিংহল তম্ববু পোইরৈ

—:( ):—

হপনা তিনবনা, লৈপাক হপনা হরাওবে। নাউবা কোলোই মমিং থোনবা লোইরবদা কংদে পিবা হনখরে।

অচু নোংগী কোরোদা হুপান পামিংনবনা উনবী হুংদা নীংখনখি—'মকম অসিদা খুন্দাবা নাউবা লাংওরকপা অসিদি মতো লাংওন অমা ওইখরে। নীংবা থৈবীকপু তানকংলোই। মকম অসিদগী মুমতোং খুনহোং অমদা তম্নগে' পায়দা হুংদা নীংখনা মদাইরেমদি চিনকুমোংদা লাইতোংলেলদি চিনখুনী মতালোরবু পুহনা আরোং ঙুকপ লোপননা হৌ লাংলোই লম্বহন্দা খেবগী মাইখোরহনা খোঙগুমহনা খুন্দারে।

মোইমায়াম অঙানবা লাইরেল তাউতনবনা মোংবা মমুম চঙলকপ, মালং অহনচিনবনা লাইজ ঈরীক হনবদা পোইবে চীঙনম নমনাইনৌ, চানা তোংতন লেংপনা মপন শন্নাই খুনম'বা লৈরাং মাউচ্ নিকপবু কোকলেল নুকম হেন্নবা; পোনবী মলুং লাংগুমা খোখমা হুংদা শাহুম কোলোই মীংলেল তোংববু হুংপান পোনবী লুবাওবা হাওনা কোলোই মিংথোলদে।

হুপান পোনবী লুবাওবা অগাও মরেপ ফারক্লে। কুমজা কয়া ওনক্লবগী শাংবা মঙম তমচরে মদোম নীংখলজওক্লে;— পাখং লাংচেং ইনখোক্লক; মদোম পাশে ই নিকপবু হুরা তাইখোং লানিককুম; মপ হাঙনা শন্নাই লেপ, উনপী হু দা হুংখনবা মদোম য়েনলাং খোংম্নোক; মালেম খুনকং লোইকগে। তান্নোই তুইব খঙনবা নোংলাই তেংনা ধুমগানা; মমাল কাওজন লুহোংনা, শন্নাই মুমদিন চাক চানা পানকরগে" উনবী হুংদা নীংখননা মবালম্নায়রদগী খোংদোয়রকপনা অবাং কৌএ অম্নম কৌবা চীঙলেলদা থাক-খুংলরে। হুপান পোনবী লুবাওনবু কৌবা মপু নিংথৌনা চেংলৌ

---

হৌ লাংলোং—লোং মথাদগী খোবান মখেগী লন্দ কৌই।

—:( ):—

মীংথিংনা পাউকৌরকই, পারী নহাকপু পোইবৈ কৈদা পানবা; প.ন্থী কনানা পোকপা; পল্লেম কনাগী মচানো ? কোলোই নমিংনা কৰি কৌগে. "পাদা কোলোই শেংনা পাউথুমও" হায়না হংখিয়ে

অদু নোংদা মুংপান পোনবী লূপাওবনা —"হোয়দা মপু-ও এশাক্তি মুংপান হোৎনেম লূবাং খুদ্বিবগী মপারী পোনবী লূবাও ৰনে" হায়না মপু নিংথৌজা পাউতাকললকপবু, কৌক্র লাইয়িংথৌনা —"মাকলোরেম-ও ! নহাক্তি নাউবা অচাংবু ওইবনা চেংলো নচবু শকথচদয়ে। ইচাই তাইবং চানবু ওই, হোৎনেম লূবাং খুদ্বিবদি কৌবা ঐনা মথওয়ে। পাব পোনবী লূবাওবা নচবু তরা লামলিনি। তরা লুকোই নথেল খিল, তরা চ'কপু পীজনবা পোখামী। কৌবা মপুগী মামোয়োই পাল্লগীনা মীওইনী নূরা মেলোং খুৎসাবী কৌবরেনদি নামোইগু সাংদে তাইন্নবীতুবু চেংলো মীংথিংলবগী তরা খুৎপুমতোংতমদা মপন পাল্লন মসাইকোল পান্থী কাদা য়োননবা পোনবী হনবাইরক্রে। মুংপান মবাল য়ায়বু থোরগা মপন কাদা পাউমেজলে।

---

মণাগুবা মতাঙ

# পোনবী লুৱাওবগী পাওদম

নোংপান পোনবী লুৱাওবনা মপন পালেম মমা লুইমু.লৈমা-অনদি পন্থৌ লুংপান পানিংনবা হোংনেন লুবাং খুম্বীবা অনিমক্কী মকমদা পাওদমলে। নপান্নী লুব ওবা ঐনা খাংভাংহাল লেকাই-পোইখোকচকবদা উজরকপা লম অমাং কৌবা মচীংলেন নোংথৈ ঈলিক পোক্লচীঙ ৱালোই সামু খোকপলম ভেকপী ওকচা পোকপা লম নোংখৌ মভোন ভেমসিঙবা কোরৌ ৱাংবা ঈসং কা লিনকু লাইজ য়িপোকপা লুংকাও কান্নুপ থাবা লম ॥

লাই সিদবনা সায়োন ভরেং ওনবা লম চান্না ছৌবা কোল্লাং লোইবা নোংখৌ সমারেন কসা পাওভাক হৈবা কোরৌ থক্কা থোদাবা বাংবন থক্কা ৱাভেম্বা থাগা লুমিংকা লাই মমিংগা কোল্লবা সায়োনব অমাং কৌত্রু নোংচুপ চীঙ চীঙতোন মাপন লোঙগা চীঙ চীঙমাই মাপল পানবা চীঙদা কৌত্রু অচিবা কৌনা লেরিবা চীঙতোন মাপলগী চীঙমাই মাপলদা উমং মাপল থম্বীরিনা চীংজুবা লাইগী থুকম লিংবা নোংখো মউ লিংলিহৈদ ঈরিক মাপল থাবী-রিবা মুংবিরেল সিদবা খুনানরিব নিনাং নানবা খুনেংনরিব হায়-চিংকা হায়কাহিং কৌত্রু অচিবা কৌনা ল ইরেম্বী কোসম্নু অসীবীনা থোগল তৌরিবী কৌত্রু লাইনিংথৌনি ॥

ঈংথৌ ইপু কৌবয়েন কৌবা লৈমচা কৌনু লৈমচা ককথাই কর্ণখিনা সংলৌ মাকাম্বা ভেকপী চীঙনে, ভেকপী থাপুক তাংলৈ চীঙ মনাই ভাবা ইয়াই পনচল লম সেক ৱা তাওদনপুঙ সেনচীঙ চীংমুংপোক চীঙসা নাপোম ভরামম্ভা পানবনু খুনেংনবা য়োংঙয়াই

—:( ):—

লৈমা থুন্দো হাববা ঈজিক মপান থাবা নোংখৌ মঙ লিংবা ঊক্রুক ইরিবা রাওক্রুক ঈথাবা কৌব্রুলাইনিংথৌগী খুতএদি চীঙতোন্দা. কৌব্রু অচিবা লাইনিংথৌ লৈবনে, মনাক্তা পুম্রি লাইকোম অমা লৈপনে, মুঙগী মুবন; মাক্নোক লৈপনে, কোম লগপ্পা খেবোং অমা গৌপনে নোংচুপলোমদা নোংথৈ কোক-চাই চারিক মপাল হৌপনে. নোংপোক পাংবা মুঙ অমা থারি-বদো মিয়েন পোবয়ানকয়ে, মনাক্তা লাইথুন অমা লৈবদো ঙাহোকপনে।

অতুগী অথাং পাংবদা মুংতাও অমা থারিবতু মমু থোকপা মুথেবে মমিংদি পোকপী লৈসামু কৌয়ে॥ অতুগী মথা পাংবা মুং অমা লৈবতুনা ওক পোকপী মুং কৌএ॥ অতুগী নোংপোক লম মতোন অতুগা অতুদি নোংথৌ সরারেনগী ফম্বানে॥ মতোন্দা ঈসিং থোকপনে॥ চিংথৈ পাঙবদা মুংতাও কালতুপ অমা থারি-পনে। মুং অতুগী মথক্তা ঈসিং থোকপনে॥ ঈসিং অতুদি চিংগু পাঙলবগী লুরাই লেকুগী ঈসিংনে॥ নোংথৌ সরারেনগী মমিংদি নোংথাক্লেন নোংনিংথৌ কৌএ॥ পাখংপনা মুং অমা লৈপতু থুম্ব পোকপা মুং কৌএ॥ মনাক্তা মুং অথাংবা অমা লৈংতু য়েয়ে হান্নবে পোকপা মুংনে॥ কৌব্রুগী মমিংদি মফিংলেন মিপোকপা কৌএ॥ মমিং অমদি কৌরেংচেং কৌবনে॥

অথাং কৌবা ঈমক, অথাং কৌব্রু অম্বমা, খোইমু লাইয়ান মুম্বা অহানবা, নোংহৌ মরু লিংবা চীঙ চারথরকপা লাইজনা ময়মা চোলনা পানকরিবা ইঙু চাংখেৎপা ইঙু চাংদম্বা মুকমু থলনা থারেনবা লায়রা থদমা মাতেম্বা কৌবা কৌব্রু ঈরেং ঈথম নরমথৈগী লাইরি থৌনে॥

—:( ):—

অহানবা কৌক্র কৌত্রিভৈদা অমাং কৌক্রদা খুম্দা অহানবা অ্খোয়বা লাইয়ামগী নিংথৌলেন লাইয়িংথৌ ইবুংঙো সেনত্রে লৈ-নিংসাগী থিয়েন উংলৈ চীগুগী লমহৌরকপা কোয়ৌ মুমিৎ সিংপুম তরেৎমকপু হুইবিরকপা লোইদাম থাজ তরানিথোইমকপু হুইরেন য়াই পীরকপা. মিকুপ নাহুম পুডজা থেনতোং পুম্নমকপু মউ লিং-নীরকপা লাইয়িংথৌ চিংডু ময়োই নাই নরি লিতিন্নরকপগী নিংথৌ ফম্বান চিংদা থিরেন উংলৈমুংগী লৈহৌয়াইমক অহানবা অতিংঙা কোমুং য়াইবিরেনগী হুমজাও নবা, খোইমোম ময়োইনাইবু হান্না ঈরিক মপাল থা নোংথৌ মউ লিংবা খেউ খোকতাংবা হৌরি ৱাঈ পাঙ্খংলে ॥

তকপ তরেংনা লৈবা নোংদোন লাই লৈপাক উং কৌবা অকনবা হুংসিংকী মরক্তঃ লৈবা চীংদগী হৌরকপনা মালেম লৈপাক্তা সান্নরবা লাইয়িংথৌ মুমিৎ চয়োন তরেৎমকপু থাইনা সেম্বীরকপা খোইমুম লাই পুম্নমক লিতিন্নবা লাইয়িংথৌ মাগী মপাং মতুংইন্না লোইনরকপা খোইমুম লাইয়াম পুম্নক্তা কৌক্র চীঙ কোমুং দা মা কম্বান থিবদা উংলৈ কৌবা মুংসিংকী মমুংদা লাইলৈপাক কোমুং লৈরমলে ।

মালেম লৈবাক্তা য়াইমক ওইনা অহানবদগী হৌরগা লাই লৈপাক কোমুংদা মতোম পানকবা লাইয়িংথৌ, থরাই পানলকপা লাই মী অথোইবা পুম্নমকী মুমচাউ ওইনবা লাইয়িংথৌনা লোইন-রকপা লাই মীয়াম পুম্নমকপু মাঙ থানা অহানবদা থারকুনা ঈরিক মপাল থাই নোংথৌ মউ লিংই হায়বদি ঈলিক থরায় অপীকপা অদু থারবদি নোংথৌ হায়বদি হুকসাংগী মউ লিংথৎলকই হায়বনি লাইয়িংথৌনা ॥

থৌদু মুংগী মুংসুম্বা থৌদু মুংনা কাংথোন সা সজাই য়িক্ষ লৈতেংবা কৌবা মপু মসাইকোলখানলৈ ঐখোই কোয়ৌ নোং নপাবী

ঐনা খাংঙাহোল লৈকাই পোইথোকচক্লবা চে'গৌ মিংথিংপী অনা লৈ.হৌএ ॥ কৌবামপু মমে'মলোয় কৌবরোান্দ নমোইমু পা'ইমা ঐ মুংজংলে তিলাং ঐনা .খাইগারে ॥ ভালোই তুলাং চম্লনবা য়েন-লাং থোরাং ডম্বীও, থুমচি কাকফৈ থাংবর' মুম্মাং উরোং থিল্লব্রা, পামেল উরাই হকথ্রবা পাউহংবীও শস্তৌনা । নপাব়ী লূপ্নাং ঐহাক্কি পাথৌ ভাইরোইনবীও ॥ অস্নুম হায়বা প'ও:মনথোল মপারী চিন-কোঈ তাবদা মপন হুইমুলৈমা পলেম মমাগা, মু.পান পামিংনবা হোংনেম লুব্রাং খুন্থিবা পস্থৌ পোকমাবা অনিমক্লা নাপ চিক্লা য়া তাম্লহুনা তৌগদবা মরম পুম্নমক ভাংনহুনা লৈরিভৈদা ইমুং লাইরেল সোয়না। তৈরগা লোইয়া তংলোন ঙানবদা মনা সম্বোং লৈমনা মাগী লোইনবী হৈরোম নিংথৌ চম্লু লাইম্নাগ', অমদি লাই মুরাসি গা লোইননা মোমম্ল মুজা লৈতে হৈ চোইনৌম্ন' পুনগুম্না তাউজিং হৈরোং পাল্লিবা তক্ষ' লিক কোঈ থিনগুম্বী থিকলেন চাইজি হেল্লবা সেনবি ব্রাংয়োক তম্লাকলৈ হৈরা' অসং খংবোক তাউজিং অমুন খল জিল হৈরাভ সীংঙেল হৈনমদি নিংভমদবা হৈননা মু সি মনম ফাও-রবা ভাউজিং খুফাং নাইবা সীংঙেল চরোং অচুম্বা হৈরাং শকহেন শেমহুনা কৌবা মপু ংহক্কী চাহোন পুম্ব। পুরগ। থেমচংনবা থোম্লাং লোইহুনা সীংঙেল চরোং অচুম্বা তাউজিং খুংফাং নাইবা হৈরাং শকাহেন পুহুনা কৌবা ংপুগী চাংলেন্দা ব্রাংখুংলে ॥

সম্বোং হুইমু লৈমা অমদি কংলৈ লাইম্না লাই মুরা পুম্নমকপু উবদা লৈমা সাবু সা'থৈবা, কৌবা মপু লৈমাবীনা চথোক্তনা পোইথোকপা করি পাউবু লৈবনো ? খোয়নৌ বারম করম্বা তাকপীয়ুনে ইতালোই ॥ বারম অস্নুম হায়হুনা চানপৈ ফান্দেং থারগা লৈমা অনিমক ফম-হঁনলে ॥ খোই'নৌ মতা লৈমাবীগী বাহৈ তারবগী হুইমু লৈমা পাউ-খুমজৈ —"খোইনৌ ইতা লৈমাবী ! নমোম লাংলেন নহুইরোল, চেংলৌ

—:( ):—

সাকোই সকহেনণী. কোলোয় মিংদা ফজবী, পারী লেইনাই লূরাওবা পায়না ঐনা মু জংলে ত্তিন্নাং ঐনা খোইদাগে ।। য়ারম অসি পনবগা হৈরাং লোম্না পুরকই, নসাবিদি অসিবু য়ুমজি কাকফৈ থাংবরা ? সুম্মাং উরাং লিংবরা ? নাপ্পা চিকথেংনববু হোয়দা খোইনৌ ইতা ও ইমোম লৈরাং সাফবীবু কৌবা মপু নিংথৌনা ইমোম হৈবাং মনিঙনা তাউজিং মপামনবদা বাঈথুংহনগে হায়বগী লৈকাই পাংচ নানমদা সেনকু থৌত্তিংদরিএ ।। ইসাবী কৌবা মপুরেন নমোম লাংলেন অসিগী খোইনৌ ইতা খুনবাবী সাম্বাং হুইমু লৈমনা মপারী পোনপী লূরাওবগীদমক হৈরাং লোম্না পুরকপা তাইজীং থুপ্না য়েপলকপবু করম নোংদম্বীগবা ।।

লৈমাবী পাউহাম তাবদা অবাং কৌবা মপূনা নোংপান ঙাইজুং সা হুনে লুবাং সলাই সনবনে চিংঙু লৈপাক অয়াম্বা য়ামচেং মতুম হায়গীনে ।। মত্তৌ অম্মন ভৌহনা চিংঙু চিঙাই ময়াথং খোইমুম অরুবা পীবনা পলেম মমা লৈমদি কৌব্রু লাইয়িংথৌগী ফজবা বাহৈ, য়াথং ফংবদগী লে ইনবী মতাগা লোইননা কৌব্রু চীঙদগী থিংলৌ নিঙনা ভেহনা মরাল লমদা হলক্লাইখি ।।

কেগে মরাংয়াই য়ৌরগা মসাবী পামিংনবা হোংনেম নোংপান লূরাং থুম্বিবগা মপারী শোনবী লূরাংবা অনিমকী মফমদা কৌবা মপু নিংথৌ চিঙোই য়াথং পিরকপা মরম পুম্নমক মচা থাইনা পাওদমখি ।। হুইমু লৈমনা পাউদম খোলবু তাবদা পামিংনবগী পাউমেনজৈ —“ইসানৌ হুইমু লৈমও ঐ থৌ চংলুখিগে” অসি হায়না পাওখৈ ।

## ভরুকশুবা মতাঙ

# নুপী হায়বা

হোংনেম লুরাং খুম্থীবনা অরোং খুঙ্গং পুন্না কেগে মোইরাং লৈপাক্কী মীয়াম খোম্না লোইয়া তময়া পুম্নমক পাওজেন তৌমা কৌরে ॥ সাগৈ মঙাইরোই পুন্না থিল্লবদা মীয়ামগী মন্নুংদগী অখণ্ড অহৈ কৌসিনলগা মচা ইবুংঙো পোনপী লুবাওবগী অফবা খেল য়েংবদা মচা ইবুংঙো লুরাংবগী লাংহৈ কুমসিং চহি ১৫ (তরামঙা) সুরে, নোংমাই তেংনা য়ুমগবা মতম চপচারে, হায়না লৈবাক্কী অখণ্ড অহৈনা হায়বগী মতুংইন্না অচুদি কৌব্রুলাই নিংথৌ মাগী মচা ইবেম্মা নাহুইরোন অচু হোংনেম খুম্থিবা ঐগী ইমৌ ওইননবা ঐগা লোয়ননা সাগৈ ইঙাইরোই অহন খরগা লৈবাক্কী অখণ্ড অহৈ খরগা চণ্ডুনা মৌ হায়রুসি হায়না মীয়ামদা হায়রবগী. অহন য়াইভোং খরনা হোইয়াহুনা অচা অথক অথুম অহাও খরা পুহুনা কৌবা মপু নিংথৌগী মমোম নাহুইরোন নামোইন্থু হায়বা চৎনবা থৌবাং তৌখ্রে ॥

হোংনেম লুরাং খুম্থীবা সাগৈ মঙাইরোই পুন্না লৈবাক্কী অখণ্ড অহৈ লোইননা মমাংথোইবা মীয়ামচৎ মতুং লাংবন খোইবু' লিচৎ মীয়াম্না য়ি তেংনা চোংলেন খন্না কেগে খারী লমজাওদগী লাকপনা কংলৈ য়াংদৌ. য়াংবী থক্তা সন্না লাকপনা কৌব্রু লাই নিংথৌগী কোম্নুং য়ৌরকলে।

কৌব্রু লাই নিংথৌ মসাইকোন্দি মুংপন লোক লাং খোংনা ইকোই কোই হৈপান ফজবা পরেং পরেং লৈপাল ফজবা পরেং পরেং পুম্রি সুরুংগী মথল মথল অচৌবা মচা কয়া কয়ামুক্লা ফজনা

কৌন্নুং সঙ্গাইগী লৈতেং ওইনা ফজবা মখল বয়ানা লৈ.তংহুনা লাই পুন্ত লাইস্নুরা সি না থোঙসহুনা কোন্নু' মন্নুঙদা মপু নিংথৌ লৈরম্মী ।।

থোঙসংবা কৌব্রু লাই নিংথৌগী লাইপুঙথৌদা কেগে লৈপাক্কী লাইপাখংনা পাওহংলে ।। "লাইপুংথৌ অঙম্বা। কেগে মোই-রা গী হোংনেম লুরাং খুম্ব বা অমদি থাং চিঙলাই নিংথৌ লোইননা কেগে মোইরাং লৈপাক্কী লাই মী থরা লাকই, চঙলকপা য়াগত্রা হায়না লাইনিংথৌদা হঙ্গৎলু ।" অম্নুম্না হায়ববদা থোঙসংবা লাই-পুঙথৌনা চঙখিহুনা থং অনি লোন্নন' লাইয়িংথৌদা হঙ্গৎচে — 'অন্নাং কৌবা মপু অম্নুপ্পা লাইয়িংথৌ ইবুংঙা, ঐখোয়না পুরিশ থোঙ অসিদা কেগে থা চঁঙ লাই নিংথৌ অমদি হোংনেম লূরাং খুম্বিবা লাকই, মপু নিংথৌ উন্নগনি হাযহুন', চঙহনলকউ হায়ব্রা ?" অম্নুম হাযনা হঙ্গংলু'দা মপু নিংথৌনা হায়বে — "অপনবা লৈতনা থুনা য়াঙনা চঙহনলকউ ।।" মপু নিংথৌ য়াথং অসিদগী লাইপুঙ-থৌনা থুরুম্নমগা থুনা যঙনা চঙ্নুনা থাংচিঙ লাইনিংথৌ, হোং-নেম লূরাং খুম্বীবা অপনবা লৈতনা লেঙসিনবীরকউ হায়রকই হাযনা থুরুনহুনা হঙ্গৎপগা, অপনবা লৈতনা মুংপান পাম্নিংনবা থাংচিংলাইনিংথৌ লেইননা মপুনিংথৌ কোন্নুং মন্নুংদা চঙসিনখি ।

মপু নিংথৌনা সিন্দুনা লাইস্নুরা লাইপুংথৌ ময়াম্না মতিক চাবা তাংবল থাখরে।। লাই ফমথৌ পুন্নমকস্থ মাগী মাগী তাংবলদা ফম্নহুনা লৈনখরে ।। মপু নিংথৌনা লাইস্নুরাসিংবু থৌরাঙহন্দুনা চানা থক্কবা পোৎলমগা কোন্নবা অথুম অহাও থৈবীক হৈরাং লৈরাং খুদোন পোৎসেমহুনা কেগে লৈবাক্কী থাংচিংলাই নিংথৌনচিংবা লাকইবা লাইসিংদা পোৎলানথরে।। মুংপান পাম্নিংনবা থাংচিংলাই

—:( ):—

নিংথৌগা লাই ফমথৌ ময়ামগা লোইননা ময়াম পুম্নমক হরাও মী-নোক্লা চামিন থকমিন্নবা লোইরগা মপু নিংথৌনা ম্নুংপান পামিংনবা য়েংদুনা হাইরকই—"অসি কৌত্র ইসাইকোন্দা থা চৌভলাই লোইননাতা পোইথোকতনা পোথোইরক্কুনা খোংদোইরকপবু থৌরম করম্বগীনো ? কেগে লাই ফমথৌ পুম্নমক্তা য়াথং ভাইজবি।" অসি ভাবদা থাংচিংলাই নিংথৌনা মপু নিংথৌ য়েংদুনা হায়রকই—"হে কৌত্র লাইনিংথৌ অচিবা! মপু নিংথৌ নসাইকোন্দা লাকপদি অতে মরম অমগী নত্তেয়ে লাইমিংথৌও॥ মপু নিংথৌগী পুক্কিং ব্রাথলবু অথা অয়াক ম্নুংভনবা অসাওবা ম্নুংভাইতবা মরম পুম্নমক খোইথাদা থম্বীথো, মপু নিংথৌনা খোঙানবীদুনা॥ কেগে ঐখোয়না মপু নিংথৌ নসাইকোন্দা লাকপদি মপু নিংথৌ অথোয়বা নহাক্তি নমোম অমা কুইরে হায়বা অসি মতম থরগী মনাভদা কেগে ঐখোয়না তাগ্রবনি॥ অদুবু লৈবাক্কী থৌনা কনদনা কোরো নেংমত্তা লাকপম্নু ভমদে॥ ইমোন অদুবু অচাউ লেপ্তুম ফারবরা? করিগুম্বা থাজ য়োঙবা মতম ওইরবদি ম্নুংপান পামিংনবা হোংনেম লুবাং থম্বীবগী মপারী পোনপী লুরা বা, হায়রিবা ইপারী অসিগীদমক ম্নুংপান মপা হোংনেম লুরা বা অসে থাংচিংলাই ঐগী ইমোন সাংগ্লাং হুইমু লৈমনা সাংপা মপারিনি॥ মরম অসিদগী ঐগী হম্নু ওইরগে, হোংনেমগী মমৌগীদমক কেগে ঐখোয়না নফম অসিদা লাকুনা মপুনিংথৌ নকাইফমদা হায়জরিব অসিনি॥ মপুনিংথৌনা ম্নুংসিবীবা মাংলমচংকী সরিম্নু নিংসিংবীদুনা ম্নুংপান পামিংনবু চানবীয়ু॥ মপু নিংথৌগী থৌজান্দগী নমোম্নু কেগে ঐগী ইম্নু ওইজরগে॥ ম্নুংপান হোংনেম থুম্বীবা ইমাক্তি মমৌ ওইহনবীয়ু॥ ঐনক্লা পোকচবনি থম্না য়োকচরগে, পীনবীয়ু মপু নিংথৌও॥"

—:( ):—

থাংচিংলাইনিংথৌগী রাহৈ খোম্বোক ফজবা কয়ামুক ভাবদগী মপু নিংথৌনা মমাংথৈগী সরি কাইশ্রম্বা খল্লিথৈদা সরি পল্লকপদা থম্মোয় পুবা ঙমখিদে ॥ মপু নিংথৌনা চিঙ্গোইরকই—"চিঙু ঐগী সরী রাহৈবু অমুক হায়খ্রগা লোইরে ॥ থাংচিংলাই নিংথৌ নঙগী মুংশি খোম্বোক ভাবদা কৌবা মপু ঐগী থম্মোয় কায়রে ॥ ইমোম লাংলেন নহুইরোন নামোইমুবু কেগে নথৌপুঙদা পুরগা মুংশান পামিংনবা হোংনেম লুবাং খুম্বীবগী মমৌ ওইরসনু ইমোম নাহুইরোন পুনবা থবী অচঙবা মুমিং য়েংও ॥ থাংচিংলাই নিংথৌ নঙগী শিংবা থুংলগা কৌবা মপু ঐগী অপেনবনি কেগে মরুপ মু সিবা ।।"

রাকম অসিদগী কৌব্রু লাইনিংথৌগা থাংচীংলাই নিংথৌগা অনিমক ঙকথি লুমলাং কোম্না চুপ্পরগা, লৈবাক মীয়াম মরক্তগী অথঙ অহৈ কৌথোকলগা অঙাং অনিগী থবী থবা অচঙবা মুমিংপু য়েংবদা মুংশান পোনগী লুবাংবগী লাংহৈ কুমসিং চহি ১৫ (তরামঙা) মুরে অদুগা নাহুইরোন নামোইমুগী কুমসিং চহি তরাহুমদোই মুরে হায়না পোইরৈ ফাংখিবা পনম য়াংকোকপনা সরিক চোমচাও খিঙনা চেংপাক থুংলৌ য়েংবদা হায়রে ॥ অফবা মুমিং থা থবী অচঙবা অমুক য়েংবদা চীংঙু লাইনা অঙাং অনীবু থুনা য়াংনা মোংব. য়ুমগা তম্মু হায়না ভয়ম্মমায়, ওল্লকপা মেরা থাগী হুম্মী পানবা য়ুমসকৈস মুমিঙঃ হৈজিং হায়জপোৎ পুরগা মঙানি পানবা য়িরাই মুমিং অসে থবী অচঙবনে ; মুমিং অসিদা অঙাং অনিবু পুন্সি লৈপুন ওইত্রিম্নহনব্রে ॥ অসি হায়বগা লোয়ননা খিনথ পম্বা তৌদনা থুনা য়াঙনা থৌরম পাঙথোক্লবসু পনম য়াম্বোকপনা পাওমেল্লে ॥

---

### তরেৎ শুবা মতাং

## লুহোংবা পুন্সি লৈপুনগী পোৎচঙ

লুহোংবদা, মাইকৈ ১ (এবি) মালেম চিথেক ৮ (নিপাল) স্নং-দাই হারৌ কারন ১৬ (তরাতরুক) লংতাই ৩০ (কুন্থ্রানিথোই) সিংখাই ৬৪ (হুক্ফুমরি) থকি খাগী লৈরিবা লাই পুম্নমক পাও চেন্নে ॥ নুপী যুমগীস্নু নিপা যুমগীস্নু যুমচিন কাকফে থারে, মরান যুমগ তন্নে, হায়রুনা পীরহুনা নিপা যুম্না বারোইপাৎ পুরে। নুপী মযুমদা স্নুমাই উরোং খিন্নে. সঙ্গাই পাফল চেইথন্নে নিপা মযুম্না হায়জ পোং পুরে মরান লুগোং খোংদোং তমলে, মরান যুম কারে ॥

ফৌ কবোক ফাহাপ নহন্নে ॥ মৈরা থাম্না লমওকলে ॥ চীংডু সিদবা মপুবেনগী অচাপোং ওইনা তমলে ॥ চীংডু মডাইরেং খোইযুম মহিংসাগী অচাপোং তন্ন। ইনোংনু তহোংবীদা চেং লুক মুসাং থুম কাকুপ, সেন কাকুপ সিং ওইকোন য়েংকোন হিদাক মৈথুরি সিন্নৌ লসিংপানবোন সিংলোন কৎলে॥ চিনকু-মাইতানবগা কোরকু কোরফান হাপলে॥ তুম্বা কোরেন অমা লাইজ থন্না হাপ্লগা চেঙ মথক্তা খিন্নে॥

লেন্নৈঙম্নু তোক তোকপীচাবু লাইজ ঈদা নুপী নুপা কুজরে॥ নুপীবু পোকমাবী পলেম মমানা সিংয়েন থয়োম লৈরা-লাংনা তরেৎনা কিসি তন্বীরে, অওঙ অতন তন্বীরে॥ ইমোম নুঙ্গা কোলোই মিং হোংলে, ইমোম ইহুইরোন মিংহন্নে॥ মথংলেনগী মোংবা মরান যুমগা তমলে॥ থরাই থোংজিন্দা ফৌ কবোক কম্না হুন মৈরা থাম্না লমওক তমলে॥

—ঃ( ):—

অতুদগী কোরো হুনিং সিংপুম মতানি শুরগা ইমোইমু অহোং-বীদা ইপুন মুংসাং পুন্সি চহী কুইনবা নিবা অহু হাংদোক্লুনা চেং-নিং থুদম য়েংলে॥ ওকল্লি শুরগা শুতাই সহে চারগা তরেংনিদা য়াইফ মপুওফায়ে॥ সাগে মতাইয়োই য়েক চা সঙ্গাই মীয়াম য়াওনা হৌনবী ভৌরে॥

অতাং অনিগী য়াইফ পৌরমু অথত অহৈনা মথং মথং হায়রবগী তুংসিদা য়োইময়াই থেওজিললকপদগী কৌত্র লাই নিংথৌগা মুংপান পামিংনবা হোংনেম লুরাং থুম্বিবা থাংচিংলাই নিংথৌগা অহুমমকসু থুরুন লৈপাইনরগা, থৌথোক পুম্নমকসু থতনরগা থাংচীং লাইনিং-থৌনা মপু নিংথৌদা হায়রে—"মপু নিংথৌনা কেগে ঐথোয়বু চানবীহুনা মনোম লাংলেন নামোইমুবু মুংপান পামিংনবগী নমৌ ওইরো পীগিরে॥ ঐথোয়সু হরাও মথোই কানা ইমুন কেগে ইরাং য়াইদা হনগগে॥" অসি হায়না থুরুম্নরগা কৌত্রু লাইয়িংথৌ লৈংহৌরে॥ কেগে থাংচিং লাইনিংথৌসু মুংপান পামিংনবা হোং-নেম লুরাং থুম্বীবা কেগে মীয়াম লোইননা মথুম সঙ্গাই য়োনবা কলৈ য়াদৌ লমসাং সন্না লাকপনা কেগে থারী লমজাও তানা লাকপনা মথুম মথুম চতনখ্রে॥ মথুম সঙ্গাই য়োনরগা ইমুগী নম্বা অহন লৈরীবসিদা চিথ্রগা লৈতনা থৌরম লৈবা থৈবিকি পাও পুম্নমক তম্লখ্রে॥

অরাং কৌত্র চীতলোন থক, কৌবা মপু মসাইকোন্দা হৌনবী মতুংইন্না লাইপুংথৌ ময়াম্না শুমাই উরোং থিল্লে, সঙ্গাই পাকল চোই খল্লে। থোইথুম লাই মী পুম্নমক পাওজেল পীনবা থৌয়াং তৌরে॥ মারজিংচিঙগী লাই মরাম হকুপ, থমলাংবা, ইরুমনিংথৌ, ইকোপ নিংথৌ, ইরোং নিংথৌ নোংসাবা, পাখোইবা, সেলোই

—:( ):—

উংলৈ চীঙলোমগী য়াৱা, কোনথাং, লোক্তু, খোমতু, লোকলেম,পেক্লক, লানলেম, পেরাই, সম্বা, থথোং, নেমদা, সোইদ, য়িপকলেন, য়িবাং-লেন, য়িঙনথাং য়িবাইথাং, মিংমরু, মাইমরু, অসিদমু নত্তনা লাই মী ময়াম থরম্থ নামোইনু লুহো বগী পাওজেল থুংনা পীখ্রে ॥ মারজীং লাইনিংথৌগী লাইপুঙ চামা তরাতরেং, লাইমুরা চামাতরারেং, লৈবাক্কী মুঙকেদা লৈরিবা লাই মী পুম্নমক পাওজেল থুংখ্রে মেরা হুমনি য়ুমসকৈস মওানি য়িরাইগীদমক।

কেগে লেবাক্কী থাংচীঙ মসাইকোন নিপা ময়ুমগী মুং-পান পামিংনবা হোংনেম লুৱাং খুম্বিবগী মপারী মুংপান পোনগী লুৱাং নোংমাই তেংনা য়ুমকানবা লুহোংবগীদমক লাইপুঙথৌ ময়াম্না লাই·মী পুম্নমক পাওজেল সন্দোকপা হোরকলে। খোইরীফাবা, রাংহুকুপ, থানা চাওবা, য়াগোইনিংথৌ, লোইয়ালাকপা, থংনারোল, লম্বুললাকপা, মিরু পাঙ্গোইবা অংোংসাইচিগী বুসেন, মনিং নোং-চুপকী পীসা ওাও, সম্পোং লাইচিগী য়ুহা, নথা মায়কৈগী করি, মৈরন মায়কৈগী উসিং, নোংপোক মায়কৈগী উরৈ, চিংথৈ মায়কৈগী করা অরাং মায়কৈগী নোংদম থুনা, অদুগা কেগে জেবাক্কীনা পোন্দে, চাংশেম্বা, ঝিপুলেন, য়িদাইরেন, লৈকচেং, নোংকাচেং, রানমুনী, রানডৌবা, মুংকাংবা, মুংজোংবা, মথুগোন লাইরেম্মা লৈমরেনগী নাওতা য়ারীরোক, হিরৈমা, য়াইরৈমা, হীকুবী, তরংলৈমা, য়ুম-জাওলৈমা, মুংলেন লৈমা, য়াওরৈবী, মুমিংলৈমা, উসাইলৈমা, পেতংঙা চিংবাল লৈমা, ঈরোং লৈমা, লোবলৈমা, খাংবা নোংদম নোংথু লৈমা, চীংখাং লৈমা, নোংখোং লৈমা, নোংগা লৈমা, য়ুম-লৈমা, লাংজীং লৈমা, চীংঙা লৈমা, হৈবোক লৈমা, হীয়াংথাং লাই-রেম্মা, লাই কুনহুমদোইমক অদুগা নোংথাং লৈমগী নাওতা মেলৈ

— :( ): —

খোম্বী. য়াইরেন খোম্বী, সংলেন খোম্বী, হিংলেন খোম্বী, নোংইন খোম্বী, সানৌ খোম্বী, মনিক খোম্বী, ভরং খোম্বী, পাম্থোইনী, তাম্থোংলৈমা, লেম.থাং লৈমা, লৈতেং লৈমা, হৈনৌপোকলৈমা, চংনিং লৈমা, মুংগোইবী কোলোয় লৈমা, থুমলৈমা, ভারৈমা, থারৈমা, কৌওইবী য়েংলৈমা, য়াতা লৈচিল হৈবী কোলৈমা, থাইবা নিংথৌ চনু ইমোইনু চনুলৈমা, পীথেৎলৈমা, লাইবা লৈমা, লাইথন থনবী, থাবী লুকোইচনু লিক্লাপীচা য়াইবী লৈমা, থোভাক লৈমা, সিদ মুংবী চরাংলৈমা, ি প্রাইবী, খোংগ্রাইবী, সরিক লৈমা, পুকস্রি লৈমা মুংখোংমুংলাওবী, থম্বা মাতৈ লাই মিনু লৈমা লাই বুম্থু মরিমক. মুনু লৈমা অহুগা লাইথুরেম্বীগী মাওতা লাইসনা, চিংমুলৈমা, থুমমু লৈমা, অহুমমু, অরৈমু, চেংসৌ চিরিক খোম্বী, থেরে লাংবম চনু, ভোনথানু সৌবোললৈমা লাইনাওতাবীদি লু.হাংগদৌরিবা অসিনি ॥ সাইওন লাংওন অসিভমু নত্তে লাই মাপনমক অসিনন্তবা লাইমী কয়ামুকনু লৈরিএ ॥

## নিপাল শুবা মতাও
## কেগে মরমখৈদি

কৈগে লাংপুম অরীবা মোইরাং লাংপুম অঙলবা চাচী হকপা খো চি য়ানবা অরাংলমগী কেক্রু শুম্বা খাংয়োনবা হৈক্রে শুম পোললিংপা ইলংশুম থুৎলিংপা, মুংবীরেল সিদবা থুদানবা নিংনাং নাদথা থুনেংমবা, পামেল উথুম নম ভানবা, লাইয়িংথৌগী লাইরেম্বী, কোইরেল লৈমা পাম্থোইবী পামেল উ থম্বাল ন.ভানবী লাইরেম্বীনা লাইয়িংথৌগী সমু ওইরোম থংমা থৌগনবী ॥

—:( ):—

থাংজিং ঙাচোই হয়ম পাংবদা পোইরে থুংম্বোকপা য়াওম থুনদারকপা কেগে লাংপুম অবীবা মোইরাং কসায়েল অথোইবা থাংচিং কোম্লু নিংথৌবা কোইরেল হকপা কোইরেল সাংবা কোম্লু অহম্না তিনবা বাতেম্বা মুরাগীদি হৈদিগোন, পাখংগীদি নোংগা খোং হোংগাং নাউরৈতাক, ইবুধৌ থাংচিং হন্নরিল লোক্তাক খারসা মৌবী পেংসং চুম্নাফা উ থম্বালনা নোংঙা ওইবা মরম্ৰৈখেগি, লাইয়িংথৌ হে ইপু সম্বোং নিংথৌও চাউবম্নু কোইরেন নিংথৌও, কোইরেন অহুম থোনকংপদা রাতেম্বা পেংপি পেংথা নে, সীংচঙ রাখায়নে রাখাইনিংথৌ নঙানবা ॥

পননক চীঙ্গোই ওইনম চীঙ লৈনয়াই থম্বাল নোংসাবৌ কেগে সিংজন কাই থাংঙা তোনবা নিংথো উ থম্বাল লমঙানবা, লোক্তাক খোঙ্গাওনবা, মু মু তুমদা মা দদা খুনেংনবী মুংবী সিদবমু খুদংনবা থাংচিংকোন মরুয়াই ওইনা লাইয়িংথৌও মস নৌ ইবেম্বা কোইরেল লৈমনা মপাবী তম্পাক লাইয়িংথৌগবু কোনবা মরনখৈবু ।

য়েলাংপমগী হুমচাংবা চংখোং পামগী নালেকপা য়োইবু খোমথোক নানৌবা য়োইপরেং লে না নিংথি মাঙলং হৈতোনা পেথরো পুয়োম পাঙ' ঙাকোকম্নু সায়োনলে ॥ থমংথোউ, থম্বাল ইয়িংথৌ লাইরেম্বী অনিগী থাংচিং চিঙজাওদা মুংগী সনাই মমুঙ বংলা কম্বাল লাংদা ঙাম্বোইরিবা লাইয়িংথৌ থাংচিঙ কৌবদি চীংনিংনে লাইমিংদি থকলেনচী কৌবনে ॥

থাংচিঙগী চীংহেন্দ থাংচিঙ কোইরেন নিংথৌগী খুঙম লৈপনে । সনাই মুকন লৈপনে ॥ মনাক্তা লাইকম লৈবদো সংকু লৈপোকপী কৌএ ॥ মুঙ অহুম থরীপনে ; মুঙ অমদি থাংচীঙগী য়াইনা নম্রিপনে । মুঙ অমদি সনাগী কাংচুপ অমা, সনাগী থাঙ অমা, সনাগী চৈম্নু

—:( ):—

অমা অসি নল্লিপনে ॥ মাদি সনা লূপা পোকপা স্তুভনে। মনাক্তা ঊ তরুসিদবা উপাল হৌরীপনে ॥ মনাক্তা লাইকোম অমা লৈপনে; ঈসিং থোকপনে ॥ সিদবা উপালদি মচুন তাবমে মচুম ছাবনে মসা লোংপনে ॥ মনা তরেৎস্নুঙ পানপনে ॥

মনাক্তা স্নুঙ অঙৌবা অমগা অঙাংবা অমগা স্নুঙ অনি থারিপনে অঙৌবদি নোংথো মরালেনগী থুকমনে ॥ সংমু অঙৌবা পোকপা স্তুভনে ॥ লাইবকনে; মমিংদি নোংজ্রেং থোম্বা কৌঞ ॥ অঙাংবা স্নুঙদি থোংনাং নিংথৌগী থুকমনে। নোংমা পোকপা স্তুভনে ॥ মনাক্তা স্নুঙ অমা লৈবদো মচু তরেৎ স্নুনা লৈবনে ॥ স্নুঙ অচুদি সনা, লূপা, কোরি, সেন, পীগ্রাই, তক্তা মনিক হীরাই অসি থৈবিকপু পোকপা স্তুভনে ॥ মমিংদি লৈহিংস্নুচা লৌরি কৌঞ। ললনৈঙ্গ অসি খঙনরিবনে। স্নুঙ অচুগী মমিংদি তেকপী লৈহিংচৌ কৌঞ ॥ স্নুঙ অঙাংবা অচুগী মমিংদি অসিনে খঙনরিবনি ॥

থাংচৌঙলাই নিংথৌগী চিংদোন মতোন তরেৎ স্নুপনে !। সনাগী সঙ্গাই লৈপনে চৌংতোন অমদা স্নুংগী তাংপন লৈপনে। অচুগী মথক্তা থাংচিঙলাই নিংথৌনা মমাই নেংচুপ লাইচি পাংনা কম-ছুনা লৈরিপনে ॥ নমভাদা উথুম পাম্বী হৌরিশনে ॥ মসিগী মথা পাংনা স্নুংশিৎথোঙ অহুম লৈপনে ॥ অমদি চীংমৈ থা থংবদা লৈপনে ॥ চৌঙ য়াংকোকুম্বা কোইরপ কোইবা অমনা কুপ্লীবনে ॥ মথংচৌঙ অমদা স্নুঙ পুথমগুম্বা অমমা কুপ্লীবনে ॥ মথং চৌঙতোন অমদা স্নুঙগী থুমুক্তা কুপ্লীপনে ॥ স্নুংসিংথোঙ অহুমক্তি অসিনে ॥

কোয়রেন লৈমগী সনা সঙ্গাই মনাক্তা পুগ্রিকোম অনি লৈপনে ॥ অমদি ঈসিং থোক্লবা লাই অরুবা লাই লৈঞ ॥ অমদি ঈ ওইবা ঈসিংনে ॥ সনা সঙ্গাইরেন মনাক্তা স্নুরুং পুগ্রি অমা লৈপনে ॥ পুগ্রি

—:( ):—

কোন অহুবী মচিন্দি মোইবুঙ মচীনগুম্মে॥ অহুন্দী চেঙোরকপা ঈসিংবা মোইরাং তুরেনগী মরু ওইপনে॥ মোইবুঙগী মুচিলকুম্ব মখা অহুন্দী ঈসিং মরিক তারকপা, অদুদা লকুমী অহুম্ম কোইবনা লাকোলকপনা হৌরিপমে॥ থাংচাও লাইকোন অগ্নিগী থোঙ মরী লৈপনে॥

অরাংগী থোঙ অসিদি মথোঙ মপী কোএ॥ মুংথোংনে, মুং-সুকনে, পাইহুনা লাইনা তাক্লিপনে॥ তথেল লমনে॥ খাগী থোঙস্থ চংস্থমলে॥ নোংচুপকী থোঙস্থ চংস্থমলে॥ নোংপোক থোঙলোম চংলবধি লাইকোল রুংথদবনে রোম্বা থঙগ্রবি॥ চিঙতোন মাপন চপ মান্নপনে॥ লাইকম মসক তোংলপনে॥ লাই মপানমকি মকমনে॥ লাইস্লিংথৌ থাংচিংগী মমিংদি চানোং নিংথৌ তরেংবা কোএ॥ থাংচিংগী নম্রথাংবা মা থবাল সাংপনে॥ মনাক্তা মুঙগী নোংমৈ লৈরে॥

সঙ্কোংগী খঙনবধি চিঙতোন্দা মুঙগী সজাই লৈপনে॥ মমাইদি সঙ্কোং লাইচি পাংপনে॥ সজাই ফকতোমতা মুঙথোং থিংলিপনে॥ সংখোং নিংথৌগী বোংমৈ বাই মঙা চাউবা সাংপা লপনে। চিঙ তোন্দা উমুম পোকপীস্থ থোংথিংবা লাংনৈএ॥ সঙ্কোংগী মখা থংবদা মচাইবুংঙোগী পুন্দী সজাই লৈপনে। লাইস্লিংথৌ মচা অহানব-দি মীগী লালকনা ওমপনে॥ মাগী লানবু ওমগে, লানবু ওমগে লান-কম থুম্বিদো ঐরা-ওমগে হায়রবদি মতোন্দা লাংনবনে॥

মুস্লাং চাউগী চাঙতোন্দা সঙ্কোম অহিংবগী পুগ্রি লৈপনে॥ লাইরেম্মা অরেংমকা ঈকরা পুগ্রিনে॥ লাইরেম্মা অতোম্বী থবাল লৈবনা নিংথৌ মুস্লাং চাওবনু মথুং মস থেকনা তাইএ হায়বগী থুংভেকপী কোএ॥ চেকাইনা লৈবাক্তা মিনা তাইরমী হায়বগী

—:( ):—

চেগাই নৈয়ে পোকএ ॥ নোংথক্কা মখোং খোং থোংবিবু মথুং থুবীনা খোকনা ঙাইরম্মে ॥ থুপিপোক থম্নাল নোংসানৌ কৌএ ॥ লাইরেম্মনা সনাপুন খোঁপান কোক্তা থোংছুনা সরারেন্দা কাখিএ ছায়রণী সনাপুন খোঁপান নৈময়াই কৌএ ॥

লম্ থঙনবা মরম হায়রম্লে ॥

## লাপল গুবা মন্তাং

# থাঙ্গা চাউ খঙনবা

মমাং চীংদি য়েংদম চাউ থুমন লোইচল চাউ, সিজন নিংথৌ লুংরন চাউ, মপানৌ হুডওনচাউ য়েংদৌ উয়োং থিয়চাউ, নুকাক মাইবোং য়ানচাউ লোইয়োই খোংবৈ ঙাক চাউ, মোইরাং কংলা বাহৌ চাউ, সায়োং সয়ী য়াকম চাউ, মুকাপ য়াইকু হাজনচাউ, থুমন মোইরাং চাইনচিঙ কবো লাংয়েন খঙন চাউ, পাহোইবী পাওথুবে ভেংথা চাউ, থুমন থাম্ম লাইমচাউ, য়ায়ৌ সঙাই মখুপ চাউ, চেক্লা উকোং য়াইয়েকচাউ, লাইমা থাংলৌ লাংনচিঙ, ইমা লোইমোম কৌওইবী, পাম্ মপাও ঙাইনচাউ, পায়ী চাওন য়োকনচাউ, পংলম সংলৌ লাংনাচাউ, মপু কংলা বাওমচাউ, ছুংলিবা মনাই ঈচলচাউ, কেগে লোইপোং লোইচল চাউ, ভাংজ নুয়েন লৌন চাউ, থাংচাউ লাকয়েন কিদাইচাউ, সায়েন নুয়েন লুচন চাউ, ভাকঁমু পাংয়াই খে মৈচাউ, কোংখোং ঈয়িন ওংকচাউ, মোইরাং লোইপোং লোইচল চাউ, কেগে থুঙ্গাই বাওমচাউ, খোইয়ে কন্তবা লাইতাকচাউ,

—:( ):—

অবাবা কয়া কাওনচৌড, মুন্ন কয়াগী পোখাচৌড, খোমলেন মিকপ ম্যাহৌচৌড, কেগে মমাঙ চৌডচাওনি ॥

চীংলেন নোংপোক চাঁউথৈদা অরো ভুবেন খোঙপান্দা মুংপান পামিংমবা হোংনেম লুবাং খুম্বিবা মসা কোন, ময়ুম সঙ্গাই য়ুমজাওগী অকোইবদা লৈপরেং, হৈপরেং পাবেং পাম্বী মথল মথল হৌইল্লি। পুম্রি মচা, অচৌবা পারেং পাবেং থম্বী। ঈসিং ঈয়াইদা থমো থম্বাল ফজবা কয়ানা মথল মথল পোনসাং ফুকাইনা সাংহল্লি ॥ হৈপাল লৈপান কয়ামুক্ত ফজবা, মথল মথা অয়াম্বা লৈ সাংহল্লি, হৈরাং নিংথিবা ভাওজোং পালহল্লি ॥ ইঙ্খোলগী অকোয়বদা চেকপল লাংখোং কোয়না থম্লি ॥ তোঙংনা কোইনা ফজনা সারি, কোম্বোং থোঙজাও ফজনা থম্লি। ভাওজোং হৈরাং পাম্লিবা সেনবী বারোক ভয়ানলৈ, হৈরাং সিঙ্গেল হৈনম লৈনথি নিংছমদবা মনম হৈনম্না মু.সি মনম পুম্নমক মতম নাইদনা মুংসিনা নম্লিবা লম অমা ওইহল্লি।

মুংপান পামিংনবা হোংনেম লুবাং খুম্বিবনা মপাম্বী পোননী লুরাংবগী মেরা থাগী কোরৌ ছুম্বি পামবা য়ুমসকৈস মুমিত্তা হায়জনা হৈজিঙ পোং পুরগা মভানি পানবা য়িরাই মুমিত্তা ময়ান লুহোংলগা নোংমাই তেংনা যুমগনবা হুইমু লৈমা য়েদনা মপাম্বী মপাগীদমক পামিংনবগা পাওমৈঙ্খে "ইসানৌ হুইমু লৈওও, কৌনা মপু মহাকি চাহোন পুম্বা সেজদুনা থেমচংনবা খৌরাংও ॥"

রারম অসিদগী লোইয়া তময়া ভাম্লগা সম্বোং হুইমু লৈমনা লাইপুঙথো পুম্নক্তা হায়দুনা লাইপুঙথৌসিনা কেগে লাই নী ময়াম পুম্বা অতোপ্পা লাইমী পুম্নমকা লোইননা পাওচেন্দুনা কৌরে ॥ লাইমী পুম্নমক মুংপান পামিংনবা মসাইকোন্দা য়ৌরক্লে ॥

— :( ):—

কোরৌদগী লাইয়াম্না কেগে লৈকোয় পুভদা পাংসকপা কেগে পোইরৈনা পুরকপা পোংবা সন্ুং চিনথা লাইথাগীদমক য়াওদবা ঘাত্রবা লা, লাগী মমিংনা তোয়বি তোইনগ লাম্বেগী, মরাফি কৈতৌ মালসম্না, পোইরৈ খুম্বোকলা নোংমাই খুবাংলা, মেন্দে নিংথৌ ফু গাইচাঁভদা পানবা লা, লৈম্নভ তকুপলা, কোংবা ফুদো ল, নোং মাইনি থৌ কৈরৌ খাদা চৌবা লা, খাবা লাথাক তোনদনবা অমাই চবী লাংথাক কোবা লাবু লায়াক সেংনা চৈরাং সেংনা লৈরাংগী লচা খাযন অমগা মাংোল অহুম, অচানবা মরাংল অহুম চৈরাং কবা সেংনা তমজবা চৌরে।

কাংচুম্না (মরান নুংচোংবগী) থৌবদা যাংভনবা য়াদবা থোই-থুম লাইগী মংগদগী যাওয়রকলবা পোংলম, চোক্তকনা ফিরুক মুং-মা অমদা হাপকদবা পোংসক, চৈ মনম নাইবা অমা, চৈক্রু খরা, চেনি, মু হংই, লৈস মপোপ অমা, লসি, মপোপ অনি, য়েংনা কোনা সিং মপাক অমা, ওইনা কোনবা সিং মপাক অমা অথুম অহাওখবা চুংভৌ চৈ পানা সেনভাই ব্রাংপা য়াদ্রবা পোংলমনি অপেক অমগী পোংলম লম লাইগী পোংলম, নাচৈনবা তাইরেল মনা অহুম লোভন, পোভকাই অসি চক্তু মচা অমদা ঈসি, তরুংলক কম্লগ হাপকনি। অহুম নাচৈকু সেমগনি॥

চোইউরোং পাকল সঙ্গাই সম্বোংগী থৌবম পবেং :

চোই উরোং পাকন সঙ্গাই সাম্বোংগী থৌরমদা চভগদবা পোং-লমদি ফিভং অভোবা মচা অমা থনগনি, ফিভংগী মথাদা কি অভোবা অহনবা অমনা খুদা সেমগনি, খুদাগী মথক্তা লফুরিক অভাংবগী লৈ মসিং ভরেৎ, লংথ্রে মপোপ অহুম লাদা হাপ্পগা ফজনা সেমজুনা থমগনি॥ খুদাগী মমাংদা চৈরুকপানা সেনভাই অমা থোইক থাওমৈ,

— :( ): —

মেক্রুক থাগনি. লৈ ফজবা থরা থমগনি ॥ তৌরিবা থৌরম অসিবু হৌজিক্কি চৎনরিবা লোন্দা মাগুপ মপু কৌনবিবা অসিনি

চোইউবোং পাফল সঙ্গাইগী সম্বোংদা সেম্লিবা থুদাগা মথক্তা ঙাম্বোইরিবা লাইগী মংইথাবন্দি—"থানৈ নমু তাযা তাবা কৌরবা লাইয়িংথৌ মৈ অবাবনা ফি ফিসেৎনরিবা, ঈসিং অচৌববু থুনেংনবা, নিনি পানবা লোইদাম থাজনা থদাংচেং ওইনা লাকপা. মপুংফাবা লোইদাম থাজবু থবাক পগা. মালেম পুম্ববু মৈসা পীবিবা, মুমিৎ থুংম্বনবা, লাইয়িংথৌগী লুকসাংগী তুরিক তুরিক থুদংদা, থবাইমিচাক থোকপা, মুমিৎ চযোন ওরেংনা হৈক কুদাম ওইবা, যেংথংবা নাদা অথুক থোকপা সজিক্কা নাচোম ওইনা চিনবা, ঙৎথংবা নাদা মুমিদাং থোকপা থংনা নাচোম ওইনা চিনবা. মুসিংনা সনলাং তাপুননরিবা, সেন ॥ থুকুম তাবা, মুন রেন সিনবা থুনানবা. লিক্লাং নাদবা. থুনেংনবা থবাইপীচাক নিংথৌ সিনবগা তকনা মরি লিতিন্নবকপা অদাং নোংফু মহুমমুং অথুপ্পা, মুংগোল ফম্বী চিংথাইবা. থবায় লেংদবগী লিতুইফম ওইবীবা লাইয়িংথৌনা থবায়পানবা পুম্নমক্কি চারোন তরেং তানফংবা, মুমু ওরেং তানফংবা, লৈবাং পোমনাই সাংনাই পুন্দিনলৈ ॥ কোরৌ মদা কেওবা লৈ, রাংপল মদা পত্রবা লৈ, পাখং তরেং লোনথও লৈ, মুঙ তরেং লোনচিল্লৈ. সিংউল লৈবাং লৈপুনবু সেংবীবা লাইনিংথৌদি, মৈত্রং, ঈসিংত্রং, মুংসিংত্রং ত্র ত্রং ত্র অহুম্না মসাদা তিল্লিবা হং, রং, সং, তঙম্মক্কী মপু লাইয়িংথৌ ॥" সম্বোং কৌবা লাইয়িংথৌনা চোয় উরোং সঙ্গাই পাফলগী সম্বোংদা ঙাম্বোইরীবা লাইয়িংথৌগী য়াথং থৌরগা পৌরম পুম্নমক হৌগনি ॥ লাইসোন ঈসৈশু পেনানা হৌগনি ॥

—:( ):—

১। চোয় উয়োং পাকল সঙ্গাই ঈরুন মথোং মাপন পুবা লাই ময়াইদি লাইসিদবনে, চিঙসাং খোইরেন হীতুঙ্গা, চেম্বরিবনে —মঙাং সলাইনি ॥

২। চিংখৈ পাংবা মখোঙ :— কো লায়য়িংথৌনি খাবা ডানবা সলাইনে, চিংখৈ কুরু অমদি ময়াম হুকপনা থৌগল্লি, মুংসিং অথুম্বা পুরি ॥

৩। নোংপোক পাংবা মখোঙ :—ঙো লাইয়িংথৌনি, চেংলৈ সলাইনে, মুংসিং ঙইনম্বা পুরি, নোংপোক পাম্থোইবীনা থৌগল্লি ॥

৪। মৈরমগী মখোঙ :- নো লাইয়িংথৌনি ॥ থুমন সলাইনে বাংভ কুপনা ইরাংলি-নোংখোংবা পনম লাইয়িংথৌনা থৌগল্লি, অমাই ফক্ষম অমনি ॥

৫। মখাগী মখোঙ :—মো লাইয়িংথৌনি ॥ উসা সলাইনি, খানা চাওবগী ফমফমগী মুংসিং অচিকপা হুমলি ॥

৬। সনথোঙগী মখোঙ :—অ লাইয়িংথৌনা পুরি ॥ মোইরাং সলাইনে, মুংসিং অসেংবা হুমলি ॥ সনথোং মুম্মোইবনা থৌগল্লি।

৭। নোংচুপকী মখোঙ :—য়ো লাইয়িংথৌনি ॥ উয়োক সলাইনে ॥ মুংসিং অথিনবা হুমলি ॥ থমনুং খোঙারেন্না থৌগল্লি ॥ অমাই মকম অমনে ॥

৮। লিক্লমগী মখোঙ :—ক লাইয়িংথৌনা পুরি ॥ অঙোম সলাইনি, মুংসিং অঙপ্পা হুমলি ॥ নো লাইয়িংথৌনা থৌগল্লি ॥

৯। অবাংগী মখোঙ :—ছো লাইয়িংথৌনা পুরি ॥ লুয়াং সলাইনি, মুংসিং মনমমুংসিবা হুমলি ॥ চিংঙ্ খোইয়ুম পুরৈ হুনবনা থৌগল্লি ॥ থায়োনগী পুক্লিং মঙা হুমলি ॥

— :( ): —

অবাং পুবেন্দি কৌক্র লাইনিংথৌনে ॥ লৈয়েনবদি লাইরেননা তোনবীনে, মমিং লৈসবা কৌই ॥ কা য়েনবদি লৈংলৈমনে, মমিং হাওদং থুবী কৌই ॥ অচা অথক য়েনবদি চিঙথৈ য়াইফু নিংথৌনা অচা অথক সিন্নৈ ॥

মথা, মনিং মুপীময়ুম ফমলে : অবাং মমাচ নিপা মযুম ফমলে । নিপামথৈ কোঙনা ফমলগা মুপীমথৈ তুংগইনন ফমলে ॥ লাই মীয়াম পুম্মক লাইগী সৈহে খোইয়ুম পুরিরোম্ন সেগকপা, থম্লাংবা মুন্না নিংথৌ লৈমৈবা পুমৈবা, থাংথা মাইরোইনবা তুংইনবা চাকোক সাহিবা পুংসিংবনা থাং কৌবা উ অমনা পুংগী মংং সেমলগা লাইরেন লাবপা নাওিংএ ॥ লাইরেল মউনগা সন য়োংমানবী মউনগা মরু মনাংশু তিংনা সেম্মে ॥

**তরাশুবা মতাং**

# অসৈ খোনফাং লেংবসিং পুরুম থৌনি য়াকাফম চাংঙু খোম্থাং য়াকৈবা

লাইগী সৈহৌদা মপুগী পুনমন সৈগী মিংথৈ অমা পীদুনা লাইগী সৈহৌকনি ॥ সম্তোং মপু খোল্লাও "কুম্মী সৈহৌদুনা মবাম্বা চাথাবা হৌ হৌ হৌ খোইয়ুম লাইবা অহকপা লৈমুং নোংখোঙ নোংলাও সৈবু মৈনা থাই ভাংন সম্মা থাংলেন পুংখৎভনা হয়ি হৈয়া মিংথৈরোন সোল্লসে ॥"

—:( ):—

থাহৈ অসি সম্ভোং পুংমাই ভাম্বোইবা মপুনা হেক হায়বা লোইরকপদা ঈসৈ সককদবা মীওইসিংনা সকপা লোনবা থাংলেন পুংখং খুংথক্তা হেক হৌগনি ॥ পেনা সরিক খোঙেন থোকনা হোইহনগনি ॥ চিংডু খোইযুম পুরৈলোম্বনা হোইরৌ হয়া লাং-ডুনা সকলকলে ॥ অতুগীদমক হোইরৌও হয়া লাওবা কৌএ । মপুগী পুকচুংদগী ভাইবঙবু হোইদোরকপা ঈসৈ : —

'অ আ হয়িহে : আ হয়াহে : হোইরোই হোইরোই হোই-লোই নাগেসে ॥' ইবুংঙোম্না সকপনি ॥

ইরেম্মনা খুম্বা অসৈদি :—

'আ হয়িহে : হয়া হয়া হয়া হয়া হয়া নাগেসে ॥'

ভাইবঙ লাইযাম্না হাইদোরকপদা সকলকপা ঈসৈ – 'হোই হংই হোই হা হা হা গোলিনলে হেলিনলে লাউওঃ হাযুতে খুলাই-নহ হয়াহে ॥ অসিবু থোইনা মুঙাইবা লৈবরা লৈবনিদা হোহে হোহে হয়ানগেদা ॥

ভাইবঙ লাইয়াম্না লেঙওৎপা ভৌদনা তাবা কোইরৌ ঈসৈ : — 'লাইয়িংথৌও অহোইনেসে ॥ অহাঁ য়ানা হায়াঁ হাঁয়ানা হয়া হয়াহে নাগেদনা ॥ য়োইবুবী অহাম্নানে মুম ॥

হায়িভৈদা নোইয়ে ॥ মৈনা থাইনা নোইয়ে, হেঃ তাংনা সম্ভগী নোইয়ে ॥ কোরৌ হৌভৈগী নোইয়ে ॥ নোংগহৌভৈগী নোইয়ে । লৈহৌভৈদবু নোইয়ে । হয়া চকভৈগী নোইরে ॥ খুমুং চকভৈগী নোইদবরা ॥ হয়ি লাংবা কোম্নচকভৈবু নোইরনি ॥ নোং-গহৌভৈগী অহোইনেসে ॥ মৈনা থাইনা হয়াসে, ভাংনা সমভৈগী হয়ানাসে, হে লাইয়িংথৌও : ইপুংঙো ॥” হয়ুম হৈয়া হায়না হৈয়াসি ॥

—:( ):—

ঈসৈ অসি সকলকপদা থয়েকনা না নমলকয়ে, মতোম্না লৈ পাইবকত্র, মুন্ডবিনা অসাইরকয়ে, স্নমুনা য়াইথুংয়ে, থরা ঘনা লমথা নৈয়ে, মত্থবু থাংই চীংলৈ য়াংবনা চেলনা চেলনা য়েংলূহনা মহাক্না খুরুম খাজংনৈত্র ॥

কোবৌ নোংথৌ সরালেম, ইমোইস্থ সাক্বী অনিগী হাকতক্তগী অহানবা হৌখিবা কাওজম্ববা (স্ময়ান লূহোংবা) অসি চিংওু খোংবম কাইবা য়াদবা খোইযুম মরী তংপা য়াদবনা মালেমগী লৈ-মাইথক্তা লৈরিবা তাইবঙ মী লৈবা মক্কম পুম্নমক্তা কাওজম্ববা (মদান লুহোংবা) গী থৌরম অসি কাইদনা চংনরী ॥ লাইরমলেন্দা মসিবু লাইহরাওবা কৌয়ে ॥

তরামাথোইশুবা মতাং

## মালেম ফম্বী ফম্বাল ঈসায়ফু মখাদা

### য়েক্কবা

| | | |
|---|---|---|
| [illegible] | [illegible] | ঽ২ |
| হঁ৪ | গাঁ৫ | ৩ |
| ক্ষঁ | সাঁ | য়াঁ |

মেম তারবা তুংদা তৌগদবা মওং

অসি তের লাউদনা পুম কয়া সেপক তৌদনা তাও :

লৈং লগা মুপ মুপী অনিগী ফম্বালগী মখাদ য়াং লৈক্কা য়েক্কবা

| | | |
|---|---|---|
| ∠ | ∠ | Δ |
| ∠ | ∠ | ∠ |
| ∠ | ∠ | Δ |

মংলানগী ল ইপক অহুমমক কংলপা ফংহনগনি ॥

মুপী মুপ অনিগী ফম্বাল থাবা লোইরগা মুপা পুথোক্তুনা থম্বা ফম্বাল অদুদা ফনহনবীরগনি ॥ অতুগী মতুংদা নাহৈরোম অমা সেংলনা সে দোককনি অতুগ ঈসিং কাঙ্গন অমগী মরিক অহুম্না চমুক সে দোককনি ॥ পুম্নমক লোইরগা মুপী মুপা অনিগী য়াই-ফনবগীদমক্তা থৌনিবীগনি ; লাই বান মি থৈদি :—

"হুং নোংদম্বা লাইদি ইযুংঙে অসি থাগী .... ... পানবা হুমিং, কোমবা হুমিংকী থ ইক্কব পুংকম তিংনা লোমনা পানবা

— :( ): —

তেংপানবা মপু ইপুং লোইনবা অপকপনা য়াইফ মিৎয়েং তাবীরে ।
ইবুংঙো থৌজান্দগী নোংদমখিবা মতু ইন্দুনা নদাইরেম .য়েক···
সলাই ·· সাগৈগী ···· মমিং ··· অসি কৌবগী মচা ···· কৌবা
অসিনা, ··· য়েক ···· সলাই ···· সগৈগী মমিং ··· কৌবগী মচা
নমোন···চনু কৌবা অসিগী নোংদম্বা লাইগী মযাম দগী য়েক সল ইগী
সাগৈদা নুংহোংতুনা লৈপুমতিনবা লিতিংনবা, পুন্সি লৈপুন ওইজগ-
দৌবিবা অসিদা, থক মভান পীরিবা কোরৌ মুমিৎ ঈবিরেন, থাজ
পিমন্সিক অপকপা, থরাইমিচাক নিংথৌ সিদবা, কানগী মৈ, লাইচ
ঊসিং, মংকংবা নোংসিং, নোংথৌ ওংি ভং, মাকং লৈপাক লাইপুং-
থৌ তরেং, লাইমুরা তরেৎ, লাইয়িংথৌ ইবুংঙো সনামহী ইপু থংনি
পাখংবনচিংবা লাইযাম পুমমক মকমদা নিংথৌরান লাইম্নু সোন্দুনা
য়াইফনবা হায়দুনা থৌনিজরিএ ।।"

লুহোংগদৌরিবা লুপ মুপীগী মমিং হায়বগা—"অসি কোরৌ
মুমিতা থুংফাং চেপ্পা লোয়া পুনেমজরিএ, থোজাংল লনপুবিযু ওইজ-
জগে কুবিযু হাউং হায়েং ।।" মতাং অসিদা চেত্ত লৈ কংকনি
অহুগা অমুক সোনগনি ।। "লৈপাক নোংথৌ অনিমক্কা কাকুপনবগী
বানে, লৈপাক মমিংফা কৌএ, নোংথৌ মমিং বুং কৌএ, লাইনিং-
থৌনা লৈপাক নিংথৌ অনিমক্কী মরক্তা সনা কাগোক পুম্বগী
মমুংদা লৈবিইভগী মিংলেল্লি তিংথক কৌএ, লাইরেম্বীগী এনিসি
কোন্দে মরংমু কৌঈ তাইজগে কুবিযু হাউং হায়েং ।।"

মতাং অসিদা খুৎ-সা সেংদোকলগনি ।। অতুগা হুকসাং
সেমগৎ সাগৎকনি ।। "নুবাই কোইরেন সেম, নাপা নাখোং সেম,
মিকোই চাইজি সেম, লাইপক খেলাই সেম, পিম্নুম পাগোঈ সেম,
নাৎাং নাকচি সেম, নাতোন নাকচি সেম, খজাই চাইরুং নাখোং
সেম, চিনবান য়ারেন খোংজি, থৌরী লুখম লুমাং সদপুম সেম,

— :( ): —

পাম্বোব ত্যানকম সেন, খুনিং খুজেং খুনম খুপাক খুংগী কারো সেন, খুচিন লৈকানচিংবা সেনছুনা অসেম্বগা ইসাংগ লংইথি হেং নঙবু তাইজগে কুবিবু হাইং হায়েং ॥"

অসুম্না সোনবা লোইরগা চংবা মনিক (মুপী গী ঈমুংগী থং বমদা মাই ওনসিল্লগনি ॥ মতুদা তৌগদবাদ অহানবদা বাই তৈ খোক্লগা লৈপাক মথক্তা মনিকি কাওজনবা মবান লুহোংবগী অফবা খেন চাং য়েংনবগী মফম অম ফজনা সেমগনি। ফম্বনগী মাহুদা লাদা কৌ থরা হাপ্লগা ফৌগী মথক্তা অহনবা চক্‌ তমা থিনগনি॥ চংদা ঈসিং থম্না হৈগনি॥ চকুগী মঙকসমদা মচু তারেংবা লেংবা লৈপরেংনা অহুম্নক কোইরগ কিসিনগনি। ঈসি অথনবা চফুগী মনাহুদা সনা ও ক, লুপা ও ক, হৈরুক পান, সেন অমা, লৈ ফজবা অহুম, অনদি খে তক থ থৈনচিংবা থমগনি অদুগ খোৎনগী লাংলিবা পোংলম পুম্নক মাহৈগনি ॥

অতুদগী অথঙ অহৈনা চংবা মনিকপু সেম্লিব ফম্বনলাংলা ফমহল্লগা অথঙ অহৈগী লাইসোনগা লোয়নবা সনা লপা কোনথাই পাবগা পুনেমজগনি ॥

সনা, লুপা, কোনয়াই থাবা লোইবগা চংবা মনিক (মুপী) না মরান লুহোংবগী ফিকোল সেংকনি ॥ সেংকদবা ফিদি হিজ-নয়েক কোবা মপান্দা অঙাংবনা চৌহলাই য়েকপা অমুমনা তমলাই য়েকপা অংকাইবীনা থম্বাল সাংপা ফনেক অতনবা সেংকনি ফুরিত্তি মচু অসংবা লমসং মানবা মচুগী ফুরিং লিংকনি। ইম্নবা ফিদি লমথাং থুলক ইনগনি ॥

ফিজোল সেংপা লোইরগা মুমলাই থুরুমগনি ॥ লাইম্লিংথোং-দা হৈরাং লৈরাং ওম্না থৌনিজগনি ॥ থৌনিরোলদি - "সংম্বাং

:( ): –

অপানবা কৌবা লাইযিংথৌ ইবুংঙো ! নমোম্না মতম, মতাং খরা লাইযিংথৌগী থগল তৌজবদা অবান অহুই কোঙ্গাই য়াওখিনা নমোম্নু খোইথ লিনথ থাবিদনা নমোম্না তাইবঙ ফাওবা সিংপুন মুমিং তকক্রিগী ইপাল থাবা মুমিঙ্গী লাইযিংথৌগী সনসেন লেংগী সন মসি দা চনবীহুনা ভংস কোরৌ নোজা ফাওবা সোইন ভামদ পাঙ্গরিবা অসিগুম্না নমোম্না মী অতোপ্পগী মদাল য়াযদা মযুমদ মৈত্রবম্ন লাইযিংথৌগী সনসেন লেংগী সন মসি দগী কাইথোকপী-দনা পুন্সি খোইরেন ফাওবা কননীযু হায়না থুয়া ভাংলো থগ্নার নৈকাদা নৈপায়ননা হন্না হন্না পুনেমজরি, পুক্লিংচেৎনা।"

অহুনী অমুক ইমা লাইবেম্মা নমবেল সিদবীগা খুয়াথংদা হৈবাং নৈরাং তন্না থৌনিজগনি. থৌনিরোলদি "ইমা ইবেম্মা ! নমোম্না কুমজ মতম খরা ইমাবু থৌগলঙ্গবদা অসোইবা অবানবা কোঙ্গাইবু ইবান লৌবদনা নমোম্না লুহো ইবা মীগী মযুমদা চংপদা ইমা নভন নমোম্নু নথাদা কোন্দুনা পুবীযুকো ইমা" তাই বঙ থরায় পুয়নক্নী মমা ওইরিবী ইমা, নমোম্নু চানবীয়ু হায়না হন্না হন্না পুনেমজরী "

অহুম্না লাইযিংথৌ লাইবেম্মা অনিবু পুনেমজবা লোইবগা কম্বমলা দ ফগ্রগনি।। চবা মনিক (মুপী) গী নিংসাগী ওই. যেং য়েংলগা খেল চা গী অকবা মতাংদা মাংদা খিল্লিবা ঈসিং অথনবদা মাই লুক্না মুম্না য়েংবদা ঈসিংদা তারিবা মনি অহুদা য়েংনা তেং-বানবা মপুবু নিংসি না পুনেমজরগা সনবী চাজেনবী ফজবা, মুপী চাজেনবীনা মচা পম্বা, কৈথেল কাবীনা নমোক হৈরা অথুম অহাও ফজনা পুরকপা য়েংনা পুক্লিং হয়াও মুংঙাইনা নিংসা য়েং ওই য়েংনা হৈবা খোংথাং কায়দনা খোংকাপ অহুম থাংলগা ইমুংদগী থোরক্লগনি

—:( ):—

অহুগা ফামলগ্দা কম্লিবা অপোকপা মপা অপোকপী মমা অনিদা চমজবা লংলা অমমমদং ওইরবস্থু তমহুনা মহাক্কি মপূক্লিংগী অপাম্বা অহু নিংনা পুনেমজগনি ॥

পম্বৌনা মমোমদা থৌজাল থাহৈ হাইরগনি—"ইমোম নঙনা ইপাগী লমন ঙসিদগী সিংজরো ; ঙসিদগী পম্বৌ নপা ঐনা নহাকপু য়াইফ ললকুবীবগে ॥" ফিহুপ ফিদাইগ', তরেং সেন্দাইগা, ক্বা তাংগ অমগা ললকুবীরিবা মপাদা হাইরমগনি ॥ পম্বৌ মপানা লৌথাই লেম্ফুদগী অহুমসক নাম্ববীগনি ॥ অত্তেনবা থৌরম্মে ॥

পালেম পম্বৌ অনিগী থৌজাল য়াথং ফংজরবগী মতুংদা হরাও খোংথাংনা লোইনবী অমনা চংবা মনিকপু পুথোরক্কুনা ফম্ফমলা.দা ফমহল্লগনি অহুগা নুঙপান অসৈ অমাইবনা তাইরেন লেংবু লৌনা লাইজ্খিকফেন চাইরগা মুরা পাথং অনি অহুবু হকমুঙ সেংগনি. অনম অথৌ কোকপীগনি, অতাঙ্গ কসা পোকপী তাইবীগনি ॥

অতাই কসা কোকপগী লাইসোন্দি :- -

"হে পুভথৌ হে পেম্মা য়োইপু কসা কতাঙ্গ য়োইরেন কসা-তাই য়াইহৈ কসাচিগা সাপু তাইগে। তিনমু হোইবু লাইমু য়োইপু তাইচকে কসা চংপী তাংদ চংপীবু থমোই নশোইপীপু সুককু হৈবী সোইকু হৈপীবু তাইচকে ললকু হৈবী থুমকু হৈবী ফোকু মপী চাক্‌মপী, তম্পাক পোকপী, থপী পোকপী, নিংথৌ পোকপীপু, হুপলা হারা পোকপীপু তাইচকে সুকনাও সোইনাওনি, খুনহোং লৈহোংনি ঐপু সিচপা চিংঙু ইপুংঙো নিংথৌরেল অথোইবস্থু নঙবু সিচপা লাইরেম্মা পাম্বোইবীবু তাইচকে হাউং হায়েং ॥"

নহৈবা লোইরগা হুপী অহু ঈরিক কাঙ্গন লৌহুনা নমসা লৈ কংনা সেংদোকনা কংপীগনি ॥

—:( ):—

অতুদগী মুপাগী পুরোন সোনগনি অসি থাগী ···· পানবা ··· কোনবা ···· থাবল মুনিং অসিদা . য়ুক সলাই সাগৈ অসিনা পোকচবা মমিং ··· হায়না কৌনা, পালেম পম্মোগী মিংনা ··· কৌবগী পোক্লেন পোকপা খোইযুম লাইনিং সোন্দুনা ঈরাং .থৈনি পুনেমজরিএ ॥ মসি সোনবা লোইরগা কুজবা পুনবা অমুক হায়গে ।

মুপী মুপা অনিগী থুবাক অচু অমত্ত ওইনা লঙ্গা তরেংনা লৈমচু তরেংনা লেংবা লৈপাবা অচুনা পুনগনি ॥ কুজাপোং পুথোক্লুনা পাবী মমোম অনিগী পাগা পারম থী, মুগী মুরম থাচুনা সিংভেল লৈবাং অনিবু লৈপুন পুন্নগা কুজাপোং অচু কংকনি ।

কজ পোং কপ্পী অচু মুপী মুপা অনিগী লোম্নবিবা থুবাক চদুদা থাংগংলগা অতাইরোন সোন্দুনা কংকনি ॥ কুজ পোং চপ্পগী লুনথরকপা অচু মুপা সেন্নবা অচুনা মথুং মথা থনা ··· পাংবিবা য়াই । মতা অসিদা লেনলৈ দা থাবা চংহনগনি ॥

কুজ পোং কংপদা সোন্নবা লাইসান্দি :—"হৈবাংনে, মচানে, তাংজিনে, মমুনে, সিংভেলনে, হৈরানে, হৈ কৌবদি চিপানে, লৈকৌবদি মুপানে, থাবু সিংভেল .বাএ মুনিংপু লৈরা. কেয়ে, মুনিংমু তরেংমা চিংমু তরেংমা মুনিং চয়োল তরেংতা লা ভনবা হৈরোম সিংভেল লৈবা অনিবু য়াইবা লৈপুন ওইরবনে ॥ ঈয়ুল সল্লাই অনি তাইরবনে ॥"

রাহৈ লাঈরোন অসি সোম্নগা কুজাপোং অচুগী মথক্তা ঈশিক কাঙ্গন অমগা চেংভ লৈ নচিংবা থবা বংকনি ॥

পম্মোগী থৌজাল রাহৈ :

"ইমোম নংনা ইপাগী ললন তসিদগী সিংজরো তসিদগী পাম্পী নপা ঞনা নহাকপু য়াইক ললকুবীরবনে । ফিতুপ ফিদাইগা তরেং

—:( ):—

অনিমক, থব্রায়না ফমলেপ্তা ফমলরো, মিংবন্না নকাইকমবা তোং-লংরো, তাইবঙ মালং পান্দা পানমিন্নসে ॥ অচুম্বু খঙনসে অচুম্বু হায়নসে, থবায় লিকাগে মিরেন লিথুপংক কাংলোইকাংবু লাথুগে-হে খোইয়ুম সনসেনবা নঙগী নসন লাংবদি, লাংবা থোৱা থোক-ফরোইএ ॥ নপারীগীদমক নমোমগীদংক নাংঙখেম কুবিরকও ॥ হে থবায় মঙামক মিগা থানা তরেংমক মি মিং মিং বুক কুক লা লা অউম হয়ম ॥ অসি হায়না লোইনিনবীগনি ॥

লোইসিনলবপা মতাং অসিদা কুজবা মথক্তা ঈসিং কাংগন অমা হৈগনি ॥ অহুগা মসাবী মসানৌ অনিবু তরেং সেন্দাই কংপীগনি ॥ মপা মমা মচিন মনাও মকপ মপাং মরী মতা পুন্নমক্তা সেন সনানচিংবা কুজবা মথক্তা চাইথবীরো ॥ লুহোংবদা য়াওবীবা য়েক সলাই সাগৈগী মচা মসু পুন্নমক্তা পুন্সি ঈন্নুং সাংবা মুংঙাই য়াইফনা পানঙমজরো ॥ মপুগী থৌগল ফংজরো, ইবুংঙো ইবেম্মা নখোই য়াইফ মহৈ ফংলো ॥ অসি হায়না য়াইফলোন পীবীগনি মতা অসিদা কুজবা লোইরগা মুরা পাখঙ অনিগী মথুত্তগী কুজপোক্ত-মুপা লোয়নবা মীহুনা সেংখোক্লগা পীবা মতাদা পীসিনখ্রগনি ॥

কংপগী লৌরম অসি লোইরগা মোমমু মুজা ওইবী অতুনা পাখঙ ফম্নাল ফম্লিবা অতুবু তরেংলক কোইগনি কোইবা থুদিংগী লৈরাং থুজোক থম্না হাপ্লগা পাখঙগী কোকথক্তা চাইনা থাদগনি ॥ অমুম্না তৌরকপনা অরোয়বগী থুংকোইদা মোমমু মুজা অতুনা লৈ-রাং পরেং অনিথক পায়রগা পাখঙ অতুগী ওক্তা হুক্তুনা লৈরাং পরেং অতু কংকনি ॥ পাখঙ অতুনা মাগী ওক্তা সিরিবা লৈপরেং অতু অমা লৌথোক্লগা মুজা ওইবী অতুগী ওক্তা অমুক হুকপীগনি। মুপীনা লৈকোইবা অসি য়েংনা শইরোমদা কোইগনি ॥ য়েংওইননা লৈনা লৈনা চংকনি ॥

— :( ): —

লৈ কোয়বা হায়বা অসিগী মরুওইবা থৌরমদি পিবা পাংথু অহুনা ফম্লিবা ফম্বাল মেন্দোং অহুগী অকোযবদা লৈনা লৈনা যেংওইননা চম্লবা লৈমা অহুনা কোয়রগ লৈ চাইহুনা অরোইবদা লৈ পরেং ১ হুক্লিবা অসি পীবা অহুগী থৱায় মভা অহু ভসি হায়না নুমিৎ অসিদগী মুপী ওইবা ঐনা কোয়হুনা পান্নজরবনি, ঐহাক্না ওইজরবনি হায়বনি ॥

লৈ থুংজাক থম্না হাপ্লগা কোকথক্তা চাইহুনা কংলিবা অমদি লৈরাং পরেং হুক্লিবা অহুগী মরমনা মমল নাইদ্রবা থৱায় হুকসা বু ভসিদগী ঈবু ঙোগী নকমদা অথুপ অকোঙ্গ লৈতনা কংথোকচবদনি, মুভা ওইবা নসানৌনা কচ্ছরিবা অসিতদি লংমদনা লৌবীযুকো হংযজরনি ।। লৈ পরেং অহুগী মওংনা পুক্লিং অনিমক অমত্তা ওইনা যান্নরে হায়বগী সক্তম্নি ॥

অস্তুম্না থৌরম মযাম অসি পাওথোকপা লোইরনা মতু দা মু পান অমাইবনা সবী পন্দোম লোম্বা থেঙ্গান লনকুবীগনি ॥ অহুগা মরাংয়াইদা লাইয়ি খৌ লাইরেম্বী থুকমগনি ॥ অদুদগী সাং সানৌ চমিনা হৈরাং লৈবাং তাওজিং লান্নগনি । তাওজিং হৈবাং চান্নবা অসি মুভা ওইবী অহুনা পাখঙ অদুদা হান্না লানগনি ॥ মতু দা প্যাখঙ অহুনা মুজা অদুদা অমুক হন্না লানবীরকনি ।। অস্তুন্না তৌবা লোইরগা মুপী অহু মুপা অহুগী মযুমদা অরোং ভউন তমহুনা থিনবীগনি । সোরারেন-ইমোইনু সাফবী অনিগী হাক্তুগী অহানবা হৌখিবা কাওজম্নবা মরান লুহোংবগী থৌরম অসি চিংভু থৌরম কাইবা য়াদবা থোইযুম মবী তংপা য়াদবনা মালেমগী লৈমায় থক্তা তাইবঙমী লৈবা মকম খুদিংমক্তা কাওজম্নবা মরাল লুহোংবগী থৌরম কায়দনা চংনবা হৌখি॥ কাইরমলেন্দা নসিবু লাই হরাওনা কৌএ ॥

—ঃ( )ঃ—

কৌক্রুলাইনিংথৌগী মমোম নাংমোইমুগা মুংপাল পোম্বী লুৱাং-বগা অনিমক্কী কাওজমবা অসিদা অৱাং কৌবা মপুনা মমোম না মাইমুগীদমক অওং অউন তম্বীরে ॥ সনসেন নাওরো য়াওজুনা কৈকন সনলুং লোযননা মমোমগী ললবুবে ॥ মবোই মঙমসুনা ললকুবীবংগা কৌবা মনাই পুম্নহৌ খোইযুম লাই মী পুম্নমক পুঙ সেন য়েনা ৱা লেন পুংফাং ফুনা মমোমগী লেংইন খনইন লোইননা মনাই পুম্নহৌ খাংভে সকলে লাওরে লাকপনা অৱোং লনদন লুৱাং মুংপাল পামি নবা নোংপাল মরাংয়াইদা ৱাইথু লে ॥

লুৱাং মযুম তিনবসিংনা লৈবাং খুংহোংনান খাম্বী মৈরা ওক্রা কাপোক কাহাপ্না চাইবেল পুখংমুংদগী কাপোক খুলাক চাইনা সুৱাংসিন্না লা বা ৱাঙম হৈঙম ভানবনা থোবম পলতুপ নাইনা হৈরাং পুঙগা থোন তাওজিং লুক ক্রেন পানা চোন লেবাং নমসা মনম মুংসিবা লোয়ননা খোইথুম লাই মী নমি মনাই পুম্নমক তয়মসুনা চেংলৌ সকখঙনরে ॥

নমু পোংসুপ অয়াম্বা সাখাই সিংঙেল মপুনফা লৈরাং লৈরীক চুন্নবা নেংপান লুৱাং মসুম্মাংদা অৱোং অউন পোংয়াম্না য়োই-থেংনরে ॥ লিক্লাই মপাল সারে পামি নবা মসুম্মাংদা ॥

কৌবা নপু নিংথৌগা মুংপাল পামিংনবগা চিংগোই নিংথিববু মেন, য়াথং অথুম্বনা পাওমেন্নরে ॥ নোংপাল পুম্নমক মনিলনাই মুঙাই মরাং হোনা হরাউ মাথাই ভো নারবগা পুকমেন পাওমেন লোইনরবগী তুংদা কৌবা মপান থোনা মমি মনাই লোইনন কৌক্র মচীঙলেন্দা হলবাইথিরে ॥ নেংপান মনিল নাইবসিংসু লুৱাং মওাং হৌনজুম মুংপাল পামিংনব লনদা লৈহৌরে ॥ মুংপান প মিংনবা লুৱাং পুম্নমক্তগী থখাল লৈঙাং পোক্লরে ॥ মুংপাল মনিলনাইনা পাঞ্জরে ॥

—:( ):—

লোইভান থাজ ওল্লক্রবা থানিল মাকনৈ লোম্লবগী কোরৌ মাবনৈ ফবদা মুংপাল পামিনবদি কোবৌ নোংথৌ থোঙ্গহোগী মুংপাল কাদা লান্দাবা মকুন কুমসিং মুববগী কোরৌ নো থৌ খোংগাবে॥ হৌন থৌরম নতু ইন মুংপাল মুনসেং নাহৈ থৌ কোক্লা মখৌ য়া কেন্স লৈতোন লোন কুমজা মতম তুইন্নবা হৌনা নাঙ-য়োম ফিরাঙ্গি লোইথরে॥ অসিনা তেংপ ভোপ্না নৈখিসনো॥

---

## তরানিথোইশুবা মতাং

# লৈনুঙ খোংফাং অতোনবগী লানফম

পোনবী লুব্রাশুবা লুহোংবগী চহি কুমজা শুল্লকলবগী তুংদা লোইতাম থাজা ওল্লবগা চীংতু নোংতাম থুংবানা লৈনুং খোঙাবেন অহানবা উনবী মখোই সাউহুনা তাকলৌ সিতং সোম্লা পুক্লিং ফাগাক হোৌহুনা তায়ন সিংদা পাউনৈনখি॥ তাযুম য়াইথো, শাম্বাচা ভালে ঈ ঐগী অতোনবী ভানবা থামচিং কোন চাম্নু লৈচং খোং-খোঙ মামোমলোঈ চীংয়াঈ লাঈপুঙথৌ চাম্নু চীংনুঙ খারাঈ লাইংহান য়েনবী ভাংলৌ তায়া চাক থোংনাবী, নোংখিম্ল সান শুম য়াম্বীবু সানৌ চীংখোঙ পোইরৈতোনগী, হৈনা মাতুং ইলহাম্না কো-রৌ মামুঙ ওইনাবা তাইবঙ লামচং শেম্লাবা মালেম লৈমায়োম্দা খুম্হোক হানখিববু কারাম্না লামমুক লাম ফাংনাবনো ?

—:( ):—

সানৌ পোইরৈতোন খোঙফাং অতোনবা নংদি থাম্নুঙদা কায়দৌনা হানবাইরাকলিবনো? নাতৈ লৈমা লৈনাও তাবীদি হানবাইসী হায়বদা য়াদাবাবু কাদৌ নেংগীনো? হায়না মাশা-নৌদা বাহোম লাবাগী, অদু নোংদা পোইরৈতোন্না পাওখুমজখিয়ে। ইসাবীও ঐস্নু থঙজরাক্লারে, পাওখুমলু দা। অদু নোংদা লৈমুঙ থোংডারেম্না মাসানৈ পোইরৈতোন্দা থৌসিবাক্লে, সানৌনা তাইবঙ পাম্নদা অনাবাক হানবাঙ্গী থিযু নাতৈ লৈমা লৈনাও তাবীগী মাবা খোঙ্গুন লিক্লখোও: হায়ৈঙদা, পোইরৈতোন্না তায়বঙ মালেম পুঙনায়োন্দা অমুক হান্না মালেম লৈনা-য়োন্দা খুন ফাউরক্লে॥

লামলেন চাংায়তা ঈবেন থোংমুঙদাগী পোইরৈ তোন্না মালেম লৈনায়োন্দা ফাউগংলাক্লা খুনথোক্লা মায়কৈ মারি মালেম চিথেক নিপাল সুংতাঙ্গী হায়ৌ কারাল তরাংারুক লমঙাঙ্গী কুম্ব্রানিথোঙ্গী মাকতা কোইনা য়েনা মারা খোঙ্গুন লিনঃ থিরাক-পাদা হাওরৈ সাম্বোং পাংবা মায়কৈ লোমদা পোইরৈতোন্না নিং-য়েং সাংখৈরুবাবু লৈনাও তাবীগী চেংলৌ শাককোংই হেনবা অদু লাপনা উরাক্লে॥

লামলেন মাদাইনা কেগে থা চীং চিংথক্লা পালবা থাকলেংচী কৌবা লাইনিংথৌগী মাসাইকোন চেনবা লে ইবী চিংমাইদা লৈরিবা পাম লাক্লী মহৈ মারো, ডাক্লা পাম লাক খুদি, য়াংগোইদুনা লৈরে থঙল ক্লু॥

লামলেন কেগে নিংখি সারেংচি, ঙারেং তোংথান লোক॥ থাম্বাল নোংসালৌ তুরেল লুগী মারু চিংতোন॥ লৈমতাক কোন চিন থাংচিং চীংখান মাপান শম্মা তামপাক লৌকোন মীৎয়েং,

—:( ).—

সং থৈগে নিংদানা ॥ লৌকোন খুদিং সাম্না হাক্কোই বাকপদা ॥ নো পান লৈমা ভংরেন লৌ খংবং হেম্বাই লৌ । মাকু হুইচোল লৌ, যে ডান-লাকপদা লৈমা লৈনাও তাবীদো ॥ থাইল লৌভাক্না লেরিবৈদা, পোইরৈতোনগা লৈনাও তাবীদো ॥ খালৈ লৌভাক্না লৈরিবৈদা পোইরৈতোনগা সাক য়েংননা হায়নিংবা ব্রাকোভদোকনরে ॥ পোইরৈতোন্না ইতৈ লৈমা লৈনাও তাবীও ॥

নংদি কাদৌ নোংগী মাফাম অসিদা লৈভাম্বানো ? হাল ব্রাইব্রাস ॥ য়াম্না থোংডারেম্না ব্রাথেং ভৈনে তাউও ॥ হাযনা ব্রাহোংডদা লৈনাও তাবীনা পাওখুমথিএ ॥ “হে পোইরৈতোন খোঙফাং অংতানবা তাউও ।” নংনা হুলান লাম্বাগী লাম্মুকনহুনা লৈইগী মাংতমদা পম্থে কৌক্র অচিবানা নাতৈনা ঐবু মনোন থং লাও য়োক্লনা লৈডেদং, সানৌও ॥ সা ম্বাং কাওবী হুইমু লৈনাগী মপারী ॥ নোংশান পোম্বী নুব্রাওবদা কাওজাল্লুরে ॥ খামনুড হাসংবাইবা ভামলায়োঙ্গি সানৌও । খামনুংদা হালব্রাইবা ভনংবোঙ্গি ত বদা ॥ অদু নোংদাগী পোইরৈতোন খামনুড ইনতাম্রাক্ল ।

মংগা অসিবু অংপোইমাচানা নুব্রাং নোংহুম সংদা সৈকাক অমা ওঙ্গি ॥ অদু নোংদাগী লাইরেল খাগেলবানা ব্রাহোমলে ॥ ঈপুংগৌ কোলেঙ্গি তাবাসিদি খোয়রেন হিগুম থুমখোয়এ ॥ ঐদি পাইমা খোয়চড তিলাং খোয়দাজৈএ ॥ মাখা ব্রারাম তাজনিংবনা লাইজা ইখো লাংগুমলেদা ঐদি ॥ অসুম হায়না সেলবী লাইরেন খাগেলবানা ব্রাথেমখিএ ॥ হেঃ ঈপু মাখাগী ব্রারী লীবীরো ত জনিংডে ॥ অদু নোংদা মায়চোনা ব্রাহোমলাক্ল ইনিংথৌদা ॥ তুবী ইনিংথৌ পাইমা খোইচডলে লিরগে ।

—:( ):—

ভাসাইভৈদা পোইবৈভোন্না খামমুন্ডদা ॥ লৈমুন্ড থোংভাংলা রাহোমংএ ॥ ইসাবী থোভাবেল তাবিযো রাহোমজগে ॥ নাদাই-বেন্না লৈনাও তাবীগী মারা খো গুন লিজাকুবদি ॥ সঙ্গো, কাদী হুইমু লৈমাগী মপাবী অমা লৈএ ॥ কোলোঈ মিংলেন্দী, পোথী লুবাওবা কৌভামলে ইসাবীও ॥ মাভোন্দা কাওজাল লুমদানা নোংমাঈ তেংনা য়ুমগারে ॥ খমুন্ড য়াইসিবু য়াংগোয়বা ভমলাংঈ হায়এ ॥

মসানৌ পোইরৈভোন খোভফাংগী ॥ কোলোঈ মপাও ভসি তাবদা থোভারেন্না ॥ পায়না কাঙ্গাক চৌনা ভিলাং মথোঈ স ওবা হেনমনহিন্দুনা ॥ মাদায়রেম চিংদু অরুম্বা খোইয়ুম অভাইনা অনিমক কৌসিন্দুনা থৌসিরক্রে থোভারেন্না ॥ খামমুং কিকোঈ লৌওনবীবুস্ত থৌসিরক্রে ॥ খোইয়ুম নাখাঈ অহুম্না তাইবং মাল-পালদা চৎলগা ॥ লৈমা লৈনাও তাবী কাকওঃ লৈমবু খমুন্ডদা পুরকলো ॥ হায়না য়াথঃ পাওংাক অসি থৌসিরক্রে, থোভারেন্না । খমুন্ড কিকোয়না য়াভামদে ঐদি ভমলোইএ, হায়না পাওখুমলে । রা অপালবা থামদনা থোভারেন্না নাওথেম থেনখিএ ॥

লৈমা লেনাও তাবীবু সানৌ চি খোভ পোইরৈভোনগী ইন-মাতুং ইনগান্না কোরৌ মামুন্ড ওইনব তায়বভ লমচৎ সেমগানবা । কৌবা মপু নিংথৌনা নোংপান পোনবী লুবাওবা লুরাং য়ুংদা কাউজানগ্রে কল্লকইকো তাযুমসি ॥ লৈমুন্ড ইপুভ য়াইসিগী ভাউ জিং ইখুৎ থোকসিবু কালাক মায়াঈ মুংনা হৈরাং পেরেন হৈরাং মবু খংহৈদে ॥ লৌসং মুন্না খানলৌদা পানবা সাপান উংগোন থাক ! তাউজিং সানবুম লেম্নাপাল হৈরাং মচেৎ পানা ক. ।

তালে ঈ তুকাউ হৈরাংবু থংলেন রাকাউ হৈরাংনে ॥ তাউজিং-মুবু খুৎতাগু নোংপাল নাক্তা য়াঙ্গোইবী ॥ কৌবারান্দি নপোইমু

সা দে ভাইমুনীদ্দো লৈনুভ ঐনা পাউমেনগে ॥ লাগান কোরৌ নোংগীবু তায়বভ লমচং থোক্লৈ ॥ হিংনা যবা চাম্মানে, মুন্না চাবা চাম্মানে পোইবৈ লমচং সেম্লোও । অসুম হায়না থৌসীবা করি মরম লৈবনা নোংপাল নাক্তা য়াঙ্গোইবা ? থান্নুভ য়াংনা তান লাবও: সাবা থুনা ইনতালং হায়না রাহোনলে ॥ হে থোইদুম লোম্না কোম্না যাঙ্গাইসে ওযবভ কনা অনা থভহনবা য়াদেএ ॥

অথভ অহৈ থভহনবা য়াদে, অনাইবী অনাইবা উঃ হানবা য়াদে । চি ভু আকুপ্পা থোইদুম অভাইবা চৈবুন হুনগানো ? লোম্না পুসে ॥ যাঙ্গাইবা থুদিদা উহৈগনি থভহৌগনি থোযুনসিং ॥ হায়না পাওমেনলে অসুম হায়ন হায়না থোয়থুম পুন্না লোংসানলক্লে ইনিং-থোও ॥ থোযুন অভন মাক তাইং পানবদা থোবক্লে ॥ য়াংলৌ লানথাংদা, অসুকপা মফম য়েংলগা লাইয়াম্না সাথুপলে ॥ য়োইনা-য়াইনা নারাল চল্লবদা নামোইমুনা মোংবা মরান যাইদা হানবাই-বক্লে নামোইমুদো ॥

তারা চাকলেন চারগা থোমলেন তুমথুন তাল্লিভৈ ॥ থাগৈন মিনুভ কোংগী থান্নুভ পাউথেম হৈবীনা নামোইনুবু পাউথেনখি ॥ নোংপান নানাং নভবা লুরাং নাসিল নভবদা করিগী, য়া ঙাই-বিদনো ? লৈমুভ থোঙারেন অহানবনা থানুং য়াংনা কুমলাকও সাবু থুনা তানলাকও ॥ অসুম হায়না পাহেম্ববু মাসাবী হৈবাং মাথুংথা য়া দৌ লানওক্লবগী ॥ কৌবা মপু চানুদি মংলান্দা চাহৈ-দবা হৈরাং হৈ চাকবদগী ॥ অদু নোংদাগী হৈরাং নাহে চাল থোং নাং কাইবী মানা নিক্লে ॥

হৈরাং খুত্তা সুত্থনা পিরেম থংতানা পাওমেঙ্গৈ ॥ তাযুম থানুভ ণাকপাও পোইবৈ চিংনেম নেমজানা ॥ তৌরাং খাংপাক সাজান

—ঃ( ):—

তায়বঙ খুনথোকলু হায়বগী ॥ পোইবৈ খাম্নুঙ ওইব॥ পোইবৈ লমচৎ সেম্বীরবদা ॥ মবৈ ফাওবা য়াঙ্গাইরে খাম্নু, ওদে ঙম- লরোই ॥ য়াইবী ফাক্লাং থেংকোইনববগী মীকাপ হিকাপ্পরক্নে ॥ খোমলেন মিকাপ থোক্লবসু খুরাং মুংচেং লাউড়না ॥ মুংসিং লাইমন হৌড়না চুবা ঙাইকা য়েক্লুনা পলেন কৌনা পিসোলে পখৌ সোম্না পাসোম্নে ॥

থুমনাউ হেনসোন নীকুনা য়েননৌ নাহে ডামড়না ॥ হায়, পলেম মিথাননা মসাবী য়েংনা পাউহোমজৈ ॥ হে ইবুংঙো তাবীও নো পাল পোনবী নুদাওবা ॥ য়াংদৌ নৈরক সাথৌবা খোংবান নারীন লাময়ানবা ॥ চিংঙু করাম্বা লানওকপা নাসানৌ চুবা ঙাইকা য়েক ॥ খুরা, মুংচে, লাউববু অথোই অতম্নরক্নে ॥ আমান খামলৈ মীমুঙ কোল সংবা খাম্নুঙ মীথুবোন্দা ইন্দানখ্রাগে হায়ববু ॥ কোবৌ ইনোংথৌ লাম্বাবা বাংবান ইকা সানা খঙসাবী ইবুঙো তাবিয়ো নসানৌ সঙলেন সেৎপ্রত্রা নৈবাং চোবুল খাইগত্রা ? ঙাকথি লুম্নাং কে নবু খারাঈ লাইবাল ফিনা কাল নাসনৌ ঐবু কলবিযু ॥ চৈরৈ ফিমু নি থিবা সিনয়োম লানা য়োম্ববু ময়োম ওইনা ফাবিও ॥

কোঙ্গোঈ মীসাওন ঙামদা চেংলা ইমিৎ ফিংলাবগী নামু পোওন লাকঙনদা ॥ অম্মুন অম্মুম থোইচিম্লে, সাবী কোৱৌ ইনোং- থৌও ॥ ইপাল থৈরা তানচিলকী লামওক্লবা নহাকপু ॥ কোং- য়াং বাপুক থায়গুম্ন কারাম খায়নি কল্পকয়ে ॥ সাবী ইবুংঙো তাবিও পায়মা এবু পুকথোংহাং উনবী মুঙবু চাকন লেং । মাললং মাথিম্নাইবানা খাঙী মারাঙ চৌবগা ॥ লাইজা য়িথিন হৌবনা অম্মুম অম্মুন থোইরাক্নে ॥ সিঙঙেল সেৎকাত্রা খঙলুদে নৈরাং খাই- গত্রা খঙলুম্বে । ওকন তালোহ এহাকপু কারাম খামলৈ কুমাসবা ॥

— :( ): —

সাবী নংবু হুনগুমলোঙ্গি অসুম পাউ হোমজাবাবু ॥ নোংপাল পোনবা লুরাওবা মোয়্ ভালোই মারুম্বীগী, চিঙ্গোঙ্গি মাপাউ ভাবগা ॥ উংবী মাখোই সাউবনা মুঙ'স পুক্রিং তংগমদা ॥ পিরেম ঈরাঙ খাক-মাদা, লাইজা মিংপান সিন্দুনা ॥ য়াম্বা খোঙ্গেল হীকচানা ঈমান কৌবা মপুও ॥

পালেন কেপালো লৌসিঙন নামান ঐবু লাংকোনবী মোয়্ য়োইবু নাইসিবু হৈরাঙ নাহে চল্লক্রে ॥ খাম্বী লমকেংপা কারাম্বা অমাঙ্গি লামথোইবা কারম্বনা থাংলৈ মীমুঙ কোন্দাগী খোথাম্বাবু লৈংগে ? অসুম হায়না পাউহোম্বা পাউহোম খোনবু ভারগা ॥ মানান কৌবা মপুনা মাক লৌরেমও নহাক্কী খেক রাইববু লৈবনে, পাউ কৌরুও পাউমেল্ল ॥ নোংপাল মাগী পাইরৌলেন থোনাং লাইচিং ফম্বু ভান্না পাউ কৌহাল্লুরে ॥

কৌরুচিংগী লাইয়িংথৌ মাচা অহানবা থোংনাং লাইচিং ফম্বনা খাবী নাইহুনা ॥ আমাঙ্গি মারাঙ হৌদনা নামোইমুবু লাই-কাংলবা কাল গুমদবা উবদা ॥ কৌবরোন্দি নামোইমু সাংলে ভাই-মুবীহুদি ভারং লাইজা ঈথিনতং ॥ পায়মা নিংসা খাম্বানা চিল-বাল খোনবৈ নেম্নাগে তৌগুম্ববু উবগা ॥ চেংলো সাকোঙ্গি মিংকুপ্পা য়ারা খোঙ্গেল নাইদারে ॥ নোংপাল পোনবী লুরাওবা খোয়জি চেঙগুম চেঙগানা লৈরিদৈদা ॥ নোংথো খোয়রিকাবনা পোম্বী লুরাওবদা হায়রে ॥

পাইরৌরেলও :—নচল নামোইমুদি হায়্ মামুঙ সংলে ॥ লাই-য়েংনবগী মারম লৈত্রে পাইরৌরেল কৌগেল্লাগানো ? অসুম হায়না খোইরিভেলহৈবনা লাইমিং থিংকোমননা ॥ হিদাক য়াইচাল থানা লাইয়েংববু লাইরি থংপা গুমদে॥ অমাং সিংগুমগে ভৌভাম লাক্লে,

হৎগৎলি পস্থৌ সিদবাও ভাবিগু॥ নাদাইরেম ঐথোই খাবা ভূমদে লাইনিংথৌ॥ হায়না রাকৎচবদা সিদবা মপুনা যেংগে নিং-ছুনা। স্না-ফাংথোং থকতগী লেৎথংলে মাপুনা॥ ভায়বঙ মাফংতা সিবরু মুঙওনবনিদকো হাযি ঐনা করম্না হুলানশিবনো? চেংলৌ য়েৎগে হায়নদি, স্নাচিঙ থোইকোইবা মাথোংচিংগীদি মায়াইরেন।

চিয়াংতেক চাখা চি মৈ সাংগী লুতিন ফামদাবু॥ হায়না লেংথোরক্লুনা চাখা চিদা কারকলে। চাখা চি তোনদা লৈথাবে ইনিংথৌও॥ লাইসিনবনা তাইংও লিবা মফমদা খুপ্লুনা মিয়েং সাংখৈবীরে॥ মাঙান লাগী লাই সিদবা মপুনা পাম্লুই পাম্লুই হায়না মিকাপখিএ হায়িনা মিকাপ্পগী লাইজানা চেলথোরক পনা। তাইবংপান মৈযামদস্থু কাওরক্লে পাম্বিও॥ অঙ্কু নোংদগী হায়িনা বাহোম লাক্লে ইনিংথৌও॥

নংগী নংগী চায়োম চেংজেন লৌরুরো মিহুনসা॥ থৌসি নোংগী হানবাইরক্লে চেংজেন লেবরুদি॥ খামদা য়াংদা চাক কৌই তাই-বংনা মিতা থোমদা কৌএ॥ অস্থুম তোছুনা চুবা য়েংকী মিহুন্দো মুৎখিরে॥ কোরে মুমিং কৌবদো নারুমদা লৈথরক্লে॥ ওইগী নোংতাম থাজদো নারুমদা লৈথনা ভাগ্রে॥ মতমত্তু লৈমারেল থোংগুম্বও কৌএ॥ মুমিং তাথ্রবদা কোম্নাং রাপি হান্না কাংসেনলে॥ কাথোং অহুম পাম্লে থাম্বী লাইজা মালং কৌএ॥ তাওরাই লাইনা কাং ওইহুনা ইনিংথৌও॥ লাইনিংথৌ হানবনা কাংদা মিহুন ময়ামগা তোংলে॥ কাংফুকপা ওমদবগী তাওবোই লাইনা খিংকাম নৈএ॥ তাইবঙ থৌজেংদা পানববু সালৈপান কৌওমলে॥ তাইবং বাঙাংবা য়াম্রে তাইবং লৈয়েং ফাখিরে॥

কাংথোং মুংকাইদা তাকপা মাথোনদো খেম্রে খেম্রে হায়না মথোনবু। তাইবংপানবা মীসিংনা সাদো হোনলে হায়নৈদো॥

অসুম্না কাংখোঁপ্রবদা হিগা য়াইগা অনিরুক্ত ॥ হে লাইনিংথৌ তাইবংপান সেমজরগা নাদাইরেম্ব ॥ নোংগারমদাইদ ভুলানবঁদা মিরু মুংডাম্নে হায়না মিকাপখিএ ॥ অতুনোদা লাইনিংথৌ হান বনা রাহোনখিদা ॥ হোইদা পারি অনিরুক্ত ভুলান লোইয়ে পলেম নমাগা ঐগন ॥ অমাম-মাম পুগনি নাপান ঐনা চাংওনগে লাও হায়রে ॥ অতু নোংদাগী য়েংকী থাজন্দা সিদরা লাইনা লেপ্তুনা। হিগা য়াইগ খস ওল্লে অমনা লুম্বা হেল্লে ॥ অমনা য়াংও লুম্বা মকমদি নংকম কৌডামলে ॥ য়াংবা মকমদি যাংলেন কৌএ, হিনা লুম্বা হেল্লে ॥ য়াইনা য়াংডে হিনা হায়িনা পুরে য়াইনা হেয়ানা পুরে ॥

মতম অদুনা য়েংকী খোমথা লকাবা মিতন ফাওরে ॥ য়েংকী মিতনন খোমথাদা ফাওরগ তাইবংনা ॥ মিহাক পুবা লাইসেএ, হায়বদি কনাবু নত্তে পারি। তাইবং পোকপা হিগা লাই ওইবা য়াইগা অনিরুনি ॥ ওনবস্থ মুজাম্ব হি য়াই লেবনে মৈতিংঙু মপারিও ॥ মতম অতুদা লমদম তামখিবা য়াইবী লাবা নিংথৌদি খোংদা পুবগী কাংতোবা নহৌত্রে ইনিংথৌ। খোংদাগী চেলখং-লকপনা ওইগী কানখোংদগী। কোকতাচং নুথমদা থুংলুরে মানা যাঙ্গাইদদ ॥ খাম্বী নংদা থা মালং য়াইদা চন লাইজা তু দা ইন্না ॥ খোইখুম বাথৌখিদবু উরক্লে পারিও।

অতু নোংদা কোকতা চিংলাইপাক্তা ওনহুনদি। খোমলেন মৌকাংখি পলেম পম্বৌ কৌনদি ॥ অতু নোংদা লাহান মাবু পুবি-রকপা অসিবনদি ॥ কংলোই রাহোমবিরক্লে মিহুন্দা ॥ হঃ রঃসঃ অহুম সোম্না য়াঙ্গোইরকও হায়ভৈদা। হঃ রঃ সঃ সোনলক্লে মিহুন্না ইনিংথোও ॥ অতু নোংদা মৈ ঈসিং জুঙসিং মুংতানা ইনভানখি ॥

চিংঙু নোংথৌ সোয়াবেন অহাং পাখঙ য়োইরেনবা কোয়ৌ হংবা নোংথৌগী মপারি ॥ নোংথৌ খোইরৌ ফাবা নহা গোইদং-সিংপা চিঙু লৈরাং খায়োম লৈনৌ । ॥ খোইযুম লৈসং থেক-হাইবা খোইরি তেনহৈবনা ॥ মাংসল ইবুঙো নেংপাল পোম্বী লুপ্লাওববু য়েংনা হাহোম্বীরকএ ॥ সেল্লৌরেল নঙবু ভাও খায়ুঙ লাইবু ঙমনিংবরা হাহোমলে ॥ পাইরৌবেনঙ পামজৈএ হায়ত্তৈদা খোইবিফাবনা তাকপীবে লাইমিংদা ॥ উত্তং পায়া তরেৎ পাযরগা মকোক্কা লাইমিংসি সল্লু হ য়না তাকপীরে ।

লাইমিংচি, হুইতে, থেবা, হুইতেনোঙ্গ থেবা কৌএ ॥ নিং-থৌসনা লকাম্বুঙদা ফম্লীদৈদা থেবা কৌএ । হুগথে হৈত্রাকংকুম কৌএ, হুইথাম থেবা কৌএ ॥ হুইশাম হাচাচিং কৌএ, হুইথাম থেবা কৌএ ॥ থেবারোম মপানগী মিংথৈরেন অক্লবব তাকপীরে ॥

মতোনলোমদা অসিনম্ব সাল্লু হায়না তাকপীরে ॥ লাইমিংদি চিংতেবা মীতেম্ব মিতে সানতৈনম্ব স্নাম্ব । সনা কাংকোক মম্বুঙদা চায়োম তরেৎকী মম্বঙদা পোকইবা ॥ তেংকৌ নসাক নংচংলবনি মিঃ মিঃ সনা সংজৈনা সোনলবনি ॥ লুপা সজৈনা থিংঙাবনি হায়না লৈনিক তরেৎ নিক্কা নিসি তরেৎ কিনা ॥ উতংগী কাংলম পৈয়ানা কারাক কারাক লক্কা পুনপু তাকপীরে ॥ লৈমারেলগী থেংগোরোম মপানগী অক্লবব কাওগম্ব হায়না তম্বীরে ॥

পোম্বী লুপ্লাওবনা লাইমিং চিলফা পুনবা ঔরাহরে ॥ অতু নোংদা খোইরিফাবদো নোংকারগে হায়না খুপ্পুনা লেপ্রে । মাইকৈ লাই পুম্নমক মালেমদা তৌরিবা থৌদোক মারাম খঙহৌ উহৌবা লৈখিদে ॥ কংরৌ লোইশাম অনিমক্কি উহৌএ, লোংপা য়ারোই অচুম্বগী মফমদা ॥

অসোমদদি খাম্নুঙ লাইগী লৈবাক্তা থোংজাবেননা॥ চিংজু অকপা খোইযুম অঙাইবা লাইবু ঙাইরি॥ অদুনোংদা মালেমদদি চিংজু অকম্বনা॥ নোংপালগী তালোই মথবাইবু খমনুঙদা পুগে ফাকখদা॥ পোম্বী নূপাওবনা খুৎনিংথৈদা লাইমি সোল্লাগা মমিৎ অনিদা নালবদা খাম্নুঙগী লাইউরে॥ অদুনো বা কানাম পাম্বা তরেৎকী মকোক্তা লাইমিং লাপান লাপসোম্লে॥ কানম পেম্বা তরেৎকী মতোনলোনদা লাইমিং মাপান লাক সোল্লগা পাখোন লাকপা লাইসি অদু পুনলে নোংপালনা॥

নোংদম খোল্লনা খাম্নুঙ লাইদো পুনখিবে। অদু নোংদাগী লাইগী সাবিদা খাম্নুঙদা হনখিবে॥ থোংজারেন্দা রাহোনৈজ সদৌবা॥ থোজাবেম্না কনাগী সাবিনো নত্তা নঙদি হায়রৈদা॥ লাইনিংথোউ ঐদি চিংজু অকম্বগী সাবিনে পাওখুমলুবদা থোংজারেন্না সাবি নদি কদোনোংগী লাকপনো? হায়রৈদা॥ সাবিনা পাওকৎচবে লৈমুঙ থোজারেন অথোযম্ব॥ চিংজু অকম্ববু নে পল পেম্বা নূরাচবনা পুন্দুনা হনলোবে খোইযুমদো॥ সাবিগী কোলোইত্ত চাদা খাম্নুঙ থোংজারেন লাইয়িংথৌদো॥ য়াইবী কাচাক থৌনা চিপ্রা মখোই সাওনা রাহোমল্লে॥

খাম্নুঙ ঐগী লাই কনাবু মালেমদা হুয়েন লানচংঙদনে? হায়রৈদা॥ মসানৌ পোইরৈতোন খোঙফাং অতোনবনা॥ ইসানৌ নসানৌ ঐনা হুইয়েন লানচংচগে॥ নামু তাইবঙ নোংপালদা চঙফা ফারগা খাম্নুঙনা পুঙমজবক্তে॥ অসিবাবু রাহোমনা মসানৌ ঙাংলো খাদা পুক্কমজে॥ অদুনোংদা থোংজারেম্না রাহোনবিরক্তে॥ সানৌ নংনা মালেমদা লান্দাবদি খম্নুঙ লানমী পুনিংব পুজবং ও॥

অসিব্রাবু তাবদা পোইবৈতোন্না ব্রাহোমজরক্লে॥ ইযুও তাবীও হুইয়েন লানমী অমত্তা পুজরোইএ. নসানৌ ঐদি॥ মালেমদা ইতোম লান্দাজগে? মোমনু তাইবঙ নব্রাদো চংনা ফাহুনা পুজরকে. ভাংলৌ থৌজান পীনবীযু॥ কংলোই মপাও তাবদা থৌজান লাল কুপিরে, খোঙসান্নবা তাকপীরে॥ ম'লেম লৈমাই য়ৌনবা খোঙ-সানলগে নিঙহুনা॥ ব্রাইফা খোনলাও লাউহুনা খোঙসানলক্লে পোইরৈদো॥ মালেম খুন ফাওবক্লে, চাকপী খোংচিলদগী নোংপাল মারাংয়াই য়ৌরক্লে॥

পোম্বী লূবাওববু য়েংনা কোলোই ব্রাহোমলক্লে পোইরৈতোন্না হাই হাই পোম্বী লূব্রাওবা কবি হাযনিংই নংনা পাম্বা হাযম্নু॥ পোইরৈতোনগী ব্রাফম অসি তাবদগী পোম্বী লূব্রাওবনা॥ হাই খমুঙগী লাই অহন নথব্রাই মাঙনিংত্রবদি॥ খমুঙদা থুনা য়াংনা হল্লো হায়না ব্রাফম অসি তাবদগী॥ পোইরৈতোন্না হাই পোম্বী লূব্রাওবা খমুঙগী লাইসি থাদোকউ তাইবঙ নব্রা॥ পোইরৈতোনগী কংলোহসি তাবদা নোংপাল পোম্বী লূব্রাওবনা ব্রাহোমলকই॥

লৈমুং খোঙফাং নহাক্কি চুংলোঙনা ওইগদবা। নমথাংহুমু তিমেন নাখুংসুহুমু থাংলেন নামৈ য়েপ্পসু॥ কারি কারি খুংসুনো হায়না পাও হংলদো॥ লৈমুঙ খোঙফাং তৌতোনবনা হোয়দা নোংপাল পোম্বী লূব্রাওবও॥ চেংজা আখিন ওইবনি মুংনাং মাথী নাইবনে॥ তিমেন তাদি ইখুংসু, মালেম লৈনা মখুংসু কংরৌ থাকুম থাক্লিবা ব্রাংপান লাওহুম লাওরিব॥ কংরৌ নোংসিংজং গুম্বা থাংলেন নামৈ য়েপ্পদি॥ সাবী লৈমুং থোংভাবেন খমুঙ মাগী মখুংসু॥ থাংলেন খিং খিং মিংথাবা কাচেং মৈথাংগুম্বনে॥

লৈম্নুঙ খোংফাং পোইবৈতোনগী য়াবা খোনসি তাবদা॥ নোংপাল পোম্বী লূবাওবন পাওমেনলে লৈম্নুঙ খোঙফাং অতোনবা॥ নঙবু খাম্নুঙ লাগকেংপা স'ব্রা লামখোইয়ে হায়বদি সিঙেল অরেম্বা ওইরেদো? খুৎস্নু মায়াই কাববু সামু মতেং তাংজবা মোমন্নু মাম্নুং মানগুময়ে, তম্বা নিপা ওইরগ খুৎস্নু পুম্বা ফেস্তোকও॥ সামু খুৎকা খুৎকা ফ না প'ঙ্গল মতিক খঙনসে॥ ক লোই অস্নুন পাও-হোম্না নোংপাল ম.রী হৈবনা পাও হোম্বাবু তাবগা॥ লৈম্নুঙ খোঙাক লাকাবা খুৎস্নু পুম্বা ফেনথারে॥

খাম্নুঙ তানবা কাচাকহৌ থি লো মাথী নাইতুনা। নোংপাল পোম্বী লূব্রাওবনা হাই খাম্নুঙগী লাই অহল সাকথিব নমাঈ খিনিং-ত্রবদি নথব্রাই পুতুনা চেলজহৌরো।

আয়াকপা ক লোইসি তাবদা মখোই সাওরে পোইবৈতোন॥ হাই পোম্বী লূব্রাওবা নাব্রা নঙনা পাম্বা খুৎলাই পাইযু॥ ব্রাসি হক তাবদা নোংপালনা হাঈ অহল নংনা পাম্বদো ঐ য়াবে॥ অসি হায়না মাকুন তালোই নামোইস্নু চেংলৌ চিংনা য়েংলগা॥ পিরেন থাকক নাতুনা চৈরৈ ফায়েংনরগা মংস্নুম্মাংদা চোংথোক্লে॥

নোংপাল থাং চুংকোই তাপ পায়দনা ফল চোংথোক্লক্লে॥ অনিমক নোংপাল মথোপুঙ অতুদা॥ য়েংলোমদা খোংফন ১২ সং সং সং চৎনব ক্ল॥ ১২ দগী ১১ দা ১১ দগী ১০ দা ১০ দগী ৯ দা ৯ দগী ৮ দা ৮ দগী ৭ তা ৭ তগী ৬ তা ৬ তগী ৫ দা ৫ দগী ৪ দা ৪ দগী ৩ দগ মিংৎফম হেংবা য়ানদে॥

মাগী অকাইবনা বদাইদা লৈ, ঐগী কাইখিদবনা করিনো হায়না॥ উক উক্ল লৈনরকপদদি অকলবগী থাঙ অনিমক্কি ফজনৈ॥ অনিমক্লা থাংলোন কাইবা থিনরকপদা॥ নোংপাল পোম্বী লূব্রাও-বগী থাংনা ফজমনখিবনা॥ পোইবৈতোনগী থাংগী থাংলোন কাখ্নরক্লে॥

—:( ):—

পোম্বী নুব্রাওবনা পায়বা থাংদি থা'লোন তরেংনে ॥ থাং· খোকচঙ নুব্রাওবগীনে, থাংখোকসু নুব্রাওবগীনে ৷ থাংনমস্তু নুবাও বগীনে থা পাকস্থ নুব ওবগীনে ॥ থা.যাই থাংতেন্দি মীতোপকীনে । মতাং অসিদা নোংপালনা খো.ফম অমা পোইরৈতোন্দা পীথোক্রে ॥ পোইরৈতোম্ন কাইরবোই খন্দুনা য়াম্বরকপদা। নোংপালগী অঙাইবা থাং ওইরমতুনা পোইবৈতোনগী ॥ থাংলোন্দো খুৎতুম চেংপাক্লা পায়রম্বৰু নোংপালনা ॥ পোইরৈতোনগী থাংলেনবু য়েন্দেন থারাম সোইবগুম থা'ং কাক্ল' মালেম লৈনাইদা থাদবে ॥ চপ লেপ্পী কমদোবা লাই অহল হ'য়না কানম পায়া তরেংতা মকোক মতোন্দা ল'ইমি. সোন্দুনা থমলে ।

পোইবৈতোম্না হাঈ নোংপাল তা পাইয়ু অসি হায়রকপদা । নো পাল তা তাপ পায়খংলে, চুঙ ওইনা হেক পাইখংলি ॥ অনিদো তাগী তারোন্দা হৈবা মান্নবনা ফল ফল চো'সিন্নরগা ॥ লৈফালনে, নোংফালনে, লৈতাইনে, নো তাইনে, লৈখোমনে, নোংখোমনে, লৈচাইনে, নো'চাইনে, মসিনা চে'ংসিনবা মান্নবা চোংথোকপা মান্নবা চোংসিনবদা । চুঙ অনিদা থং থ. যুজিন্নবা চোংথোকপদা তা অনিদো খুৎতুম চেংনা পায়নতুনা ॥ অকাইবা খোংফম য়েং-নবদা নিংফম হোংবা য়ানদে ॥

মনিং মরিমক্তো মৈঙা, চঙবা অসৌবা কোরীগা চপ প মান্নখরে ॥ মালেমদা খোঙফম প্রপ প্রপ থিনবা তুংলোমদা হু রুরু লৈথোকনৈ ॥ মতাংসদা নোংপালনা নগানিনা সাম্বা হেনবগী । পোইরৈতোনগী খোঙলোন খুংলোন লানতাক উবদা ॥ ফল চেং-সিন্দুনা চুংনা মমাইদা হুনতম ফুপ্রে ॥ মখোং য়েংখংবদা নোংপালগী মখোঙ ওইনা কোংলগা চুংগা খোংগা চপ মান্নুনা থকইন তোববু পোইরৈদো মালেমদা তম হেক্তা হাইখবা ॥ নোংপাল ফল চোংসিন্নী

পোইরৈত্তোনগী থবাক্তা। পৌরবা তাজিন্দুনা কিংনমত্তুনা অহন কনদৌবা হেক হায়রদা'॥ পোইরৈত্তোন থবাক ঈবন কাংখিবনা হানবা তাৈর খল্লদুনে', হাঈ অঙা তুররা মীবু 'তা' থাবদি তাইবঙ নখোইগী হৌনসারা? অসি হেক হায়রদা নো পালদো 'তা' সংলগা মালেনদা থং য়ৈসিল্লি। অদুগা অহন নঙগী অপাম্বা হাইযু হাবনদা॥ পোইরৈত্তোন হুক হৌগংলি, হাঈ অঙাং থা 'তা' তোকলসি॥ খুংকি সান থেংনসি ইথিংদো পালথিংদা চাইনা খোংপ্রেন হান্নসী॥ বাদন অসিদগী অনিদো চরৈ তাখংপা চপ মান্নৈ মিংয়েং চপ মান্নৈ লৈবা মান্নৈ॥

পান্থনা চেকাপ চো বগুন ফল ফল চেংবা মান্নৈ॥ খুংকা খুংকা পাযনরে খোঙগা খোঙগা য়েংনরে॥ মুত্তুম মানবা খুত্তুম্না মশা মশাদো সুদনৈ॥ হিখা থাগে হিচিনলগে মতাঙুম পোইরৈত্তোননা নো পালবু কোলোঈ মুংথংগে খল্লক্ল॥ অনিনা চাইনবা অঙকপগী মশক্কি॥ মাল চৈরোইননা মুঙসিংকী মাঙ থানা সেংক্লবা লানফমদি॥

মালেম খোংগাওনগী উফুলনা নোংতোন সারা সানথরে॥ মালেম ফুকপ খুজিন্ন মশা মশাদা খোংতংনৈ। ঈনা লৌখোং চেলথবে হাও মুক্লানা লেংফাই চপ॥ মো বা তাচিল খুরৌয়েং চন্না অনি অসিন॥ য়োইময়াই তাওদানবা নোংপোক খোংগা মওন নাঈ॥ থাবী লুকমাই হেন্দনা সাতু চীঙলাই তানলকপা থান্নাং পামসি কোন্ননা॥ কোরৌ নোংবু য়ৌহুনা ফিবুল লেপ্তাম খোকপগুন হুন্নববু॥

মালেমনা চুবা নোংগী সাইচুম য়িসিং মকনা থবাক লেংয়ান জাতুবু॥ লাইজা ঈরম চেলগুম্নে অনিমক হাকচোক নিকথরে॥ কৌবা মপু মমুমাঙ উফুল নোংলৈ হৌথরে॥ খুকলু তানচিন য়ৌনরে মুংমং দোলাই ওনবা হাই॥ পাখঙ খুংগী লুম্নাইচাঈ মিরেন চেং ওনগুম্নে॥

—:(   ):—

অরা হাকথোং চোক্লৈঙে নোংপাল পোম্বী লুবাওবনা ॥ থাম্নুঙ খো ফাং অতোনববু কোরৌ হায়গংলগা উংক্র লৈনা মালেম লৈনা মালেম লৈদা হুনতান ফুবাক্লানা তারে ॥ পোইরৈ তোনংদা মাইথোঙ নাতোন কুরোনহু সামু-খুৎনা লামহুনা ॥ পরৈ লানকা সাবাগা খোঙফাং অতোনববু সামু তু বুন নারে ॥ লৈনুঙ খোঙফাং অতোনবা কোরৌ নোংসা নৈয়েনা থৌহু মুঙনা নালখরে ॥

কোরৌ অচু থাংহাননা ব্রাংবান অসা য়েহাননা তারা চাকপু চাদংদা ॥ নোংপাল কাচাক হৌহুনা শায়াং তোনগা তারৈনা শামু তুংগা লৈরগা ॥ খুদাপৈংচা য়েংতুন হুইয়েল লানস থিরগা মোনক্ত তালোই মরুম্বীগী থরাই মিরেন হংলরাইদা হায়েং হাউসি মংচ্চান-নোং য়াইথোং সিংহুন নোংহুদা মংখা লানবু ওইনগে, খোইমা নমাঙ্গ লৈগনো ? য়ামচেং নানান মুককানো ? য়ারা শম্বুম খোন-থোক্লা কুরাউ হংজাননা নোংথোইরে ॥

---

### তরাহুমদোইশুবা মতাং

## লৈনুঙ খোঙফাং অতোনবগী পাওজেল

লৈনুঙ খোঙফাং অতোনবা পোইরৈতোননা নোংপাল পোম্বী লুরাওববু য়েংলগ হায়রকই ॥ হেং নোংপাল পোনবীও অসি কোরৌ মুনিংতা ॥ নোংপাল নাসা ওইববু লৈনুঙ খোংঙা অহনবা ॥ চেংলৌ নিংখিংতানবা নতারিরোঙ্গ নোংপালও ॥ থামু ও ওন্দে করম্ম পাউহানসিবনো হায়না পাউমেন্ন ॥ অহু নোংদা য়ারা অসি

থাংমগী নোংপাল পোম্বী লুবাওনা লৈমুঙ খোংফাং অতোনবা নঙগী পুক্নিং থুনদা বাফম কোঙদোকপা যারে ॥ যাবা কোমোঙ্গী অসি ওংবদগী পোইরেত্তোম্মা লৈমুঙ নোংদা চেংখাল যাবু কৌসিল্লে ॥ তাবো তারো লৈমুঙ চেখাল য়াংও ঐগী বাহাঙ্গী পদেবু ॥ লৈমুঙ খোঙা অহানবা ইসাবীদা পাংদম্ম চেংখালয়াং নঙনা। নাপন ঐগী বাহায়বগে চেখালয়াং নতারো। নোপাল কৌবা মাসুম্মাংদা সাবী খোংঙা অহানবা চিংদু মাখোঙ খদাবু নসানৈ খোঙফাং অতোনবা হুয়েন মীবান ওইখরে। নোপাল তামোই মথবাইবু হাল-হাইবীও হায়রুও হায়রকই ॥ লৈমুঙ নঙনা হান্দাংখোক নদাইরেম ওইবা ঐহাক্কি লুবাক কাদৈ থিবগা খোনাও লোম্বো লেন্দুনা থা লন চালনা নোমংনও ॥ নমোইস্থ লুখা মঙ্জানগে খোরাং ভামদা লোইখরে ॥

সাবী অংলেন পীমাচা থাম্মং য়াইবী লামুংগে ॥ লৈমুঙ পুম্না হুপ্পুনা হুয়েন লাম্মবাবকও চিংউ নখোঙ লেঙলকও ॥ লেঙ-লকলোইবু হায়দা। কৌদরেন্দি নামোইস্থ ॥ থাম্নাই মিয়াং পান্দুবু হংলঙাইবিয়ো পাওদৌক্তে। লৈবা তোনবা ঐহাক্কি কোরৌ কাংগ কাঙবদ ॥ মালেম লিংকে লিংঙমদা চেকলা সাগান তুফা লিং তুকুপ হৌদহুগুম্মা খুযাখাবু ইস্তান ভমদে ॥

পিমাচাদি অতোনবনে খামম্লঙ বা কাওবীগনো ? নোংতোন মালং মাখোংজিন খামকোন য়াইকোন পুঙহুদা ॥ নোংখান ম্নাংবু পাওখাগে অম্মুম হায়না পামেনক্তে ॥ নোংপাল মানা হোয়ারাবদা পোইরৈত্তোম্না নোংপাল মগুম্মাংদা লৈমুঙ নোংদা চেংখলয়াং য়াংনা হায়বকই ॥ চেংখলয়াং নংনা চংতুনা ইসাবী খোংঙারেন্দা পাও-দমলুও ॥ নসানৌ খোংফাং অতোনবা হুয়েন মীরান ওইখরে ॥ খমনুঙ য়াইবী নমুঙহৌ লৈমুঙ পুম্না হুপ্পুনা ॥ হুয়েন লান

তাবীরকও চিংঙু নখোং লেংলকও ॥ লেংলকলোইবু হায়রগা কৌব- রোন্দী নামোইনু থরাই মিরাং পান্দুবু হনবাইবীয়ো খমনুঙ বা- কাওবীগনো ॥ অশুম হায়না পাওদমলুও চেংখলয়াং ॥ পোইরৈ- তোনগী য়াথং ত রবগী লৈনুঙ নোংদা চেংখল য়াংনা ॥ পোইরৈতোন মপাও পুম্না নোংতোন মালং মথোংভিন খমকোন য়াইকোনপুং । লৈনুং মপুঙ য়াইদুনা নোংখল য়াংদি হানবাইখিএ ॥

খমনুঙ মপুঙ থুংবনা খমনুং থোংভারেন অহনবাও ॥ মসানৌ খোংফাং অতোনবা নোংপাল চায়না পোংফেন হানবা চৎপদা অহানবা লমহৌ কত্তবনা অরা সোনখৈ নিকখরে ॥ বন্নবদা মপা লৈত্রবা পোইরৈতোনবু । চিংউং মতিক লৈবা নোংপাল পোনবী নুরাওরেনা ॥ যেংকী নি সা লমদাং য়েংনা চিংসিন্দুন হায়গংলগা ॥ মালেম লৈ- মাইথক্তা হুম্তুম থাদরে ॥ কনবদা মপা লৈত্রবা পোইরৈতোন্দা মালেম লৈমায়দা কোংয়াং বাসাং তা শুম পানেল উক্ত ভুপপশুম হায়থরে ॥ মুংপাল কানম পাযা অমা লাইনিং সে মগা পুম্মু হায়না লংসিন্নকুনা পোইরৈতোন্দা পুনখরে ॥ পৌহ্নু মুপাক অমনা মথ- বাক্তা ভস্তিক থাদভুনা নন্সিল্লে ।

অদু নোংদগী মসানৌ ঐনা খমনুং অসিদা লাকলগা পাও তাকচরবনে ॥ তয়ম নোংপাল পোনবীনা পৌহ্নু মুডনা মক্নুনা ওবা চাকপ চাবদা ॥ লাইজ য়িবু য়িত দা কৌরৌ অচু খাওহন্না বা বন অমা খাওহন্না শমু থুংপুন তুবুম্না নোংপাল মবা ওইহৌরে ॥ নোং- পাল মরুম নানোইনু শমু ভকসাং মংভনবা ॥ খমনুং মুখা থানগে মুরাং মানা তৌবর ॥ সানৌ থুংফাং লৈচেংহোৎ খমনুঙ কাদা পাও- দমজদনী ॥

সাবী নোংদা চেংখনয়াংগী কোনোঈ মপাও তাবগা । খমনুং থোংগা অহনবা উনবী কলাইদা নিকুনা খমনুং মনিল নাইখরে ॥

উনবী মখোই সাওবনা খাম্বী মৈপোক থোকখরে॥ মতৌ অসী উরিবা খমনুং পুখ্রা তাংজ মরাই লুকনা সারা হুপ্পা হুন্তুনলে॥ চিংখোং য়াইমাবা য়েংহুনা খমনুং থোন্তারেম্না পাওকোখি॥

চিংখোং য়াইমা নহাকপু খমনু ইকা নকনসি॥ খমনু থোংা এংাক্তি সাংবাকংলৈ পুংফানৈ শম্নু থোংলেন্ত য়াদেদো॥ সানৌ লৈরাং অতোনবা হুয়েন মংশক তানলুও॥ লুরাং মুংশান পোনবীবু শমলাংতৈরৈ খুদংয়েৎ॥ লেমুন্ত য়াইদা পুরকনা খুংলৌম খমনু পুংগা থোলংগে॥ চৈংগয়া তময়া খো তৌহংগে॥ তালোই এগী অতোনবী মিরাং পানম্ব হন্নাইরোই॥ নোংপাল তালোই মুংলুন খমনুং এস্থ নোংকাস্ত্রি॥ চিংখোং নন্তবু হুযেনলে॥ খমনুং য়াবা তাবদা মশানৌ চীংখোং য়াইমর খমনু য়েংনা পাউহোংজে॥ ইসাবীও থোন্তারেন॥ নেংপান শাবু লান্দাব ইখুংস্থদি কংম্বা, চুংলোং নমখাং কবম্বা, তেমেন করম্বা পুসিবা। চিংখোং মাগী পাওহংনি॥ খমনুং থোংা তাবগা॥ সানৌ চিংখো য়াইমবা কোরৌ নোংলেন ফংইনাতা চুংলোং নমখাং ওইনৌও॥ তুপী কোইচা য়েকপনা থাংলেন খুংম্ভ ওইনৌও॥ মনৌ নহাকনা মালেম খুনফাওকরোকো, খোইমা নমাই লৈগনো॥ য়ামচেং ননম মুকনো॥ নো পান পোনপী লুরাওবা, মৈতু মুনবা লুরাওবা॥ একলেন তুংম্বৰু কাচকতে খিংশৈ মথি নাইহুনা॥ নোংপাল মশুম্মান্ত য়েংরুও হুয়েন লানকা ফারুও সানৌও॥

খমনুন্ত যাংং তুইননা মশানৌ চিংখোং য়াইমবা থ ডাক লকাবনা॥ তাখোক্ত লেংডাগা পুজরক্তে ইসাবীও হাযনা ডালৌ থম্বাল থুরুমলগা খোংসানখিরে॥ নোংপাল নাক্তা খুংলরে॥ খমনুং য়ারা হুপ্তম চীংখোং পাওতাক তাবগা॥ নোংপান পোনপী লুবাওবা চিংখোং য়েংনা পাউহংখি॥ অসী কোরৌ নোংগী নোংপাল ইশুন-নাংসিদা চোংথোরক্লিবা নংবু বনানো?

নোংপাল পোনশী ঐহাক্তি খমনুঙ থোঙা নসাবী তাংলোই তুমুনলুদেনা ।। ইমাব কৌবা মপুগী কৌবরোম্দি নামোইনু ।। সাংবন তৌদ্রিগুম তোমশাংশী পাইমা মুংচেং পেংয়ঙংবনু ।। নোংপাল চেংলুক ঙংকোইনা কাওরেন সনফাং তোইহুনা ।। মনলং মসিং থীহুনা হৈরাং লুথো পুহুনা ।। নোংপাল ঐনা হোইখিএ. তাসোই করি মুনগবনো ? করি মরম লৈবগী হুয়েন লাম্জিঙসনপানে ? য়াবা অসি তাবদা চীংখোঙ খমনুঙ য়াইমবা নোংপাল য়েংনা হায় রকই ।। নোংপান পোনশী লুয়াওবা, খমনুং থোঙারেন অহনবগী মশানৌ ।। চিংখোঙ য়াইমবা, হুয়েন লানসিঙনবা ঐহাকনে ।। পোন-শী নওগী হুরেন্দ সানৌ খোংফাঙ অতোনবদা ।। থৌহু মুঙনা নলবনু থুনা য়াঙনা লৌখাকও ।। থৌহুসিবু লৌথোক্রগদি নোংপান পোনশী মহাককা চিংখোঙ য়াইমবা ঐগাক্কা হুয়েন লান্দানরনী ।।

য়াবা খোম্থাং গাওনা হায়হনা সায়েং পাম্বোম তিংহুনা খমনুং থংং হিন্দুনা ।। চিংখোং ঈতিক খঙজতোও হায়বগী য়ার কোলোই তাবদা নোংপাল মান পাওখুমলে কবে লেমনুঙ থোঙাক লাকাবা । খমনুঙ চিংখোঙ য়াইমবা অসি কোয়েৌ মুমিং অসিবা ।। চায়না খোংফেল হাইনসে মরোঙ চুংফুনরসী ।। চুংলোং ননখাং অহুদি তিং-য়েন থুংসু অহুসুং । থালেন নামৈ হেপ্সু অতম্মক্তি করিনো ? হায়না পাউহোন্সবদা লৈমু থোঙাক লকাবনা চুলো নমথাং অসিদি লৈচিন সিনফা লাহুনে । তিরেন থুংসু অসিনা থাম্বী মেয়েং অরাবা থুংসু অহুম পুবকয়ে ।।

কোলোই য়ারাসি তাবদা হে লৈমুং থোঙাক লকাবা ।। খমনুং নিপা থোক্কেদা, মোমনু মুজাগুময়ে ।। থুংসু মপাল তাংহুনা হুয়েন লানবু তেমশিঙবা ।। খমনুং তাংজ ইকাইদ্রা ? খমনুঙ বঙনা নিপা-থোক ।। সায়েং পামপোম ভানসি পাঙ্গল মতিক খঙনসে । য়াবা

কোংলাইসি তাবদা থমন্নুং তাংক ইকাইফং ॥ থুংস্নু অহন অহুবু মাংলনবৈদা ফেনথোকয়ে ॥ উনবী মথোই সাওবনা পুক্নিং কাচক ওংতুনা মাংলেনবৈদা থোংথিল্লে ॥ নোংপান নাক্তা চোংসিনলে নোং পাল পোনপী লুৱাওবা ॥ শমু থুংকা ফংননা সায়েং থয়না পানপোন চান্নন তুংযেন লংনবু লানংথ নরে ॥

চনবা আকনবা অনিনা লানসোংকনবা ॥ অবা হকচোকনবকপদ চুবা সাইচি ঝিরিকনা চেল্লে ॥ থবাক লেংতান থরক্তা তুম্ন লৈরিক চোংলক্লে । অবু সোনথৈ নিকনরে, মতম অসি য়েংলিন । সানৌ থোংফাও চংতোনবা চি থোং য়াইনবা য়েংতুনা ॥ কোংলোই পাওয়েননক্লে ইনাবী নডবু ঙাবিয়ো ॥ নোং পাল নরৌ চাওবনে, সানৌ ঐগী থুংনাক্লাক নোংপাল মানা ভনখিয়ে ॥ শমু থুড়ুম চেৎপীরো য়াবা থোনথাং কোলোই হকনা তাকলকচৈ ॥ অকনবা অনিমক্কি লানঙ্গবু অহুকনথৈ ফংখরে ॥

নোংপাল মতুম্মাং উফুন ওই থুকলু তাচিন দুবোনক্ত ॥ মুমিং পোকথৈ লেম্বদা অবা হুইরাং সাররে ॥ চিংলাং থোইদা যোংচনদে নি সা থাম্বী মৈওইনা ॥ অকনবা অনিনা মানবা সায়ে, অনি চুকনবা ॥ সাবী লৈমুড থোডাকপা র লেন মিকপ অমবু শমু থুংপাই লাম্বরে । নোংপাল পোনপী লুৱাওবনা লৈমুড চিংথোং য়াইনবা লালেনবৈদা পক্তা হুন । থাসেং থাথাই তম্বদা পরৈ লাগা সাথরে ॥ থোডাকলকাবনা কোলোই ৱাচোমলক্ত ॥

হাঙ্গী হাঙ্গী তাইবত নবা নথৱাই মাংনিংত্ৰবদি চঙলহৌ । নত্ৰবদি নিংন কুপপী মহুডদা য়াইবী মুংলগদবনি ॥ হেক হায়বা তাবদা নোংপান ক্রং হেক সাওরহুনা ॥ হাই থমুড লাই সকথিবা অঙাং নচিল হেনগনু ॥ অসি হায়না পোনপী লুৱাওবনা ফল চোংসিনবদা অকনবা অনিনক মিংফম হোংনদে । নোংপালনা চোংখৎকে মতাগুন হেক পাকথবদা থোডাক লকাবনা হাম্না ফল চোংখৎলুবদা ।

—:( ):—

নোংপালনা মখোং অনি ভাপ পায়দুনা সুভপাক্তা হুনংম অভন-লকত, ফুরবু ॥ ইতুম থরাক থরাক হাভোকই ॥ লাকহনা লং-থোকই কানন পাযানা পুনলু হায়দনা তুংপুন পরৈ লাকুনা করক করক য়েক্তনা পুনখ্রে ॥ থৈতু মুভনা নলহুনা থনথরে, লৈমুড থোংভাক লকাবদো ॥

অসাইইভেগী মশানৌ খোংফাং তোনবা ম ভাংম হরা চাকচু চাদদা, লাইজ ঈসিং ইংক্তা ॥ নোংরৌ অসায়েহনলে রাংগন নেসা থাহনলে ॥ লৈমুড মচিন মনাওয়ে, পোনপী মানা পাওরনলি ॥ হে লৈমুড থোংচাক ঈকন থব্রাই মমিরেল । নাংলোই চিং হলব্রাইদা হয়েং ঈমুড সোইনগা । সানে হাউসি নংজনবা সি পাক পাউহনখিবদো ॥ হুয়েন মংখা লাল ওইগে যারা কোলোঈ অহকপা হায়না ॥ নোংপাল উনবী মথেই সাওহনা মচিন মনাও অনিমক্তা প্যাউভাকলে ॥

লৈমুড মচিন মনাও অনিমক্তি থবাই মিরেন নিপাইন । নোং-লোই য়াথ, অমেংবা রাহৈ খোঞ্জেন অথুমনা নোংপাল য়েংনা হায়জখি ॥ পোনপী নোংপান ঈকপও ॥ লৈমুড ইচিন ইনাওদি নডগী রাইবা নসা ওই নোংপাল নরাল ওইরেদো ॥ ইস বী লৈমুড থোংভারেন চিংডু থংমুড অহনবদ পাওভাকলুখিগে ঈকপও ॥

যাবা অম্বন পাওমো লেরা তেনবা চিংগনয়াড মথোইনিন কোরকলে । তে নোংদা চি থনযা, নমুং মপুঙ থে নেকক্তে ॥ ইস-বীদা পাওতাবলু নোংপান হোনেম নগুম্মাংদা চিংচু মাইযা ফং-বগী ॥ থৌহু মুংনা নলহুনা নসাব অনি লৈহেরে ॥ নোংপান মক্কম ভালোইগী থব্রাই মিরেন অহবু নোংপাল কাদা হলব্রাইদা । হয়েং ঈপুঙ সোইবগা মশানৌ হাওসি নংজনবা হুয়েন মংখা থারনি ॥ সাবি থুনা য়াংনা খোংলেংবীরক্তুনা নসানৌ অনিবু অরাবা পরৈ কোকনবা ভৌনিয়ু ॥ বারমসিবু রা কাওগমু । পাওসি খোনগী

—:( ):—

হাইদনা খোইরা শংস' নখোঙখাদা হায়জবদা নসানৌ অনিরু কন নীয়ো। অশুম হায়না পাপ্তনবা, হাইদ গোনপাং হন্নগা ॥ ইয়ন নো দ' চিংখনয়াং খুৎফা লৈচং হোত্তনা লৈমপুঙদা থু খরে ॥

লৈমুড খোংডাবেলগী ডাংলৌ থম্বাল লৈপায়না। চীংখন য়' ন' খো ঙ নাপা খোংলেন অনিমক্ত পাংদবজে ॥ চিঙু খমনুঙ পুক-কন', খমনুং সানৌ অনিমক ॥ হোংনেন নো পাল শুম্মাংদা থৌহু না নক্তহৌরে। নোংপান খুম্বা মাইথীফ তরা চাকপু চাদংদা ॥ লাইজ ইসি ইথক্তা নোংপান মশা ওইহৈরে। নুরাং নরান ওই-হৌবে কোরো অচু খাঙনরে। বাংপল অসা য়েহৌরে অরা মুঙইক চলহৌরে। হয়ুং ইমুড ডানবদা নোংপাল তালোই নকুন্দিগী। হাউসি ম জনবদবু হায়েন মংখা থংগনি ॥

তালোই মাগী মথবাই মিবেন মিরা হনদাইদা ॥ কোরে নেং ন যে সনো মালেম লৈনা খঙসনো ॥ য়ারা অশুম হায়বগী খমনুড সানৌ অনিনা ॥ খোংডাবেন্দি অহনবা চিংচু খুযা খাড়ুদা খমনুং নঙবু খোঙলে ও মা খোঙলেংবীদ্রগা। নোংপান তালে ই হাকি থরাই মিরা হনবীয়ু ॥ য়ারা অশুম রাকৎপা রাকৎ খে নবু ভাবদা। খমনুং খোংডা অহানবা তাক্ত লৈদা লৃকথরে ॥ খমনুড কনহৌনিক্তনা উনবী পূক্তি সাওখরে। খমনুড খোংডা মালেম লৈথৈ যে তুন ॥ চেংলৌ সকোই নিংফি না য়াথং অসুম লাউরকই ॥

হয়ে ইমুড সোইদদা লোইয়া তমলোন ডানবদা নোংপান হুইয়েন আন্দাগে ॥ সানৌ তুবী অঙনবা লাইবেন মাদি অবেম্বা। কোরৌ য়ে না খঙসনো ॥ মালেম লৈমাই হনবীগী, থাংলেন থাঙদি নথুংসু ॥ রাংবল মবোল ফাওরীবা কাচেং নোংথাঙ লৈমগী ॥ সাইয়োন মিরাক থাঙসিগা তিনেন তাদি ঈথুংসু ॥ নোংদা লাই-বেন পাখঙবা তিনেন খুংসু আসগা। নোংপান হাংনেন লাসোকক

—:( ):—

লুরাং সাথেংনরুরগে ॥ অসি রাবু হায়দুনা তকলৌসিদং সোন্নহুনা ॥ সরি নমুং সোল্লকপা য়ারাসিবু তাদা ॥ খম্বুগু হুম্না তাবগী খম্বনুগু নিন্দুম নিনখবে ॥

লৈস্নুভ সিন্না মীকপা য়ার অস্থুন ভাংনৈদা ॥ নোংপাল তালোই মুনবনা সানৌ লৈবাং অনিবু ॥ নোংপাল মীসা ওইদুনা হুইয়েন মীরান ওইবনি ॥ খম্বনুগু হুপ্না য়ারা অসি হায়না মীবপ্নে ॥ হয়েঙ ঈস্নুঙ সাইবদা খম্বনুগু য়াথং সোইফদনা ॥ রাংলৈ য়ু খামহনসো, তরা লুকমাই লেনহনলো ॥ সাকু রানলোং থনহল্লো হাওমন সিংকুপ তোরহল্লো । অস্থুন্না য়াথং ফংলবদা থৌরাঙ ভমনা লোইখরে ॥

ঈস্নুভ মানা সে ইংকপা মতম লোইয়া তনলোন ভানককপা মত দ ॥ লৈস্নুভ থোঙা অহনবা চৈরৈ মভান নাইদুনা সাংদি সাংমৈ থেমদুনা । কোকলেন লুকম হেন্দুনা সানপোং মভান নাইখরে ॥ খুংস্নু খাঙদি খাংলনয়াই থংলেন নাবৈ য়েপখংলে তিমেন খুংস্নু পাইখংলে । নশানৌগীদমকপু নোংপাল কারোং খুংকুমগে ॥ কোরা সেংইবন যেংদুনা হুইয়েন লান্দারকপদা চিংখন যাংদা পাওমেনখি ॥ নোংদা চিংখন য়াওংও সানৌ অনিবু পাওমেল্লো ॥ উনবী হাকলা মুংওল্লু ॥ নসাবী ঠেস্নু লুরা পোনপী লানফংগে । নোংপাল কয়ো খুংকুমগে নোংপান মশু পাউত কও ॥ য়রা অস্থুন হায়বগী নোংদা চিংখন য়াংদুদি নোংপান কাদা রাইথংলে ॥ পোনপী মাশু খঙহনলে ॥ নোংপাল মীসা ওইরবা লুরাং মরাল ওইরবা ॥ খম্বনুভ মচিল মনাওস্নু হুইয়েন লান পাও তমলরে ॥

মতৌ অসি ওইবদা লুবাং নোংপান পোনপী লুরাওবদী ॥ খম্বনুভ মানা ইকাথুং সানৌ থরাই নিরাংপান লেপ্পা হলবাইবীরনি ॥

পায়মা মুঙদা খঞ্জেদো লৈমুঙ থোংঙা অহনবা লুবাং শুম্মাং যাই-থংলে ॥ অতুদগী লুবাং পোনপী য়েংদুনা হায়রকই ॥ হে লুবাং নো পান পোনপীগ নোংপাল নমাই মুকনো য়ামচেং নানম মুকনো ॥ হংদা অস্তুম খোম্বোক্লা খমমুঙ মংগান নাইদুনা, তরং তরং খুনফাওবা নোংপাল নোম্না থুক্রক্লে ॥

## তরামরিশুবা মতাং

# থোঙাবেনগী অকনবা লানফম অমা

লৈমুঙ থোংঙ অহনবগী স্না মথোঙ খাদা মালেন লৈমাই পক-চনা কোলোই মেঙনা য়াকংচৈ ॥

"হে চীংঙু লাইয়িংথৌ খমমুঙ থৌদু মুংম্বা ॥ চেংজ অরেপ য়াই ওইবা তানলোই তুবুক খাইঙম্বা ॥ থংলেন য়াম্লুংসি থুদিংবু তাইবঙ নোংসা পান্সিদা য়াঙ্গোই হনবম্মু নহাক্লে ॥ পাখি থোজান লনকুবা ইনোন মুংওন হৈবম্মু খুম্থোং তরেং খাইবম্মুং নহাক্লে ॥

মালেম লৈখোং কাইবম্মুং কোয়ৌ নোংথোং খাবম্মুং নহাক্লে ॥ তেমসিন তাইসিন হৈবম্মু চীংঙু সিদবা খোইয়ুম নহাক্লে ॥ চীংঙু ওংংলৌ থম্বালবু নোংপাল ঐনা ফংজনিং ॥ লাংহৈ কুমসিং চাম্মবু লানসিংজবা নোংপালনে ॥ হৌজিক লুবাং ঐহাক্না খোইয়ুম নংবু তানফংলে ॥ খমমুঙ নঙগী নথোজান নোংপাল ঐবু কুবিয়ো ॥ লাইওন য়াম্বা নহাক্লে, মালেম লৈশেম নহাক্না কোয়ৌ নোংলোন নোংশেম্বা পামেল উম্লিং পোংশেম্বা খোইয়ুম চীংঙু নহাক্তি ॥

—ঃ( )ঃ—

নোংপাল হোনেম ঐহাকম্ সু চীংঙু নরল কুদগী নমু পোংলুপ খাইবীবা তাইবঙ নোংসা পান্নিদা। নমু পোংলম খঙহন্না লমাং সল্লাই সলহনগে॥ চিংঙু থোরা সিনখিবা লম্নাং ঐবু কাওবীরে। নোংপাল ঐগী ইতালোই কো যাং রাপুক খাইবগুম করম খাইদগুম করম খাইনৌ তাকপীবা। চীংঙু রাংেল চুম্বও থোইযুম নঙগী নথৌজালবু॥ নোংপাল সল্লাই লিংনবা য়াথং থোইনা পীবিও। পাহাঙ নোংচেং ওইদুনা পাখঙ সংগাই লোন্দম্বা॥ মুবা ভাইথোং লংলুককুম নোংপাল ইপা হাংহন্না॥ ইকুম তালোইসেংননা নোংপাল খুংলিং ভমগবা নোংপাল ইদোম লৈংঙম্মোই॥

নোংপাল চীঙ্গাই মপাওখোল খম্নুঙ মানা তাবগা উনবা পৃক্লিং মুংওনলে॥ নোংপাল য়েংনা পাওতাকলকই হে লম্নাংচাদি লুব্রাওবা খমনুঙ ঐনা লুব্রাং নংবু করি নোংগী লান্সিংগা খম্নুং ঐবু মুংওনলে॥

খম্নুংগী য়ারা খোঙ্গেন তাক্লবদগী নোংপাল পোনপী লম্নাংদনা খম্নুং থোভারেন অহনবগী চিংঙু ভাংলো থম্বাল লৈকা লৈপাইনা অমুক হন্না পুক্নঙ্গে॥ ইতালোইদি নামোইন্নু কৌবরোন মাগী চিংপান নো সা পানদা হলরাইদা॥ নোংপাল পোনপী ঐহাকম্ খম্নুং পুংদা য়াম্লোইগে চীংঙ নঙনা কুবীয়ো॥ য়ারা অম্মুম্না হাকংলবদা খম্নু সারা পুংফাবা নোংপাল য়েংনা হায়রকই॥

পাবী পোনপী লম্নাংওবা অসি কোরৌ মুমিৎসিমা নোংপাল নঙবু য়েংভনাদ্র॥ খম্নুং মরাং হৌখরে পারি নঙনা মুঙওন খম্লুবম্নু॥ নিংথৌ অহুম সাইগুঙ্গৌ তানলোই নকুম নামোইম্নু কোনা চম্নু মহিকসাং॥ পোইরৈ সিদ নাদয়েন খমম্নুং ঐনা পিরগে॥ খমকোন মালং অয়াংবা খমকোল অহুম্বা খাইরম্লেল সম্মোং তনয়া য়েনসিবু শমু ইখুংমকসিনা থৌজাল লনকুবিরমগে॥

যাৱা অমুন খিকফেন্না কৌবরোন্দি নামোইন্নু নোংপাল মকম মতারোই। খমমুং মপুঙ য়াঈদগী খমমুং খোঞ্জি ন্যাইহকাং খমকোন ময়াই লাংহন্না॥ তাইবঙ নো সাপান্সিদা মিবেন হাপ্না হিংহল্লে। নোংপাল পোনপী লুৱাঙবা মতৌ অসি উরগা পুক্নি হরাও মখোইকা খমমুঙ সানৌ অনিবু থৌহু মুঙনা ননববু থুনা যাঙনা লৌথোক্লে॥

চীংঙু য়েংনা পাওমেনজে খমমুঙ ইপা ইবুঙো ভাইহাক পুঙ্গাই ডাইখমও॥ নসানৌ সাংদে ডাইমুবী ইপাল হিদেল কুমহুনা চেংহি শপাল লা হনগে॥ পুলাং নুরোই থোংহুনা লাইঙ ইপাল লা হন্না চৈরৈ ফিনৌ হোংহন্না॥ মৌবিরাদি পাশমচেং শমলা তোনগা হাংহন্না ভাংলৌ থম্বাল লৈপায়না পুকম হন-ও। চীংঙু নচিন ননাওদি খোইমুম নখোই অহুমদি পাযমা মুঙবু রারেমু।

রাইহ ফজবা খোম্বোক লৈতেংগা লোয়ননা থুকায়ু॥ নোংপাল মরা ডাইহুনা খোৱা পুম্বা লোইহনলে॥ নোংপাল তালোই মকুপী হোংনেম লুবাং পোনবীগা ওইগা য়েংকা ফমহুনা। চীংঙু মা ভা লৌখা শমু মাইথোং লুরুক্না পুরুমজব মতমদা॥ চীংঙু থোংঙা অহন-বা সনাগী তাংপল থাজবে, লুপাই তংপল শেমজরে॥ চীংঙু নবু ফমদেংলো খোইমুম সানৌ অনিমক ফমভম লা দা ফম্বীবো॥ নোংপাল ইম্মুম্মাংসিদা থুফাং লোম্না পুরুমজৈ॥

বোরৌ নোংপাল পান্দগী নোংপাল ইম্মুম্মাংসিদা॥ ডুম্না সংনা ফাউরকপা চেংলৌ হেন্না ভানববু॥ হৈরাংনিংথি থরনা তাউজিং অমুন খম্না সংঙেল চরোং লোইননা॥ চীংঙু ভং লৌ থম্বাল নখোং-খাসিদা কংচরিয়ে নদাইরেম্না॥

নিংকি পিবাংদগী হেক চরকপা সীংঙেল লৈরাং অমা॥ লৈতেংন-দগী হেকচরকপা সীংঙেল লৈরাং অমগা লোইননা॥ খৌনাওদগী হেকচরকপা লৈরাং অমগা সিংঙেল লৈরাং অহুম্না নাগোন শেম-জরগা॥ মুংসি খোনজেলনা চীংঙু কাদা থুরুম্না॥ খোইমুম নপা

খোংলেন্দা পাউকৎচবদা ॥ চৌঙু খোঙারেল অহনবা হৌরাউ পুক্নিং চংখারে ॥

চীংঙু খোঙারেল সিদবনা হেঃ নোংপাল পোনপী লুরাওবা-ও ॥ কৌবরোন্দি নামোইনু নোংপাল নংগা নবিংঙানিবু ॥ তালোই তুলাং চানবু ওই লুনলেন ফাংনা পাঙরো ॥ নোংপাল কুমছিং কুই জনা রাংঙম খোংদোন সাংনা পান্ন ॥ কুমছিং চাম্মা সুনবা পারী নোংপাল নহাকনা ॥ হেংনেম লুরাং পুনসিবা মিংখোলবু চীংঙু ঐনা লালকুগে ॥

খোইয়ুন সাওন ফংনা নপারী চাম্মা সাংতুনা নমোম চাম্মা ফুই-তুনা ॥ অহোং য়োইথোন তানফ জো শারী পোনপী নহাকতী ॥ নিংথৌরোন্দি মঙারক সংওনজবা ঙমজোও ॥ সাইওল লাংওন অহুম-লকী লৈমা অহুমু অহোং তানক জরকও ॥ য়াথং অচেংপা রাইনা খমনুঙ লালকুপিরগা ॥ খোংঙারেন্দি অহনবা খংনুঙ সানৌ অনিগা ॥ খোইয়ুন মখোঈ অহুমকতী লৈনুঙ পুঙদা হল্ল রাইখী ॥

নোংপাল পোনপী লুরাওবা কৌবরোন্দি নামোইনু ॥ নমু পোংবু ওইতুনা তায়বঙ নোংসা পান্সিদ ॥ নোংপাল মরাং কাই-জনা মুংঙাই মরাং হৌতুনা ॥ তুগী সাইওল লাংওন ঙাইতুনা পোইরৈ মৈত্রপাক্তা পাঙখিয়ে পোনপী লূরাওবা ॥

—তাংকক অসিমা হয়ি হয়া লাউনা সৈকোলজরমগে ।

য়েনহৌংগী অহানবা লাইগী সৈহো (১) মাপল লৈরিবগী মমুঙদগী অহানব সৈহৌদগী চৎথরকপা চৌংঙু খোইয়ুম সিদবগী, মীঙ-লেন মীঙথৈ অসৌ. হৌজিক্কী মতমগা চুননা ছৈহেক ছৈথাপালতুনা ঈসৈ ওইনা শক সোনবা য়ানবা ইথোকচবনি ॥ সাকোক সারুন কোবা "পুয়াদগী শেংগৎ সাগৎচরকপনী ॥

**এঃ কেঃ নোদিয়াচান্দ**

# খমনুঙ-ঈশান

—(০)—

লৈশেম্ লোনগী নোঙখোঙ ফম্মাললোন
অহানবা মতাং মৈতৈ ইসৈ
লাইগী সৈহোঁদা মপু খোনলাউ।

কুম্মৌ লৈহো ওম্মা মরাম্মা চাখাবা হৌফরোঃ - চিঙঙু ইবুঙো খোইয়ুম্ লাইবা অহকপা লৈন্নুঙ নোংখোং নোংলাও সৈবু মৈনা বাই তা না শম্মা বাংলেন, পুংখং তৈনা হঁয়ি হৈয়া মিংখেলেন সোলনা তেংপানপা মপুগী মিংখৈ সোল্লসে॥

বাহৈসিমক সোনবা হেক্ লোইবদা লাঈগী উংকার সৈহৌ অসি হৌগদবনি॥

উর্ম-ভুম-জুংম উং-হুং
হয়ি হৈয়া হেঃ — হয়ি হৈয়া হেঃ — (৩)।

# হাইজ বাহৈ

২) অহানবদা পলেম-পম্থোবু খুরুমজে। অনিশুবদা ঐবু খঙহন্ উহনবীবা, তাকপীবা উজাবু খুরুমজে। অহুমশুবদা মফমসিদা তিনবিরিবা ইপা-ইপু, ইপন, ইচিন ইনাও, ইমা-ইবেল পুন্নমকপু খুরুমজে। মরিশুবদা ঐখোইনা শকচগদৌ-রিবা ঈশৈ অসিদা, মথক-মখা ওঅখিবা চৈতপ, ইনিলগী খোম্থোক শোইখিবা লানখিবা লৈরবসু, তিনবীরিবা অথঙ-অহৈ খিবিক্লা তোল্লবী নমোম, ঐখোয়বু থোজান মিয়েংনা চানবীয়ু হায়না হন্না-হন্না খুরুমজরি।

মঙাশুবদাঃ— কৌরৌ মালেম, তাইবং অহুমদা শান্ন-

—:০:—

রিবা :— পোকপা, হিংবা তাইবং লানবা,—অহুমগী চৎনবীদা থোরম্ মপু অদুগা মপুগী মি থৈ শক-শোনলিবা অদুগা মিংথৈ তারিবা পুক্রম লোননা, নাইফমহৈ চংমাংনা ফংমিননৈ হারং এংসুং গী . ইনিং অহন পুক্লুং বংশা শিংহাবিরম্মী।

— — –

## লোনবা

(৩) হরি, হৈগা, খুনুং, লাংবা, কেন্নু চক—মরিমক্সী মপুরেল হেং চিংঙু খোরয়ুম্ লাইনিংথো উংলো। য়াইবিরেন সিদবা, অৰাং নোংফু মহুম নুংগী হমলেন য়াইবি তোংশিংথো। চিংঙু থৱাময়ুম্ নাক তোংলেং মকাইফম ৱোংখি লাইজ ইফমলেন অচিকপা থিরেন উলৈ নুংগী লাবা থিয়া থোন্না লাইহেরকপা খোয়য়ুম্ য়াৱা নখোনজেন্ অহানবদা লাংবল খোইগু খোন্দানবনা চেংলো শকথোং ওইনা মালেম্ মপুঙলক হেরকপা তাইবঙ থৱাই অপকমা পুন্নগকপু কোরো নোংজা খুদিঙ লাঙবন্ কাওরেল বনসেনবগুম অপোক ঈহুন নোঙদমবি রিবা লাইরিঙথোও—খোইন্নুম স্না নাপা থোঙলেন্ অনিমক্তা চিংঙু নরোন খুংবাই খোঞ্জেন্না পাওকৎচবনে লইনিংথোং—খোইয়ুম্ স্না নখোং চাংলে। থম্বাল লৈকা মানবদা পারমা শক্লেরোম্মনা।

চরৈ হক্তা য়েৎ ইয়া নাপী চিক থুৱা চাংজো চেপ্না লোন্ন হন্না হগ্না খুরুম্না শৈথিনজবা। কোরো নপী তোনবাগন্থু ৱাংবন নান্থু হোবিগনো লাইরিংথোও :—অচং চত্তবা লৈরোবা থৱাই য়াইবী পুন্নমক্কী মরু লেম্ফু ওইরিবা ইবুংগো নবু ননোংয়াইশিংনা অতৎ অথম্ লৈতনা হন্না হগ্না পুনেমজরি হয়ি হৈয়া চিং৬

-ঃoঃ-

খোইয়ুম্ য়াইবিরেন সিদবা য়াবা কোনখাং সাগী নমু পোংথোক মথং লেংনা থেমদয়ক্পা থিরেন উংলৈ ন্নুংদগী লাবা থিয়াং থোক্লা লমহৌরকপা স্নাকোনফূরেন খোইয়ুম সরি সিদববু হন্না হন্না পুনেমজরি।

----

## ঈসৈ মতেক খরা খোন্থাঙ তনা চিংবা

৪) নোংদোন থক্কী ইপুথৌ
উনবিনা চকমন্নুংদগী
স্নাগী ফম্বাল সাংলকপা
স্না থম্বাল লৈবোংনা
চেংলো মিৎপু লংবদি,
থৌজাল মাইয়োক্লদুনা
থম্মোয়না লাইদা কৎতুনা
তুবিনা লাইরোন সৈজবু
ওঃ সকচগে, সকচগে।

৫) থৌজাল পিনবিয়ু পলেমগী ন্নুংসিবা তম্পাক্তা। ইমানা তম্বীবা নাৱাগা খোঞ্জেলনা সকচগে, মপুগী কোলেইই। হুঁ পন্থো নুংসিবা ঙসি ইনুং ঙানবদা পোইরৈ লৈমা থোগনগুম কৎচরিবা খুদোনসে মল্লবনি খনবীগনু।।

—(০)—

## ময়াম পুন্না খোন্থাঙ তনা সকপা

৬) অং সিদবা তেংবানবগী মপু ইবুংঙোঃ
পোকলেন পোকপা হালেন্ হানবা।

-ঃ০ঃ—

ঈহৌ ইপু সিদবদি পোকপিবা,
খেরে নুংগুম তকুপ হৌ
পোইদিংঙু নোংথাং তরংলেন
তাইবং লাইজ ঈ-পোকপা
হো-মরু ঈহৌবা হো মরু ইপোকপা
হো-মরু ঈচপ্পা চিংঙু নসা-ওলদগী
নমু পোংথেম তমলকপা
তাইবং সারা সললিবা লাইনিংথৌও।
চিংঙু নতিক অঙনবা
খোইয়ুম নঙাল অরাবা
সকচ সোনজবা সিদা,
তোল্লবীগী লৈয়েংদা লেংসিনবীত্তনা,
সকপিয়ু সোনবীম্নু হায়না, হন্না হন্না পুনেমজে।
হয়ি হয়া হয়া হেঃ হয়িনা ইপানি হয়ানা ইমানি

———

# সৈসক তানচপ ঙমদ্রগা ঙাঙবা লোনবা

৭) লুত্তুং সমজি পরে কিসি পুল্লগা পলেম হায়না কোলোই মিংথৈনবী। লুমাং সগজি পরে পুল্লগা পম্বৌ কৌবদা পাওথুম্বা। লুবাই লুতোন হামুন্ পরে পুল্লগা চিংঙু খোইয়ুম্ সিদবা হায়না কৌবদা হাউ হায়না পাওথুম্বা।

চিংঙু অতিংকোক মরূ সিদবনা মনম্মা মালেম্ লৈম্না ওইঙৈদা, মপুক্না নোংথৌ-ওই। মপুক মরিম্না চিং-মান ওইবা, শিংলি-তাংলিনা য়াংদৌ লম্বী লমদাং ওইঙৈ—ঈরি লমতাংনা তুরেল তাফম ওইদুনা তুরেল তাফম মরূদা

—ঃ০ঃ—

মিল্লুন ঈনিল পিরিবা, ঈরি ঈথাংনা লাইজ ঈরং ওইবা, লাইজ ঈরুনা তাইবং চাতা-নাওদা পূম্নমক্তা থোম্লাং ওইনা পিথকপা। তাইবং থবাই-পিমাবা লাইজ ঈরেন মপু সিদববু হন্না হন্না পূনেমজে।

পোকপিরি, য়োকপিরি, লানবিরি থোজাল হৈবা মপুবু পংলবা তাইবংনা চিংঙুগী মী খৈবু সকচগে, সোনজগে মপুগী মিংখৈবু। সোন্নপুংদা থানথোইবিরো—নতিক নয়াই অচৌবা পান্দম ওমখে নাইদ্রবা, মালেম্ তাইবং পান্বগী মপু ওইরিবা পোকপিরি, য়োকপিরি, লানবিরি।

---

# ফমথরকপা তান্থা ৩

৭) খুরুমজরি মপু সিদবা—সোন্নপুংগী ময়াঈদা ঙানথোইবিরো—৩। কচ্চরিয়ে চিংং সিদবদা, হৈরাং লৈরাং নিংথিরবা, নিংওমদবা হৈনম্ লৈনম্না চুরবা, সিদবা মপু ইবুংঙো; সোন্নপুংগী ময়াইদা ঙান্থোইবিরো॥

---

# অনিকপা তান্থা ৩

৮) খুরুমজরি মপুবু লাইনিংথোদি য়াইফবা, ২-৩-এ-এ আরে খুরুমজরি মপুবু…… তেংবানববু পোকপীরিবা, তাইবংপানববু য়োকপীরিবা—১, থোজান হৈবা ইবুংঙো, তেংবানববু পোকপিবা—১, থোকপা চংবা খিবিকপু মশাদবু তিনবনি—১, নতিক্তি নয়াইদি মালেমদা ঙাম্নি—১, তেংবানববু সেমবিবা, তাইবঙপান্ববু য়োকপিবা থোজান হৈবা ইবুংঙো। তেংবানবা পোকপিবা, তাইবংপানবা

-—ঃ০ঃ-

য়োর্কপিবা পুন্সি তোলোই য়াইফবা, অফ-নুংঙাই পীনবা—১ অপোকপা থুরুমসি, পক্লিং চেংনা নিংলসি, লাইগী থৌগল তৌরসি, লাইগী থৌজাল ফংলসি।

———

## লৈসেম নোঙসেম্বা-ঙাংগদবা

৯) নহান নোং লাইজ ইরৈচন্দা মালং মথি নাইদা থমপোন্ মরাঙ হৌদ্রিঙৈদা কোরৌ নোংমতোন অতিংঙাদ চিংঙু পাইমা ননিংসানা সনা তাংবন ওইনা ফমফমলিঙৈদা কোরৌ করম্ নোংহৌসিবনো মালেম করম লৈসেমসিবনো হায়না নিংথল্লবদা খোইমোম্ পাইমা উনগোইনুংদগী খোইমোম্ লাইরেম্মা মালেম লৈকোইনুংদা নোংসাবিম্ন তকুপ চেংলো মীৎ সোক্লরে। অসুম্না মীৎ সোক্লরবদা চিংঙু পাইমা উনগোইনুংদগী নুংশিৎ মালং থোং সামু য়েৎলমগী খোঙ্গমোম লাঙ্গ নামুং নামুংবা অমবু থাম্বী মৈরীক চোংবগুম চোঙথোরকলে। মালং নুংশিৎ ওঙ্গরোমদগীসুং চিংঙু অমা ঙনথোরক্লে। খোঙ্গমোম লাঙ্গনিংথৌনা বাহমলকএ—পারি নঙবু লাঙ-ও সামু ঐপী মালং য়েৎলম খোংগী থাম্বী মৈ—য়াঙ্গৈরিককুম্না নঙদি তাঙ্গবঙ নোঙসাপানগীবু পুন্না সেনবা লৈতনা মালেম লৈহৌরাও। অসুম্না কোলোঙ্গ মমিং থোনববু অসিব ওঃ মিংথোন্নখিরে। পারি মালং ওঙ্গরোমথোঙগী উনৌ-কোন্দে কোন্ন হুনবা নঙদি পাঙ্গমা উনগোয়নুংদ তেথোক তেসিন্না পানখিও হায়খিগে। অতুনোঙগীবু কোঞ্জিল—তিঙথোকপাও কোএ। খোয়মোম অসিবনা চিংঙু কোলোই নয়াখঙগীবু মালেম লৈহৌববু ইসানো লৈরাং অতোনবনা মালেম লৈথিনগায়রে

-:o:-

চিংঙ্ কোলোই নয়াখংবু পুঙমত্রবগী তাংজা ইকাই নংজরে হায়না পুরুমজববু খোইমোম্ সিদবনা মপারিবু চেংলো মসক য়েংনা নুংশিখিয়ে, পুনুং মরেপ্ য়েংনা নুংওল্লে। মালেম্ লৈতোন্ লোম্নবা লাইবা মসিংশু লিক-মসিং লাক্লা থৌজানবিরবদা মপল সনা মখোচু থাদা পুরুম্নবগা থিংলো নিংনা তেনা মালেম্ লৈহৌজখিয়ে। কোরৌ অমরক নোংহৌজববু অসাইগ্রেগী মালেম্ লৈথিনগাইরবা কোঞ্জিল তিংথোকপনা উনবী কাচকহৌনা মালেম্ অমরক লৈপোক-থোকহনগে হায়না সংলো থৌরাংবা এলাংঙমদম্ববু মপন-সিদবনা চেংলো মিংথিংলবগী চিংঙ্ মহাকসাং পাইমা উন-গোইন্দগী য়োইবু খোইমোম্ লাইরেম্মা অমবু কোরৌ মোংলানপান্দা থাংদোকলে। য়োইবু নোংথাং লৈমও তৌনা কোএ। য়োইবু নোংথাং লৈমদি কোরৌ নোংলোনথক্তা চেংলো লংএ। লাই পুথোকহৈবী কোতি ১০০/১০০ লাই পুশিনহৈবী কোতি ১০০/১০০ পুথোক্লে মাইকৈ ৪, মালেম্ চিথেক ৮, শুংতাই হারো কারন্ ১৬; লংদাই ৩২, শিংখাই ৬৪, মক মপু মানা পুথোকসেমগৎতুনা মালেমসিদা লৈতা খুন্দাহন্দুনা পোংরে সিংখাই ৬১ মকপু মসক তাকপীরক্লে মপু মানা ॥

---

## তাম্বা ১-সাথেক ৩-তাম্বা ৩

১০) সাইওনবিরক্লে তেংবানবা মপুনা। তাইবংদা কুম্মে শায়গে হায়না লাইয়িংথৌ সনামহি কোরহুনা। সা। ২। ২শুবা সাথাই ওইনা কোনজিন তিংবা, পাৎববু কোরহুনা লাং-ওনবিরক্লে। শাইওন মপু অদুগা লাংওন লাকপা অদুগা অনিমক অচাও-সারেপ ফামিন্নরে। সা। ২।

---

-ঃ ঃ-

# ব্রাহ্মনা ঙাংবা লোনবা

১১) কঃ হস্কঃ চক থোই হস্কঃ চক—তৈয়ো হস্কঃ চক—পোই-হস্কঃ চক—হংকঃ চক—মরিদা লাইগী নিংথৌ ১০৮ পানখ্রে। অসি মতুং পোইহস্কঃগী লোইরকপা হৃয়ি চক্রো মগুাল ফাও-রকপা মতম অসিদা, নোংপোক সনচিং মতোন্দা চিংঙ্গু খোইয়ূম্ কুরু সিদবনা হায়এঃ—হৃয়ি-চক হোরকপা অসিদা অতিয়া সিদবনে, অসিবনে, অনিমকপু নোংখোঙ কোইবা চৎলু হায়এ, কুরুনা অতোনবা নংসু নোংখোং কোয়বা চৎলো হায়না থোএ। অতোনবনা খুমএ-ঐদি সাম্বা পাঙ্গল সোনবনিনা চৎপা ঙমলোইএ হায়না খুম্নবদা চিংঙ্গু-খোয়-য়ূম কুরু শিদবনা হায়এ পারি ইবুংঙো নচিল-ননাও নখোই-না মালেম্ লৈকোইপুং অসিদা লৈরিবা অরিবা লাই হিংচা-বা অচৎ-চত্ত লেংলি-পাল্লিবা পুন্নমক অসিগী হোরকফম্ মউ খগুনবা বিহল্লু মচু খগুলগা মালেমগী লৈখোং কোরোগা নোংখোং তরেৎলক কোইন্নু মচু ঙল্লবা মচু খংলবগা ইপাগী ইফমদা তমগুলাও। সাঙ্গৈগুন লাংগুন খগুদ্রগা খংনবা খিজিল্লু। ইপারি নখোয়না কোঙ্গৈনা চৎপদা নউ য়াওদবা পাগেন অমগা সকখংলকউকো পারিখোয়। লেংথোক য়াওদবা সিঙেন লৈরাং অমগা সকখগুলকউকো পারিখোয়। হৈথোক য়াউ-দবা তাওজিং অমগা সকখংলকউকো পারিখোয়।

মালেমগী লৈখোঙ খগুননবা খিজিল্লু। কোরোগী নোং-খোঙ খগুলকউকো পারিখোয়। নখোয়না কোরো, মালেম-বু কোয়রুরগা হান্না থুংলবা ঙম্বা অতুদা ফম্বাল শিন্নগে।

---

# ঈশৈ খোম্বোক মেনকুপ কুম্বা

## তাম্বা ১ গী ( অহানবা-খোম্বোক-অচিংবা ঈশৈ )

(১২) পলেম পম্বৌবু শকথংলুরো। চিংঙুগী লিকলম, কায়দনা ইম্নু। নপন ঐগী ফম্বালব, ৭ লক কোইয়ুনে। লৈরোন নুংলোনশে ফম্বানদা হান্না থুংলবদা নপন ঐনা ফম্বান শিন্নরমগে। চিংঙুগী লিকলম, কায়দনা ইম্নু। থকশিগী কারন বাংমা লানকরোই। কুইরকলে মতমশি ফম্বানদা নপন ঐনা ঙাক্তনা লৈরকপসে। কোরো-থক্তা কারগে, নোংলোনগী কুম্মে য়াওদবা কুইরে। খোয়ম্নুমগী বায়েল থৌদানচিংবদো লৈকোয়রেন্দুদা শিন্নরমগে, পম্বৌগী য়াথং ইনলদুনা মালেম নোংখোং কোয়রুরবানে। পারি শানৌ নখোয়বু মপল পম্বোগী য়াথং ইরু ফংজরবদা। পারি মখোয় অতুম্না মপন পম্বৌগী ঙাংলৌ খাদা পুনেমজরে সিদ খৌজাল নিজরক্লে। মপন পম্বৌগী য়াথং ফংজরবদা সুম্না ফম্বাল তুংওয়নরে॥

— x —

# ঙাংবা লোনবা

(১৩) অতিয়া সিদবনা নোংশা লিপক পাবোংজ্ঞ তোংলে। চিংঙু অসিবনা কৈরেল লিপক পাবোংজ্ঞ তোংলে। কোনজিল তুখোক স্নাদি নবা অঙাংগী মতম ওইরিবনা ঐদি নোংখোং কোয়বা ঙমজরোই হায়দুনা লৈহোরে। অতিয়া সিদবা, অসিবা অনিমক্তি খোংশানলকলে।

পারি অনি মালং নুংশিং-হুমওইবগী মাংথানা, নোংশা তোংবা, কৈরেল-তোংবা অনিমক মালং চৈরোইননা চংপবু কোরৌগী নোংখোং ৭ লক মালেমগী লৈ:খোং ৭ লক্ কোয়গেবু থম্মোইদা থম্লি ॥

হম্না-মুক্তা য়েংবিরমদে, লৈরোন, নুংলোন তুনা য়েংই কোয়না চংলি পীবারেন অনিমক। অতিয়া সিদবা, ফুহিংম্না অসিবা অনিমক্না অহানবা লৈশেমবা মপুগী মফমদা চংহুনা হংথি। হেং চিংগু খোইয়ুম্ সিদবা লৈরিবা থিবিক নহাক্কী মালেমনি। হেং লাই পাঙনবা অচুঙে মালেম লৈশেম্ লৈহৌরকপদা ইহৌ-ইপুনা লৈবাক অসি মপু অমা লাকথিগনি। মপু অচু লাকত্রিকাওবা লৈবাক অসি শংগু হায়রবদা নহাক্না মালেম্ অদি মরম পুরবা থংনা শগথিবনি।

মরম অদিনা অচং-চত্ত লেংলি পাম্লিবা নুমিৎ—থা থবানমিচাক নুমিৎ চয়োন ৭ শু নহাককি শায়গন ওয়না ওলিবম্নি অসিগী লোয়নবা লায়নিং লমবোপ, থওলিবনি। অশুম্না লৈশেমবা মপুগা হাশানখি ॥

— × —

## বাইবনা ভাংবা

(১৪) মরামবুং অনিমকনা মালং নুংশিং চৈরোইননা মালেমগী লৈখোং কোরৌগী নোংখোং কোয়রবা চংখুবদা তুংইংবা ওমজদহুনা লৈহৌরবা মনাও - ইকুংঙো মপারিতোনদি সিদবী মমাগী মারকৈরোমদা ওনলগা তেংথা নাওইননা কপুনা হনজরকলে ॥ পোইরৈ পোকনা।

—:০:—

আজদে মাদে বিদ্যায়)

## ঈশ তেংখারোন অনিকপা তাম্বা-১-৩।

(১৫) না পলেম লেংখরে, নোংখোং কোয়বা য়ামকুং অনিদি। পলেমগী খোজানবু মত্তুনদি করমনা হিংগনি, তোম্বা নচা ঐদি। পম্বোগী য়াম্বং পুরক্লনা মালেমগী লৈখোং, নোংখোং কোয়বা লেংখ্রবনি। নচা ঐদি শামা পাঙ্গল শোনবনিনা ঙমদক্লনা লৈহৌরেদে। পলেমগী খোজানবু নত্তুনা নচাগী পাঙ্গল লৈজদে। সিদ ফমবানলেন্দি ঐগী শরুক লৈত্রে॥

—×—

## মা-মেলাং-চান্দা গুম্বেইরিবা লৈমরেন শক্তম্

শাধেক-তাম্বা-৩-।

(১৬) সিদবী লৈমরেন শকহেনবী পলেম, শকলোন মশিং নাইদবী পলেমনি॥ তায়বংবু য়োকলিবী শকহেনবী পলেম। নাপাগী কোংয়াং লেংদোন্দা হায়রিবী, লৈরিগী মাচোম্না তায়বং শুমহৎলিবী। খোংথাং, খোথাং তাইবং ইপোম ওইরিবী মম্বিক্তী মঙানবু উজবদা নোংথাংগী মঙান্না ইকাইক্লরি। ছিক্না ঙানবিরি মা মেলাংচান্দা, খোজানমী মশক ওইরক্লনা। তাইবংগী অবাবা কোকপিগে থন্দুনা, তোপ তোপপা শকলোন্দা তাইবংবু য়োক্লীবী শকহেনবী পলেম॥

—:(০):—

চেংলৌ শককোই হেনলবী, লৈমরেল সিদবী কাইতক্ তাবা শমজাংনা চোইজাইনমা তাবদী, য়েংবগী পেমবা মাইদে, তাথরকপা পামবোমনা ফজবা লৈতেং ওইরিবা, সাজংকী ইপোমনা পুক্লিং হুনবা মশকনি নৌহোনা ফজবা শকতমনি, কুচ্‌না সা ফদোংবব ঙমজরিবী ॥

লৈরোল নুঙলোন অহুম্‌গী ফমবাল, মপু ওইরিবী পুমমকী মমানি মীয়োক মিচান্দ ফজবী পালেম্মনি ॥

— + —

# অরোনবা

(১৭) তেংবানবা মপুগীময়োন ওইরিবা হেং নোংদম অহানবা লৈথক—লৈথা শিংনা লমতাই পম্বুং ঙাক্লা মিংলামবা চাকবাই তম্মিবা ইবুংঙো য়েংখি য়েংখিবনা নওংনি উখি উখিবনা নতোনি। নওং লৈবনা তমজরি, মতৌ লৈবনা নিংখিরবী হৈয়া মপুরেন অপোকপা। সা লেংখোইঙানবা মিরেল লংলা পাদমবও, চিংঙু নতিক চাওবা খোইয়ুম ফঙাল অরাবা পুমনমকী মপুতবু পুনেমজরি ॥

— x —

( অরাপ্পা খোঙ্গেন্দা মচাগী খোঙ্গাং মান্দুনা কপলকই )

## ঈশৈগী খোঙ্কোক মাইকাইরোল অনিকপা-ঈশৈ।

লাইরেম্মা লৈমরেল সিদবীনা শাথেক—৩—গী।

(১৮) পারি খোঙ্গেন মাললিদা অবাবগী খোঙ্গেলনা

—ঃ(০)ঃ—

প়লা হায়না কপলিবশে। লিরি হুমবা মালংবনা ইচাগী খোম্বাং পুরডুনা খম্নোইনুংদা য়েররে। ইমাগী ইবুংঙো নুংশিবা ভরাবা করি লৈরদুনা মিংলদগী পিরাং শিম্বদুনা-পলেমর, কোদনা কপলিবা॥ ইচাগী নুংশিবা খোঞ্জেন্দো শোইরোই, ইমানা মাল্লিনে।

চিংদু খোইমুম্ কনানা লাকচ খুড়ুম চললবনো, য়ামবুং পম্বো অনিদা য়োল্লুবা মরম লৈদুনা। পম্বোগী চৈরাক ফং-লদুনা ইচানা হিক্লা কপ্পরা ? ইচাগী নুংশিবা খোঞ্জেননী শোইরোই ইমানা মাল্লিনে। লিরি হুম্বা মালংবনা পারি খোঞ্জেন শারিব্রা ?

মালংবা নুংশিং নামিবদি লৈমরেল ঐঙোন্দদি মিনম লোই। ইচাগী নুংশিবা খোঞ্জেনদো শোইরোই ইমানা মাল্লিনে।

— x —

# *মিকোলোন হায় অশাংবা*

(১৯) হেঃ পারি চরৈতোন করিগীনো পারি নংনা কপলিববু। করিগীনো পারি নংনা হিকনা হিকনা কপলিববু। তমলো লাওনে নপান পলেমদা। য়ামবুং, পম্বোদি, অনিদা য়োললুবা মরম লৈড়ুনা পম্বোগী চৈরাকপু ফংলড়ুনা ইচানা হিকনা হিকনা কপ্পরা তমলো লাওনে নপান পলেমদা।

— x —

—:(০):—

# শিংকপলান শাথেক-তানথা-৩-মেন ।

(২০) কপলনু চাওদবা নদোম্‌ পোকই তোমপোক্কি। পলেম্‌ নমা ঐগীদি ফিজিগী লননিনে নংহাকসে। কপ্লগনু চাওদবা অহিং নুংথিল অনিদা থাজ, নুমিৎ ওইবনি নুংথিনগীদি নুমিৎ ওই নুমিদাংগীদি থাজ ওই, মতম্‌ অনিমক্তা ইমানা নিংলিবনি। পারি নংনা কপলগদি লৈঙমদরে পলেমদি। হাঃ পারি চাওদবা তমলো লাওনে নংবু; চিংঙু খোইয়ুম্‌ কনানা লাকচ থুড়ম চনবনা। লৈমরেনগী মনুংয়াই সিদবগী মপারিনি, ইচানা হিক্লা হিক্লা কংলিববু তমলো লাওনে ইমাদা ॥

—×—

# বাকাগী শৈহেক-মেন-পুঙ

(শাথেক ৩,তান-৩ ঈশৈ তেংথারোল)

(২১) পোইরে তোম্পোক কোঞ্জিল তিংব, পারি শানোতোন মিংলুদা পিরাং পিরোইনরক্লে। পারি শামা পাঙ্গল শোনবনিনা মিংলুদা পিরাং শিঙ্গরকলে। মালেমগী লৈখোং কোইঙমদ্রেদো। পলেমগা নাক্তা চংজরক্লে। মিংলুদা পিরাং শিঙ্গরক্লে। শামা পাঙ্গল শোনবনিনা মালেমগী লৈখোং কোইঙমদ্রেদো ॥

—×·

—ঃ(০)ঃ—

(পুর্ব্বে ব্রজে)

## ঈশৈ-শিংকপালোন

(২২) সিদবী লৈমবেন পারিণী মশক য়েংলতুনা সিদ-রবী লৈমরেন। পারি ইবুংঙো চাওদবা, ইমাগী ইবুংঙো নংহাক্না হিকনা হিকনা কপপবু ইমাদা নপাও তমথুগবা। চিংঙ্‌, খোইয়ুম কনানা লাকচ থুডম্‌ চনবনো, য়াম্মুং পম্বোদা য়েংলুবা মরম্‌ লৈদ্‌না পম্বোগী চৈরাক ফংলব্রা হায়ত্মখবা ইমাদা॥

— x —

(বংশি-ধারি)

## ঈশৈ শিংকপালোন (তানচপ্‌)

(২৩) হা পলেম পোকমাবী খোইয়ুম কনানা লাকচ-খিদে॥ পম্বোদা য়েংলুবা মরম লৈতে। মালেম্‌ লৈরোন-নোংলোন তরেংলকপ্‌ কোইরগা হান্না থুংলবদা কম্বাল পীগে তাকপিরে। পাঙ্গল শোনবা নচা ঐদি নোংখোং কোইবদো ইনগুমদরে। মালং নুংশিং চৈরোইননা য়াম্মুং অনি লেংখরেনে॥

— x —

গুরু-তংতো

## (য়াত্তন-অম হোংব ঈশৈ-শিংকপ লোন শাথেক ৩ তান অহুম্‌)

(২৪) হা পলেম পোকমাবী পম্বোগী য়াথং হকলবদো ইনদরেনে নচা ঐদি। লৈত্নুনা কান্নদরে নোংদম্‌ থিবা

—:(O):—

মপোকনিনা। পাঙ্গল শোনবা নচা ঐদি মালেম নোংখোং কোইবা ঙমজদরে। সিদ ফম্বাল নিংথিবদো ঐগা শরুক লৈরোইদৌরে। পাঙ্গল শোনবনা নোংখোং কোইবা ঙম দরে, পম্বোগী য়াথং ইন্দবা তারে। কোরৌ নোংনা রাংদে পম্বোনা মবাংই; পম্বোগী য়াথংবু ইন্দবা তারেনে পাঙ্গল শোনবা নচা ঐদি।

হাঃ পলেম পোকমাবী পম্বোগী বাফম করাবু থম্মোইনংদা নুংশি বাকৈ হাইরম্বব, ঐনা থম্মোইগী বাথনবু নুংশি থংদনবনা। ঐনা লিংজবা, শোনজবা, বাংপনরা। নিতিগী নিংজবা ঐদি মপোক শিমগী তোকচরেদো পলেম ওঃ। ঐনা পোকলিবা মপোকশে অরেম্বদা তারেদো। শামা পাঙ্গল শোনবা নুংশা কোরৌ নোংখোং কোইবা ঙমজদে নচা ঐদি।

— x —

## বা শুংবা

(শগোল)

(২৫) পাথংবনা মমাদা পাওকৎচরি ঃ– তাকপিয়ুনে পলেমওঃ পম্বো অপোকপনা অশুমনা তাকপিরকই— পারি নখোইনা কোরৌ মালেমগী হৌরকফম মরু থিবা চৎপদা মালেমগী লৈখোংবু থংলকউ, কোরৌগী নোংখোংবু থংলকউ। মউ য়াওদবা তলাগী পাগেল উশক থংলকউ। হৈখোক য়াউদবা তাওজিং হৈরাং অমা হৈশক থংলকউ। লৈখোক য়াউদবা শিঙেল লৈরাং অমা লৈশক থংলকউ অশুমনা তাকপিরকই পলেম-ও ॥

— x —

—:০:—

# লোনবা

(২৬) পারি ইরুংঙো নহাকনা চাইরিবা মরম্ অচুম্বি কৈাইনা চত্নুনা থিবা ফংবা নত্তে। ইবুংঙো হায়রিবা অচুম্বি অনিশুনা লৈবা নত্তেনে। তাইবংপান্বগী মঙ ওইগদৌরিবা তাইবংপান্বগী অচৎ-চত্ত লেংলি-পাল্লিবা লাই-হিংচাবা খিবিকা চংজফমনি॥ হৌরকপা উপান অমনা মশা লোংলগা মশামশিং অচুগী মনা ময়োন মক্ক-মহৈ থ ইদোকথবতনি।

তেংবান্বগী লৈরিবা মপুগী লোনচৎ অসি লৈশেম্বা মপুগা, তাইবং মপুগা লোইননা অথোইবা লাইগী লিক্লাইগা রোনচারোন মরম্ য়েংদনুনা অচৎ চত্ত লাই-হিংচাবা নুমিৎ থা থবাই—চাক পুমনমক অসিবু শেমহনবদনি।

মরম্ অসি থংনা তেংবান্বা মপুগী ময়োন ওইরিবা নপন পম্বোগী ফমলেন ফানথোং অসিবু তরেৎলক কোইরগা নপন পম্বোগী থুয়ারেন ঙাংলে। থমবাল লৈঙাং লৈশাবু শোকনা পুনেমজো। মালেমগা লৈখোং নোংচুপ কোইরগী মশকনি। পুমনমক অসি অমাং-অতা লৈত্রবা ইবুংঙো মহাক্কী শায়োন লাংওন থোরমানি পারি ইবুংঙো। হোবা লোইবা ইরিক মপান-পাবা নোংথো মঙ লিংবা ইথো ইপু সিদবা মহাক্কা নুমিৎ-থা লেপলি অমম-অঙান থাইরি॥ নোংথাইবগুম্ থাইরিবা নোংলোনগুম, লোনলিবা লৈচিনগুম শিনলিবা লিক্লাগুম খিকলিবা।

মালেম্ লৈরোন পুরিবা য়েনৌ মকা হুল্লিবা মমুংগুম কারিবা মফেনগুম, য়েরিবা তুখুন ইচেল্-ইচিক লৈখক লৈখা

—:(০:—

থুরফ লৈকা চললিবা বারো মিয়েংনা মৈরা মৈচাক মৈচমবা কুবি মিয়েংনা ইরিক-ইচম্‌ চমদবব্‌ তুথুল ইচেল লমথংবা চিংঙু মতিক অহকপা খোইমুম মঙান অরাবা মহাক্নি।

—x—

## তাম্বা-১- শাথেক-তাম্বা-৩- হায়

## অশাংবী

(২৭) পারি ইবুংঙো চরৈতোন্‌ ইমা হায়গে তারো। মালেম লৈকোইপুংশিদা কোরৌগী নোংখোং থিবা দং-লোইকো। মালেমগী লৈখোং থিয়াফংলোইকো। মউ য়াওদবা তলাগী পামেন হায়বত্তু মালেম কোইনা থিরুবদা ফংলরোইকো, পারি চরৈতোন। হৈখোক য়াওদবা তাওজিং হৈরাং হায়বত্তু মালেম লৈকোই- পুংশিদা পানলমলোইকো পারিও:। লৈখোক য়াওদবা শিঙেন লৈরাং হায়বদো লৈরাং শাংফম অদো পারি নংনা মফম্‌ থংলোইনে।

— x —

ইমা হায়গে তারোনে— হৈখোক য়াওদবা তাওজিং হৈরাং হায়বত্তুদি নপন পাম্বৌনি লেপ্পা থংলোনে। কোরৌগী নোংখোং কৌবদি পম্বৌ পোকমাবগী ঙাংলো থম্বাল খোংবুনি লেপ্পা থংউ: চরৈতোন মউ য়াওদবা তালাগী পামেন হায়বত্তুনা নপন পম্বৌগী ফমলেন ফম্বাল অসিবুনি

—:(০):—

পারি ও:। লৈখোক-য়াওদবা সিঙেল লৈরাং হায়বদুনা নপন্ পলেম নমা ঐহাকপুনি লেপ্পা থঙঙ্নে- পারি চরৈতোন।

— x —

# চারি-তান-ঈশৈ পাওতাক-অপিকপা

(২৮) তেংবানবা মপুনি রেংঙউ :— ফম্বানলেম্বা ঙাল্লিবশে পারিও। মালেমগী লৈখোং কোইরুগনু, কো-রোগী নোংখোং কোইরুগনু ইমা হায়গে তাংনা থংঙু॥ নোংখোং কোইবগা পাংখক্লিইমানা তাংনা হায়গে থংঙু॥ লৈরোনশু নোংলোনশু পুম্বা কংলারেন্না য়াইবিনি। তেং-বানবগা য়াইবী ওইবা কংলারেম্নি তাংনা থংঙু। তাইবং খবাই ওইবিরিবা শাইওন তরা শেমবিরিবা শাইওননিনে।

— x —

# ( মেনকোই )

(২৯) চিংদ্রেন, নোংদ্রেনখোম্বা ইবুংঙো। খোজাল মশক ওইরিবা ইবুংঙোগী নতিকপ্ তেংবানবনা থংলিবা॥

— x —

# ঈশৈ-মেন-পুঙ

( ভৈগ্যবলি মেন )

(৩০) পারি ইবুংঙো নুংশিরবা পলেমগী পাউরোশে তাংনা থংঙু। মালেম লৈরোন্ নোংলোনশিগী কংলারেম্না

—:(O):—

য়াইবিনি। কোরৌ নোংখোং অরাপ্পদা মঙাননি খংঙু চরৈতোন। সিদা ক্ষবালতনা য়াইবিরেন ওইরিবনিনে। মালেম তেংবানবা পুমনমক্কী কোরৌ নোংখোং অরাম্পদু মঙান্নি খংঙু॥ কোরৌগী নোংখোং লৈবা হৌনদে, মালেমগী লৈখোং লৈবা হৌনদে; পম্বৌগী চেৎলবা পাউতাকনি তাংনা খংঙু॥ কোরৌগী নোংখোং অরাপ্পদো মঙান্নি খংউনে চরৈতোন। মালেমগী লৈখোং কোইরুগন্ ক্ষমানলেন্দা পুনেমজো। কোরৌগী নোংখোং কৌবদি পম্বৌগী ঙাংলো থমবালবুনি। হৈখোক য়াওদবা তাউজিংদি নপন পম্বৌ পোকমাববুনি। লৈখোক য়াওদবা শিংঙেল লৈরাংদি নপন পলেম্ নমা ঐবুনি। মউ য়াওদবা তালা হায়বন্দি নপন পম্বৌ পোকমাবগী ক্ষমবাল্লেনবনি তাংনা খংউ পারি চরৈতোন॥

—x—

# মেন অওনবা তেংথারোন ক্ষশাংলৌ তানথা অরনবা

(৩১) পারিও চরৈতোন, কোরৌ নোংখোং অপাপ্পনা কোইরুগনুনে চাউদবা। শামা পাঙ্গল শোনবা পারি চাওদবা ইচানা কোরৌ নোংখোং অরাপ্পদো করমনা কোইরুগনি। সিদা ক্ষমবানলেনশিবু তরেৎলক কোইরগদি পুনেম তাইচিকচো। সিদ ক্ষমবান্দি তাংনা খংউ তেংবানবা পুমবগী য়াইবিনি।

—:০:—

মঙাল্লা ওইবনি, তেংবানবা পুম্বশে থংউ। মালেম লৈরান; নোংলোন, তেংবানবা পুম্বগী কংলানি। কংলা নোংলৈয়াংশে তরেংলক কোইবগা কোরৌ নোংখোং কোইবগা পাংথকনি। হে—পারি তাংনা থংঙ্, কংলা নোংলৈয়াংশিদা পুনেম তাইচিকচো। বারুনু বারুনু পারি চাওবা পালেমগী ফিজিগী ননিনে নঙশে। কোরৌগী নোংখোং লৈরমলোই মালেম লৈখোং লৈরমলোই। পমখোগী পাওরৌনা হকথিবনিনে॥

কোরৌ নোংখোং কোইরুনু ফম্বানলেন্দাপুনেমজরো॥
মালেম লৈখোং কোইরুরনু ফম্বানলেন্দা পুনেমজরো॥

N, B' মেন খাদোকপা

— x —

# তানচপ

## দশে-আজ-মুই-চাতুকি

(৩২) কোরৌ নোংখোং কোইরুরন, মালেম লৈখোং কোইরুরগন, পাঙ্গল শোনবা ইচানিনে। অরাপ্পদা নোংখোং কোইবা ওম্মোই চেংলবা পাওরৌনিনে ইমা হাইগে তারো। কংলা নোংলৈয়ানশে তাংনা থংঙ্ মালেম তেংবানবদি পুমনমকী য়াইবিরেননি হায়বা তাংনা থংঙ্নে। খম্মোইদা পারি॥ অরাপ্পা নোংখোংদি মঙাল্লা ওইরি। কংলা ফম্বানলেন্দি তেংবানবগী য়াইবীনি তাংনা থংঙ্, খম্মোইদা পারি।

—:(০:—

# লোনবা

(৩৩) পারি ইবুংঙো নুংশিবা অচৎ-চত্তা পুমনক্কী শায়োনগী মন্দ লেঙ্ক খোইদো থম্বান্দা নোংমমলিবা মপু অচুদা থোংকম্ অমত্তা হোংবা লৈতনা খোগনলিবা লন লৈমা অত্ত কনানো? পারি ইচানা খঙবরদি মনায়ম্ নগাব খংথিদে নদোম্বু নদোমনা কাওখ্রবমাক্লে পারি চরেতোম অতোন্নবা নুংবু॥

- x -

# মেনকুপ মপী

মেন- ( মমাংঙৈগী বৃন্দাবন )

(৩৪) তাকপিরে পলেমনা নুংলোন পালোনগী অচেং-পদো। তাকপিরে পলেমনা। পলেম ইথাং ৭ না তাইবং হকচাং লাংপুমনি। য়াইবা থবাই পিমাবদি, পম্বোগী হকলোন ওইবিরক্লে পলেম্ পম্বো অনিমক্কা থবাই হকচাং লাংপুমনি চিংঙু মাগী নোংদোমনা থম্মোইনুংদা ঙান-বিরমলে। পলেমগী থোজানবু ফংজরে পারিদো। পলেম্ ঙাংলো খাদা পুনেমজরক্লে। নুংলোন পালোন অনিমক্কী মমলসত্ত্ব ঙানজরবদা, সিদা ফম্বাল তমলহনা কাইদা লোই-রোই চংজরক্লে। তাইবংগী লাংপুম্ মওং লেপলিবা, য়াইবি থবাই ওইরিবা। থবাইগী মপু অথোইবা লাই মক্ল সিদবু হন্না হন্না পুনেমজে॥

—x—

—:(০):—

# বাইহনা-ঙাংবা-লোনবা

(৩৫) নুংলোন পালোন্নগী অচেংপত্ত থংলল্লনা থৌজাল হৈবা মপা ইবুংঙোগী ফমবানলাংবু লাইপক অহুমনক কণ্ডুনা ৭ লক হন্না কোইরগা মপাবুং শনা খুয়া-খাদা পুনেমজরে। থৌজাল হৈবা মপা ইবুংঙোনা মিয়েং শংথৈবিরক্নে। পারি হোশা, হোশা মচাবু চিংখুংপিরক্নে। শমুলাং তোন্না শিংনা-নান্না লেংতোন পরে চুপ্‌ মচাবু চিংনা য়েংলগা নুং পান উরিবা মপা ইবুংঙোনা থোইরুম মোমোন নোকলগা হংলকই পারি ইবুংঙো।

ঙসি ইচানা তাকলিবা লৌশিং নুংপানলোন অনিমক্তা উৎলিবা লোইন শিনলোন অসিদি থোইমুম কনানা তাকপিরকপনো অশুমনা বাহংলকপদা ইপা ইবুংঙো থোইরুগ কনানশু তাকপিরক্কে। থৌজাল হৈবৌ পলেমনা তাকপিরকপদগী নুং-পান অনিগী বাফম অসি থঙজবনি। কোরৌ নোংখোং কোইবগা সিদ ফমবাল কোইবগা মতিক চপ্‌ মান্নে হায়বদগী সিদ ফমবাল তরেংলক কোইরুরগা পাবুং সনা খুয়া-খাদা পুনেমজবনি লাইয়িংথৌ॥ বাফম অসি ভারগা থৌজাল হৈবা মপা ইবুংঙোনা— "পারি শানৌতোন পলেম নমাবু থংবদগী নপা ঐবুশু থংবনি পলেম-পম্বৌ অনিবু থংলকনিনা ইচাগী কোলোই মিংলেন্দি "পাখঙবা" হায়না খোল্লবনি।"

ফমবানলেজা থাংগৎপিরক্নে মুকুপ মনিল নাইকা উপপিরে। থাংলেন থুংশু পিবিরক্নে কিরুং তেনখোং শিন্নরে।

—:(O):—

ইপানা ফমবাল উলেন মহি চাইরগে। পাখঙবনা কাসনা খক্লা ফমজরে। মপাবুং য়াথংনা চিংঙু লাইয়ামনা ইরিক ইকারে। লাইয়ামনা পাখঙববু য়াইফ ইথোইরে হায়না লাওখরে। মশানৌ তরেংনা খোঙনশু ফংজরে।

— x —

## রাহৈনা-ঙাংবা-লোনগদৰা

(৫৬) চিংঙু লাইমরু সিদবীগী শাইওন লাংওনদগী লাইগী পী-পা ফুহিং সিদবনা ওইখরে, উগী পি-পা উহন্না ওইখরে। উচেক্কী পি-পা বাকোন্না ওইখরে। তুখবদি কোনচিন তিংথোকপা মীগী পীবা ওইখরে। লাইগী লিক্লম পথাপ পামসমক অসি খিবিকপু মেন তারকলে। অসি হায়দুনা ফমবাল মেন তোংবা কৌই॥ মরাদগী হৌবনে, মরুমদগী ওনবনে; মমানা পোকপনে, অহুমক্কী লৈহুন লৈওক তাংপনদা লাইয়িংথৌ, পাম্হোইবী, পাখংবনা শমু লেংফাংননা ফমদুনা লৈহুন-লৈওক তাংপনদা লৈয়ারিবা হান্না পোকপা কোম্মা শিবা হৌবা লোইবা ইবুংঙো মদোম্ কোরৌ লাইয়িংথৌ॥

— x —

## লোনবা শকপা

(৩৭) মালেম শনা লৈময়োন্ লাইলেন ফমনাংথেদা মপন পন্থোগী মেন মখক্তা য়াকাবদি, স, শাবনা ইঙাং-ঙাং ঙাশাবনা ইশং শং নুমিৎ-থা ওকপুরোই তাউরোহৈ শজিক

—:(O):—

থবা নুমৎ চয়োন ৭ মক ঙাননখোইবা শনা তাংবন লুপা তাংবন মথক্তা ফমডুনা মেন ফম্বাল লাংবদি নশাবি ইবুংঙো শনা চাংলোন থাপনগী ময়াই ভুবী রাইকোননুংদা কোই-রেন শুক তোংপুঙদা মদোম্ পামকরিবা লাইরিংথৌও ॥ মালেম পুমনমকশিংগী মনুংদা লৈরিবা অচৎ-চত্তা লেংলি পাংলিবা পুমনমক অসিগী থোইদৌ থম্বাল লৈকা লৈরিক লৈহি পুমনমকী য়েনগী চুপ্লি পাইরিবা ইবুংঙো নংগী নতিক খংঙমলোই নহাক্কা-নঙাল হাইঙমলোই হৌবা লোইবা পুম্বা নংহাক্তগী কুপ্সেনি ॥

— x —

# খোনথাং-ত-না-ছিংবা শকপা

(৩৮) লিরিহুম্বা মালংখলা-ইংলা-তপনা কোইনা খৌ-গনলি। লাইজ ইপাক থুদিংদা ইথক ইপোমনা থক-থক লিবলক্লে। ফজবদা ঙমখৈ লৈতরে করিদব পান্দমশিংগে। নিথিজরবা লৈগী মথন শুনা শাংলি। লৈগী লৈরিক লৈকাদা থোইমুনা ঙং-ঙংনা পাইনা লৈহি চুপ্লি। পুক্লিং হুবা মফমনি ফজবদা ঙমখৈ লৈতবা মফমনি। চিংঙু-খোইয়ুম লাই পুমন-মক্তা তাম্নজবা মফমনি। চিংঙু খোইয়ুম্ লাইয়ামগী পুক্লিং হুবা মফমনি ॥

— x —

—:০:—

# লোনগদবা-কণ্ডলা-ফম্বালগী-মতিক-ময়াই

(৩৯) চোইনৌ শনা ফম্বানলাংদা ঙাল্লরে।

১ চিংঙু মতিক অচোবা; পান্দম্ ঙমথে নাইদবা
২ খাগী লাই থিবিরক্লা; শনা তাংবন ওইরিবা
৩ খক্কী লাইয়ামদি ময়ামনা; শেকপিন ওইনা থল্লিবা
৪ মায়কৈ লাইদি অকোইবা; থোগন প্‌কনিং হুরিবা
৫ নুমিৎ চয়োন তরেৎনা; কোইনা থোগনলরিবা
৬ থাজ তরানিথোইনা; লেংওন তংপা কাংদবা
৭ মরোন তরামরিনা; লৈতেং মশিং শুরিবা
৮ নুমিৎ-থাগী মঙানবু; মশিং লাকঙমদরিবা
৯ কংলা ফানথোং ৯ গী; য়াইবিরেন্দি সিদবা
১০ লৈরিবদি থিবিরক্লী; ফুংনকম ওইরিবা
১১ মঙাং কোলোয় নিংথিবা; মপ্‌গী মতিকপ্‌
১২ অরে নদাইরেমলা, থজিক ওইনা থোগনজে॥

—×—

# কংলাগী মতিক-লোনবা

(৪০) হিমরু য়াইমরু মীমরী থম্মরী—লীমরী—অসরি—লিমরী সিমরী॥ ময়াই থোইবী য়াইকোলেন উমং ৯ নিং-থিবা (মতম বাঙমদরবা) হৈপান লৈপান অপ্‌ম্বা সনা পাম্বী লুপা পাম্বী হিমরু-য়াইমরু মনম য়াইরাংচান্না, মহৈ মপাল ওইরিবা হৈনম লৈনম নুংশিবা। নিংঙমদবা হৈনম্

—:(০):—

লৈনমনা চুরবা মালংবদি নিপান্না লিরি থোংদোই হুল্লিবা; তৎপা কাংবা নাইদবা। কংলা সনা ফম্বানলাংগী পাথংবী পাথংবং; নিংথি পৃকনিং হুরিবা মিৎয়েং শাংখৈ ঙমদবা মনিক ফমবানলাংদা ঙাম্নোইরিবা ইবুংঙো। তম্ফা থুদোপ্‌-য়াইওইববু লাংপূম্ মমানি থংলিবা॥

—x—

## অনিকপা বাহি ঃ-

## লাইয়ামগী থোজাল, থাজগী মঙাল

(৪১) থাগী লাই খিবিকনা, সনা তাংবন ওইরিবা, থক্কি লাইদি ময়ামনা, শেকপিন মথোন নিংথিবা। মাইকৈ লাইদি অকোইবা থোগল মশিং শুরিবা। লৈরোন নুংলোন্ অহুম্বু শুনবুদি ঙানলিবা। চিংঙু মতিক অচোবা, খোই-য়ুম মঙান অরাবা। নুমিৎ-থাবী মঙানবু, মশিং লাকঙম-দরিবা সিদবদি মপূনা খোইনা হেন্নো য়াইফরে।

— x —

## ঈশৈ-অমা-ঙাংবা

(৪২) অসুমনা খোইয়ুম লাইয়াম পূমনমক খংনা সিদ ফমবান শিন্নরয়গা মপাবুং মমা লৈমরেন সিদবীসু তঙাইদনা থূপথরে। মতম অসিদা ময়াম্বুং ইবুংঙো পীবা-রেনসু নোংখোং কোইবা নোংলোন মশিং শূরক্না

—:(০):—

মগান্নবুংগী ফমবাল থুরুমজগে চুংজরকই। অরাম্বদগী উরবনা মনাও ইরেম্মা য়াইস্রানা হায়জরকই :—ইতৈ ইবুংঙো ত্তাবিয়ু, লাইয়িংথৌ ইতৈ ইবুংঙো লাংতোন সগবা লেংলক্লে নিংথৌ কোকথোন থম্নগা মালেম লৈমাই খঙা কোয়াং চৈশু তাবগুম প্নেমবিয়ু। নত্রবদি কংলা বাক্রং থোকপা তারে। অসি তাবদা নিংথৌ কোকথোন থমলগা মালেম লৈমাই-খঙা কোংয়াং চৈশু তাবগুম প্নেমহুনা হায়জরকই :— য়াম্বুং ! পাবুং নত্তে নমাওনি, প্নেমবিগনু। মনাওনা হান্না প্নেমজরি। ময়াম্বুংসু নোংথাং কুম্বদগী হেন্না য়াংবনিন্নু প্যাবুং নচানা নোংখোং কোইবা নোংলোন মশিং সুজরে স্ন থুয়া-থাদা প্নেমজরি। লাইনিংথৌ মচিন-মনাও অনিমক মালেমদা কোংয়াং চৈশু তাবগুম থুরুমনবা চপ মান্নে।

ময়াম্বুংনা মিয়েং শাংখেরুকপদা পাবুং ওইরমদরা মনাও ওইরমদরা উবদা মিংস্না ফমবাল লৈকা মানবদা থাম্বী মৈত্রেং হৌবগুম ঙাং অশ্নাওবা খোঞ্জেল্লনা হায়রকই :। শানৌত্রোন, মালেম নোংথোং কোইরুজনা সিদ ফমবাল ফমলগবদি চিংঙু কনাগী থুংশিননো খোইয়ুম কনাগী থোইনশিননো ? চায়ন খোংদ্রেন হানগে।

শরি নামুঙ পাস্থংলে। মাংবা তারে খজতুনা কুরুনা হায়য়ে— পাখং য়োইরেনবদি লৈপাক্কী মুপুনে, হায়এ। লৈঙম্লে লোইরেন কোরে। হুডদগী কুরুনা থীংক্রমথাংবা কারকে। কুরুনা হাইয়ে :— অহনবা নংদি ইপাগী, ইকমদা লাকো হায়দুনা অতিয়া সিদবরু কম্নহনলে। য়ায়মবা নংদি ইগী মফমদা লাইগী নিংথৌ ওইনা কমহল্লে। পাখংবনা

—:(O):—

ফম্পাল ফমলে। লাইপুংথৌ অয়াম্বা লাইনুরা অয়াম্বনা লাইনিংথৌবু থৌগল তৌএ। কোইনা ঙাকএ। লাইরৈমা তনৌ নোংতরেংবীনা ময়াইদা ফমলে। ময়াইদগীনা কে ক্রেক কে থোংলে। লাইনিংথৌনা মোক মোক থোংলে। লাইনিংথৌনা তানচিনথিয়ে, লাইরৈমা চেনথোকথিয়ে। অমুম্বা কৌদ্রেম্বা শান্নে। থুংশম্ লেংশমনতুনা কৌথেমবা, কৌথেম্বা কোনা মতোন ৰাইচাশে কৌ, কৌ, থোংচিংনতুনা শান্না কুম্মে অয়াম্বা নুংঙাইনৈএ। মফমদি চাথাবা উতোইরোক উমংদা শাননৈএ ॥

— x

# ঈশৈ-তেংথারোন্-অনিরক থাবা

(৪৩) সিদা ফম্বাল না ঙা পে ক্লব। তোকপগা কাম্বগা কাওনরে সিদ ফম্বাল নাক্তা কংলা ফমবাল য়াইগীদমক। তোকপগা, কামবগা কাউনরে। য়েনথোং শোইররোই লাদা থোংদোই হুল্লে। কংলা ফমবালগীদমক তোকপগা কামবগা কাওনরে।

কে ক্রেক কে— মোক্ মোক
য়াঙ্গেল শামবা—শ্যাও শ্যাও
তোকপা, কামবা— কৈগা য়েনগা
হুইয়েন লাম্বেংনগদোরে।
কে ক্রেক কে— মোক. মোক
য়েনথোং ফত্তে— চাশিনদু
লাইগী য়েননি— কনবিশি চাফরোই ॥ পলেম পম্বৌবু শকথঙবা, তিনথোং লাইথোং থিজবা পম্বৌগী

—:(০):—

য়াথংতা ইঙ্গবা লাইরী চেন্নিদো কনবিশি। পলেম শক-থঙবা পঙ্গৌ হক ইন্নিংলেংবানবা মপুগী য়াথংবু ইনবনি। লোয়রৌ লোংনা ৱাংদে পাঙ্গৌ মানা মৱাংই। মালেম লৈনা নুংদে পলেম ইমানা মরুমই॥

— x —

# ৱাইনা-ঙাংবা

(৪৪) মনাও ইবেম্মাশিংগী পাওরৌ তেংথাখোল অসি তাবদা মনাওবুদি চাইন খোংদ্রেন হানদ্রে। ফারে কৌইদিক ঐনা থনবগা ওইরনবগা মান্নরে। সিদ ফমবালগা নিংথৌদি পাবুংগী য়াথং ইনলগে। ইনাওতনা ওইরশনু অড়ুগা মালেম অসিদি খোইরম কনাগী মরু লৈতে চিংঙ্গু ইথুংনা শেমবন্নিনা তরংদা লংখাইদুনা মাংহনলগে। অসি হাইদুনা মালেম্ থারম পাংনা চেপথরকপদা মাংবা তারে থন্দুনা অতিয়া সিদবা লাইরিংথৌনা অৱাংবা খোঞ্জেল্লা মচাবু থান্নমী - পারিহন! নথুংনা শেনবা মালেম্নু নথুংনা মাংহনবা হোনদে। চিংঙ্গুগা লিকলম্ কাইগনু খোইয়মগী লিক্লাং তংহনগনু। পারিহন শাওথিনু। অশাওবা পুমবা খোইজি থাদা নমথখো। পুকনিং ইরোং ইথাই থাইদোকতুনা চেনহনগনু। অশুম্ হায়বা মপাবুংগী নুংশিরবা মিরবা মরাথং লাংবন খোইমুগী খোঞ্জেল্লা তমজনিংঙাই ওইরবা চাংনুং তাগনাগী খোঞ্জেল্লা ইকাইজবা খোঞ্জেল অসি তাবদা ম্না-মহি কোক্তগী তোন্ য়ৌবা ফাওবা তুরে কদম্ শাই কোকচাউর্বা হেক কাখিবনা মালং ফেনজিল

—ঃ(০)ঃ—

ওইনা মাংখরে। শারেন নোংশাগুম কল্লগবা পাগবা কৈ-গুম খোরগবা অথৌবা থাংলেননা তমজনিংঙাই ওইরমবদো পুমনমক থাদোক্লে; শাউমনখিবনা মশাইওনবু মশক থং-ঙদনা শারি নাম্বুং পাম্থংলুববু পম্থৌ খোঙেন তাবদা ইকাইড়না মালেমগী পিবকনংদা চোংশিনখ্রে। স্না-মহিনা লৈত্রবদা কোরৌ মঙাল লৈরকত্রে। খোইয়ুম লাইয়াম বা-নরকলে। খৌদোক অসি নুং পান্ থংবা অতিয়া সিদবনা থংলড়না শিদবা লৈমরেন্দা ঐনা কোবদি য়াররোই; সি।। লৈমরেন্দা নচা বাবিহনবু কৌ হানা কৌহল্লে॥

—x—

## ঈশৈ-তেংথারোল (শাথেক অহুম)

(৪৫) হাঃ পারি পিবারেল লাকখো লাওনে নঙবু। পোইরৈ লমদম কদাই তান্না চৎখ্রবনো। তরং লাই-পাউ লাউঙৈদা, তেংবানবগী মপুনা পারি শকনা লাংওনবা ইচানিনে। হা পলেম, পম্থৌ শাড়না মশাইওনবু লমজিং-বনি নশাইওনবু কাউরব্রা? ফুহিং স্না পিবারেন পলেমগী কোংয়াম বাবিহন ইমানা কৌবদা তাদব্রা লাওগবা। মালেম্ নোংখোং কোইঙৈদা ফমবাল ফংদে বারোরব্রা নশাইওনবু কাউরুরবোই॥

—x—

## বাহৈনা-ঙাংবা

(৪৬) অসুমনা সিদবী মমানা কৌরকপদা থাংবা ঙমদহনা পলেম-পম্থৌ অনিনা লৈরিবা অহদা কোংয়াং চৈশু

—:0:—

তাবগুম্ পুনেমজরে। মচাগী চেংলৌ পঙ্গোং ফজবা লোইনশিলোনবু উরগা লাইয়িংথৌনা মচাবু কোনখৎলগা শমলাং শিংন-নানন লেংওন পরি চুপ্ ফৈরা তাজিন-থক্তা মিয়েং শাংথৈরকপদদি, তাইবং মপু চীংঙু শিদবনা তরং লাইপাউ লাউরকভৈদা লাংওনলকপা মচানি হায়বশে নিং-শিংলকলে।

— x —

## লোনবা

(৪৭) লায়োন লাং তনৌবা মা কোনশৌরেন কো-লেন্দবা মা তিংলিরেন কৌবশু ইবুংঙো নংহাকনি। ইরিক ইচম্ ইথৌনা নাউয়েং ইকাননা মরাক-ময়ুং তমলিবা, মফেন শিংচেপ্ থারিবা চাংঙু শিদবা। নংনা শেনজ-শাজ মঙান্ মনিননা ওলাং পাংচু ইরিক অহোইনবরা তুবি তিননা থদংপি-নন্ লাইনিংথৌ। লাইজ ইরোনন্দুংদগী হৌনা ইঙারেন ফি-মম লৌন নোংথোং-চিংথোং লাংথোং ভুথোং লোকলম লেন্দবা লমথোই লমরাংবা মীকোক শয়াম্ শেললিবা লাংখক, লারোন্; লারোন্, চোংখ্রবা য়েঙ্গো হেনৌ শাথৌ লগা থৌরিবা মাইকৈ কারন মরি য়ারো নিপান হারো ১৬ মালেম লৈরোন ৭ কোরো আঁতংঙা শুপনা শাথোং লৈশা পাইরিবা; চুপ্লি পাইনা বারেল্লিবা চৈথা পিদুনা বা-তেংলিবা পারিহন। ঈরিক ইচাই লাইজ ঈশিং খিকফেল্লা ঈরিক ইথৌদা নাউরেং, ঈ ইকাননা পরিং লাংশিং তমলি, উকা মাইথোং শান নপোক থোঈরা য়াল্লিবা পারিহন।

— x —

—:(০):—

## ঈশৈ-শিংকপলোন ( তাম্থা মরি )

(৪৮) চিংঙু মথূংশেন্নি পারি মশাইওননিনে। পুমন-মকশে পঙ্গো মানা লমজিংলুবনি। নশাইওনবু করম মাঙ-হনগেরা ? তেংবানবা মপুনি নংদি তাইবঙশেম্বনি। সিদ ফম্বাল ফংদে নশাওইনবু করম কাওরুরবোই।

— x —

## ঈশৈ-নাওশুমলোন

(৪৯) ঋারুগনু পীবারেন নশাইওননিনে ঋাবীহন। ননাওদা পিবা ফম্বাল্লেন্দি কংলাশিতনি। অচৎপা-চত্তবা তাইবং থম্মোইগী য়াইবীগী ফম্বাল্লেন ইচাগী ওইরো, তাই-বং য়ুম থুদিংগী শঙ্গোংগী ফম্বাল্লেন চাম্মানিপানমকপু শুনবা মপারিহন্দা শিন্নরক্লে। মীরমলেন, লাইরমলেন অনি-মক্তগী থৌরম অথাই অথুম ওইদুনা পারি অনিনা ঙাক-হোরোনে, ঋারুগনু পীবারেন। ইপানা তাইবংগী লাং-ওনবু শান্নরবদা মীরৈহনবা কোনা ইচানা লৈয়ু। লোইনবা কৌবা মিংথোল অড় পারি ইচানা ওইগদবনি॥

—x—

## তানচপ

(৫০) পারি মা লেং:থাইঙানবও। মীরেন লংলা পা য়াঃ— মীরেন কোইরেন লাংথাকপা তুথ্প অহুম

—:(o):—

শকওইবা। পাফন থক্তা য়াহিপ্পা। মাগী খোঁজানগী মিং য়েংনা য়েংবিরি। মৈতৈ লমদম নিংথিবী লমদমগীদি অথোইবা। তাইবং-পুমবা য়োক্লিবী; মৈতৈ থবাই ওই-রিবী। খোঁজাল হৈবী পলেমনি, পুকচেল ৰবী পলেমনি। অপোকপনা লেপলিবা লাইরৈপাকপু ওইরিবা, য়েকপু ৭ পোক্লিবী। পারি মঙোমগী হৌনফম ওইরিবি। পলেম চেংলৌ শকহেনবী তম্পাক লৈরেন হনবিনি। ইবেনথোৗশু কৌনরি। মালেম লমদম অথোইবদাঃ— চিংঙু বা মচিন মনাউ অনিনা ঙাম্বোইরিবা লমদমশে। স্না লৈবাক নিং-থিবী, লমলেন লমদম অখোইবী। ইবুধোদি পাখংবনাঃ— সনা-মহি ঙৌবরেন, তাইবং মওং লেপ্লিবা, য়াইবী থবাই ওইরিবা অনিমকপু খুরুমজে। পংলবা তাইবং ঐথোইনা, চিংঙু মতিক অচৌবা পান্দম ঙমখে লৈত্রবা, অথোইবা লাইবু খুরুমজে।

— x —

## অরোনবা

(৫১) চিংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ অতিংকোক মরু সিদবা। য়াইবী এলহৌঙেদগী অমম লৈশানরকপা খেরে নুং-গুম তকুপহৌ, পোইদিংঙু নোংথাং তরংলেন। তাইবং লাইজ ঈ পোকপা চিংঙু লিন্দাও তাউবী ইরোই লাইরেল তাউরোইলাই নমুশিদবা, নুংগা-হারবা য়াইবী-নুংঙৌপিমাবা, চিংঙু কোরৌ অয়েংবা, কোরো নোংদারেন্দি পাখংবা। বাংবা নিংথৌ পাঙ্গুমবা, হুপ্লা মপানগী হারমস্তগী মীশেনপোং

—:(O):—

কাইবী মহুম নংগী পরিং লংশং হুন, উকা মায়খোং য়ান্না নপোক খোইরা য়াল্লকপা চিংঙু য়াবা নখোঙ্গেন্না অহানবদা, লাংবন খোইমু খোন্দানবনা খোঙ্গেল ইঁ,—না ময়েক খোক্লা নপোক খোইরা য়াল্লকপদা চিংঙু য়াবা খোনঙ্গেন্না নমু পোংখেমলকপা লাইনিংখো; চিংঙু নখোং ঙাংলো খমবাগ মানবদা নমু তাইবংনা হন্না হন্না পুনেমজরি।

— x —

# ঈশৈ-নিক্লা চিংবা অনেম্বা

(৫২) অনিমকপু অমত্তা ওইনা শিংখানৈ। হোবা লোইবা মপুনি। তারু তারুবনা ময়ুম মশক্লি। তরং হিরেন হোল্লিবা, ইপোম ইকা খাংলিবা, কায়াৎ-কাংলোন শাখৌবা, ইপাকখক্তা ফুরেন পুরেনবা। য়াইবী কোনগী মপুখো-য়েন্নৌ লায়োন পাইরিবা কোনশেং সনা পিবরেন।

সনা মহি ঙৌবরেন সনা ফমবাল মহিরেন। লায়োন লাং তনৌবা, সনা কোনশৌরেন কোলেনবা। সনা, সনা, তিংলিরেন হায়নবু থংনরি।

— x —

# ( মৈরা-শৈরোই ঈশৈ )

সিদবা মপুনা খোইনা হেন্না য়াইফরে য়াইফ খোইবা মপু সিদবনা য়াইফরে মরোল তরামরিনা লৈতেং নিংথি

—:O:—

ফজবা লৈরোল নোংলোল ৎ না থোকল ফিপ ওইরিবা কংলা ফিপ ৩ গী য়াইপিরেল সিদবা লৈরিবদি খৈপিককি থবাই য়াইপী পীরিবা ন্মিৎ চয়োল তরেৎনা কোইনা খোকল তোরিপা খাচা ১২ না তংপা কাংপা নাতপা ন্মিৎ খানা চিংপনা লৈতেং মশক ওইরিপা

| | | | |
|---|---|---|---|
| য়াফরে | = | ২ | কৌবরু অগুপপা |
| ” | = | ২ | অতিংকোক লাইরিংখো |
| ” | = | ২ | নোংখো সরারেননা |
| ” | = | ২ | তাওপীরোইলা সিদবা |
| ” | = | ২ | নোংপোক মালং হুমওইবা |
| ” | = | ২ | চিংখৈ য়াফু নিংখো |
| ” | = | ২ | খাংচিং লাইমরু |
| ” | = | ২ | পাফল লিলা নিংখো |
| ” | = | ২ | ইবিরেল শিদবা |

সিদবদি মপুনা খোয়না হেন্না [illegible] ফারে।

— x —

## (মোকোল্লো)

অনচি খোয়মোম লাইয়িংখো, চিঙখে লেনানুংতা য়াতাপা নোংপোক মাচিঙকি চিঙতোলতা বায়েলপা, মা-চিঙ চিঙখোঙতা খোঙ্গাপা, গুকি গুরি লোংপাকি পারি-খাপা খো খিংপা, থবায় খোমচিলপালে, মিরেন তোংখুলাপা কৌশিললৈ, মশল লাংপা জৈচিললৈ, কুরুকি মা খাতা শিঙলেল লৈপুল শানা কৎচালে, য়ামতারে গুমচিললে

—ঃ(০)ঃ—

মোইত্রা তাচিল্লৈ, চাতালৈ, চাগুলৈ, ঙাংচেং চিংপ্লশিতা পান্পা লৈ, শিঙঙেল আশালৈপ্ খুইপ্রা খুইতালৈ, ক্রৌ আচ্পানা লৈরাং মানা পংকাপ্রা পংতা লৈ, ন্যায় নুং-পাল শারু লুতোংলৈ, হোংনেম লৈপ্লসি প্লি য়িবাল্লৈ, লুরাং নিংখৌ শেলহোংপানা, হেননৌ লৈ, চালোল্ ৭ লোলচিল লৈ, শুলোল ৭ তানফং লৈ, পাখঙ কুমচিং, লোলখোঙ ৫ লোল্চিল লৈ, নুরা লোলখোঙ ৬ থেং-চিললৈ, শিংলেল পোমনা লৈ, লৈরাং শাংনা লৈ, ফুইতিং-ঙা ফুইনা লৈ, খাকি লংনা য়োমপালৈ, ক্রাং লালনা হেমমোই লৈ, বুল্পী পুকহু লৈ, থাপী লোয়তাম্পা শাংনা লৈ, থাতল হেম্না লৈ, থবায় ৫ মাপু কাওরেল সলপ্ ওইনা শেন্পিরিপা, অয়ুক ঙন্না কোলথোকপিথাপা, নুমিতাঙ থেঙনা কোলচলপিরিপা, অমম্পাপু নায়িম্ ওইনাপা লাইয়িং-থৌ, কোনথৈ আতাম্পা, শুংলেল আথাপ্পা, খোইহৌ হুংতা পালপা লাইনা কোললম্কে, নঙলেল শিতাপাল লাইপ্ কো-ল্লমকে; লুরাং নিংথৌ পুলশিপা লাইনা কোলচিললমকে, হোং-নেম লৈপ্লশিনা কোলচিললমকে থবায় খোমচিন্ লৈনা খোম-চিল্লমকে, য়ুলা শংলা লক্তাকি, লাপোং ফেপোং লকতাকি, লৈকু লৈরাই নুংতাকি, মিয়োক্ থায়োক নোংতাকি, মিরেল তেংমুলাপাপ্, খোমচিলনা কোললক্কে, কুরু থাতা কোলকে স্না থাতা কোলচিল্লক্কে শে লৌনা কোলচিল্লককে, শে পিনা কোল্শিললক্কে, থবায় ৫ মা মিকা থানা ৬ মাপু, পাইমা নুংতা কোল্লককে, ঊলপী নুংতা কোলচিল্লম্কে, শকতম নুংতা কোলশিললক্কে, ক্রকি স্না থাতা হোইলো হোইচিললমকে হয়া য়াচিল্ লমকে, হায়া য়াপিলোরে কাওরেল কোল্চল্পাকুম চল্পিরে, খাকি নাহা শাফাপা

—:O:—

ম্না হংচৈ শুপানা, নূমিৎ ম্নাখোংখিং থোঙহাং লোরে. ম্না হংচৈ শৎপিপা লাইয়িংথৌ য়িপুংঙ্ তাও-ও, নংনা ম্না হংচৈ পোলোলূপি-ও, শাবানা পোলোলূপি ও, তাইয়-বনা ওইপা য়িতুতোলূনা পুন্সি লৈরোং ওইলোকে, শিঙ-লেল্ লৈকা মাপু লৈথায়পি-ও হায়না লৈনিচাপানে, শিংলেল্ লৈচামাপু লৈথাইপিরেং, চুপলেল্ নাপা ঙালনা পূলশিনা-লোকে, হরিচা হায়া হে হয়্ম্ হয়্ম্ হয়্ম, ॥

— x —

# অনিশুবা মতাং
# খুনুঙ-ঈসৈ

অনৌবা লোন্দা হন্দোক্লুনা শকপা মতমগী ঈশৈ

হয়ি হয়া হে—৩
চিংঙ্গু লাইগী লাইমাংদা
লৈবাক্তা নিংথৌ পুন্ন তিন,
ফমনাইবসু তিল্লবদা
ওইনুনা কোগোল লৌড়ুনা।
লেমলৈনা জগোই শাজবা,
জগোই খুৎথেক কৎচবা
জগোইগী খুৎথেক্ লোইননা
সৈওইনা নাতৈ থিজুনা
অসৈনা লিরোন শকচবা।

---

শকচনিংবা ঈসৈনদি
অচম্বা ঈশৈ ওইবনা
লৈবাক মপুনা তাবীবদা
অসোই অঙাম য়াওরবসু
খঙজদবী ইমোমনি
হৈজদবী ইচানি,
পোকচবী ইমোম মকনি নে
থনবীড়না থোজানবীয়নে

—:(o):—

অশোইবা চাম্না ঙাকপিয়ু
অয়ানবা চম্না কনবীয়ু
য়োম্লবা কাদা চানবীয়ু
ও কনবীয়ু ও কনবীয়ু দে।

———

৩। অঙম্বা ল্যানলোঙ্গ ফমনাইবা
স্নাবু চঙনা ফমভমলে
খামেনচংপা ফৈজোম সেংচল্লে
ফুরিংনা সাইজোনবা লিসললে.
স্নাবু খুজিত্তান শিজললে
কোয়েংনা তোলোক হাপচল্লে
হিদাকপু ঙকাল থিঙ্গিল্লে
খ্রাথকনা তেনৌবু হাপচল্লে.
তিকিনা ওমচাকনরক্লে
সকয়েংনা মিংশেল থানজললে
চিলবান্দা কাঙমৈ খুত্তনা
স্নান কোঙ্গুম্ তাঙ্গুম্মী
লুপ্পান পাঙ্গাপ লৈঙম্মী।

———

৪। অঙম্বী ল্যানলোঙ্গ ফমনাইবী
চনু লিকৃতোন সিরিবী
কিয়ার লিককাং হায়রিবী
অকোইবা কনেক শেংচললে

—:০:—

লমথাং খুলক ইশিঙ্গে
চিঙয়াদা উরোক পাইগুম্মী
ও ফজরে ও নিংথিরে
ও নিংথিরে নিংথিরে দে।

———

৫। চিংঙু নোংখৌ সোরারেল
অবাংনা য়ুরেম পাখঙবা
ময়াই সম্বোং লেপ্পও
খোইয়ুমনা মিরু পানফবা
চিংঙু লাইমৈ হুইরিবা
ও লাঙ্গ নিংথৌও দে।

———

৬। নসানৌ মৈতৈ লৈমও
খোংবু য়োম্বা লুবু খোনবী
তাইবঙনা মৈতৈ লৈমও
মৈতৈ চনু সাফবী
চিংঙু অনিনা পানবাগুম
পানফরিবা ও পানকাবা
ও ফজরে ও নিংথিরেদা

———

৭। নোংদোম থঙ্গী ঈপুখো
উমঙ্গান চকম হুঙঙ্গী
সনাম্বী খম্বাল লাংলকপা।

—ঃ(০)ঃ—

সনা থম্বাল লৈওংনা
চেংলৌনা মিংপু লঙবদি
থৌজান মায়োক্তুনা
থমোইনা লাইদা কত্তুনা
তুবীনা লাইসোন সৈত্তবু
ও সকচগে সকচগেদা।

৮। হৈয়ি হৈয়াহেঃ হৈয়াহেঃ
চিংঙুনা খোইয়ুম লাইনিংথৌ
খোইয়ুমন য়াইবি য়েনহৌঙেদা
অমমন লৈসা হানলকপদা
তরংন লাইজ ঈয়াঈদা
য়াইবীন উংলৌ সিদবনা
খেরেন নুংগোন তকুপ হৌবদি
তরংনা নোংথাং কুপথরে কুপথরেদা

৯ পোইদিংঙু নোংথাং তরংলেনগি
তাইবংন লাইজ ঈপোকপা
চিংঙুনা লিনদাও তাওবিও।
ঈরোইনাই লাইলেন সিদবা
তাওরোইলাই নুংঙু সিদবা
নুংশাং মহারাবও
য়াইবিনা নুংঙৌ পীমবা
থাবান চিংঙু অহেনবা

—:o:—

কোরৌনা নোংজ্ঞরেনগী পাফলদা
নুংনাংনা চরাই লোংবও
ভুপলান মপান খাবগী
হারন মউ লিংবগী
মিসেমোং কাইবী মহুমনুং
পারিং লাংসং ভুনলকপা।

———

ঊকান মাইখোং য়ানলকপা
মালেমন লৈসেম লক্লিদৈদা
লৈসেম লকপা ইবুংঙো
কোরৌনা নোংহৌরক্লিদৈদা
নোংহৌরকপা ঈবুংঙো।

———

কোরৌনা নোংমখোল থক্লদা
নুংনাংনা কাওখং কোন্দগী
চিংনুনা য়াবা নখোঞ্জেল
খোঞ্জেল্লা ঊংকার ময়েকখোক
লাংবল্লা খোইমু খোনদানবনা
নপোকনা খোইরা য়ানলকপা

———

অবাংনা কাংলৌ লাইমকোন
চিংথৈন লৈনা নুংদগী

—:(০):—

চিংথৌন লিকলা হুনবদা
কোমরোনা চুমথাং থনরগুম
নোংমদোন নোংথাং কুপপগুম
চেংলোনা সকলোং ওইরকপা

— — —

১৫। চিংঙ্না খোইয়ুম লাইয়িংথৌ
য়োইবু খোইমোম লাইরেম্মা
নচুনা নোংথাং ওইরিবী
নয়েকনা পাম্হোইবী ওইরিবী

— — —

১৪। লুমাংনা শমজি পুম্নপা
পম্হৌ কোবদা পাওখুম্মা
লুতুংনা শমলাং পত্রে পুম্নপা
পলেম কোবদা পাওখুম্নী
লুবাইনা হাথুন চৈরপা
চিংঙ্না খোইমোম কোবদা
পাওখুম্নীবা লাইয়িংথৌও
পাবু ওইবা নহাক্কি
পিবু ওইবী নহাক্কি
পলেমনা চেংলৌ সকহেনবী।

—:(০):—

১৫। তম্মা কোরো অঙানবী
বাঙমনা কোনথৈ অতাম্বী
খোইমোমনা নচিলচাকপু হুনলিবী
থাবী চামা সিস্তাকপা

---

১৬। লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা অনিনা
সজিকনা অনি খোকপগুম
থবানা অনি ঙানবগুম
ঙাম্বোইরিবা খোইয়ুমও

---

১৭। নদাইরেম তাইবং চাসিংনা
হরাওনা সকসেম তমজুনা
খেলানা পুঙদোই লেপ্তুনা
নোইথুৎথেক নোইমন লাংজুনা
ওইনুনা কোঙ্গোল লোত্নুনা
জগোইনা লেমলো শাত্নুনা
হরাওনা মথোই কাবদা।

---

১৮। নকুম কুমদি কুমগাওদা
নথা থাদি থোকাওদা
চিংঙু থাজ্রে বাদি বাকাওদা

—:(০):—

খোঈয়ুম কুমদি কুমহৌরো
খোইয়ুমনা নংবু পুনেমজরিদা
ও পুনেমজরিদে।

১৯। চিংঙুনা খোয়ুম লাইয়িংথৌ
থমোই লকা নুংদগী
স্নাগী থমবাল শাৎলকপা
থমবালনা লৈরিক লৈকাদগী
উনথম্না লিক্লা হুম্বরকপা
চিংঙুনা খোইমোম লাইরেমমা
হন্ন হন্ন খুরুমজে খুরুমজে।

২০। সবানা ভুখোং খুদিংদা
খেলেন্ন চুমথাং খানলিবা
খেলেন চুমথাং নুংদগী
তরংনবু নোংথাং কুপথরে
তরংনবু নোংথাং নুংহৃদা
পরিং লাংসং হুনবীবা
খোইয়ুম নংবু খুরুমজে
ও খুরুমজরি দে।

 

—:O:—

২১। মোংপোকনা মালং হুয় লৈ।
চরোম্ন তরেং তানসুংলৈ।
সুরোম্ন তরেং নলসুংলৈ।
কোরৌন মৈদা পন্দ্রব-লৈ
বাংবলন মৈদা কেমজবা-লৈ
সিঙেলনা সনা লৈরাংনি
লৈরাংনা মাবু লৈওইনা
চিংঙুনা ওাংলৌ থম্বালদা
সিঙেলনা সনা লৈরাংবু
লৈরাং লৈহুন তমজরি
ও তমজরি তমজরিদে।

———

২২। কোরো মানা বাংদেদো
পঙ্খো মানা মবাংই
মালেম লৈমা লুমদেদো
পলেম ইমানা মরুমঈ
পঙ্খোগী য়াইমরু সিদবা
পলেমগী হিমরু সিদবী
পলেম পঙ্খো অনিবু
চিংঙুনা খোইমোম পান্দম লাক
হয় থুরুমজৈ ও থুরুমজরি দে।

———

—:০:—

## অহুমসুবা মতাং

১৯৬২ ইংদা 'থারোন নোংথাইরোন ' কোবা লাইরিক্তা ইথোক্লুনা ফোংখ্রবা সৈরেং।

নপারিগী নুংওন পুরিং
হেপলি পুনখাঙ রৈত্তবা
ঈসৈ লিবোং খঙদবা
তেংখা ময়েক চাদবা
ৱারী মীরোন ওইবনা
লাইরেল চিংখোং য়াকৈজগে
কোরৌ ৱাংবদা পম্বৌও
মালেম ঈমাদি পলেমও
কোরৌ মালেমদি থক্লিদা
থোইমুম ঙা শকম্বু
ওইরিবা তক্ষা ইমা অপোকপি
চিংঙু লৈমরেল সিদবা
তক্ষা কোলগী লাইরেমবী
মৈতৈ শোকপী পলেমনা
অমলরা লুক্মক চেংবোলগী
তাবুংদদি পলেমনা য়াতাহনা
লৈবীরম্মা পুরিপাঙল ৱাংকনি
[illegible] মিহা [illegible]
[illegible] মৈতৈ [illegible]লোন
পুবারি ৱারম থৈবিকপু
মতম থোংলৈ তুংইন্না
চেংবোল তাবু ঙংদগী

—:(o):—

পলেমনা লেংথোকপিরকুনা
থজিক থৌগল তৌজরকপদি
মৈতৈ না লৈপাক্কি অথঙ অহৈ
পুমনমকনা থৌজান পিনবীয় ॥

M. A. K. Nrdiachand.

———

—ঃ(০)ঃ—

১৯৬৩ ইংদা 'থারোন নুংলোন' কৌবা লাইরিক্তা ফোং-
থরবা সৈরেং

মৈতৈ ঈচেল নুংসিবা
মতমগী ঈথক চানবা
থারোল নুলোন কৌবা
লাইরিকসে অমুকহন্না
থোকলকওই॥
তাংজবা মনেক অচদা
লাইরিকসিগী ময়াইদি
ইথক ইপোম লৈতবা
মীওইতনা থঙগনি।
মৈতৈ লাইরোন অরুবা
মপোক থংবা মীওইনা
সোইদনমক থঙগনি
খোঙ্খোকসিগা মনুংদা
হেন্না লুবা বাহৈদি
অমুক হন্না ফংলরোই।
মৈতে ঈচেল অরুবা
অথুপ্পা পথাপ মরোলবু
ফজবা লোনচৎ অসিবু
অমুক্তংদি পাবিম্মু
ইবুংঙো ইবেম্মাসিংনা
মনুংদা লৈবা লোনচৎনা
মচা তানা ফোংজরি।

—:০:—

ইং ১৯৬৩ ইংদা ফোংখিবা 'থারোল নুংলোন' গী শৈরেং।

# কচ্চবা

পলেম পোকমবী তক্ষা কোবী
ইমাগী মফমদা 'থারোল-নুংলোন'
কোবা লাইারক অসি কচ্চারি।
হা পলেম তাইবংগী নিংথিবা মলেমশে
হৈ-পালনা থাজবা লৈরাংনা শাংলিবা
য়াইবীমা মরাংহৌ য়াবানা মকা ফোংবসে
পলেমগী য়াকাইফম নমুঙী ঘাওনকমনি
ইমাগী লৈকোন অশেংবা মৈত্তে লৈবাকসি
পলেম ইমাগী লৈপাক্কি।
লাংওনগী লিক্লাংসে কাইরক্তি,
মতমগী পরেংদা মপুগী লংসুংবু
তংলক্কি, তাইবংগী লৈরেংদো
তত্তনা সোনবা খোরমগী পরেংসে
ফজবী ইমাগী নিংথিবা কোলোইগী লনগেনি।
নিংথিবী পলেমগী নপারি নমোমগী কোলোইনি
পীনবীয় মতম শকচগে মপুগী কোলোই
পলেমগী নুংশিবা তম্পাক্তা।
কচ্চনিংঙাইসু লৈত্তে করি খোইনমুক
হে নবনা কচ্চগদবা ইমাগীনি হায়জনা
মি পিরাংনা মিস্লা তরং শিম্বনা
খে দো চুপ্লি পাইরিবী তক্ষা শাইয়োন অয়াম্বী
থ লকা মানবা পলেম থুয়াদা কচ্চবনি।

—ঃ(০)ঃ—

বারৌবিগন. নচানি খন্ন পলেমও ইজরিবা নচা
লৌশিংনবা শৈদমবা নদাইরেমনা হন্ন হন্ন পুনেমজরি
অকোইজাম্ব নোড়িয়াচান্দ পীবালেন মৈতৈ ॥

— — — —

## থাম্নোল নুঙলোনগী য়াকাইরোল

মৈতৈ পোইরৈ পুঙময়োন্দা
মতোন্ন মরা . তাড়ুনা হৌরকপা
তলাগী পামেল চাওখোইবা
ম্পাল মউ চাওবনা
মশা মরেং য়ামথরে
মশা মরেং ফলবব্
ককথং হিদোকপদি ঙমজদে
উরি বারিগী নাখল ফবনা
লৈবাক লৈহাও চেল্লক্লে
লৈহাও কাবা মতমব.
কুমজা মশিং য়াম্ননা
উরি বারী হৌড়ুনা
উরি বারিনা য়েত্তনা
নারক মোংশোং কুপ্পনা
পলেমগী মউ উহন্দে
পমেলগী উশা খুদিংদা
উরি বারি য়েংপনা
য়েননিং শোহন্দে

—:(O):—

অরাপ্পদগী পাইরকপা
চাক্তারকপা উচেক বায়া
মপৈ যপৈ তোংছনা
নুংশি ঈশৈ খোনলাওনা
মাইগৈ মরি নিলহল্লি
খোংলি লাওরিবা পুমনমক তাহল্লি
পুমনমক্কী মখল্লো মপানা লৈবিরি ॥

———

ইং ১৯৬৩ গী ওক্টোবর তাং ১ মেরা থানল পুনিমা ঈরাইদগা হৌথিবা মেরা মেন তোংবা অহুমশুবা চহিগী ১৯৬৫ ইং ওক্টোবর তাং অহুমদা ফোংখ্রা সৈরেংনি।

মৈতৈগী হংক:— ১২, ৩৪, ৬৩০
ইংগ্রেজগী সোক — ১৯৬৫
হিন্দুগী সকাব্দ — ১৮৮৭
অশান্মী সন — ১৩৭২

কোনক্কী কুমশিং ১৪.০৪.৫০০— অসিগী মনুংদগী ইখোকপনি।

মেরা মেন তোংবা
মতমগী খোংলৈ স্থুরক্লে
সাইওন লাকপা মপুগী
লাংওন খোংথাং ফারক্লে,
লাংওন খোংথাং নকশিল্লে,
অবাবা মতম কুইদরে,
মতম চাদ্রি থাংলম্বা,
মতম ওইরে হৌজিক্তি।

# থমনুঙ ঈশান

—ঃ০ঃ—

"নোংদমলেন অহানবা"
"ঈপুবারী খিরেন পোকখাইবা"
পারী বাংবা ইচেল
য়েনহো নোংদম অহানবা
কোরৌ বাংবদ পান্থৌ ওঃ
মালেম ঈমাদি পালেম ওঃ
কোরৌ মলেমদি থক্কুদা
খোয়ুম স্না শক্তমনি।
নোংদোন থককি ঈপুখো
উনবী চফম নুঙদগী
সনাগী থমবাল শাংলকপা
সনা থমবাল লৈবোংনা
চেংলো মিৎপু লংবদি,
খোঞ্জাল ময়েংকনচনা
থমোয়না লাইদা কৎতুনা
অমম অশান বায়েল্লিবা
নোংদমবা লাইপু হায়জগে।
হয়ি হৈয়া চেঃ-চেঃ লিকলাই ওঃ
ঈপুখো নোংখোরেন পুমাবা ওঃ
চিংঙু নোংখো সোরারেন ওঃ
অবাং পাখং য়োইলেমবা।
চিংঙু খাংপা নোংনিংখো ওঃ
খোইয়ুম কোনখৈ অতামবা
সবাং লমলেন অথাপ্প ওঃ
অবাং কোরৌ নোংনিংখো ওঃ
খংপয়োই থংলেন নহাকনা

—:০:—

সীংকাপ লোংনা থাব ওঃ
সিংচুম নিংগোঙ্গ য়েকপ ওঃ
মাক মাঙ্গ লাইয়েক-ইব ওঃ
... পোংবু অসি, অচং তম্বাব ও
অহোংনা কোরো নোংনিংখো
নিংঙু, নশাইওন্না নোংদোম লালেং
... ংবা কোনা শাইওন্দুনা
... রকপা মালেম লৈকোঙ্গ মপ।

———

—ঃ(০,ঃ—

৩। কোরৌ নোংথৌ মপুরেল
চিংঙু খোইয়ুম লাইনিংথৌ
নোংদোল লাইদি অপালবনা
নোংদা লাইরেল পাখংবা,
নোংদম নোংখাই পাখং কৌনা
চিংঙু মানা শাকোংহুনা
লৈপাক মপু ওইহুনা
মুবা পলালি সনা লৈপাক্তা
পালফা ঙৈগী মতমদা।
লাইরিংথোদি সনা মহি
ইপুথৌসু পাখংবগী,
কুমজা কুমজা থুদিংগী
ইরাং থৌনি কাইরমদে,
লৈপাক মরা চেৎলক্মী।
চাকহোং ঙাহোং পালম্বা
নুংশি থৌরি তৎখিরমদে।
মিরাল ইথিল চংহুনা
মতম খরা চৎনবীবু কাইরুবা
লাইগী থৌরম কাইবনা
মৈতৈ মচা থুদিংমক নুংব্রংনরে
লোইদাম মতম কুইখরে,
কুমজা করা হোখরে
লাংওন করা ওনলক্লে।
মৈতৈ মচা পুমনমক্না
পুরি পারি খনরক্লে।

—:(O):—

৪। পোইরৈ সনা লৈময়োন
মালেম লৈবাক পামবীরেন
চিংলোন মাপন্না পল্লোইবা
মালেম তমবাক অনেমবা
চিংলোন মৈশা লাংবদা,
লমজাও খোন্না চাকপদা,
থামবী মৈখু থুবদা
তমবাক মৈশা লাংলক্লে,
মৈশাগী ইনিল ফংলক্লে।
অবাবা মৈচাক থাংবদা
তামনা য়াকাই শৈদমলক্লে,
নোংদম মপু থিরক্লে।
মৈক্তৈ পোইরৈ লমদমদা
মৈক্তৈ মচা মশুশিং
অথং অহৈ কয়ানা
খংনা-খংনা থোকওমদা,
অকলবা চৈরাক কিবনা
তমথিবা চৈথেং ফংবনা
নাম্ম চিকনা তাগ্নজৈ,
তুমিন তুমিন নৈনজৈ
লৈকাইগী ঈচেম ঈনেমনা
করিগুমবা তাথ্রপা
য়েংথি মিৎয়েং য়েংলক্কনি।
নোকন মিবা তাগনি,
ইংখোন্না পোরোং থোক্কনি,
লৈকাইনা সরা সনগনি,
য়েংথি মিৎয়েং থাংওমলোই
নোকন মিনোক তাওমলোই।

—ঃ(০)ঃ—

৫। মীনোক চাওবা লৈবাকনি
যেংথি মিংয়েং হোংবনি,
ঈমুংনা মনিল নাইগনি
লৈকাইগী মরূপ কাইগনি
লৈকাইগী থৌদোক য়াওহল্লোই
মীয়ামগী শিন্ন চংগনি
নাইতোম তাবা সনাওগুমনা
ক্রনা হন্না উদনা
অব্বা মৈশা লাংগনি
থুদাং পিক্কম তৈগনি,
মাচং বাংলি খলবনা
মতাং চান্দ্রি খলবনা
খোইদো পোমনা লেন্নরি
অনম অতু লোইননা।
লিংজেল লৈবসু ময়াওঈ
থোনা ফবসু ময়াওঈ।
মানোক কিদবা য়াওরমঈ
মীবা কিদবা লৈরমঈ।
ইংথোন্না পোরোং থোক্লসু
লৈকাইনা সরা সল্লসু
লৈকাইনা ঈম্বোকপিরসু
ঐগী কনা লৈত্রসু
ঐগী ঈরাই নিংববু
ঐগী লাইশোন শোনববু
ঐগী লাইনিং নিংববু
অচুমবা লমবী চংপবু
কনাগী মথৌ বৈগনি.
কনাগী মপোং হুরুদে।

—:O:—

কনাগী মরল সোকউদে,
কনানা চৈরাপ তৌগনি,
অসি হায়না খন্দুনা
লিংজেল লৈবা কয়ানা
খৌনা ফবা কয়ানা
মিলোক মিবা কিদনা
কোংনা চোংখোকপা হৌরক্লে।
মৈতৈ পোইরৈ লমদমগী
মফম মফম খুদিংদা,
পুকচেল চাওবা কয়ানা
ফোংনা চোংথোকনরক্লে।
হান্না হান্না চোংথোকপা
পুকচেল চাওবা কয়াগী
মমিং মথা কয়াবু
খজেন হুমজিন তৌনরি।
মৈতৈ পোইরৈ লমদমগী
মফম মফম খুদিংদা
মরুপ মরুপ থোকখরে॥
মত্তম খোংলৈ তুংইন্নরা
পোইরৈ সনা লৈমরোন্দ
মীয়াম্না পুক্কিং লৈতাজরে,
নিংথম কাম্বী খাংজরবা
মৈতৈ সনা লৈপাক্কী
সৈওক সৈদম্ হৈবনা
লংদাই নোংদম্ ঈতানলক্লে
য়াকাইরক্লে নাপ চিক্না।

———

—:o:

পোইরৈ মৈতৈ মীয়াম্না
মপী মপা থিরক্লে
পোইরৈ ,তুশাং লমদগী
পোম্বী চেক্লা মঙং গুম
কোইনা কোইপাই পাইরক্লে
পোইরৈ মৈতৈ লৈপাক্কী
তিন্না পুংদা তিন্নরক্লে
ঙাংনা পুংদা ঙাংনরক্লে
লেপনা পুংদা লেপ্নরক্লে
সকনা পুংদা শকনরক্লে।
পোইরৈ লমদম লমনুংসি
চিংঙুবা মাগী মশাইগোন
পোইরৈ সনা লৈপাক্কী,
কংলা সনা পুঙময়োন
পোইরৈগী লমলেন ময়োন্দ
চেক্লা গুমনা পাইরকপা
মৈতৈ মচা খুদিংনা
উনা পুংদা উনরে
তিন্না পুংদা তিন্নরে
সকনা পুংদা সকনরক্লে।

———

## থমনু-ঙ-ঈশান

—ঃ(০)ঃ—

মৈতৈ মচা পুমনমক
মপী মপা পামজর
মচি মচি থুদিংদা
মপী মপা শানিংবা
কোংগাই কোংগাই য়াউনরক্র
লুচিং পীবা ওইবদী
কনা মৎতা ঙমনদে।
মপু মাগী মশাইগোন
কংলা সনা উত্রা মাং
পানা মরিগী য়াকাপুং
চিংঙ্গু মাগী লমদমদা
লৈপাক মীয়াম মরকতা
চিংঙুবা মনা থারকপা
থুগন সল্লাইদা ফাউরকপা
খৰাইগী লমদা পোকলবা,
লাইশ্রম চাদী মনাওবী
ইবুঙো মাগী পুকনিংদা
চিংঙুবা মানা চংথিবোই
মেনতোং ঈরাৎ থোরমবু
থোরম মওং থেবীকপু
ইবুঙো মানা চিংদুনা
লৈপাক মীয়াম লোইননা
মেরা মেনতোং ঈরাংকী
থোরম পরেং সিনথরে।

----

# খমন্ঙ-ঈশান

—:(O):—

মেন তোং ঈরাং থৌরমদী
তেংপানবা মপ্-গী মফমদা
ঈরাং থৌনি তৌরসি
মেরা থাগী খাপ্ঙদা
সাইওন লকপা থুদিংনা
লাংস্তন লাংদাই ঈতানলসি
ঈন্নঙ পুঙগী থৌরমবু
মপ্না তাকপা খাজনী,
মেরা থাগী থাজনা
মৈতৈ মশক খঙহল্লে
লাংদাই খুদম নোংদমলে।
শেম্মীবা মপ্ মহাক্না
মাগী থৌসিল পাংথোক্লবা
মৈতৈ মচা মস্তু সিংগী
শেম্মী পুক্লিং মশাইকোন্দা
লাংস্তন লাংদাই ইতাল্লকলে
মপ্ মনা লেংসিনবিরে
ঙাক্পী শেম্মী নোংদম্মীরে
লাংদাই মৈবু চুখৎপিরে
লাংওন মখৌ সংগৎপিরে— ॥

———

—:০:—

১৯৬৮ ইংদা 'পারি নোংদম্বা' কৌবা লাইরিক্তা কচ্চখিবা শৈরেং ॥

মৈতৈ স্না লৈপাক
পোইরৈ লমদম লমনুংশি
মালেম সনা লৈময়োন
মৈতৈ স্না লৈবাকসে
অবাং পোইরৈনা বাংবলম
খাগী পোইরৈনা নেমবলম
খাগী বাংগনদি ময়ুং ওই
নোংপোক নোংচুপ্তি মরাক ওই
ময়ুংনা শাংবা পোইরৈনি
মালেমগা মওংতাবু হায়রগা
পোইরৈ স্না লৈবাক লমদমসে
থৈন য়াংকোক মওংনি
পোইরৈ ফিবান লীতোন্দা
লৈময়োন লমদম কোইরিবা
মপুনা শেমবা লমদমদা
চিংলোন মাপন্ন পনসারি
মালেম লৈকোই ময়াইদি
লোকমাইন খুদেং শাবা লম
লাইজ ইপাক অচৌবা
লোকাক কোলোই নিংথিবা
লাইজ কোনগী ঈপাক্তি
ঈরেল ঈপুও লেপ্লিবা
য়েংউ য়েংউ মাইকৈদা
ঙমথৈ নাইদনা ফজেদা.
স্নান ময়ুং ওইরিবও
হিয়াইনা ফিজিন চপ্পগা

———

—:(০):—

লুপানা মফেল কেল্লিবা
তম্ফানা কোঙ্গোল চাইবা লম
মৈতৈ পোইরৈ লমনুংসি
খোইদাজনা মংসিজৈদা
নিংথিজৈদা লমদমসে
নিংথিবা কয়ানা লৈতেংলিদো
ফজবা থিবিকনা পুল্লিদো
করি হায়না সৈথাসিগে
করম্বা বাহৈনা লৈতেংগনি
সকউবতনা মবাৎলগনি
সুর থুদিংদা হাইওমলরোই
হাইবা বাহৈতনা মবাৎলনি
মৈতৈ সনা লৈবাকসে
লাইগী সাইওল লৈবাক্তি
মপুগী থুংশেম থওনবা
মপুগী থোঙাল থিওমনবা
মৈতৈ সনা লৈময়োন কৌবিরি
মচা মসু কয়ানা
পোইরৈ থুংশেম থওওন্নবা
মৈতৈ সনা লৈময়োন
সনাগী ফিবান হকলমঙ্গে
সনানা মমুং ওইরিব ও'
মোইরাংনা হেনবা লমদমসে
অবাংগী পাল্লেপকম থিরগা
অবাং কৌক্র অথোইবা
লাইয়াম শকলোন অহানবা
অবাংগী পহুংকম ওইবিরি

— — —

খমন, ঙ ইঙান

—ঃ( ):—

খাগী পম্ব, ংফম খিরগা
চিংঙ্ মাদি কোইরেল্লাই
মালেম লৈকোই লৈমবু
লেঙদ মিংচং থম্বীরিবা
থাংজিং শকলোন মিংখৈবু
মকত্রবা মাগা খুভমনি
লুপানা মফেল ওইরিবা লমও
মৈতৈ স্না লমনংসি
মহোশাগী ফিরেপপু য়েংলগা
নোংপোক নোংচুপ অনি
মালেমগী মরাক ওইবা লম
লাইজ হিরেন মঙংান
পোইরৈ স্না লৈময়োনসে
খানা চাওবা লমদমদা
কেগেনা পাকপা পোইরৈদা
নোংপোক সনা লমখৈবু
লৈরোল কৌনা সনা ফিবান হকলমলে
নোংচুপ থংবা মাইখোংবু
নোংলোন থম্মোই হাপখরে
মপুগী থম্মোই খিবদা
সাইওন লিখুন শকঙমনবা
থম্মোই সাইওন লিঙমনবা
নিংথিজৈদা কজ্রৈদা
অতিয়াদা পাইরকপা লৈচিল্লা
সনা লৈবাক হেনঙমদে
লেপচৈদো ঙাইহাক্কং
পাইবা ঙমদে ইকাইজৈ।

— — — —

—:(O):—

ফজবা মাইথোংবু উজবদা
লোইথোকলগে শিংলকপা
কোরৌ নোংবু খোনবা নুংসিংনা
অকনবা নোংলৈ পুতুনা
শিংলকপা নুংশিংনা। য়েংউ উরুবদা
থাসি নোংয়াইগী মতমদা হৌরকপা ইখক্লুম
থণ্ডহোদনা সিংলকপা নুংসিংপু লেপখিবা
নিংথিজৈদা লমদমশে
মালেম লৈমাই থক্লিদা
পীকনা মণ্ডান লৈংনি
নুমিং লিসিং থোক্লুমই
পীকতক খম্নোই ফুকওম্মী
মৈতৈ পোইরৈ সনা লৈবাকসে
পুথোক পুংনি মৈতৈগী
ইপা ইপু হৌরকক্মনি
লাংওন লাংদাই শক্তমনি
মপুগী খম্নোই পাংথক্লি
সিদ পাম্মেল থারিবা
মিংচৎ উরোং খিলিলবা
অসিথোংবু খিংলিবা
খম্নোই লাইয়ুম হাংলিবা
মপুগী খম্নোই ওইবও।
খম্নোই মাবু নিংনরি
ইবুংঙো মাবু থিনরি
লাংওন লিথুন লিনরি
নিংন পুঙদা খিনরি
লাইয়ুম থক্তা খমনরি।

— — —

## থমন্ঙ-ঈঙান

—ঃ( )ঃ—

মৈতৈ স্না লমন্ংসি
মৈতৈ লৈরাং মাসসিংনা
অবাং অপা লৈত্রবা
অথা অনং শাইওন্নজিবা
সনা লৈবাক লমন্ংসি
লাইনা পুথোক মালেমনি
থম্মোই চাওবা পোক্নফম্
থম্মোই হেনবা সাইওনফম
মপুসিংগী লৈনফমও
মৈতৈ পোইরৈ লমন্ংসিও
মপুগী থুংশেম লোইননা
অনৌবা লাংওন তুংইন্না
অরিবা মতম হৌথরে
অনৌবা মতম চঙলক্লে।

———

—:(০):—

ইং ১৯৭৭ তা থাখুন পোমিৎ কৌবা লাইরিক্তা ফোংখ্রবা শৈরেং।

## কচ্চবা

লৈরাংফরি মপ্ কায়া
তেংবানবগী মবুংঙো
ইবুঙোনা হোৎননি
ইবুঙোনা লোয়ননি
ইবুঙোনা মরুনি
ইবুঙোনা মিকলুনি
ইবুঙোগী লিকসেংসি
কাইরক্ত্রি তাইবংদা
পম্বোগী য়াথং ফজবা
পলেমগী ইনিল ফজবী
তাইবংমিংনা শ্রোমরি
থোইনা থাংই হায়নরি
কোরো থাংনা থম্বীরম্বা
মালেম নেমনা সেমলম্বা
চিংঙ্ লাইগী ফজবা খুংশেমশে
য়েংবগী অপেনবা নাইদেনে পম্বো
য়েংঙ্নে নবু হে তাইবং
পলেম ইমানা থারিবসে
মালেমগী তমপাকনা পিক্রবোই নিংঙুই

—ঃ(০)ঃ—

মপারি মশিংনা হেল্লবোই থরু
লমহেনবা মচানি তাখিনি মতাগুম
অকোয়বা ফিবান্দ লোইবী চীঙনা চাক্লে
পোইরৈ লমদম লমঙ্গুংশি
চিংলোন মাপন্না পনশারি
অকোয়বা ফিবান লীতোন্দ
সনাখী ফিবান হক্লমলে
মালেম সনা লৈময়োন

———

থমনঙ্ক-ঈশান

—:(O):—

মপুনা শেম্বা লমদমনি
মক্তুবা মাগী খুভমনি।
মালেম লৈমাই থম্বিদা
মপাগী থম্মোই থিবদা
লাংওন লিথুন লিনরি
নিংন পুংদা থিনরী
পিক্তক থম্মোই ফুকওল্মি
মপাগী থম্মোই পাখল্মি
পলেম পম্বো কোলোইবু
লাইয়ুম থক্তা থমনরি
মপারি মমোম চাওনবা য়োক্লকপা
অমোংপা চরৈ শেংলমমী ইমানা
নোংক্তু নুংশা খাক্তে
অবাবা কোঙ্গাই নংখি
ঙাইরিনে ইমানা মচাগী মপাল
মৈতৈ স্না লৈবাক্তা
শকনরি তাইবংনা
শোন্নরিয়ে নহাকপু
নুংশিবা নংগী ইপোমদা
লৈজদবা ঙমজদে
পলেমগী লৈকোন ফজবা
পম্বোগী হৈকোন নিংথিবা
ফজবা নঙগী ঈপোমলক
বাখন ঈরেন ঈয়াইদা
খোজাল ঈরা খিক্তুনা
পম্বোনা কোলোমদো
তাইবং কনা খঙদেদো

## খমনুঙ-ঈশান

—:o:—

থুপ্লবা নঙগী খম্মোইদা
তাইবঙ কনা উদনা
থারম্বা লৈবাক পাম্বীদা
নপারি অনি শাংহৌবা
নমোম কয়া ফুন্দরমবা
কাউরবরা অপোকপা
নপারি নমোম লোইননা
থাংকংচবা মৈরাবু
মতমগী মঙাল নিংথিবা
ফাওহনবিয়ুনে অপোকপা
চানবীহৈবা থৌজালনা
শাংহনবীয়ুনে মালেমদা
কচ্চনিঙাইস্থ লৈজদে
পলেমগীদমক্তনি হায়ক্লনা
লাইরবা নচা ঐহাকনা
কংলৈ থুদোল তৌজবা
মল্লবনি খনবিনু—
তঙ্কা ইমা অপোকপী
হাদ পলেম ইমাও
নপারি চানা মমদা পো
নমোম চানাঃথাদ কোল
অথা চরৈ কোকলেংনা
লাইর নমথাং মচি লাং
চীংদা কানা শিঙচনবী
পাত্তা কুমনা ঙাত্তানবী
নপারি নমোম ঐখোয়গী
পাঙ্গল শরেক কানবা।

— — —

# থমনুঙ -ঈশান

—:(O):—

পলেম ইমা অপোকপীনা
খোমলাং তাজিন ঈনৌভ্রন
চরৈ নাহোংসা
মালৌ থ্ৰ্পকিননা
ফৈরা তানদা পম
শমু নমদা পোনা
নাওয়েকপবু
লোইদাম থাবুম
অহুম সুরবর্গী
পলেম ইমানা
লেমলৈ উতোংসেং
থ্ৰ্মলাং ময়োন শংনা
তাইবঙ তরা চাকপু
তরা চঙম তমলে।
থৌবাই কৌশিন চাকপু ইন
মিরেন ফান চাকপু ইন
য়াইবী লেঙদ চাকপু ইন
য়াইবী লেঙদ চাকপু ইন
থবাই মঙাফান চাকপু ইন
মিরেন হৈহা চাকপু ইন
লৈমরেন য়াইফা চাকপু ইন
মালং নুংসাপান চাকপু ইন
মিংচং সিংকাও চাকপু ইন
পলেম পম্থৌ ঈপাল চাকপু ইন
তরা সাইনা নাওয়োকপী
পলেম ইমাগী লমনবু
তাইবং মালং পানসিদা
করিনা লমন শিংগনি।

———

-:( ):-

অহিং লিক্লা য়াঈগুম্বা
নমু তাইবঙ খোঙচংনা
অবাং সরু লুতোংলৈ
লাইজখক্কি কোঙ্গোলগুম
অমুল সিয়াই চন্দ্রিংঙৈ
য়ামজেম মৈরা ম্নিদ্রিঙৈ
নবা লৌশিং শৈদমপাল
পাইমা সিলৈলোম্বা নচানা
পাম্থোগী মোংবা মসাইকোন্দা
হৌজবা হৈরাং পাম্বীদা
য়ানজবা মহৈ মরুদগা
হোরকপা তাওজিং হৈরাংদি
তাওজিং মহৈ য়ানদ্রিঙৈ
হৈরাংগা মপাল পোমলিঙৈ
ইঙা কুমজেন লাও
ইঙেন কুমখাইরক্লে।
তাংজ ফৈন লামন
লাইজ ঈরেন মপুং ফারক্লে।
সিঙেন লিয়েংননা
লৈরাং শাংলকলে।
শিঙেন পোমশাংনরকপা
লৈরাংগী লৈকা থুনিংদা
লৈথন নাইনা শাংলকপা
লৈরিক লৈকা লৈশিং পানববু
লৈকা নাইনা হেকচরকপদা
খম্মোই ঈহৌরক্লুনা
পিরাং ওইনা চেম্থরকপা
মিংকি পিরাংনা লংনুং ওই

—ঃ(০)ঃ—

অহুমসুবা লৈকানা
লৈখল নাইনা লেংছনা
শিঙেল নাচোম শেমলগা
চমলৌ লাথুপ লাথকা
সিঙেল লৈয়াং পান্জমলাক
ঝাথুন পোমিং কৌবা লাইরিক্সি
খোজান ঈরা খিক্না
কচচবনি ইমাগী মকমদা
লংন খোঙজাও হাংবীজনা
লোবীয়ুনে তক্ষা ইমা অপোকপা
লৈরাং লৈজুন তমজবা
লংনবীনু পলেমও।
লিকলাং ঙাংঙোই পরেংগুম
সিবিয়ু ইমাগী ঙকসমদা—॥
নপারিগী নুংঙন পুক্লিং
হেপলি:পম্বাং হৈতবা
ঈসৈ লিবোং খঙদবা
তেংখা ময়েক চাদবা
ঝারি মীরোন ওইবনা
লাইরেন চিংখোং য়াকৈজগে।
পলেম পম্বৌ অনিমক্তি
নচা ঐখোইবু
তাইবঙ সিম্বাবিরমলগা
মপুগী চৈশিং লোমলবগী
খেংগ্রমোম লাইরুপ লিতমনা
খোইয়ুম লাইরেপাক য়োমবা
সাজাং ঈরোইননা
মোংমকোল পোম্নাই হাংচনা

## খমন,গু-ইঙান

—ঃ(০)ঃ—

শজিক মতুং ইন্দুনা খবা মমৈ
বাইড়না খোইয়ুম নোংদোল
লাইলৈবাক স্নাচীঙ অখোইবা
চীঙদোন মায়াই খিংক্রু চীঙ
সনা ময়োন অনৌবা হুনবা
নুংশিংনা হুম্বা মকমদা
মনা লৈয়োন লৈকা অনৌবা
লৈরিক্তা লৈরিক লৈনম
ওইনা তিনথ্রবা
পালেম পম্বৌ অনিমকনা
চোইনৌ স্না চীঙদোনলেন
ময়াই খিংক্রু নানো চিঙ
মালং নোংহুম চীঙ
কোরৌ নোংমদোন
মপু খয়োম চাঙ্গদগী
নোংদোন পোমাই হাংহনা
কোরৌ নোংমদোন লাইলৈপাক্তগী
নোংলোন নোং নুংশিংকা লোয়ননা
নোংলিগী য়িরম ইন্না
অবাং নোংফু মহুম নুংদগী
খোজাল ইরা খিকপিয়ু
পলেম পম্বৌ অনিমকনা ॥
তেংবানবা মপুবু থুরুমনা
উঝা ইমাংগী খোগাওদা
মচিলনা কোলোন য়াকাসং
চেকলা চোচ্রোবী উক্তোংদা
খাক্লা সৈসক জরকপা

— — —

## খমনুঙ ঈশান

—:(O):—

চৈতপ ইনিল শোয়খিবা
ময়েক মসোন লানখিবা
বাহৈ নাতৈ শমখিবা
বাঙম হৈঙম তানলিবা
ইবুঙো ইবেম্মা শিংনা
অশোয় অঙাম য়েংনা পাবীম্বু
লৈরাংজরি নচানা
পোইরৈ ফাখিবা
খবাই অকোইজাম্বা নোদিয়াচান্দ
অমাইবা পীপালেন
চীঙ তম কংলৈ সনা পুঙময়োনগী
নোংদম শঙলেনগী সুচিংবা ॥

———

—ঃ(০)ঃ—

১৯৮০ ইং ফেব্রুয়ারী তাং ৫দা "ঈয়েক সলাই অমস্তুং-নুমিং থাবান" কৌবা লাইরিক্তা কোংখ্রবা — ।

## তেংথাজবা

থুরুমজরি হান্না হৌবা
নমু মিহৌলোন কোন্না লোইবা
তাইবঙ মৈহৌরকপুগী
য়েনহৌ নোংদম অহানবদা
পারী বাঙব ঈচেলনা
মতম খোঙলে তুংইন্না
সাইওন লাংওনগী
ঈপূরি থীরেন পোকথাইবা
নমু মীরমলেনগী
পারি পাঙ্গল বাংকনি
ইমোমগী শিম্বা কাওখিনি
থম্বীরম্মী ইমানা
মনলবা তাবুনুংদা
তম্ফা ইমা অপোকপীনা
থম্বীরম্বা লিকলাং পরেংব
নাদয়াই মঙ লিংবা
সিদয়াই মহৈ য়ানবা
লাইওইবা লাইরিক
অসি য়েংনা পাবিয়ু
লৈবাক্কি মমা মপা
ওইবিরিবী ওইবীগদৌরিবী
ইবুঙো ঈবেম্মা খোঁজাল হৈবা
খোজাল হৈবী পুমনমকনা
অবাংবা থাক্কি মরূ ওইবা
মীওইবগী অরুবা বাফম
কয়ামুক ফংবীগনি ।

—ঃ(০)ঃ—

# কচ্ছবগী ৱাহয় খর

ইঙান লাংপুমগী মত্তাং অমা
ঈয়েক শলাই অমসুং নুমিৎ থাপান
কৌবা লাইরিক অনি অসি কচ্ছবা
নুঙলেন সিদবী পলেমও
নোঙলোন সিদবা পন্থৌও
খোইয়ুম লাইরমলেন্দা তিনথ্রবা
মালেম নৈমাইদা নৈরমলবা
পলেম পন্থৌ অনিমক্কিনি
পন্থৌ অমু কৌবগী
ঙাংলৌ থম্বাল মাল্লবদা
কচচরি তোল্লবা নপারিনা
ঈয়েক সলাই কৌবা লাইরিক্কা
।মসুং নুমিৎ থাপান কৌবা অমগা
।াইরিফ অনি অসি কচচরি
নপারি

অঙোপানবা সল্লাই
অঙোমচা অকোইজম্বা
তোকেন্দ্রজিৎ (নোদিয়াচান্দ)
ক্বাকৈথেল মথা কোঞ্জেং
লৈকাই ইম্ফাল।
ফাইরেল ১৭নি পানবা
নোংমাইজিং তাং ৩।২।১৯৭৮।

———

## খমন্‌ঙ-ঈঙান

—ঃ( ৬ )ঃ—

পলেম পম্বৌ অনিগী মতিকপ্‌
কোরৌ নোংনা বাংবরা
পম্বৌ ইপানা মবাংই
মালেম লৈনা লুমবরা
পলেম ইমানা মরুম্মী
পলেম পম্বৌ কোলোইবু
লাইয়ুম থক্তা খমনরি
কোরৌ বাংবদা পম্বৌও
মালেম ইমাদি পলেমও
মালেম লৈমাই থক্লিদা
থোইয়ুম সনা শক্তম ওইরিবসে
য়েংঙ্‌নে হে নমু তাইবঙ
পাঙ্গলগী মিংশোন্দ থম্মোইনি
থম্মোইগী মিংশেল মঙান্দি
মায়খোংনি; মায়খোংগী মঙান্দি
পলেম পম্বৌ অনিমক্তি ।
ইমা ইপা অনিগী মতিক ময়াই
মঙানবু মালেম লৈরোন অসিগী
অরুম মখৈ লৈতববু
পলেম পোকমবী গী মতিক
লাঙ্গজ ঈরেন পুঙগুম্বনা
খোইনা লুম খোইয়ে
কোরৌ নোংমদোন অবাংবা
অবাং অথাপপবু হেন্না পম্বৌ
সাংমাবগী মতিক তরুবনা
খোইনা বাংখোইরিবা মহাক্কে ॥

———

—ঃ(০)ঃ—

# থাংগ চিঙগী তেংথারোল

মমাং চিঙদি য়েংদম চিং
সিজম নিংথৌ লুরেন চিং
য়েংদো উরোং খিন্ন চিং
সোইরোই খোংবৈ ঙাক্ক চিং
সারোং সারো ৱারুম চিং
খুমন মোইরাং চাইন চিং
পাম্বোইবী পাওখুম তেংথাচিং
য়ারো অঙাই মথুপ চিং
লাইর খাংলো লাংন চিং
ইমু লাংন পাতম চিং
পারী চাওনা য়োকন চিং
মপু কংলা ৱাঙমচিং
কেগে লোইপোং লোইচন চিং
থাংজিং লাকয়েন ফিদাই চিং
খুমন লোইচল চিং
মসানো নুঙওল চিং
লুকাক মাইরোং য়ানা চিং
মোইরাং কংলা ৱাহো চিং
মুকাপ য়াইফু হাজন চিং
কবো লায়েন খঙন চিং

# থমনুঙ-ঈঙান

-:(০):-

থুমন থরাম লাইর চিং
চেক্লা উংফাং য়াইরেক্ চিং
ইমা লোইগোম ফোঙইবী
পামু মপাও ঙাইন চিং
পামেল সংলো লাংনা চিং
নুংশিবা মনাই ইচল চিং
তাংজ লুরেল লুচন চিং
তাকমু পাংয়াই খেংমৈ চিং
মোইরাং লোইপোং লোইচল চিং
খোংয়ুম ফত্তবা লাইঙাক চিং
মুনু কয়াগী পোংথা চিং
কেপে মমাং চিংচাওনি
কোংখোং ইরিন ঙাক চিং
কেগে থুঙ্গাই বাঙমচিং
অথাবা কয়া কাওনচিং
খোমলেন মিকপ খোকনচিংনি।

———

—:(O,:—

১৯৮২ ইংদা ঈয়েক সলাই কৌবা লাইরিক্তা ফোংখ্রবা সৈরেং

# লৈরাংজা শানৌকাদা

মতম খোংলৈ তুংইন্নুনা
অসিবগী হনফদবা থৌরিনা
পুন্দুনা কোরৌ নোঙ্গাখ্রবী লৈরাঙ্গুন্না
খোংলবী শানৌ নহা ওইরিবীনা
কোরৌ মশিং সুরকপগা লোইননা
পৃল্পি চেংজেন লোইশিল্লক
বাংলেন মপুও ফারকলবগী
তাইবঙলক্তা লৈবা য়াখিদবনা
সচিক মতুং ইন্ন থবা মীম বাইন।
লৈচিল পোমাই হাংডুনা মালং ঈরোইননা
নোংতোন লাইলপাক্তা লৈখ্রবী
ময়াই খেঙক্র চিংগী অনৌবা লৈকানা
লৈরাং খৈনোম শনা য়োমখ্রবী
লৈলিক লৈকালক্তা তিনখ্রবী
চ × পারবাতি অমদি তিলোতমা × এ
সানৌ লৈমা অনিগী মকমদা
ঈয়েক সলাই কৌবা লাইরিক অসি
থুদোল তমনা লাম্থোকলবনি
সানৌ অনিমকনা হিংলিঙৈ মতমদা
নুংশি পামনা শক শোন্ন শিজিন্নরম্নবা
কংলৈ থুদোনসে মল্লবনি থল্লনুকো
থম্মোইগা লৈরাং পাম্বী অমা ওইরম্বী
সানৌ অনিমক্কি নসাবী নদিয়াচান্দ

———

—ঃ(০)ঃ—

ইং ১৯৮২ ইংদা 'মালেমগী অবাংবা থাক' কৌবা লাইরিক্তা ফোংখ্রবা।

## মপুকাদা

মতমগী মঙান ফাওবনা
সাইওন মতম লোইরকপা
সাংওন খোংথাং লাকপদি
মতম খোংলৈ সুব্দা
নাদয়াই পাম্বী মপুং ফারে
মতমগী লৈরাং শাংলকলে
সিদয়াই মহয় য়াম্লে
হৈরাং অসঙ খন্দোকলে
অগুনব তাওজিং খঙ্গনলে
খোংনুমগী লৈরাং ফজবা
চিংঙুগী মাংদা খেন্নরে
তাওজিং শকনাইবা মপুং ফারক্লে
নিংথৌনা ঙাইথিরক্লে
শাযুনা ঙাইখঙনরে
হা ইচ নিংথো শকনাইবা
নিংথো তেঙ্গোল শনশেনবা
নারক মোংশোং নুংদগী
হীয়াই পরেং ফজবা
মপুদা খুদোল তমল্লসি

———

৮৪ খমনু-ইঙান

—:(০):—

১৭৪ ১৯৮৬ তা কোংলক্লিবা খমনুঙ-ঈঙানগী শৈরেং

## মপু-কাদা

নহাল নোং শাংহৌঙৈগী শৈথিজবনা
মালেমগী লৈমাইদগী খুনগৎচরকপা
খরদংবু খোমজিন তাসিল্লহনা
মমিংবু খমনুং-ইঙান, কৌনা
পুথোকচবা লাইরিক মচাসি
লৈবাক নিংথৌ মীয়ামগী
অখঙ অহৈ পুমনমকনা
অথাৎপা কয়া মেসিনবীয়ু
অহেনবা কয়া লোথোকপীয়ু ॥
হৌরক্লিবা নহারোল পুন্নমকসু
অচৌবা থৌদাং লৌবীদুনা
পলেমগী খোমলাংনি খনবীয়ু ।
হৌরক্লিবা মৈতৈ চন্দ্রাসিংনসু
অয়ুক্লিদি শজিক ওই
নুমিদাংগীদি থাবা ওই
শমক্র নাচোম ওইনবু
নাপ ডান্ন লৈথেৎপীয়ু ।
পোইরৈ খুদোল অসিবু
মললবনি কান্নদ্রবনি খনবীনবু
থায়নগী লেঙকত্রবা মন্নদা
নৌনা হৌরকপনি খনবীদুনা
লৈরাংগী লৈথোং শোম্বীয়ু ।
শিংঙেলগী মথাক য়োকপীয়ু ।

লাইরিক লেংবা
নদিয়চান্দ অকোইজাম্সা পীবা
এলাইহল ( মনিপুর কট্টম )

—:(O):—

মৈতৈ লৈপাক নুঙসিবী,
লম লেনগাদি অথোইবী
সনা লৈপাক পাম্বীরেন
পোইরৈ হেলবা লমদম্বী,
পিক্কা ময়াঙ্গ চেনবনী,
মালেম্ কোইনা য়েংবদা
উরু য়েংউ-মাইকৈদা
কঙবা কয়ানা লৈতেংওঙ্গ
লোইবী চিংনা কোইরিবা।
চিংগী নাপোম্ খুদিংদা
মরাঙগী হোবা পাম্বীনা
মখল্ মথেল্ হৌখরে
হৈপান্ লৈপাল খুদিংদা
হৈগী মখল্ পালখরে
লৈগী মখল্-সাংখরে
অপোম্বা সিঙেল খুদিংস্থু
লৈরাং ফ্রগাঙ্গ সাংলক্লে।
মরূমদগী ওনলকপা।
পোম্বী চেক্লা খুদিংস্থু
কোইনা চাকতারক্লে।
লৈপামবা খোইমু খুদিংনা
কোইনা লৈহী চুপলিবা।
উমং বামঙ মরকতা
চেক্লাগী খোঙ্গেন তাবদী
নুঙ-ওন্ পুক্লিং ঙকহনলী।
অঙকপা বাখল্ কাওহনলী

———

# খুমন্ ঙ-ইঙন

—:(০):—

পোইরৈ স্না লৈমায়োন
সাইয়োন লাকপা খুদিংগী,
লাংঙন্ মপুঙ ফাহনবা,
মতিক্ চাউবা পোক্লকম্
ময়াঙ্গ লৈবগী তুংনফম্
হীযাইগী প্ৰকৈ মফম্নী,
অবাংপা লৈতবা লমদম্নী,
পলেম্ পম্বৌগী পোক্লফম্নী ।
হুকসাং কয়াং পাঙথক্লী,
তুরেন মপান্না কোইনা চেল্লি
তুরেল তাফম্ মরুদা,
মিঙ্গুন্ ইনিল্ পিরিবা
লাইজা ঈসিং ইরাংনা
থবাই পালবা কয়ামুক্তা
পলেমগী তাজিল্ ইনৌগুম,
থোম্লাং ওইনা পিথকুলী,
লাইজা ইরেন ইয়াইদা
থরো থম্বালনা ফুকাইনা সাংলী,
নুমিৎ কা-থাগা মাইয়োক্নরি
ঙান্ কাংঙা কয়ানা খের
খেক্লা জগোই সাজরি ।
নুংঙি খোঙ্গেন্ কয়ামুক
মালংবা মাগী ইপোমনা
মিরবা খোঙ্গেন্, অক্লবু
নাপ্লগী নুংসিং খোংলেন্দা
মালংবা মনা পুরক্লুনা
থাম্মোঙ্গ লকা নঙ্গা থুংলরে ॥

— — —

—:(০):—

## পম্মৌ কাদা

কোরৌ নোংমদোল লাই লৈশাক্লা লৈথ্রবা
লাইরিক য়েংবম লৈকাইদা লৈবীরম্বা
অথাম সাগৈদা পোকপিরম্বা
পম্মৌ ইরোচাওবগী মফমদা
খমনুঙ-ঈঙান কৌবা
লাইরিক অসি কচ্চরি
থুমন ঙয়েক লুপকি
সনাই সম্বীরম্বা
ইয়াম্বা পম্মৌ শকলবা
নহাকনা নহান নোং
কোরৌ নোঙ্গাত্রিঙৈদা
তাইবঙগী হৌবা লোইবগী
নুঙপাল তুনা লিবীরম্বা বারীচু
ঙসিদি মাঙদা লেপলরে
মীওইবগী পলথংকম তানা
চেম্বরক্লিবা ঈচেলগী
অরোইবা খমথেংবা মরু
লেনফুত্ত থেংনরুবদগী
নুঙগুম কলবা থম্মোই অসি
মহি চেমরে ঙসিদি

—ঃ(০)ঃ

নোংদোল পোমাই হাংদুনা
মালং ঈরোইননা
শজিক মতুং ইনথ্রবা
থাবা মমৈ বাইথ্রবা
খোইয়ুম লাইলৈপাক্তা লৈথ্রবা
পহোদা খুদোল তমজবনি লোবীয়ু
নপারি ঐখোইনা তমজরিবা
খুদোল অসি লৎনবা লৈতনা লোবীয়ু
পহৌ নহাক্কি
অঙোমচা নোদিয়াচান্দ
( অকোইজাম্বা পীবা )

———

# লোইসন-বা

## চয়োন অকি মসিং থোল্লকপা

ঈহৌঈপুনা শ্নবী খুরোনবী কৌনা লংমাঈ য়েন্নাথাক মাখাংদা হেৎপদা য়াঈওঈবা য়েরুম মঙা ফংনদুনা মঙা-মকপু য়েংখিদুনা য়াঈ অদুতনা থন্নাঈ পানবা খৈবিকপু পোক হনখিএ। সিনবা থুংনা তায়পঙ মী নমুপোং কৌদুনা তায়পঙ পানবা ফৈদোম মাপানমক্তা য়েনখিএ। ফমদ মিৎ অনিমক্কে, নাতোন লিকলম অনিমক্কে, নাকোং থোংলেন অনিমক্কে, য়া চিনবাল য়াখুম অনিনে।

ঈপুদি লাংয়েন তরেৎপাল্লে+লংমাঈ নিংথৌ লৈপাক য়ুমশা সাগোল-অন্নাঈ-থাঙ। অশুম কৌরিবা কোরো নোংজা তরেৎনে। মতৌ অশুম তৌদুনা চয়োন তরেৎ থোনখ্রে। তায়পঙ পানবাদমক্তা মথং-মথঙ ওইখ্রে।

অসি হয়েং হংচিৎ মশেম মন্নৌ মকাপ মসিৎপ কৌনা চখুরকপদি কদৌনোংগীনো হায়বদি লাহান নোং মালেম লৈশেমদ্রিঙদা তয়পঙ পানবা নপুনা ফমিবা থম্বাল লৈনা থক্তা মালেম লৈপাক লৈসী হৌরক্কে। হায়বগী অসি লৈনা য়েংনা য়েংনা তায়রক্কে, হায়বগী হয়েং থম্বাল লৈনা হংচিৎ লাকসিন লক্কে, হায়বগী হংচিৎ লৈনা শেয়া তায়না হৈয়ে হায়বগী মাসেম অতোংবদগী লৈপাক লৌমি হায়বগী, মন্নৌ অকুৎপদা কাং কাগঙম কান্নি হায়বগী মকাপ, লৈপাক

—:০:—

শিৎনা নাহা শেম্মে হায়বগী মশিং অশুম কৌরিবা কৌরী নোংজা তরেৎ অসিবু মতম রায়েল রাৎলিবগী কংলা কুচু লেম্বী চীংদা সাথুপখিয়ে।

মতম খোংলৈ য়েংনা অতিংকোক শিদবনা নমুপোৎ লিংলফবগা কুচুলেম্বী চীংদা সাথুপখিবা কোরৌ নোংজা তমবা মী মঙ্গ্লান তরেৎমক্কী নিংস শরৈ ইন্না পায়শিনখ্রবমক, নুমিৎ চয়োন তরেৎমক্কী নৌনাওরকলবগী। চীংঙু পুরৈ হুনবনা কোলোঈ মমিং খোনবীখি।

তাওহুইরেং অহনবা ১—অসী লংমাইচিঙ। লাইরেল তাওদবা, ২ হয়েং নিংথৌকাবা। য়োয়ময়াঈ ৩-হয়েংচৎ লৈপাকপোকপা। য়োইখোমথোক ৪- মশেম য়ুমশকস। খোমথোক নানৌবা। ৫ মরৌ সা.লানশেন। য়োয়পারেং ৬-মকাপ য়িরাই। পরেং লৈসঙবা, ৭-মসিন থাঙচা।

নুমিৎ চয়োন তরেৎমকু চীংঙু পুরৈরোম্বনা ঈয়েক সল্লাইমচা খায়না কোলোঈ মমিং মিংলেন অসী খোনখিবনে হয়িচকঙদা॥

১। হয়াহে, হে লোইদাম থাজা পাখংবা, কুমজ মরুবা; আইত্তে হুইরেনয়াই নুংনাং য়াইবারেন শিদবা; য়াবা থানিংথৌ মঙান লীকলা উনগোইনা হুইরু মপোপ চাউতিংগোই লীকলা মনারেকনা য়াহ থৌরায় নিংস হো- ল্লিবা অচৎপা চন্তবা পুম্নমক্কী পাঙল তেংপান য়াইমরু, লোইদাম থাজা কোলোয় মমিংথোন তরানিথোইমক্তি নমু- পোং ওইবগী হৌনা মরমচৎ লোইদাম থাজা চৈহৌথা থবি লমদা থা-ও কৌবদি ক.দীনোংগীনো। খোইয়ুম নোংদম- লিবা চাইয়িংথৌনা য়োয়বু খোইমোন লাইরেম্মা মালেম

ত পা'ক লৈমরেন শিনবীনা তাইবং েংসাপান পুম্নমক্কী তা'ঊজিং হৈরম থারিবা শীলেন লৈরম থারিবা শংলৌ শেননন থারিবা মরক পুম্নমকপু লৈতরবগী মালেম লৈপা মনমসিনা থাবিরে হায়বগীদমক থবি-ও তৌনা কৌএ। থারিবা মরক পুম্নমকনা ময়া মালেম লিচৎকে মপান উ নাইগে হায়বগী হৈরাং মরক কায়ারে হায়বগীদমক মমথাই ও কৌএ। লোই-দাম থবি লমদা থা ও তৌনা কৌএ।

---

১। লাই তরানিথোইমক্কা চুম্না য়ুংনা চৎথরক্কে হায়-বগী লমতা কৌই, লম্বী তারক্কে হায়বগী লমতা থা কৌঈ। লাইতা থা কৌবদি চিংঙ্‌বা মানা ফৈরম্বদগী, য়ুংনা তাববু লাইতা থা কৌবদগী হৌড়িক্কী লোম্দা লমতা থা হায়রগা খঙনৈয়ে।

---

২। লোইদাম চিনবি শজিফোই থা-ও কৌবদি কদৌনোংগীনো? ভীংঙ্‌ মপুরেন থোইমুম নোংদমলিবা লাইমরুশিদবনা মালেম লৈঙইবা কোরৌ নাংঙইকা য়াং-বীশিদবগী চীরেন লাংয়েন মাপনমকপু মচী পানফোই থোকলে হায়বগী লোইদাম শচিফোঈ থা-ও তৌনা কৌএ।

---

২। লাই তরানিথোইমক্কা মসা মচি মতু মমান ফোই-দৎলে হায়বগী সাচি ফোই থা কৌই। সাচিফু থা কৌবদি তাম্নবঙ পানবা মপুগী মসা ফুরুম সনাচিংদা লৈরমই হায়বগী সাচিফু থা কৌবনে।

—:০: -

৩। লোইদাম কানবি কালেন থা-ও কৌবদি কদৌ-নোংগীনো? ইয়ুব্রা চীংখোং পোইরেতোন লৈনুং খোংফাং অতোনবনা খমলৈমিনুংকোন শাব্রা মিখ্রোনগী মাংেম খুনফাওবকপদা মপারিশিংদবুং তাবুংশিংমিৎনবদি লৌব্রাই-লেনফু খোওজাউ হাংনা কাখিরবগীদমক তাবুংশিংমিৎনবদি অমনশিংকুমখিরে। অদুনোংগী নোংচু নোংশ থাওরবগীদম ঠ অদু নোংগী লোইদাম কালেন থা-ও তৌনা কৌএ।

---

৩। সাই তরানিথোইমক্তা মাগী মাগী লম কাখল নাইনা য়েনরে হায়বগী কালেন থা কৌই। কালেন থা কৌবদি উকা মাইথোং য়ানা পালেম পস্থৌ অনিগী মথৌরাংনা পরিং লাওসং হুনলে হায়বগী কালেন থা' কৌএ।

৪। লোইদাম অশাও ইঙা থা-ও কৌবদি কদৌনো'-গীনো? ইয়ুব্রা পোইরেতোনগী মপারি তাবুংশিংমিৎনবদি অমন খমলেকুমা নোংমল্লবগী চীংখোং পোইরেতোনগী মপারি তাবুংশিংমিৎনবদি অমন খমলে কুমা নোংমল্ল'গী চীংখোঙ পোইরেতোমা ব্রাওইখিএ। ঐবুদি তাইবং মনুং ওইনবা নোংদম-ও হায় করিনো ? পারি তাবুংশিংমিৎনবদি নোংমল্লে হায়বগী য়াইবী মন্নুংহৌ তিন্নাং মখোঙ্গ শাউনা ব্রাওইখিএ। অদু মোংগীবু অশাও-ও তৌনা কৌএ। মপারি তাবুংশিংমিৎনববু মনম মশোং চাউরে, ইঙা লমজাওথা থোংলেন লৈসি নমনা লোইদাম কুমদমথা-ও তৌনা কৌএ।

—:০: –

৪। লাই তরা নি:থাইমক্লা ঈংনা তপনা লৈরে হায়বগী ইঙা কৌই। ঈঙা থা কৌবদি কোঙোল ইঙৌ অদুনা ঈঙাং ঈসক ওইরক্লে হায়বগী ইঙা থাঃ কৌঞ।

৫। লোইদাম ইঙেন থাও কৌবদি কদৌনোংগীনো ? ইয়ুব্রা চীংখোং পোইরৈতোনগী মপারি সিংঙৎ সিংদবুং-তাবুং শিংমিৎনববু অমন কুমখিরবগী লৈনুং থোংঙারেন অহানবদা ব্রাইথুংলুরে হায়দবরা ? লৈনুং থোঙারেন অহন-বনা নাব্রা নঙদি কনানো হায়না পাওহংঙম্মে। ঐদি, চীংখোং পোইরৈতোনগী মপারিনে, লৈমা লৈনাউতাবি পায়মা লিনগোইগী তাবুংশিংমিৎনবা কৌবদি ঐনে হায়না পাওখুমখিঞ। নপন্দি মপারি থাইনয়াম মমোম তোকনা হকলবদি উরেপ কনানা চাখিনা, ফমলেন কনানা লুতোক-নরগবনো তায়পঙ অমরক হনব্রাইখিও হায়না মেল্লে স্না ব্রাহুইরাং মেনদোমপোকপু সীংলেন খুত্তা সুনা পাউথম-ঙম্মে। থমলৈ মিনুংকোন শব্রামিথুরোনগী লেংনা মৌনা হনব্রাইরক্লে। অদু নোংগীবু লোইদাম হায়্লেৎ ইঙেন থাওঃ তৌনা কৌঞ।

৫। লাই তরানিথোইমক্লা ঋিংনা তপনা চৎলক্লে হায়বগী ইঙেন থা কৌঈ। ইঙেন থা কৌবদি ইঙাং ঈলাং-নববু ঈংলে, ঈনংসিন লক্লে, ঈনা ঈফম চঙনা ঈংলকপা

—:0:—

৬। লোইদাম থৌব্রান থা-ও কৌবদি কদোনাং-গীনো ? য়োম্লবু খোইমোম লাইরেম্মা লৈমরেন চিংবীনা পাওমেনখিএ। খোইমোম লাইয়িংথৌ চীংভু চাইমরু সিদবা-ও। তায়গও মম্নুং ওইনবা চীংভু নখৌজানগী উনবী মচেং হকমা ওঈ. লৈরাং য়ুমচংনববু চীংভু নংগী মমু হক সাংগী হকসাংলেনবু পুভমদ্রে হায়না তৎনা য়াম্না খাওলম্মে। অদুনোংগীবু লোইদাম থৌব্রান থা ও তৌনা কৌএ।

---

৬। লাই তরানিথোইমক্লা থৌনা হেনগতলক্লে হায়বগী থব্রান থা কৌঈ। থব্রান থা বৌবদি থাগী মশক ওইরবা মালেম পোকমাবী পালেমগা শমনৈএ, শমনাবদগী য়াইনৈএ, য়াই-নৈ. শমনৈ হায়বগী য়ানৈ হায়দুনা থৌব্রান থা কৌএ।

---

৭। লোইদাম অচিৎ লাংবন থা-ও কৌবদি কদো-নোংগীনো ? ইয়ুম্না চীংখোং পোইরৈতোন খোংফাং অতোন-বনা মালেম শনফাওরকভেদা মানবী হৈরোম কাও নোংদম সান নোংপোক চীংথং সম্লাই মানবনা থৌদুনুংথোং হাং-ভৈদা মপারিবু চিৎ মহাথারম্মে। সম্থোং তৈময়েন, অথোম সিংভুৎয়েনবু চিত্থরম্মে। অদু নোংগীবু লোইদাম অচিৎ লাংবন থা ও তৌনা কৌএ।

৭। লাই তরানিথোইমক্লা থৌনা থরাই মভাগা মিগা মানা তরুক য়াইবী মিরেনগা তরেৎমক্লা লাংপুম ওইরে

—:০:—

প্ ।শি'ম্র হা ।বগী লাওবল থা কৌঈ। লাওবল থা কৌবদি ঈনা থৌনা হাপ্তুনা থৌনা ফবাদগী মগুক্লিং লাংখুৎলক্কে লাং লাভনা লাঈ খুন্দিন চাক চারে হায়বগী লাওবান থা কৌই। চাই খুন্দিন ৷ৗক চারমলগা লাঈ তবানথোঈমক্তি মালেম পোকপী পালেমগী পিপুক নুংদা অমুক হুনচিল'খ্র। ঈ'হা ঈপু সিদবদি থা কাকোক মখুমগুম্না লৈহৌরে।

---

৮। লোইদাম অরৈ মেরা থা-ও কৌবদি কদৌনোং-গীনো ? লৈনুং থোংভারেন অহনবা শরা কংলে পুগুফাবনা চীংখোং পোইরৈতোন মপারি তাবুংনিংমিৎনবদা পাও-মেল্লকএ। নপন চীংখোঙ পোইরৈতোম্না থৌদু নুংখোং হাংনসল্লম নবী কাশোম সান চিপংবা চিংথং সল্লাঈ মানববু মরোং চৈগা তমনা কংলে সাঈ ভাম্নৌভ:। খোইম্নুম লাঈ অরিববু চীংখোং নামিয়োকনা ব্রাংবন নাসান কন্নাও হায়-রকএ। অদুনোংগাবু লোইদাম আরৈ মেরা থা-ও তৌনা কৌএ।

---

৮। মালেম পিপুক নুঙগী থাবী তরানিথোঈ ওইরক-পদি তৈয়ো হক্কঃ চক্কো অহৌবদা ঈহৌ ঈপুনা সাইয়োন তরা নিথোঈ পুথোক্নুনা শেম্বীরকপা লাঈ তরানিথোইংক্লা চপ মান্নবা মপুক্লিং লৈতাবা পুন্নপনা ম্লিংথানা মেনতাবা মতম অসিবু মেগুলা থা কৌঈ।

মেগুলা থাবু মেরা থা: কৌবদি মিরা পোংথকনম সিংলি পাফলথক্তা উনপা তোং চিংখৎলক্কে হায়বগী ঈনা

—ঃ০ঃ—

চিংখৎ চিংথা চিংনরৗদগী, ঈন অকুংপা অহোবদা চিং-সিললকপদা অকুৎপা অহোবা অদু ফুংল, মেংল মেন তারক্লে হায়দুনা ঈনা লাংঙম্বদগী ঈনা ঈংনা মেংলকপবু মেংলা মেনতাইবী লোক ঈমেন তোংবা কৌএ। হৌডিক্লা মেরা থা মচু তারানিথোইনা তিনবা থাজনী হায়দুনা মেরা থানা তায়পঙ মশক খঙহনললকপনী, মহৌ মকোকসু মেরা থানী।

---

৯। লোইদাম চিকথম হিয়াংগে থা ও কৌবদি কদৌ-নোংগীনো? খোইম্বম লাইমরু অসুপ্পা কৌবরেন সিদবনা মালেম লৈশেম্ববু মালেম লৈরেপফা কোরৌ নোংলেপ লোইরবদা মালেম লৈশেম থাক জেমহৌববু চীংঙ মপারেন নামুংবদা থুপনা থমলম্নে অদুনোংগীবু লোইদাম চিকথম হিয়াংগে থা-ও তৌনা কৌএ।

---

৯। লাই তরানিথোইনা অমত্তা ওইনা ঈরি চেল্লক্লে হায়বগী হিয়াংকৈ থাঃ কৌঈ। হিয়াংকৈ থা কৌবদি পুক-নুঙদগী থল্লাইনা কা মাপন থোকঈ কা মাপানদা হিগুম্মা য়াংনা কা মাপানদা কোইনা চৎলি য়াংঙি হায়বগী হি-য়াংকৈ থাঃ কৌবনে, হিয়াংগে হায়বদি পিপুক পুঙদা হিনাও সানা পুল্লিং লাংববুনে।

---

—:o: –

১০। লোইদাম উনথম পোয়ন্ থা-ও কৌবদি কদৌ-নোংগীনো ? চীংঙু অতৌয়া সিদবনা মপারি অহুম চাৎ-লবদা ইপারি অহুমক্তা চীংঙু ইতিক অরুববু কনানা সক খঙ ঙম্নগবনো হায়না খোইয়ুম মশক ওন্না ক্রমচীং মথক্তগী লাক্লরকপদা মপারি অমিমক্তি থংঙমগবরা থঙঙমদে। খোইয়ুম মপারি স্না খোস্নদোন অত্তোনবনা চীংঙু মতিক খংঙমলবগী উনবী পারে চেৎনা থনমলে। অদুনোংগীবু লোইদাম উনথম পোয়ন্ থা-ও তৌনা কৌএ।

---

১০। লাই তরা নিখোইমক্তা লমচোইনা চৎথোক পা-থোকলক্লে হায়বগী পোয়ন্ থা কৌই। পোইন্ থা কৌবদি ঈরেন মাপনদা লম পোইনা কা মাপনদা পোইনা চৎলি পুকনুঙদা অমুক হঞ্জিল্লকঈ হায়বগী হঞ্জিন্না নুঙদা নুঙাই হায়দুনা পোইনা চৎলি নুঙদা নুঙঙাইবগী পোইন্ থা কৌবনি।

---

১১। লোইদাম ৱাকচিং থা-ও কৌবদি কদৌনোং-গীনো ? খোইয়ুম সিদবনা খোইমাম লাইরেম্নদা তায়পঙ নোংসা পান্দগী থৌয়াঈ নিংসা হোল্লিবা পুম্নমকপু নোংদম-বিগে হায়বগী চীংঙু থৌজান মিয়েৎনা লৈরাং য়ুমচংনববু অৱা হুইরা সোল্লবগী চীংঙু শামু হকসাং লেনবু পুঙম-দ্রবগী থাংথোক্লে খোইয়ুম লাইম্নিংথৌ চীংঙু নামুংবদি অৱা ইসৌলাংনা থাংঙম্মে। অদু নোংগীবু লোইদাম ৱাক-চীং ইনথম থা-ও তৌনা কৌএ।

—:o:—

১১। লাই তরা নিথোইমক্না ব্রানা চিংখৎলক্লে হায়বগী ব্রাকচিং থা কৌঈ। ব্রাকচিংথা কৌবদি মপুগা মনাইগা থব্রাইগা ব্লাইবীরেনগা হুকসাংগা হুকসাং নাপাথোংলেন্দা নাকোং চিন্না ব্রাতাইন ঈলেন মাপন চৎলকপগী ব্রাই হায়দুনা ব্রাকচিং থা কৌএ।

---

১২। লোইদাম অসিৎ ফাইরেন থা-ও কৌবদি কন্দৌনোংগীনো? খোইমুম লাইম্নিংথৌ মালেম তমপাক লৈশেম্বনা তায়পঙ মনুং ওইহনগে হায়গী নমু তায়পঙ থব্রাই পানবা পুম্নমকপু হাকোক হায়গ হ ম্নবগী খোইমুম পায়না মনিংসা মালং ম্নাইবিরেম্না মালেম তমপাক লৈনেমথক্কী, থৌব্রই পুম্নমকপুসুং মালং ম্নাইবি চৈব্রোইননা হুমজিল্লক্লে হায়বগীদমকপু লোইদাম অসিৎ ফাইরেন থা-ও কৌনা কৌএ।

---

১২। লাই তরা নিথোইমক্না ফৈনা চৎলে হায়বগী ফৈরেন থা কৌঈ। ফাইরেন থা কৌবদি পুকনুংদগী ঈলেন মাপন লালনা থোক্লকপদা হুব্রোইবা থোংদা থোকলমদাইদা চৈনা লৈববু ফৈরে হায়বদগী ফাইরেন থা হায়না কৌএ।

—:o: —

# খা তরানিপোইনা ২ থোকনা খাইদোকপা

মেরা, হিয়াংগ, পোইনু, বাকচিং ফাইরেল, লাতা থা৬-অসিনা অইংবা থানি। সাচিফু. কালেন, ঈঙা, ইঙেন, থরান, লাংবন, - থা৬- অসিনা অসাবা থানি। থা৬ অসিদা পুবা, মিকুপ নাহুম; পুং মশীং অহিংদা (খ) ৫২,০০০ পো ৪৪ নুংখিলগী পুংশিং (খ) ১৬-পো-৮ (অহাংবা) ৪-(খ) ৮,০০০ (খ) ৩ (১০২) (৩০) (৯০) (৩০) (৪০) (৩) (৯৭) (১০৫) (১৯০) (৩০) ৪৬১) পুম্বা পুং ৬১, ৫২২ অসিনা থা ৬ তা মহাও অথুম্বা অথাবা আসনবা অয়াকপা অককপা, ওইনম্বনচিংবা মহাও ১০৮ মনমগী মখল নুংসিবা নংথিবা য়াকনম, নম্বা শিন্নমনম্বা ওইনম্বা নবনাচিংবা মনম ১০৮ মচুগী মখল অঙাংবা, অঙৌবা, অমুবা অশংবা, শংবান্নবা, নাপু মচু, হিগোক মচু, চুম্প্র মচু, মেনমানবনাচিংবা মচু ১০৮ পুথোকঈ। পোৎকী মশক মরোং অচৌবা খরা হেনবা চাউবা য়াম্না হেন্না চাউবা পিশক পিকপা, খরা পিকপা য়াঈমা ওইনা পিকপা মিৎনা উবদা য়াবা, পোৎকী মরোং মতৌ ফাওবা পুও অসিনা পুথোকঈ।

অসুম্না সাচিফু, কালেন, ঈঙা, ইঙেন, থরান, লাংবন থা ৬-অসাবা থাদনা অয়ুক নুংথিলগী পুঙশিংনা হেন্না পুঈ। অসুম্না কুম্বা, কুম্বী অনিনা থা, ১২-দা অনিথোক্না খায়

—:০:—

দোরুপা কোরৌ মালেমদা লৈরিবা পে কপা পুম্নমক অসিনা লাই, মী, পুম্নমক্কী থব্রাঙ্গী হিংননা শেম্মীদুনা থমখিরিবনি।

থব্রাঙ্গী পানবা পুম্নমক্কী নুপা, নিপা, থায়রিবা অসি মথক্কী পুঙশিংনা থায়রিবনী. কোরৌ, মালেমদা লৈবা লাই, মী. শা, উচেক ঙাশিংদা লৈবা, কংফালদা লৈবা, নংশা হোনবা নংশা হোন্দবা, লেংবা. লেংদবা, অচৎপা, চত্তবা, পুম্নমক্কা নুংঙাইবা হরাওবা উবদ অমম অঙানখায়-বিরিবা, খালে নামুং তয়াতাবা লাইয়িংথৌ চায়ান তরেৎ তানফংবা শুনুং তরেৎ তানফংবা লৈরাং পুমনাঙ্গী পুদিল্লে। কোরৌ মৈদা কেমদ্রবা; ব্রাংবল মৈদা পৎত্রবা. পাখং তরেৎ লোনখওলৈ নুজা তরেৎ লোনজিললৈ সিংঙেল লৈরাং লৈপুলবু শেম্মীরকপা লাইয়িংথৌনী।

তায়পঙ শেম্মা মপুনা লৈশেমদুনা ওন্ন-ওন্না লাংওন শান্নবা চক ২৭ মনু ৬ হৌখ্রে মীগী চহিদা চহি কোটি ১৯ লাখা-৫৫ লিশিং ৮৮ চামঙা ৩৫ সুরে।

১। কহক্ক চকতা চীংঙু মপুরেন অতিংকোক সিদবনা পাল্লে।

২। থোঙ্গী হক্ক চকতা কোরৌ নোংথৌ অপালবনা পাল্লে।

৩। তয়ো হক্ক চকতা অসিবা অতিংখাম্না পাল্লে।

৪। পোঙ্গী হক্ক চকতা লৈনুঙ লোজা অখিবনা পাল্লে।

হওকোঃ মরি অসিদা পালখিবা অচিদী লাইগী নিংথৌনি। হক্কঃ চক হওকোঃ মরি অসিদা লাইগী নিংথৌ ১০৮ পানখ্রে। মথক্কী কুমশিং চক অসিগী মনুংদা পালখিবনে।

—.o: –

হঙ্কা: চক মরি অসিনা লাই হাকতক্সী চক ৪ নি চকপ্‌ন্নান অসী অহানবা করিসু লৈত্রিঙগী অমম্বদগী অঙানবা মঙান খারতমক উহনলম্বা চকনী। পোই হক্কগী লোইরকপা হম্বিতককী মঙান ফাওরকপা লৈশেমলকপা অসিগী মনুঙ মচু-৭ চক ২৮ চংলকুপা অসিগী মনুঙ হন্নি চক কৌবা চক অসিগী মপুন্সি চহিনা লাখা ২০ লিশিং ৮৮ অসিনী। ২০৮৮০০০ অসি শুগ্রে।

## পোবাক্লোন ৯গী খারবোনগী মপী চাউরাকপা খারদং।

হয়িচা মৈরিকনু খোইজিখাগি ঈরিক্ল-ঈথুপ ন্ঙদগী ঈফোঙলে। মা খোংনাং চনুবু মুংগাং নিংথৌনা লৌঙদা মুংগাং লৈমা য়েংদুনা মুংগাং নিংথৌনা হাম্মখি. লৈমা নংগী পন্থৌ পোকমাবা মপৃখিবা ইকু ইবুঙোনা হয়া চক্সী কুম হৌবদগী কুমশিং মাপান্না মরোঙ লেপত্ত্রবা মতুং লিশিং তরুক্তা লোমগদবনে, অদু ফাওবা চৎনারবা, মতুং থুমথং মথং লোম্বা লৈতনা পোইরৈ চদোন ফওবা অংকাওবা লৈতনা চৎনা হৌরসনু। হায়না মুংগাং নিংথৌনা সীবদগী হিং-লকপা মকু ইবুঙোদা হায়রম্মাগা মুংগাং নিংথৌ নুমিৎনা মাখোংনাং অতোনবী পুদুনা চৎত্রবগী তুংদা।

—:০:—

# মপুথিবা নিংথৌনা সিঙ্গারম্বা।

মা কোনফ্রনুওদা মেনতারকপা মতমদা মেন্দগী নিংগ। পোকএ, নিংসানা সেমমরি পোকলে, সেন মরিনা চুপ তরা-নিঃথাঙ্গী পোক্লে, চুপ তরানিথোইনা মিকুপ পোকএ, মিকুপনা মুথক পোক্লে মুথক্লা পুংপোক্লে, পুংনা মরুম তরেৎ বোকঙ্গী চুপ তরানিঃথোইনা নোংলুম অমা নোংমুম অসিনা নোংমা নোংমা অসিনা কুম্থ্যানি সুরগা মরুম তরানিথোইগী নোং-লুম অদু মচা অমা ওনখ্রে, মচা অসিবু অমা হায়না কৌরসনু।

অমা কুম্, সুবশু মমিং-থা অমা হাযরে। মউঃ অমা থশা ১২ নি, থা অদু ১২ না লংহে কুমশিং চহি অমা কৌএ। মহোম্মা 4 নী মশানা ১২ নি মনা ৩৬০ নি। লৈনাসু অমতনি, লিকাসু ১তনি লৈরিকসু ১তনি লৈহিসু ১তনী মহেসু অমতনি।

লেক হওকাঃ-মশিং পারকপাদা থেবারোন মপানগী থারাবোন চোৎপাদা মৈতৈ লৈপাক্কী চৎনাবী লাথা মচা লাথা অচৌবা অনি পুনসিনলাগা থিরকপা চৈচৎ মশিং থিবদি মতমদুগী মৈতৈ পোইরৈগী চৎনারম্বা থোঙ্গোক্লা মশিং থিবদি।

অমা, আনম, চোংজম, নমক্কেৎ, লুপাক্লাকোক, লোইয়া, ভোনসেন, কৌক্ল, তাম্মা, গ্রম, ॥✻॥

কোক্লৌ মালেম অনিমক্লা অমত্তা ওইনা তিনসিম্নরুবগী সিংজেল কৌনা সেৎ থানা লৈএ, নুমিৎপু লৈ কৌএ, থাবু সিংজেল কৌবনে। নুমিৎপু অকৌবনে। থা তরানিথোইবু চহি অমা কৌএ, সিং অমা থারে। থা অমদা নুমিৎ ত রুৎ মনা ওননা ওননা চৎলে। নুমিৎ চহুম হুমফ্রানে নুমিৎ পোকএ, নুমিৎ অমা সিরে থা অমদা পোকএ, থা অমদা

— :০:—

সিব ন। অমুরক নুমিৎপু পাজেং কৌবা'ন থাবু ফিরান কৌবা'ন। মাখাক্তি লৈপাক্লে। মীওইবগী হুকসাংদা চনি য়াংখেনা কাইদোই চললিয়ে, চান্না কুপ্পনা পুন্সি ওঈবনে, থর ইগা লৈচং লেপ্পগা মনুংদা নুমিৎনা উবগুমনা থমগদবনে নুমিৎকা য়িমিৎকা অনিমক সোপ্পগদবনে।

নুমিৎ চপ্লোন মশিং পাক্লকপা থা মপুঙ লেপ্পা চ'হি মশিং হায়বদা ওপ্পা থোক্তনবা অক হওকোগী থারবোন চৈকক চৈশিং থিরকপগী চাউরাকপা থারাদং।

থব্রাইসী মঙান ৮০০ না মনিল ১ ওইবা য়াইবীগী মশক ওইরবপা মনিল ৮০০ না উঙ্কুল অমা ওইরকপা উফুল ৬০না মরিক অমা ওইবকপা মরিক ৬০ না মসুং অমা ওইরকপা, মসুং ৬০ না মচেৎ অমা ওইরকপা মচেৎ ৬০না মিকুপ অমা ওইরগা মিকুপ ৬০ না পুং অমা। পুং ২৪ না নোংমা. নোংমা নুমিৎ ৩০ না থা অমা থা তরানিথোইনা চহি অমা নুমিৎ ৩৬০ না চহি অমা ওইরিবা অসিদগী য়ুহা হারিবা অমদি গ্রহনগী নুমিৎ পুংক্ষম মতম খণ্ডগে হায়রবদি, অক্নপ্পা অক হওকোগী থারবোন চৈকক মশিং হোৎপদা পুং ২৪-গা মিকুপ ১৮ না নোংমা সাগানি, পুং অমদা মচেৎ ৩০ গা মসুং ১৫ গা হাপ্পগা মিকুপ নাহুম পুংকুপ হেংনা থারবোন হোৎলগা খণ্ডবা ওমগনি।

কাসিগী পাকসিগী চহি শাবদা নুমিৎ ৩৬৫ না শাঈ। কালিকাতা বীপিগী চহি শাবদা নুমিৎ ৩৬৪ পুং ১৬ না চহি শাঈ।

লাইরিক মচা অসি লৈবাক নিংথৌ মীয়ামগী খুদোং-চাবা থারদং হুংগদ্রা খলনা পুথোক পীরিবা পুমমপ্পী মফমদা শিংবা ওপ্পারোইদৌবা লামম ১ ত্রোনসিনজরবনী।

—:০:—

# ইমোইনুনা মৈরাম ওান

## খিরকপা

চিংবুরোঈ তম্নুরোই পুম্নমক কোরৌ নোংমা লৈমুৎপা অমসুং মৈ থানবগী ৱারি মতেক খার।

১। নাহান নোং সাৎহৌভগীবু সৈথিজরক্কে নদাইরেম ইয়্যাক মানা।

ঐখোঈ মভামক্কী য়িমিং হাপসি হায়পপু থৱাঈ মপু মাংখিরে হায়পকি হাপরারোইসে। অতুপু তাইপঙ নুঙদা অসুম্নাদি য়িংমিং থমশে।

---

২। থাতা হৌয়ে। অতা তায়ে। অমদি উতা হৌয়ে। ঙাতা তায়ে। অমদি আতা হৌয়ে। চাতা তাইয়ে। অমদি উতা হৌয়ে। ৱাতা তাইয়ে। অমদি মতা হৌয়ে। থাতা তাইয়ে।

---

৩। মপু মনাইনে কোনথোক কোন্সিল ৱানে, লৈপুঙ শল্লেম ৱানে, খুরাই তোংকোন ৱানে, লৈমরেন ফম্মাল ৱানে, শংবুম লাংপুম ৱানে, চিরাইবনে, চিনাইবনে ৈ

---

৪। চাউনা চাউরকপাসু লৈত্তেঞ, মাংনা চাকসেং চাউওঃ মোৎনা ফিসেং সেৎলো হাওগা ফিদা ভিম্নাবদি

—:০: —

নিংথৌ য়্যাদি বনে, অরাং সান্না লুতোংলে পুন্সি ইরানৈদ অঙোম সিঙ্গুৎ য়েনালে চাইরে চাইসিনলে কোরৌ মৈদা কেমররবা লৈ রাংবান মৈদা পাৎপ্রবালে তায়পঙ থবাঈ আপকপা সিংভন নৈরাং লৈপুবু শেন্নীবা লুমাং শমজিল চিনখাগা পান্থী কৌবদা পাওখুম্মী, লুতুং শমজিন চিনরাগা পালেন কৌবদা পাওখুম্মী; লাল্লাঈ হামুন নৈরাগা স্নানচি আক কৌবদা হাউ পাওখুম্ম। কোরৌ মালেম তায়পঙ অহুমগী লৈপাক মপুদী থৌগল্লিবদুনে।

---

৫। নোংথৌ লৈপাক খুনিংথৌ খোইমুম লৈমরেন অনিমক্কা হাওনা চমক্রুৎ চাবা হেন্না ফদি সেৎপা তাংনা ৱারম কন্না ভুংলি হমা য়্যেংনা চৎলীবদী সানছেন নহা নাওরোঈ হনবদা চিংঙু মতিক লৈবা কোরৌনেংথৌ লৈপাক মপুনে।

---

১+হন্নি চকঙৈদা অসিবা কৌবা লাইনা স্নামহি কৌনা চহি লাখা ১ নিংথৌ ওইনা পালম্মে লৈপাক মমিংদি লৈতাং কাংঙোঈপু কৌএ। মথংদা অপানবানা নিংথৌ খুক্কম সিন-হোদুনা পানহৌরে নিংথৌ অপালবনা পালবা হাকতক অসিদা অপালাবা নিংথৌগী হিঃ ম্নাইমুকতা তমফা খুদেপে ম্লাইওইবা থোকউ হায়বদা থোকপা ভমবা ওইহনংবা মওংদা ওইবা লৈপাক অসিগী মরু ওইবা হিন্নাঈ মুক্তা তমফা খুদোপ ম্লাইওইবা অমা নিংথৌ অপানবগী লৈরমঈ

—:০:—

য়াই অসিগী মতেংদগী নিংথৌনা মফম খুদিংমক্তা মাই-পাকপা খুদোংচাবা লৌরম্বা য়াইনী।

নিংথৌনা নোংমা ইরুজবা মতমদা তমফা খুদোপ য়াইওইবদা নিংথৌগী য়েংথংবা খুৎনিংথৌদগী লৌথোক-তুনা থম্মগা ইরুজরিঙৈ মতম অদুদা লাকপা উহৌদনা ক্লাক অমা খঙহৌদনা পাইরকলগা, ক্লাক ক্লাক থোং-লমলগা তম্ফা খু দাপ য়াইওইবদু লাকখ্রে। নিংথৌ অপান-বনা য়েংথোকরকপদা খুদোপ য়াই ওইবদু উদরে তমফা খুদোপ য়াইওইবা উদবদগী নিংথৌ অপানবা ঈশিং থোং-পানগী মালেম লৈমাই থক্তা ব্রান্তারে। ঙৈহাক লৈরগা নিংথৌ ব্রাখল অমুক লাক্লাবগী নমু পোংবা অঙম্বা ১০ মক কৌসানলাগা অঙম্বা থোঈ ঐগী তম্ফা খুদোপ য়াই ওইবা মাংখে, মফম অসিদগী ঐগী হিঃ য়াইমুক্তা তমফা খুদোপ য়াইওইবা থিরগা ফংহনবা ঐঙোন্দা পীবা ঙম্বা অদুদা লৈপাক ভংথাঈ অমা পীগনি নিংথৌ খুভম অমা হাপকানি। অসি হায়দুনা য়াথং তৌথোকএ। নমু পোংবা অঙম্বা ১০ মক্লা ঐথোইনা ফংনবা তৌজগনি ইনিংথৌ ব্রাবিগনু হাইনা খুরুমজবগা লোইনা থৌগন হাংদনা শঙ্গাই মনুঙদা মপু মনাঈ পুম্নমক লেংশন্দুনা লৈখ্রে।

— ঃ০ঃ —

# নোংমাই সুংভাই ১ কাংবাচীঙ

২। সেল্লোঈ তকুপ পোটের চীং শেলজিং চিংনুঙ পোক খোইনুম নোংপোক অহিবা হাউবর নোংপোক লম-য়েংচীং কোইরৌ মশেক য়েনচীং অঙান মাইখোং হেননা চীং-চিংঙবা খুভম লেপনচীং ব্লাথা লাকপা পল্লুংবা চিংয়াই লাকপা চিংশোমবা অন্দ্রো লাকপা পানম নিংথৌ চিংঙ ইবুঙো ঃ খাকপা "পুল্লেরোম্বা" চিংঙ পুরাংনাগবা খোং-মারোক্লী ওনসেবা ওননা হনব্রাইবা, নোংপোক লৈহৌচীং মুবা লোকসেল কোন য়ারন লাকপা য়ারা হনবা মশোই-মাং সানী লৈরাং সোইনা তমবা মরমথে,। সেল্লোইনা নিকক্কাবরা নিক্লাচীং নোংমাইনা হাগবরা হাদ্রচীং তেননৌ য়োৎপি হুইখাচীং সেল্লোই মঙন তবুং ব্রাংমা হৈয়াঈ পোকপী চিংসাং নাপোম থক্তা নোংপোক লাইয়িংথৌ চিংঙ ইবুঙো খাকপা পুল্লেরোম্বা অঙোয লমখোইবা খোবা লমকেৎপা অঙৌবা খোংনাং লাইজিং লেপ্পা চিংঙ মরমথেদা।

অঙৌবা পানবা তারিনা সোরারেনগী মমোম লাংলেন অতোম্বী মাংখা মাতোনবীদা প্লাব্রোঙ ইন্দুনা লৈরম্বদাগী পাইমা খোইচংনা তিল্লাং খোইতাননা পাএমিন্নারবগা মরান কাউজান লুহোংবা ইকুই কুইদনা সাবী সানৌ অনিমক মরান য়াইদ হনব্রাইরক্লে। মপারি অমা শাৎলে তাংনা লিক্লা ফংঈ হায়বগী লিক্লাঈ [অঙৌপালবা হায়না কোলোই মমিং থোলবীরে মতম খার লৈরগা কুইদনা

—:০: —

নিংথৌ তারি মশা চোকথারকল্লবগী মতুং ইরা মশাগী চৈতেক মশিং সুরক্রাবা ব্রাংলেন মপুও ফারকল্লাবগী অনৌবা সাইওন লাংওন অনৌবা অমা চৎনখাবগী নিংথৌ তারি নোংগাল্লে। মথৌ মওম পুম্নমক লোইখ্রাবগী মতুংদা নোংমা নোংমগী চাউসনলকপানা অচাউ মরেপ ফারক লবদা লুখ্রসিংদা চল্লবী মা খোম্মাদোন লৈমনা মপুরোইবা লৈত্রবগী মতুং অসিদা মচা ইবুংঙা লিকলাঈ অঙৌপানববু ব্রানা য়োকত্তুনা লৈবাদগী মচা ইবুঙোদা পালেম মমানা অচেৎপা য়াথং থাধাবীর পারি ইবুঙো: নংনা চৎথোক উবা খুদিংগী করিগুম্বা নংগি মিৎনা উবদা লম অহাংবদা তারম্বা পোৎ অমমম খন্দুনা পুশনলক উংকো হায়বা পলেম মমাগী য়াথং চেৎপা অদুবগী লিকলাঈ অঙৌ পানবনা নুংতিগী চৎথোক উবা খুদিংগী চৈতেক অমমম খন্দুনা পুশনলকপনা মশিং য়াম্মা পৈশনলক্লে।

নোংমদি শারু মতেক অমা খন্দুনা পুশনলকপাদগী শারুদু উবদা পালেম মমানা ইমাগী ইবুঙো ইমাদি মাং-জরেদকো শারু অসি হুনচেকল্লুরো ইবুঙো নমা ঐনা পামদবদা ওমাঙ্খ লৈত্রে, হায়বা ব্রাহৈ অসিদগী লিকলাঈ অঙৌ পানবনা শারু অদুবু নুংশি পাম্মা খল্লবদগী পালেম মমা উহন্দনা ময়ুম সঙ্গাঈ মথকতা লংখৎখারে শারু অদো।

নোংমা নুমিৎ অমদা য়াগওলবা ক্লাক অসিনা মফম ইখং-খওদনা পাইরক্লাগা য়ুম শঙ্গাঈ মথক অদুদা তোংলরগা ক্লাক ক্লাক হায়না খোংলয়াগা হিঃ য়াঈ মুক্তা ওমফা খুদোপ য়াই ওইবদু থনমলাগা শারু লাকল্লাগা পাইখারে।

—:০: —

নুমিৎ খুদিংগী তমফা খুদোপ য়াইওইবগী মশান অদুনা শান্দুনাত্তা লৈরকপাদা পানেম মমাবা নুংশা খিণৎলকলে, ইমাগী ইবুঙো শানরিবসি করিননো হংলকপাদা লিক-লাই অশৌ পানবনা পালেম পোকমাবী ইমানা নুমিৎ খুদিংগী পোৎ অমমম পুশনরকউ: হায়বদুদা ঐনা নোংমা পুশন-লকখিবা শারু অদো ইমানদি লাপনা লংথোকউচো হায়বদু ঐনাদি শারু মতেক অদু পামজরুবদগী য়ুম মথক্ত লংখৎখি।

ঐনা লংখৎখিবা শারু অদুনা শানবা তাঙাই ঐ শারু মৌ গারুপ হায়দুনা শরাই য়ুম মথক্তা কাখৎখিবদা শারুদি লৈরমদদুনা খুদোপ য়াইওইবা ওইনা লৈরমদুনা খুদোপ অদু পালেম মমাদা পীরে। মদুদা পালেমময়ানা হিং-য়াই মুক্তা অমিদা নিংথৌগী মাংখিবা হিয়াঙ্গ অরুবা পোৎতুনী।

নিংথৌদা পীথোকউরসী হন্নদনা মাখোম্মাক্তোন অংতাম্বী মমানা মচা ইবুঙো লিকলাই অশৌপানববু পোদুনা পুরকলাগা নিংথৌ মা কোনুঙ ময়োরকে কোনুঙগী ফিরা থোংশংবসিংদুদা মাখোম্মাতোন লৈমা পুক্সবীনা হংকৎলে, নিংথৌ মনাই অওবা নিংথৌ অমুক্তা পুরকজগে ইনিং-থৌদা অমুক্তা হংকৎপীয়ু হায়জরবদা নিংথৌ মনাই অহল অমানা নিংথৌদা হংকৎলুবদা নিংথৌনা পুরনলকই: হায়-বগী মাথং থাদরকপবদা নিংথৌ মনাইনা কুপ্সবীদুদা চংবা য়ারপ ন'হারনা নুপি কুপ্সবী অদুদা অকপিরকপবদা।

মা:খোম্মাতোন লৈমা অমা মচানা কংলে নিংথৌ শরাই অমুওদা চংশিন্দুনা নিংথৌদা খুরুমজরকলে অত অদুদা

—:০:—

নিংথৌনা তাকপিরে ঈবেম্মা করিনো নংনা ঐগী নাকতা জাকপাদি মরম করি হায়নিংবা থলেবগে হায়য়ু হাসী. নিংথৌগী য়াথং ফংজবদগী স্মাখোম্মতোন লৈমনা খুৎথাং ৯০ মক লোয়দুমা হংকৎচরকঈ ঈনিংথৌ ঈবুঙোগী হিং য়াঙ্গী মুক্তা তমফা খুদোপ য়াঈওঈবা মাংখি হায়বদো ননাঈ ঐগী য়ুমথক্তা য়াক অমখকনা পাইরক্তুনা থাগরম্মে মদু ঐনা ফংজরে খুদোপ য়াঈওঈবা অসি ঈনিংথৌদা কৎচারগে হায়দুনা ঐনা পুখৎচরকলিবা অসিনী লৌবিরা সে হায়না নিংদৌদা পিরুবদা নিংথৌনা হনা য়াথং তাকপিরক্রে।

ঐগী য়াঙ্গী অরুবা অসি পিরবনিনা নংনা অপাম্বা মরম মচা থাইনা হায়য়ু ইবেম্মা নংনা করি অমত্তা চিংনবা লৈতনা হায়রো হায়না স্ময়াথং তাকপীরবদা স্মাখোম্মাতোন লৈম্মা ইনিংথৌ ইবুঙো ঐদি করি অমত্তা পামজদে হায়বা পাওখুম অসি খুমন্নুবদা ইবেম্মা নিংথৌ ঐনাদি নুংশি চান্না লুনা থমজবা তমফা খুদোপ য়াইওইবা অসি ফংহনবা মী অদুদা লৈবাক তংখাঈ অমা পীবা নিংথৌ খুডম যন্নাল তোংহনবা হায়বসী নিংথৌ ঐগী য়াশকনি নচা ইবুঙো অসিনা নিংথৌখুডম লেপ্পুনা নমা নচা লৈরো নিংথৌ ঐনা লৈবাক তংখাই অমা পিরগে হায়বা নিংথৌগী অকনবা য়াক্কম অসিদগী স্মাখোম্মাতোন লৈমনা হংগৎচৈ হৌজিকমক ইচানা নিংথৌ ওইবা হায়বা অসে মত্তিক চাফাৎতে মমা ঐনা লৈখিদ্রবা মতমদা ইচা লিকলাই অঙৌ পানবা মমিং অসিদদী কাওবীগনো? অসুম্মা হংকৎচরবদা নিংথৌ

—:০:—

অপানবনা নগাবু নিংথৌ এনা কৈদৌনুঙদা কাওরক্লোই নহক্লী রাক্ষস অসনদি নিংথৌ এনা হাল্লখিবা অসিদা মতিক চানদে অনিংবা অপাম্বা অমাগা হায়ম্নু হায়রবদা স্নাখোয়তোন লৈগানা হংকৎচে ইনিংথৌ ইবুঙো সরি অমত্তা পামজে হংকৎচরবদা নিংথৌনা সরিশো কোরৌ মালেম্মা থঙনী নংগী অপাম্বাদা হায়ম্নু নিংথৌ এনা ঙম্বা খোক্ক বদি য়াগে হায়রবদা।

স্নাখোতোন লৈমনা হংগৎচে ইনিংথৌ ইবুঙো চিংবুরোই তমবুরোই পোঙৈরম্না লৈপাক অসিদা কোরৌ নোংমা নুমিৎ অমত্তাদি থাম্ব মৈ মুৎপীয়ু অসি হায়না হংকৎচরবদা ইবেম্মা লৈমগী রাসি তাবদা নিংথৌ অপানবনা অমুকসু হন্না সারিসোঃ করিসু লৈতাবা রাদুবু নুপ নংনা অদুক মুনা খন্নিবা করিগীনো : ? কারম্মা থাগী করি নুমিৎতা পোইর পুম্নমক অসিগী থাম্বীমৈ মুৎপা পাম্বাগে হায়ম্নু অসি হায়রবদা স্নাখোম্মা তোনবী লৈমানা হংকৎচে ইনিংথৌ ইবুঙো লোইদাম রাকচীং থাগী ১২ নি পানবা নুমিৎনা থাদা চংদুনা তেকপা নোংমাইজিং নুমিৎ পোইরৈতোম্না মালেম লৈমাইদা থুন ক্ষাওরকপা মতম অসিদা থাম্বীমৈ মুৎপা পাম্বী হায়নাহংকৎচরবদা নিংথৌনা য়াইফংবগী অপেনবা পুল্লিংগী মতুং ইন্না নুজা ওইবী ইবেম্মা নংনা নপুংসিংগী থরনা নিংজরুবা পামজবা মতুং ইন্না হায়রবদু নিংথৌ এনা য়ারে হায়দনা ওনজকপা থাগী রাকচীং ১২নি পানবা নোংমাইজিং নুমিৎ অসি চিংবুরোই তম্বুরোই কংলৈ পুঙমায়োন পুম্নমক নুমিৎ অদু থাম্বীমৈ থালহনজারোই

—ঃ৮ঃ—

মুমক নংখৌদি নুমিৎ অদু মৈ মুৎকানু খাগী মৈরা চাওনা থালজারো হায়না নিংথৌ য়াথং পিরীরে।

ইবেম্মা মাখোম্মাতোন লৈমানা নিংথৌ সনা য়াথং অচেৎপা ফংজবগা ইনিংথৌগী থৌজাব্দগী পুক্লিংগী অপাম্বা মরম পুমমক থুংলাগনি খনজরে হায়দুনা ইনিংথৌগী থৌজাগী হায়না নিংথৌবু শ্বরুমজারগা নুজা মাগী মোংবা মশাইগোম ময়ুম মকাই মফমদা হনখরে।

সনাখোম্মাতোম লৈমগা জিককাই অত্তৌপানবগা মমা মচা অনিমক্তী ময়ুম সঙাই মৌরকনবগী লিঙ্গবা খারগ তরা মখেল লুকোই শেম সাদুনা চায়ে থকয়ে হায়নবী মতৌওয়া মমা মচা অদুম জেরে।

নোংমা নোংমা হৌধিবনা থাদু ভনলকসবগী য়াক-চীং১২-নি পানবা মোংবাইজিং নুমিৎ অদুদা চীংবুরোই তম্বরোই পোটরে লৈপাক খীয়াম পুমমক যুমথাং থুদিং মৈ মরিক অমত্তা হৌবা য়ারোই কক্তিগুম নিংথৌগী য়াথং ইন্দদুনা নুমিৎ অসিদা খাগী মৈঃ হৌরমমনবদি মৈ হৌ-রমগিবা মী অদুগী চাগোক, শারুঈ পুমমক অরাবা য়াংগদবনী, নিংথৌগী য়াথং জেম্মা মাংবা য়ারোই। হায়-দুনা মনুপোংবা অওবা ১০-মা পোইরে পুমমক্তা শগোন পাওচেরে য়াকচিং ১২-নি পানবা নুমিৎ অসদা পোইরে পুমমক খাগী মৈ হৌরিরে॥

সনাখোম্মাতোম লৈমা, খোরায়েনগী মমো লাংলেন খুবেম্মা নিংথৌ শক্তি লৈমরেল কমথোন, কাবী সনাখো-ম্মাতোন লৈমা মনোলচনা খাগী মৈ হৌবী, মৈরা চাওনা খানবী, নুমিৎ অসিদা হৌরিবা মৈঃ অদুদী খরাই মিতমা

—:o: —

নমু পোংশেম্না মখোয় অনিনা কংলা ফম্নাস অরিবা তুবী মখেক লেরোং কোংখাবা মমৈলিতোন লিকংসা পুন সনা ইপুখৌ পাখংবদা কংলা মাসুং মাপনগী খাম্নি মৈত্রেং অরাববু পীনাবিয়ু হায়না মৈবু নীজরগা হৌজরকপা মৈনে পামেন লেপকং উচুবদা মঙাং ময়েক তাখিবনা মুরাং মৈসা নেৎপগী খুমন মমজুববু মৈরি মঙান ফাওখি। অরেপ্পা অখম্না ময়েক্কা খাম্নী মৈরি মৈরাবা তায়পঙ ব্বারেপ মৈরম্বা নাসেক নঙাল লৈরিববু হানৌ লৈকা লৈতোনগুম ঙাংনা মৈরি তরেৎনী। অমম্বসু খাম্নরিবা, অঙানবসু খাম্নরিবা তায়পঙ লোশিং মৈরেননী, অখা অয়াক লমখিংদা অচৎ চৎতা অসি-অচং পুম্নমকপু নমি থানা কৌবীরি নসক চংনা পাওসিরি নঙান তানা পেনহন্নি। লংজবা পুম্নমকপু শৌজানবীবা পুন্নমকপু লৌবীবা অসি খঙবা নুমিত্তা মৈগী মৈখোং মুৎলিবা তাইবংগী অরোইবা অখম্না নুমিত্তা মৈরি মৈতোন ফংজগে তাইবং নোংগা ফংজগে। হায়না খাম্নী মৈ হৌখি মৈবু মঙান ফাওনা মৈ ইরাৎ থৌনি তৌনা মৈলাংখী।

ইবেম্মা সনাথোম্মাতোন লৈমনা মৈ ইরাৎ থৌনি তৌবা নুমিৎ অসিদা, লহানলোং কোরৌ নোংলোন মাপন মালেম লৈরোন তারেৎ হৌঙদা মরোন ১৪ অমম লৈসানরকপী অতিংঙা সিদবগী পুক্লিং অমম্বা অঙানবা অহ্বাংবদগী মতম অহুম মচু অহুমদগী লৌদুনা সিদবগী ঈঃ তংখাঈ ঙঈথংবা সাখাইদগী সাখিএ, হায়বগী ইমোইনু কৌখিবা, অতিংঙা অহাওবদা হোঙনা চাওনা থোক্লক্লে হায়বগী অহোও অচাওবী

—:০:—

কৌবা হয়িঁউ তাম্নপও যুমথোঙ লাইফম অরুবদা লৈরুরে। মওাংদা য়াহৌরে, লুব্রাংদা য়াহিপনরে, খুমন্দা চাক্তানরে। ইয়াখম ইন্নুখম লৈমা লোয়সও করোং ফবী কোবা পলেম লৈসীরেল লৈপুনবী লৈমরেল্ল সাৱোন ওইরিবী। অচি চত্তবী, অখোং কংদবী। কংবিরেন সিদবী, ইমোইনু অহোচ অচাওবী। মাইকৈ ৪-৮ না ফিসেৎ লৈতেং ওইরিবী, মচুনা চুমিঃথাং খানলিবী,। ইবেম্মা লন লৈমা ইমোইনু অহোঙ বীনা নুংতি নুঙবুম খুদিংগী, নোংমাদা সাতরেৎলক হন্না কোইবদা খাম্বী মৈ মুৎতাবা মখৈ য়ুম খুদিংচংববু কোরৌ নুমিৎ অদুদি পোইরৈ পুম্নমক খাম্বী মৈরি মঙান উদবদগী পোইরৈ য়ুমঃথাং খুদিং চংখিদে, সোরারেনগী মমোম লাংলেন স্নাখোম্মাতোন লৈমানা খাম্বী মৈ হৌদুনা মৈঃ ইরাৎ পাগী মৈরি মঙান ফাওনা ঙানলিবা অদু লনলৈমানা উরকপাদগী।

ইবেম্মা লনলৈমা অহোঙবীনা খাম্বী মৈঙান উরকপাগা অহিং তাংলৌ থেংজনলকপাগা মতমনা অয়িংবগী পুংফম লাকপাগা লোইননা ইবেম্মা সিন হৈবী ইমোইনুনা মৈরি মঙান মপা য়েংনা চংসনলক্লে সনাখোম্মাতোন লৈমনা হৌরিবা মনাকতা ইবেম্মা অহোঙবীনা সানৌ লেংমান্নবী ইতা ইবেম্মা ঐবু য়াম্না ইংলে ইয়ুম ইরাংয়াঈ য়ৌবা ঙমদরে ঐ নংগী মৈঃ অসী খার য়াইবা য়াওগে হায়রদুনা ইমোইনু মৈঃ য়ইবা য়াওরে সোরারেনগী মমোম লাংলেন সনাখোম্মা-তোন লৈমনা খোইয়ুম লাইমি খঙলাদুনা ইতা ইবেম্মা মৈঃ অসি য়াইবীয়ু তিকপীয়ু নুঙাইবীয়ু ইতা ইবেম্মা ঐবু মতম

— :o: —

সিদা হকনং অসি য়াম্না লুমথারক্ত ঐবু উনুও অসিদা অমুক্তা চংজরুগে।

ঐগী পারি ইচাসে ঐনা হন্নসকত্রি ফাওবদা কোনবীরম্ব্ ইতা ইবেম্মা নচা নৎতে খনবীগ্নুকো ইতা লৈমাগী ব্রাফম অসিদগী ইমোইনুনা খনলোঈ খনলোঈ ইচা ইবেম্মা ঐ লৈরমগে চৎলুরো হায়রবদা লৈমনা ইতা ইবেম্মা ঐ পুক্নিং নুঙাইনা মনুঙ চংঙ্গে ঐ মক্না পোকপা ইচানি ইতা লাক-ত্রিফাওবা কোনলমগনি হায়না সরি অমুক্তা সোনবীয়্ স্নাখোম্মাতোন লৈমগী বা অসিদগী সিন হৈবী ইমোইনুনা ইতা ইবেম্মা ঐনা পোকপা ইচামক্তে খলনা কোনলমগে সরি সো: ইতা মনুঙ চংবীরুরো ইমোইনুগী ব্রাহৈ অসিগী মতুং ইননা স্নাখোম্মাতোন লৈমনা মচা ইবুঙো লিকলাই অঙৌ পানববু চিংনা য়েংলগা ইমাগী ঈবুঙো নুংশিবা ঈমানা নংবু মতিক চানা সেম্বা ওমদ্রবনিনা খোইমোম লাইরেম্বীনা শেমহনলাসিকো হায়না পালেম মমানা চিংনা থনুঙ থিৎনা য়েংলমল্লাগা ঈমোঈনুদা মচাঈবুঙোবু সিম্নারম্নাগা, ইবেম্মা লৈমদি নোংমাঈ সুংদাই মাপন লোংবগী উনুঙ নারক মোংশোং মারক খাঈনা চংখারে।

সোরারেনগী মমোম লাংলেন চনু অঙোম তারিদা ব্রোঙবী স্নাখোম্মাতোন লৈমাদি তান্নপঙ পানবা ননগী পুক্নৈগী মপুওইবী ওমদ্রবনিনা অঙম্বী ননলৈমা অহোঙ অচাওবীদা ইচা সিম্নারমলাবনীনা ইচা মাংঙারোঈ ঐনাদি ইচা শেম্বা ওমদরবনিনা ঈচা ফাহৌরগা লোঈরে খমক্ত্না

—:o: —

নোংমাঈ সুংদাঈ মাগন ফংবগী ময়াই য়ৌনা লাকুনা নোংমাঈচৌংগী অমম লোক্তা চংখিদুনা খমনুও শাগ্না তান-খারে অমং য়াঈখোং কুমখারে য়াখোম্মাতোম (চনু) লৈমাংদা খয়া কোল্লহৌরে খমজিংকোন কৌঈ। কুরু মহাগ্না শুবমু থলবা লাংয়া থলববু য়াগ্নেনশিং্য়। শুকমু থলবা কৌবদি পোকলী সাৎলিবা সুকতা পোয়দারিববু কৌঈ। লাংয়া থলবা কৌবদি সিখি খমখিবা খম্নুং লাংওনখিববু কৌঈ।

ইবেম্মা য়াখোম্মাতোন লৈমানা মশা লুমথারক্লে হায়-দুনা উম্নুওদা চংখীবদগী হল্লকত্রবদা ইবেম্মা ইমোইনু অঙোও বীনা সরি মতুংইম্না লিকলাঈ অঙৌ পানববু য়োকখারে লিকলাঈ অঙৌ পানবনা অচাউ মরেপ ফারকলবদা লন-লৈমা অহোও চাওবীনা মা সঙ্গাঈ য়ুম ফাজবা শারগা পুক্কে লনকৈ থলনা লিকলাঈ অঙৌ পানবা মফম লৈফম চানা লৈহনলে লনলৈমা অহোওবীনা।

লিকলাঈ অঙৌ পানবানা মপাল মাউ: ফারকলবদা লৈবাক নিংথৌ হুপনা পোঈরৈ পুম্নমক চাককৌরে লৈপাক মীয়াম মসিং য়াৎতনা তিল্লকলবগী মরক্তা নিংথৌ অপান-বাসু য়াখোং লেংবীরক্নুনা লাকলবদা ১০ চাকপু মপুক থলনা চারগা নিংথৌনা য়াহংবীরে ১০ চাক্লী সংলৌ মথেল ৫০ বু মশিং য়াৎহন্দনা থৌরাং তৌদুনা অসুক য়াম্না চিং-বুরোঈ তম্নুরোই পুম্নমকপু চাকখাংবদি, নত্না নংবু কনা-নো? নমিং করি কৌবাগে য়াহং লকলাবদা লিকলাঈ অঙৌ পানবনা ইনিংথৌ ইবুঙো নদাইরেম ঐগী ঈমিংদী লিকলাঈ অঙৌ পানবা কৌঈ পাওখুমলুবদা নাহান নোংগী

- ঃ০ঃ—

ছিঃ য়াঈ মুক্তা তম্ফা খুদাপ য়াইওঈবগী ব্রাক্ষম অদু নিং-থৌনা নিংশিংলক্তুনা লিকলাঈ অঙৌ পানববু অঙোম নিংথৌ অথাইবা ফমথোল নিংথৌরেন ফম হাপত্না চিংবুরোঈ তম্বুরোঈ পুম্নমক লৈপাক অনি থোক্না খায়দোক্না-দুনা পানখি। লৈবাক মীয়াম পুম্নাদি মাগী মাগী ময়ুমদা হন্নাখ্রে।

বোয়াথংদা লিকলাঈ অঙৌ পানবা নিংথৌদি মঙাং চনু চেংলৈমা ইবেম্মানা লৈমরেল ফমথোল কাদুনা পাল্লকপা মতমদা মপারি সাংতে মমোম ফুইদে। নিংথৌগী মরুপ নুরাং তেম্বা হৈবগী খুৎথাংহ মোইরাং চনু লিক লেংবীনা পোকচাবা চিংখৈ লুম্বা কৌববু মমাংঙৈগী সরি ব্রাশক ১ লৈখিবগী মতুং ইন্না লিকলাই অঙৌগানবা নিংথৌনা লৌ-শিন্দুনা নিংথৌগী তালোই মঙাং চনু চেংলৈমা লৈমারেল ফমথোল কাবি লৈমনা চিংখৈ লুম্বাবু নাওয়োক নাওকোন-দুনা য়োকখী। মতম থোংলৈ তুংইনানা চিংখৈ লুম্বা মচাবু খাজোল নিংথৌ মথং খনবা ফম হাপ্তুনা পানলকপা মতম থার লৈরগা। খুমন নরা পোং নিংথৌগী খুৎথাংহ তালোই লৈমা খাবরোন নুংজেংসু লৈমরেল ফমথোল কাবীনা পোক-চাবী স্নাখোম্নতোম্বী মচাবু মমাংঙৈদা লৈনাখীবা নিংথৌ মরুপকী সরি ব্রাশক মতুংইন্না খুমন চনুবু অঙোম পীবদা মরান কাওজন্ন মরাল লুহোঙদুনা লিকলাই অঙৌ পানবা নিংথৌ নুঙাঈ য়াইফানা মতম থার পাল্লবগী তুংদা লিক-লাই অঙৌ পানবা নিংথৌ মপুগী চৈতক মশিং সুরক-লবগী রাংলেন মপুও ফারক্তুনা কোয়ৌ নোংগাম্ববগী মতুংদা

—:০: —

মঙাং চনু চেংলৈমনা মচা ইবুঙো চিংখৈ লুম্বাগা অমদি খুমন চনু মাখোমতোম্বগা য়োঙ্গনা পালহৌই নচা ইবুঙো চিংখৈ লুম্বানা মপাবুঙগী ফম্বাল ফংজাহৌরে চিংখলুম্বা মা অঙোম নিংথৌ ওইরবা মতুংদা।

চিংখৈলুম্বা নিংথৌগী মকু ইবুঙো খুমন নম্বা পোং নিংথৌনা ইমোইনু অহাঙ অচাওবীবু অমুক লাৎহৌই। অসিবু নোংদম লোন কৌবা "পুয়াদা" মচা খাইনা মাগী মাগী মরম চিংথাবা লৈতনা থললা ইদুনা থম্বীরম্ব অসিবু অপোইনানা মখুংফানে হায়না ইপা ইপু পুম্নমক্না থম্বীরম্বি মথং হঙকো: চক মীরোন ১৭০ হেন্না ওনলক্লাবগী মতুং কাইনাথংদা পিয়াইনুগী খুজিল থৌরাংদগী মচা ইবুঙো চালাম্বানা খুমন্দগী ইমোইনু অহোংবীবু লৌরুদুনা মৈতে পোইরৈ মা লৈপাক পুঙগায়ান্দা পোরকখিবগী ম্বারী পাক চাউনা লৈরি মসী খঙনারিবা ঙাক্নী।

ইমোইনু অহাঙবীবু থৌনি খুরুম খাজংবা তারবদী চাকহোন পুম্বা শেমগনী, মোমনু নুজা লৈতেংহে চোইনী মা পুনগুম্ব তাউজিং হৈরাং পাল্লিবা তমফা লিককোই খিনগুম্বী থিকলেন চাইজি হেল্লবা সেনবি ম্বারোক তয়াললৈ হৈরাং অসং খলদাক তাউজিং অমুল খলজিল হৈরাঙ সীঙ-ঙেল হৈনমদি নিংঙমদবা হৈনমনা নুংশি মনম ফাওরবা তাউজিং খুৎফাং নাইবা সীংঙেল চরোং অচুম্বা হৈরাং সক-হেন ফাজবনা লুকলেন চোম্না শেমলাগা হি ম্নাই পোক-পীপালেমদা খুদোন পোৎ লানলাগা মখাগী লাইরোন অসিসু সকনৈএ।

—:০: –

❋ মৈরা মঙান থানলাগ্না সোনবা লাইরোন্দী। ❋

লাইরেম্মা লৈমরেন্ন চিদবী লৈখারোন তরেৎমাদা তুনা লৈবি নংবু মা ফুংথোংবগুম্বী মায়েম লৈরোন তরেৎ মাদা নোংসাব লৈপাক্কী সেক্কিংদা য়ামফরা লৈয়ে মমিং ময়েমতি হুংহিক হুংহিক হং কৌএ, সেক্কিং য়ামফম অসিগী মথক্তা ফম্বী সিদবাদা লাইরেম্মনা ফমঙ্গ নমিংদি লৈকোকপি তংনু কৌই। য়েৎতা ঙাকপি নুমিৎতা লৈবি লৈমরেন্নে, অমদি তিল্লী কোকপি মিনু কৌএ, গুইদা ঙাকপি থাদা লৈবি লৈমরেননে। অতিংঙা অহাঙবদা হোঙনা চাঙনা থোক্লক্লে, হায়বগী অহোঙ অচাওবী কৌএ।

পিজোংনুনা চোংঙৈদা পিয়াইনুনা য়াইঙৈদা সিংনাং চোগন পোংতক য়ুরক্তা সিউ কাংগী মনুঙদা হিক্লা হায়না লৈরিঙৈগী নমিংদি লৈয়োনলাং তনৌবী কৌরাব নচুনা মা অহিংবা মানলিবী, চিক্লবা লাইসং মনুঙদা লৈরিবী, য়াইবীরেন্দী সিদবী য়েনবী রেনবী সিদবী নোংদ্রে নোংদা অসংবনা লিক্লাং পরেং গুইরিবী, মা চিথুপ থক্তা ফম্লীবী সোর পুংমাই ফমজীবী।

মুক ফু পাবা নরিবী কোলোম চৈসু সুরিবী য়াংনা লৈরে, য়াঙম্বী কৌরিবী। লৈসীরেন লৈপুনবী, লৈমরেন সারোন গুইরিবী হেঃ ইমোইনু অহোঙবী ফুরোন ৭ ফুসৌবী অয়ুক চাবা নোংদম্বী নুমিদাং চাবা নোংখাইবী, সোর নাথা ফম্বী কংবিরেন্দী সিদবী, য়ায়েল য়াঙম থৌয়াংবী পেগী চহুম গুইরিবী, হী পোকপী য়াইপোকপী হীলৈমা য়াইলৈমা হীকুবী য়াইকুবী য়াইয়ালৈমা তরা চাকনিং থাক্লা চাক সৌবী য়াংলৈ

-:0: -

য়েননিং থাক্লা য়েনসৌবী, হুইস্নন লাংগম সাফাবী অরেন্ লৈসিল্লু, অহুমনু হুমজিলবিয়ু সেৎতববু সেৎহনবীয়ু চাদববু চাহনবিয়ু।

কাওরেল সানগোল থলহলবিয়ু তয়ুম নাইসিং হাং-হলবিয়ু তরেৎ সেনগাও চোলহলবিয়ু কৈরেল ফৌকৈ থল-হলবিয়ু লৈমা তরেৎ সায়োনবী লাংওন হৈসিংবী হে: পালেম ইমোইনু অহোঙ অচাওবীও: তাইসিক্লে কুবীওঃ। তুংজেং লুচিং থৈনা ব্লাকনৈ হিনাওঃ সাবিংঃ হেঃ পালেম লাইরেম্বী হোঙনা চাওনা ললকুবিয়ু নচানসু খৈবীকপু থৌজান পিনা বিয়ু পালেমওঃ। স্নামিংথেজেম্বী উম্বী থুম কৌঈ অমদি হুইত্রোং লৈতোও মেনবি কৌই অমদি পারুংকঃ পারেচি কৌঈ। লাংওন হৈবী সাইয়োন তরেৎকী লাইরেম্বী সিদবী

হে: পালেম ভালৌ থম্বাল মানবা, খোইমোম স্নালাংপুম চেংলৌ শক পানথোংদা তাম্নবও নোংসা পানগী নদাইরেম ব্লাকমনা মানবী খুৎতপননা মুকমু লৈতোন কোন কাওবী চিরা লুক মালেম থোরৈ লৈকা পায়না চংজৌ লৈপরুনা খোইমোম ভাংলৌ থম্বাল লৈপায়না চেপনা নোম্না পুরুম-জরি। হুংপোকপী হুংপোকপীতু তকুপ তকুপ হাওকুপ হাওকুপ লৈহিপুন তরেং চীং হীং কৌবী, থুপ-থুপ কৌবী, লয়োলাং তনৌবী কৌবী পালেম লেঙসিনবীয়ু পলেম।

—:০:—

## খুৎকস্ফা

ইমুংগী মী পুম্নমক খুরু খাচঙবা লোইরগা ভাইহাক লৈরগা, লাইরিংথৌ লাইরেম্বীদা কৎলবা, অথেম্নপোৎ অদু কাৎথোকখুনা ফংহৌগনি, নুমিৎ অসিদা সেন থুম পীথোকপা পোৎচে ব্রায়বা পীথোকপা ফত্তে। থৎনা চৈনবা তৌদনা পুক্নিঙ নৈতানা লাইয়িংথৌ লাইরেম্মা অনিবু চেৎনা নিঙ-দুনা লৈগনী। অমম-অঙান ২ গা পালেম পম্ভোগা লোইননা থম্মোই লাইয়ুম কোন্দা চিংসিন্দুনা ব্রাখলনা থমগনি অসিবু ভমন্নাবদী থকসী খাসি থঙব্লাগনীএ।

## সাপাং

লাইমহাকতী অতীয়াগী ময়াদা উমলা থোক্রুকয়ে তোকম্মু কৌঈ। হায়বা কৌবা লাঈ অদুনা উগনি। হায়বগী মমিৎ শংনা য়েংদুনা থোক্রুকয়ে। তোকম্মু মৈশাংবা কৌঈ অমসু হাব্রাবা শারে। শাবী শারে। নোংদোন্দগী থংনা ম্নাংলা লৈথরক্লে হায়বগী ম্লেরা অতোনবা কৌঈ। মখুন্ন ইন্না লিখিয়ে লৈরমদে। তোক্লেন লেরা অতোনবা কৌঈ। অশাইগী ঢোক-পা শাবা লাই অদুনা থোং খিবিক্তা ফমলম্মী, থোংভারেল কৌঈ। শাবী শাবা লা অদুনা থোংভারেল শাবা লাই অদুগা অনিমক হায়না চৎনরে। নৈসুং মতৌ মশক য়েংলগা ব্রাবা শাবা লাই অদুনা থোকহল্লে। মৈনাওতাবী কৌই। পোঈয়ৈতোন লৈনাও তাবা কৌঈ। অনিমদা খুৎশু-খুৎলাঈ থাও ম্নাঈ। ছিংনা চাবা মরম ১০০ শুনা পুথোকহনখিয়ে। অসিগী মতুংদা থমনা কোব্রহৌয়ে থমঙিং কোন কৌঈ। কুরু মহান্না

—:০:—

শুকমু থনবা লাংয়া থনবা কৌবদি শিখি খমখিবা খমলুং চাং-ওনখিববু কৌঈ। নয়ুরা চীংখোং পোইরৈতোনগী মখুরোনবু কোলবানে হায়না খমমোই য়াংমোই কৌবদি হয়া হয়াহে হায়না শেহৌদবনে। খমমোই কৌবদি শিখি খমখিববু কৌই। য়াংমোই কৌবদি পোক্লক শাহলকপবু কৌই। অদুগী লাইরিক অসিবু খমমোই য়াংমোই কৌই। অমসু হায়রগ। পুরোল, লৈরোল, শেনরোলখোক মথক্কী খোকমাহাইবা, চাং মথক্কী তাংমথোইবা পুন্সি হিয়েনলৈ অরাং শরু লুতোংলৈ কৌবাদ মিং নহাবে। মিৎ নহা মহাক অসিদি লৈরাংনে। হৈ অদুনা পানবদি অনি পাল্লি। হৈ অদুনা মুস্লকপগা মরু য়াল্ল। অয়ানবা অদুবু হুপলা কৌই মরু অদুনা অথুম্বা মহি অঙৌবদি চুপ্লে। অং কো কৌই।

১। অহিংবু অঙানবা নুংথিলবু অমমবা মফম অনি মক্তো খঙলবদি মী: কৌনা পোক্লা লৈবা মীনে। হে: মী অফবা নংবু খুরুমগে। করিগীদমক হংলবদি নুংথিল অমম্বা কৌবদি মিৎপাঙলিঙৈদী, তায়পঙ পানগী নুমিৎ পানা চিংবা মালেম লৈমাঈ থক্কী তায়পঙ পানবা পুম্নমক্কী মউরে খমনুঙ মনুঙদা নুগিৎ খুদিং সিনা মরৈরি অদুগ দমক নুং-থিল অমম্বা কৌবনে। অহিং অঙানবা কৌবদি খমনুঙ অদুদা সিবদা হুকসাংবু কাওদবা নিংসা হোনবগী লিনফু খঙবা মংমঙগে হায়বতবু মংবা ওম্বা অতৈদি মংদবা কুরু মীঃ অফবা অদুবু অহিং অঙানবা কৌঈ।

মীঃ অফবা উগে হায়বৰু উঃরবা মরম অরাববু উদরবা য়াহিপ চাকচা হৈরবা য়াথং লেম্বা লিংজেল চুম্বা অহিংবু

— :০: —

ভানবা মপুক তগা কুরুবু উানা মরেবা অদুবু মফম খঙবা কৌ;। মী অদুবু অফবা ইবুঙো কুরু মহাক্কে অসি নত্তনদি কগাগুম্ববু খুরুমসি হায়বনো ?

২। থাহ্বানা সম্ভোং শুম্মী, চেংভানা চিংখৈ শুম্মী, মুহানা মৈরন শুম্মী, মুচেংনা কৌব্রু লাইচি শুম্মী, চুপ মরিগী ময়াই। লাইসঙ-যুমগী মখেবু লাইরেল ফম্বাংমৈ কংলা কোন্নুঙ কৌই। যুম মনুংগী মখেবু খমনুঙ কৌই। অংম অহিম্নাকি মপেম্মা ওইরিবা ইমাঙ থোংকি মমিং থারো তারিও' শাসু কাইপা কৌএ। ইমিং থোংকি মমিং· তী কাইপিবা কৌএ। -৩- লংমাইথেলবু ফম্বাং কৌই। ফম্বাংদা লৈবা অমাই কুরুদা লুপাহিং অপালবা মচুনে শম্বাংনা তাবুল পুম্মা য়েৎনা পুম্মে লাইপাক্তা মচু তরেৎনা তিম্লহা অরংবা থাগুম ভানলে, মখুৎতা হৈরাং হৈজিং পাইবা ফিরেৎনা স্নাফিগে হিংঙোন মচু মানবা ফেৎলে শক্তম্মা তায়পঙ লাইগী নিংথৌ পোকলেন অদুনে, মখুৎতা স্নালিক্রাং পারে অনি চৎলে, খুংসুদী খুম্নাইনা সুইমে, মদি খুৎলি অমাইবনে, মমিংদী অমাই নোংখায়বা কৌএ।

৪। পালম্লাংবু খোইয়া লিতং পোক কৌই।

৫। লানমথেলবু থোংজিল কৌই। থোংজিন্দা লৈবা অমাঈ কুরুদী মচুনা য়োৎ খেকতোকপা মচুনে, খুসুনা খুৎ নাওবী শুইমে মমিংনা কোনচিল তিংথোকপা কৌএ - মগী হিদাক লাইবাদী অসিদনে ॥

৬ - থোংনাং লাইজিংবু ফকতোন কৌই ফকতোমদা লৈবা অমাঈ কুরুদী থাবা লমকেৎপা অমাঈ লমথোইবা

—:o:—

থোংনাং লাইজিং ফঙ্গা কৌই। চিংঙ মরমখুবু থৌজান মরিক নিব অমাইবনে।

৭। চেংঙ্গ লানম্নম্ খেলবু থোংজিল মল্লা কৌই। থোংজিন্দা লৈবা অমাই কুরুদি থোঙারেল কৌএ। তায়পঙ পানবগী মপুও মুমগী থোজিন্দা লৈবা মিং অসিং অঙইবা কৌবাওঃ অয়ুক থোংহাংবা নুমিদাং থোং খিংবা কুরুসিংগী মপুওঃ সাচিক্রু চৈরাওবা নুমিৎতা পিশুমগী চিংতোন্দা খমনুঙ নিংথৌগী মমাংদা অহি নোংয়াঈগী মতমদা সিংথাবা কুরু-সিংগু সিংলুংবগী মমিংবু হায়রক্ল সিংসুবনা মাংসোকতা লৈয়ে, সিংলুংবনা ফমলেন্দা লৈয়ে, কুরু অনিমল্লা শুবা খুৎসুদী লুহাংচৈ শুইএ। কুরু অনিমল্লা অহিং পুররৈএ, থোংথিংবা কৌএ। অয়ুক খায়রে থোংহাংবা কৌএ, অনিমল্লা অহিং নুংথিল নোংমা কৌএ, নোংমা কৌবগী মমিংদী অসী কৌএ। অসী কৌবা নুমিৎতা পোকসুং পোকএ, সসুং সিএ, অদুগীদমকপু তায়পঙ পানবদা পানগে হায়ব-গদমপু শমু লৌতম হুনবাদা কৌরৌ মশিং খঙনা রাংলেন পুংফম চানা হুনবনে।

৮। ঙাইনা খেলবু নাকথা কৌই। নাকথাদা লৈবা অমাই কুরুদী মৈরি অমুবাগী মচুনে চিলচাকনা চপাল চাইয়ে, খুৎসুদী খুনিং থৌনে,।

৯। পাল্লাংবু খোঈয়া লিতং পোক কৌঈ।

১০। সাবা ঙাঈনথেল থানাফম লুরুক থেলবু ওমাং কৌঈ। সুমাংবু খেলেন কৌঈ। ওমাংদা লৈবা অমাঈ

—:o: —

কুরুগী কোননীংর মচুনে, ফিসেৎনা ঝিগে স্না মচু মানবা সেৎলে; খুৎসুনা খুতোনবীনা শুইয়ে অমাঈ মহাক্তি অতীয়া খোটয়ুম সিদবনে।

১১। খোঙ্গাংবু ব্রাবা ফোর লাওবা ফন্মাংচিং কৌঈ।

১২। ঈরুনবা যফম্ব, খুযু মিশ তয়া নুরুপচিং কৌঈ।

১৩। থানা ফমবু সায়া ঙাঈনথেল্ল কৌই।

১৪। অসিবু থোইনা। খমনুঙ অমা লৈ অদুগী মনুঙদা নুমিৎ খুদিং সিনা মরৈরি, লাইয়িরেল মাপন তিন্না লাই পোকঈ হায়বদি অসিনী খঙউ।

মরম অমা হায়গে মাঙদা চৎপদি থোঙ-ঙারেলনে। মমিং তিং কৌই। লৈহকলেন য়াশাবা কৌঈ। তুংদা চৎপদি থাংজংনে মমিংদি পোংলেন তুথবা কৌঈ। স্নেৎলম চৎপাদ স্নামহিনে মমিংদি পিৎ চিৎ পিৎ পিৎ কৌঈ। নোংলেন কিংনাঈবা কৌঈ। ওইরোম চৎপদি লিসিং চাইবনে ব্রাই পুঙলেস কৌঈ খক্তা চৎপদি অতীয়া কুরুনে মমিংদি এএ ঈঈ কৌঈ। নুংনাংলেন অপপুম্না কৌঈ। মথোঈ মঙাগী মন্নাঈদা সুঙাইনা য়োম্না লৈ হায়বগী অয়োক অকল কৌঈ। অশুম্না খঙউ হেঃ মীঃ অফাবা।

কুরুগী পাও তাক্লে অচেৎপা অথোঈবদি লৈরগদবনে খজিক্তা মপা লৈনা হায়বনে। ব্রারম অমসু হায়গেঃ পোই-রৈতোম্না থোক্লা লৈরিয়ে, সন্দঙনা নুংথোঙ হাংনা লৈবনে, খমবুঙ মশিলবীনা সিন্দুম সিলনা মথোক্লিবদো খঙনবা হায়গে মালবী কৌবদি মহাকপু মায়ে মালবী কৌঈ। মাবীনা নুংথোং হাংবা নৎতেএ, অঙাংনা হাংবানে সন্দংনা

—:o:—

নুংখোং খিংবানে, পোইরৈতোন্না খুন্থোক্না মরৈবনে,। অসিবু সিদম্নেন নাদাম্নেন কৌয়্নে অসিবু লৌনা হৈনা থমওঃ হেः মী:।

ইপারি চিৎমা হাযগে, কোরৌ নুমিৎ মঙানি ঙাই-বীওঃ ইচিক খুম্মা কৌবদি উনথম্ন্‌ তম্বীরে ইসা খুম্মা কৌবদি কানবীবু তম্বীরে। অয়ুক চাব থুম্মাদি নুংথিল অয়ু চাববু কৌই। নুমিদাং চাব থুম্মাদি নুমিদাং চাখিববু কৌঈ। অসি খৈবিকপু তম্নাবগা মালবী মমিৎ কুপ্প মনা হুম্নে। মালবী হায়বদি নুপী নিপানে। নুপীনে নিপান অনিমক খুৎশমনা হৈ: থারে কৌরুনা নোংদমদুনা কৌখৎপ্প অনিমক পম্থৌদা শুমলগঈ।

কোকপু পুরেন কৌঈ লাঈখুরেম্বীনাসৈ পিশুম অনিমক পুশুম লাংশুম কৌঈ। খৌনাওবু নোংথৌ মতোন কৌঈ। সোরারেম্না লৈ, ম্বাবা কৌবদি মিৎনহানে, নুংথিল অঙাংগী মশক ওইনালৈ, অহিংদি পিশুম অনিগী মরক্তা খুদোমনা অহুম চংনা লৈবনে। কৌক্রু কৌবা লাইদি লুভুংগী শম মরুমশুম্বা অদুদা লৈবনে কুরুগী ফম্বীনে থঙওঃ। চিংখৈ কৌবদি লিক্লেং চাম্নমা খৈবা লিক্তগী হম্বৰা লুশম অকুৎপা অদুদা তিল্ল্প সিদবা অদুনা লৈবনে।

চিংখৈনে কৌক্রুনে অনিমক্কী মরক্তা য়েনবা কৈদুশুম্বা অমনা হন্দোক হঙিম্না থম্বাঈসু মিসু: অমত্তা ওঈনা চিং-সিনখিদুনা লৈরুবা মফমদি নাম্নদনে খুদুপ অমা লুবনে কোইনা লৈবনে। লৈমরেন লৈনাও তাবীনা লৈতোন্দা'লৈ, নোংথৌ মতোম বৌবা খৌনাও মতোন্দা কুক্রু সিদবনা

— :o: —

অহিংদি লাইশ্রা কৌবী লৈমারেনগা লৈমিন্নে, নুংহিন দ ক্রু চিদবনা লাই ওঈদুনা তুরেল কৌবদা লাইখুরেম্বী লৈমরেনপা লৈমিন্নেয়ে অদুগী অহিং নুংখল থাইবনে। নংসিংকী চীংতোন কৌবাদি লেঙদোন অনিমক্কে, অনিগী তাইনবা চীং অদুদা কুরুগা থংননা লৈয়ে থাংজিং কৌঈ। থম্মোইগী থহাল অউপ অরোং অনিমক্কী মরক্তা স্নাচীং লৈবনে, মংাক অদুদা থবাম্নিচাক কুরু সিদবনা পানলিবনে। চীং অপীশক অমসু লৈবনে থবাইগী ফম্বীনে লাংরেন চিদবা কৌঈ। নিংথৌ লেংদা সিদর্বাদি চাইহক্কী সম্বাই পিশুম অনিমক্কী মরক্তা ঙাম্না লৈবনে লায়েম্না মাইথোংদা লংা থোক্লবদি হুকসাং য়ুমসিগে হাম্নরবনে, থেমজিনবা হৈওঃ।

লাইরিক অসী মৈতে ময়েক লোন অরিবদগী হন্দোক্তুনা অনৌবা লোন্দা বেঙ্গোল্লী ময়েক্লা ইথোকপা মৈহৌরোনগী লাইয়েক ময়েক ১৩ না সাবা পাফল "পুয়া" ১ ময়েক ১৬ না সাবা খুপাক খুনম লোন "পুয়া" ১ ময়েক ১৭ না সাবা পাখংবা য়ুম্বী "পুয়া" ১ ময়েক ১৮ না সাবা সাকোক থিরেন "পুয়া" ১ ময়েক ২৫ না সাবা খুনুং কোককাঈ "পুয়া" ১ ময়েক ২৭ না সাবা খাগেলবা স্না হাক্তক্কী লায়োন কৌবা "পুয়া" ১ অসিগা কান্নাবা ময়েক ৩৫ না শাবা পাম্বী কৌবা "পুয়া" ১ময়েক ৩-৬না সাবা সাকোক সারুম কৌবা 'পুয়া' ১ ময়েক ৩৬ না শাবা কাইবিরোন সাকোক কৌবা "পুয়া" ১ ময়েক ৪৪ সাবা থমনুঙ ঈঙান লৈসাবা কৌবা "পুয়া" ১ "পুয়া' ...ইগী লিকলমতাইবা লাইরিক মমিং ...মান্নদবা

—:০:—

থিরেল লাংপুম মথল মথলগী লাইরিক মমিং তোঙান-তোঙানবা "পুয়া' লিশিং ৩ গী মথক্তা লৈ, হায়নরি অঃহ অসিং কয়াঃা ঐনদি লিশিং ৩ সুনা ফংজদ্রি।

হায়রিবা লাইরিক মথক্তা পানখ্রিবা "পুয়া' লাইগী লিকপ্লম ইরম্বা লাইরিক খারা অসিদগী লৌথোবঃো খারগা ঐনা মরুপ মপাংসিংদগী, ফংজরুবা খারগা লোইননা খোমজিল তাসিনজদুনা লাইরিক মচা অনিমা শেমগৎ সা-গৎতুনা ওইহনজবনি। খুঙলুরবগী শক্তমদা অঁহে অসিংনা মিৎয়েং চিংসমবীয়ু।

মৈতৈ লৈপাক্কী লৈঙাক লোনগী খুৎসু খুৎলাই চা উ-রাকপা খার।

১। হম্বিচক নিংথৌ কাংবগী মতমদা ফিরান অমা য়ুংলগা অচুম অরা ৬ খঙনরম্মী। নিংথৌ ১৩০ পালখিবগী অপালবা নিংথৌগী মথল মথলগী চৎনবী লৈনখ্রে।

২। হৈয়া চক্কী নিংথৌ মপু থিবগী মতমদা ঈরুপন-রগা অচুম অরান খঙনরম্মী। নিংথৌ ১২৭ অপালবা নিংথৌ থুদিং মাগী মাগী চৎনবী তোঙান তোঙান লৈনরি।

৩। খুনুঙ চক্কী সেনপ্রেং নিথৌগী হাক্তক্তা বায়েন কাতিনা চপলগা অচুম অরান খঙনরম্মী। চক অসিদা নিংথৌ ১১৫ পালখিবগী অপালবা নিংথৌগী মাগী মাগী চৎনবী মথল মথল লৈখ্রে।

৪। কোয়া চক্কী নিংথৌ নোংদম নোংদা লাই পাখংবা লৈনুঙ য়াবীরোয়া য়া ইতমননা চানৈ হায়দুনা নোংদা লাইরেল পাখংবাও তৌনা কৌএ। হাকতক অসিদা "পুয়া"

—:o:—

পা নরা খঙনরে অচুম্‌ অরানগী মরমদা নিংথৌ অপিগী মথং য়োহংমোংবা হিরুং তেন্দোং-তাউথিংগা ংতা খুাংসু নহা। থাংখো পামপা। নিংথৌরেন ৪৭ শু। মোংয়াং ঙমা তাথ ংসু নহা ৪৮ সুবা নিংখোে ন(খোপেঙ্গো খাগেম্বা থাংখৌ পোম্বা ৫২ সুবা নিংখৌরেন চরাহরোংবা লিরুংতেন ৫৩-সুবা সনা চহি অহুন-শ মু অঙৌবা নিংখৌরেন চৈককপনথে অমা

থক্তা হৌথিবা. লৈপাক্‌ পুরম্বা আমাইনিংনা ইরম্বা লাইেক ময়েম্বা "পুম্না" লাইরিক সিহ্বারম্বা পোইরে ফাংখিবা সিংগী মমিং চাউরাকপা খরে। ১-হুয়ি চকতা কৌস্ত লাইলোংবনা সাকোক সারুন্‌ ইরেংপুরারি। ২-হৈযা চকতা থোংখোং করান্‌ লমপুবনা মপুথিবা "পুয়া" ৩-খু্‌ৎ চঙতা থাই খুলে ঙম্বনা ঈঙান্‌ লৈসাবা "পুয়া" ৪-কোম্না চকতাথোং ঙাক্‌ কুরুম্বনা হিরি লংসুং য়াংগেন "পুয়া" মথং পেরেতোননা সাকোক্‌ লমলেন। খোংফাং নিংচিৎ -খুদোকপা পোইরৈতোন্‌-মথং অবোইজেম্‌ তোম- পোংনা পাম্বোইবী খোংকুল অসাংবম্‌ লাইবনা মহৌ মকোক। মথং-মথং।

১-অপোই মচানা পাখংবা য়াংবী তাওরোই লাই য়াংবী ইমোইনু ২-শামুরৌ চিগোং সেকচিল ৩ সোরাসনা খম- ম্মোই য়াংমোই। ৪-নিংথৌজম্‌ ক্যাম্বা পাখংবা থিরেন। ৫ কনক থেঙ্গা সাকোক চৈকক্‌ (সুবীকা) অমম নেংং- লোন। ৬ খোংনাং থাবা ঈরু লাইসোন অতাঈ লাইসোন নাহেরোন অনম, অথৌ লৈশেমলোন অরিবা। ৭ সোরাম স্না সনকাউ মখল (৪) মরি। ৮ মো-রাং সাথি লৈমরেল নাওয়োম লৈখা নোংম্বালোন। ৯ মুমনাম তোম্বা চিং- কোইলোন। ১০ লোংজম খোমা লৈসাং খোমা হায়না খঙনরি মামহি ফাংখোং তরা (১০) ১১ বা কপুঈ তোম্বা

—:০:—

চিংন্নোন_লাইহুই। পোইরৈতোন খুন্ত্রোকপা। ১২-থোংহি মাইবা সিংথেন মিয়াৎতা পোইরৈতোন থোংহাং ১৩ নিঙোম্না হিচিকা পোইরৈতোম্নীংচিৎ। ১৪ য়াম্লেম ফৌকাক সীংকক। ১৫ খুরখুন তেবীপা হিচিকক। ১৬ সেকমাঈ ফদিবা লৈমরেল সেক্লিং। ১৭ খাই কেক্রু খাখেম্না লাংচৈ ১৮ লাংকোন লুখোই সিংথা লাতোঈ নিংথৌরোন চৈখল। ১৯ ব্রাংঙুবা লৈথক লৈখারোন। ২০ উচিবা লৈমরেল্ল সেক্লিং লৈমরেল উনকোঈ। ২১-মোইরাং লল্লাহব শ্লামহী লাইকন শ্লামহি হুইরোই। ২২ অকোইজম লাংমৈবা পামহৈবা লারৈ লাথুপ সিংকক থেবালোন। ২৩-সিন্থাবা অকোইজম নদিয়াচান্দ অনি সুবাসিং অকোইজাম্না পীবা ইংশক ১৯৪৫ দগী মৈতৈময়েক্কী লোনথিরকপানি।

"পুয়া" লাঈয়েক লাইরিক অসীগী মরু ওইবা ব্রাফম কয়ামুক মচা থায়না কুপ্না সিন্থাবিরম্না চোংথাম মেরা মচা খাইনগা মপান চুঙখাম লৈকাইদা লৈবা অমদি সোরাই-শম ধোনো খম্নাং লৈরক্তা লৈবা অমদি চোংথাম গোপাল মৈতৈ অহন নোংমৈবুঙদা লৈবা অমদি ওক্রম নিবতাই শিংজমৈ ওক্রম লৈকাইদা লৈবা অমদি ব্রাংখেম তোম্নাচৌ স্না খাগেমপল্লী মমাংদা লৈবা অমদি ইরেংবম নোবিল ক্লাকৈথেল মথা লমতোংদা লৈবা। মথক্তা পনথ্রিবা হাম্নরি অহন লাই ওইপ্রবা পনথৌসিং অমসুং ইয়াম্বাসিং—সিদগী ফংজহৌবা লৈশেম লোন অরিবা "পুয়া" ইরেং পুবারী "পুয়া" সাকোক সাতিং নোংলোন হিরী পাথওবা য়ুমী 'পুয়া' শ্লামহি হুঈরোঈ পাথওবা থীরেল তাংক্রু লমলেন সাকোক সারুম কাইবিরোন অমম নোংলোন সাতিং অচৌবা অসিনা চিংবা "পুয়া" লাইরিক কয়ামুক্তগী সিদাজহৌ । হায়ং

—:o: -

রিবা "পুয়া" লাইরিকসিং অসিগী মথক্তা অয়াংবা থাকতা লৈবগুম্না উরিবদী পাথ্রী কৌবা "পুয়া" লাইরিক অমা সোরোখাইবম পাথৌ কৌবা চঃইরেন মখা লৈকাইদা সোরোখাইবম সাগৈদা পোকপা হায়রিবা পাথৌ কৌবা ইনাও অসিগী মখুৎতা "পাথ্রী" কৌবা পুয়া ১ পা লোইননা মমিং মান্নাদবা "পুয়া" লাইগী লিকলম ঈবা লাইরিক খার থেংনজে মসিদা মীওইবগী হৌবা লোইবগী মরম সুনা ঈরি ইনাও অসি হৌজিক্কা সাগোলবল তেন্না কৈথেলগী তন্নাং লাইয়িংথৌ অমুদোনগী মশাইগোন্দা লৈরি। ইনাও অসি মী অন্নাম্বানা ওঝা পন্থৌ হায়রগা খঙনারিবনী।

মথক্তা পানথ্রিবা হায়খিবাসিং অসিগী ময়েক লোন্না চিংবা, মাংদনাবা তাকপী তম্মীরম্বা লৈমাপোকপম "ভৈগ্যা" বাহং খুমন্দা লৈবা পনথৌ অসিনা মৈতৈ জাতিগী চাউখৎ থৌরাং কয়ামুক পুথোকপিরম্মী, হায়রিবা অহন লাই ওইবা পনথৌদী মপুগী চৈতেক মশিং সুরকলবগী, বাংলেন মপুং ফারক্তনা অনৌবা সাইওন লাংওন অমর্গীদমক মপুগী খেম্লোম লানা য়োমথ্রে।

লৈখা তাখিবা "পুয়া", লাইয়েক লাইগী লিকলমবু লৈমাইথক্তগী খুনকৎতুনা ময়েক লোন পাকথোক চাওথোক্কাবা হোৎনাবা মৈতৈ চনু খোইতোংবম স্যামাসাখি কাকৈথেল মখা কোজেং লৈকাই নামৈরাকপম ইরাবোত হাওবম মরক ইরোম লৈকাই। হুইদ্রোম থোইবা মৈতৈ ককরা হুইদ্রোম লৈকাই। য়েন্দ্রেম্বম পিশকতোন চিংথাম লৈকাই। কাংজম ইবোমচা মৈতৈ ইসোক। লৈমাপোকপম তোম্বা মৈতৈ বাহং খুমন। সোয়াম বানহা মৈতৈ খুরাই হৈজ্রু মখোঙ। চিংথাম ঘানাস্যাম মৈতৈ চিংথাম লৈকাই। অমদি মাইবম ঈবোহল মৈতৈ কিয়ামগৈ মনিং লৈকাই অমদি

— :ঃ: —

নাওরেম ঈবোমচা বীক্ষন্ দিনতিক ক্লাক শিফাঈ। অমদি পুয়াম নরো অমাঈবা শিংজাগৈ মথা ওঈনান থিঙেন অমাদ হিজম মাকার মনিপুর চাঈতর মস্তি পুখি লাইরিক মা অসিদা মিংপান্দুনা হায়খি বা অঙম্বা মচৌবা পুম্নমক অসী সীংদী মৈতৈ লৈপাক্কী ঈয়েক সন্নাঈ সাগেগা চৎনাবী লৈখা-তাদানবা হোৎনাবা কাংলুপ কয়াম্লুক লৈরিবাসিংগী মন্ংদা লৈবা মীওঈ ওক্কী, হায়রিবা সিংসিগা, মতিক ময়াঈ মরম খৈবীকতী অইবনা মসিং থাদুনা হায়না ওমলোঈএ।

১। থাংজম অঙাংমচা মৈতৈ ইসৈশকপা মীয়ামগী ঈশৈ তম্বীবা অমা ওঈনা লৈরিবা ঈনাও অসিনা মৈতৈ ইনাৎকী ঈসৈ, লাঈগী সৈশক লোন অসিবু শেমগৎ চাগৎতুনা লৈবাক মীয়াম মাংদা পুথোক্লাবা হোৎনারিবা চাঈগী চৈ হী মপাল সৈশক অসি মপুঙ ফানা পুথোকপা ওমনবগী খৌরাং তৌবীবগীদমক থাং জমদা পোকজম্বা অঙাংমচা কৌবা লৈরোংথেন্দা শৈবা আসৈ তেরা লাউবা, লৈবুও নোংখেং নোংলাউসৈ শকপা ইনাওবুসু থাগৎচরি।

২। অল ইন্দিয়া রেদিওগী অটিস অমা ওইনা লৈরিবা য়েন্দ্রম্নম মুনাম্না মৈতৈ পোইরৈ স্না লৈপাক্কী লাইগী চৎনবী লাইগী সৈশক খুদিংগী অসৈ তেরা লাউবগী সৈশকতা; মৈতৈ জাতিগী অম্মাৎপা লৈতনা হায়ম্নগী মশাগী ওইনা শর্কালবগী মথক্তা হৌজিকসু অমুক মৈতৈ ইনাৎকী ওইবা, থমনুঙ ঈঙান কৌবা লাইরিক অসিদা য়াওরিবা মৈতৈ ইসৈ অসি মতমগা চান্নাবা সৈশকতা পুথোকপা ওমগনি হায়বা থাজবগী খৌনাওগী থাজবা উৎপিরি, অসিগীদমক লাংথাহান বুঙ্গা ময়াই লৈকাইদা লৈ য়েন্দ্রেম্নম মুনান মৈতৈবু থাগৎচরি কোনজেংবম ঈসৈশকপা পুরেন ললাবুও মখোও অসিদা তাংকক অমা থমজখিপে। পুম্নমক্কী মফমদা নোল্লুকচরিবা, অকোঈজাম্বা পীবা

—:০:

# মৈতৈ চৈথারোল

পরোইঈ মচিন কৌবা "খু" লাইরিক্তা মচা অমদা অসুম্না ঈরম্মী।

"শাগি বুদা ঈরাৎকদবা"

লোইদাম চিনগি সচিফোঈ থাও খৌবদি কদৌনোংগীনো? চিংগু মপুরেন খোংয়ুম লোংসমবিবা লাই মরু শিদবনা মালেম লৈওইবা কোরৌ নোংওইবা য়াংবী সিদবগী চীরেন লাংয়ন মাপন মকপু মচী পানফাইথোক্কে হায়ব লোইচাম সচিহেয়ম থাও হৌনা বৌএ।

লোইদাম সচিফোয় থাগী পানখৎকপা তরেৎনি পানপানবা লোংবা লৈথোঙ ফাৎপা সচিফোয় নৈথুন ফুনহা পাথংবা পুথারেম্বা লই অমা কপ ঈরাংহেন নফমদি কোংবদনে। লাইফম অনি অসি নোংপোক্তা পুরেরোম্না নোংপুংপ্তা পা পবনে, রম ১৭নিথাঈরান নকনা লৈএ, খোইংয়ুম লাই অনীমকপ ঈরাৎপদি চীংগু মরমবু খোইংয়ুম মখাইবনা ঈরাৎলি। তায়বও পানবগা চাবা হৌনবা পোৎলম মরম সুনা লাই ২নিগী ফিরোন মসিংসুনা কৎলি থৌরম অসি চীং-তম কংলৈ চুঙমায়ুম পোংরৈগী কুমগী লাকয়েন তাইবা চৈরাউবা বৌঈ। লাইফম অনী অদু খোংয়োম ঈরু লাইসোন অতায় লাইসোন তৌরগা য়েংৎনা থাওনা তৌদুনা য়েংলগা লৈরম্বা পোৎশক অদু উ.গা মৈতৈ পোইরৈ লৈবাক্কী কুম অদুগী অফবা ফত্তবা খওঈ

মতংদা শকাব্দ ১৪৫৭ তা মৌদিংগু ক্যাম্বা নিংথৌগী সনাহাকংক্তা চেথাবা হিয়াংলোইনা হৌই। চৈথারিবা নিগা অদুগা নিংথৌগী সনামাঙদা তিনশোন লাইশোনশোন্দুনা নিংথৌগী অমসুং লৈপাক্কী ফত্তহৌদি পুরগে হায়না লাউদুনা মানা পুইএ। অদুগা কৌরৌ নুমিৎ শীংবুম মঙানি থবক শুদে শিনহৌম্নেএ। তরেং থোংফাং নামুংনেএ। হয়াউ কুম্মে তৌদুনা কাং শান্নদুনা নুঙাই মথোঈ তোংদুনা নুমিৎ মঙানি লেপ্লে।

—:o: —

# মৈতৈ চৈরাউবা

কংলৈ শঙলেন পুবা পুয়া অমদা অসুম্মা ইরম্মী, মৈতৈনিংথৌ খুঞ্জাওবনা পানবা মতম খৃ গী ১৬৫২, শকাব্দ ১৫৭৪, শুরক-পা অসিদা চৈথাবা থোংকাইচম মরাম্বগী কুম মতম অদুদা মফম খুদিংদগী তোয়না তৌরক্লুনা মনাও ঈবুংঙো খাং-গোল নিংথৌ লালজিং পুরেল "তারোং খাইবনা লালগী তেং-গোল পুদুনা কোয়না লাল তাদুনা ঙা কোনুং য়ৌবা ওমদনবা লাল কম্না ভাক্লুনা য়ৌরকপদি অমতা ওমখিদে। নুমিৎ খুদিংগী শাগী লালগী ঈরাও হৌবনা লোইদাম লমতা থাগী ারোই (থাশিং). শজিফুগী থাহৌ (থা অহন নোংমা পানবা চৈথারোলবু নাম্থোকখিদুনা শজিফুগী নিন্দুংগা থামৈদ। চৈরাউদুনা ফম্বাল ভোংনবা থৌশীললে।

লোইদাম কালেন থাগী থাহৌ (থা অহন নোংমা পান-বা কৌরৌ য়ুমশাকৈশদা চৈথাবা খৌনাওচম তখেন, মৈ-তিংগু নোংদা লাইরেল পাখংবগী চহী কুমশীং ১৬৪৬, খৃঃগী ১৬৫৩, শকাব্দঃ ১৫৭৫ নুমিৎতা নোংদম্বা মাইচৌ অনীনা লৈপাক্কী অফ-ফত্তা খঙহন্দুনা চৈথারোল পানখৎলে।

খুঞ্জাওবগী সনা হাথক্তা শকাব্দঃ ১৫৭৪ দা থাখিবা চৈথাবা মীগী মমিং অমদি য়ুমনাক মাম্নদে। চৈথারোল ফনা খৌকারাইচম তখেল কৌঈ।

চৈথাবা অসি শজিফু থাগী নোংমা পনবদা মমাংঙৈদগী হৌনা তৌনরকই। মথংদা লাইরিক অমমম্ পাক্ চাওনা থোকচরেনি, পুয়া অনি অসিগী মরমদা।

—:(০):—

## কোন্নুং অমসুং কংলা খঙনবা

কোন্নুং হায়রিবা অসি মরম করি লৈবগী
কোন্নুং কৌরিবনো ? কোন্নুং খঙনবদী,
পাখংবা মুন্নী কৌবা "পুয়া" লাইকম ইবা
লাইয়েক-'পুয়া, লাইরিকতা য়াওরী।

তায়পঙ পানবা মপুগী সাইয়োন লাংঙল্, পুন্নমকতা অচুম্-আন্নান্ আহুই মরম চিংথদনা হ'য়েন্নীবা মপু মহাক্নী, হায়না লাইকম্ ইবা লাইরিকতা কোন্নুংগী, হৌরকফম্ মরু ওইবা মতিক ময়াই পুন্নমক খঙনবদী।

হয়ি চক্‌কী মমাংদা লমবু তুবু তরেং লৈকাম থেম্তানা পান্নবা চহি লক্ষা অমা লিশিং মাপন সুনা স্না মহিনা পান্নমই। লৈপাক মমিংদি লৈতাং কাংওইপু কৌএ। কংলেন্না লৈপাকপু পোইরৈ নমথক সারোন্ পুং কৌবদী. লৈখাদদি লাইচাউ মাং নাইবা তরেংপু নিকহল্ হাইন্দনা .পুরিএ। হায়বগী মমাই কোইরেনথক্ নম্থক্ সারোন্ পুংওঃ কৌবনে॥

নম্থক্ সারোন্, পুং অসিদা তায়পঙ পানবগী মপুনা মমিং হংন্না কৌনা য়াথোক্কনা স্নামহি পাখংবা পাম্মোইবী, লৈমরেল আহম্মক্না লোইন্না থৌরম্, আয়াববু তৌহনা খরাই আয়াববু চংনা পখাপ, মতুং ইন্না শেম্নীরমলে। অসুন্না আন্নান আহুই পুন্নমক্ লানবীয়ন্নগা কংলৈ স্না পুঙমরোন লৈপাকপু চিংঙু মিংওন্নারে॥

সাকোক লমজেন্দদী,—হয়ি চক্তা তিলি কোকতোম অহানবা কৌই। হন্না চক্তা মিয়া পোংথোক লম্ কৌই। লাংবা চক্তা হান্না শেম্বা কোন্না লোইবা কৌই। কোন্না চক্তা য়ুবো পালী স্না লৈপাক কৌই।

—ঃ(০)ঃ—

নোংপোক লৈকোইরান্—'পুন্নাদদী, হয়ি চকতা চকপা লাংবা কৌই। হয়া চকতা ইরাং ঙমতোন খোং ময়াই কোই-রেম খোং মক্কেপাক্ কৌই। লাংবা চকতা পোইরৈ স্না লৈম-য়োন কৌই। কোন্না চকতা মুরাপালী স্না লৈপাক কৌই। কৈশেন্লোন্ খারিবা পুন্না, দদী। হয়ি চকতা ভিলি কোকতোম, লৈকোইরেন্ কৌই। হয়া চকতা মিরা পোংখোকলম্ কৌই। লাংবা চক্তা পোইরৈ স্না লৈপাক কৌই। কোন্না চকতা ময়াইগুম্ ভোংপান স্না য়োইকোনমুঙ কৌই।

হয়ি হৈয়া কোন্না চক মুরা পালি স্না লৈপাককী চকপা-স্নোন কুমছিং চহি মাপন্না মরোঙ অমা লেপ্খায়বা মতুং লিছিং ঙক্কা লোমগদবনে॥ অন্নয়া লাকলম্এ॥

লাইখোং মছাদগী থায়থিবা সেছোংপাং সেরাম পাং অনি-মকনা কোন্নুংগী থাথংবা বোম্দা কৈবনে পাংকম, অনিমক্না লাইরমপাং ঙানংপাংতা কাওথিছনা লাইগী মনাওইনা লৈবনে মূরা পাং কোঙা পাং অনিমক্তি সোকফদবা পাং মকমনে। হৌকম, য়ুম্ফম, সম্নোং থংবারোম্ য়ারৌ পাং কৌএ।

কৌক্রগী ইরম্ ইম্না সাম্নোং পাংবারম কোংবা ইচিন্না লাইগী পিপা ইরেল সোইগা অনিমকী মরক্তা লাইগী কোম্ অমা লৈবনে। মোংবা হন্বা চথাবা তোরৈ থেককী তোলোম্ মনাক্তা থরাই মমাই লৈফদবা চেংঙা খুভম হোংফদবা মুহা-রাবদা নিঙবা মকম্নে।

মরিং খুনফম, লোকগী তোরৈ রাংমনে—। থোইরাং-খোম, মোংবা হনবা চথাবগী খোংহাম্পাং কনছেন্ পুর্ত মর্কম অসি থঙউ। খোংহাম্পাং অমদি লাইরা পাংকা তিনবনে।

—:(০):—

পাখংবগী য়ুমন্দি তায়ান তরেৎ সংগা লাইরা প্লাংকা তোংলোংগা ছুম্লাবনে।

তায়ান সংদা হনলোইথম্বা হনলোইহুনা মত্তাদং চারুইএ,। কেহল্লবগা মরেক মহাও অহু খিবিকপু পাখংবনা চাইএ। লুচম্ ফমদি তেংগৈ খানে এয়াং পানফৌ ফমনে লু ফৌএ,। অহুগা মংলেন্ চনবনে। কংলাগী লৈচংদি পাখংবগী পিশুন্ মপানে অহু হেনফাৎ,। লিশম্বা লিছায়স, ময়েংবম্বা মৈহৌএ,। লৈহন-ফমদি কংলানে।



—:(o):—

কংলাগী মেনকম্, লমংলেন্ থারেন থাবু লাইরোনসু তরেং খাখোং তরেং শেয়া ফাংলিবনে, খোংলম্ তরেং মক্লা কোয়া চেল্লিএ,। হায়বগী কোয়ুং কৌএ। য়ারম্ অমগুং লৈখাদা চেল্লিবা খোং তরেং মক্ত্ থঙনব হায়্গ। খোং অমদি কোং-বনে, অমদি পুমছাই খোননে অমদি নোংঙেংনে, অমদি মুংখোং মুংনাওবীনে. খোংতরেংমক অসিনে, খোং তরেংমক অসিদী, মমিং অমা ওল্লে। খাখোং, লাইখোং, মবোংখোং তিনহাখোং, চরোইখোং, য়াম্বীখোং খোং তরেংমক অসিনে, তরেংমক অসিগী লুচিংবদি নোংদম, খোং কৌবা খোং অমা লৈএ। খোং অসিদি হায়রিদে।

খোং অসিদি মপু মহাকী কিথুপ্ মরিনে, অমদি কংলানে, কিথুপ্ অমদি য়ুমচাওনে. কিথুপ্ অমদি মুংকোইবীনে, কিথুপ্ অমদি য়াওরৈবীনে, থেন্ মরিমক্লে। কুরিং শুংদাইগী তিনসিনকম্ কারলগী, মফম্দি মোংবা চীং মহুৎনে, অশুম্ খঙউ।

তায়পঙ মপু খোইয়ুম অতিংঙা সিদবনা তায়পঙ পানবা অসিবু ছেম্বা লোইরবগা সাইয়োন লাংওন ছাম্নারকপা অসিগী মশক্ খোকহন্লগে হায়হনা কৈদোম্ মাপন য়াংলে হায়া শেম্বা লৈপাক্কি তিংকেংক্ লৈকোইরেন্ হায়া শেম্বা কোয়া লোইবা কেঁএ। লৈপাক্ কৈদোম্ মাপনবু খোইনা য়াংএ। হায়বগী-দমক্ তিললী কোকতোং লাই মকোন্ কংলা নোংখৌ স্না ক্ষীরেন্ অখোইবনে।

## মৈতৈ লাই হরাওব', অহানবা হৌথিবী, অমসুং নুংঙেং খঙনবা

য়ারন অমদি করিগী খোইনা য়াংবনো? হায়রবদি লাইরেন তাউরোই লাইগী মখোইনে, অতুগী মথক্তা কংলা ছাইএ, করম্মা

—:(০):—

ছারিবনো ? হায়রবদি, লাইরেন, অমা, থেঙ্গ, অমা, ওক, অমা যন অমা, শামু অমা, লাইঙ্গাও অমা, অহমদি হায়রিদে। মাপন, অসিনা কংলাগী মথাদা থারিএ অদুগী মথক্তা কংলাগী মুনজাওবু খুছপ, তরেৎ থোলকংপা হায়বদি অসিনে।

কংলা নোংলৈ য়াং,-ময়াই থেংকুরুম চিং, মৈতোন হোইরো-পুড, পাকপ, স মেপাংগান, কংলা মা য়াইকোম্বু্ড মা লংবচীং কংলা মা পুঙমরোন, চোইনৌ মা মোইথম্পাল, কুরুম, মাচীং লুকোক, চিরৈ তোং, তিম্লি কোকতোনলেন অহানবা, নমথক, সাযোন পুঙ, ময়াই মুপ্তে ংপাল, মুরা পাল্লি মা লৈয়োন-লৈপাক লৈথোইরেন, মরান য়িমতম পুঙ, পুনেম তাইবী লোককংলা রা ফোংপাৎ, তিংডি বা ফোংলক, লৈপাক পামবিলেন, থরাই য়াইপিকোন, কোইলেন সোক্তোক পুঙ, কংলা কম্পাল্লাং থম্পাল লৈছমমুঙ।

কংলা লাইকম অসিদা মাচিং লাইকম, লেপলে, থরাই পিচাক নিংথৌ সিদবনা চাং ওইনা খল্লিবনি। কংলা লাইকম অসিদা ফিরোই মা লুপা লৈসং হৈ-মানম, নাইবা লৈ মরম-৭-৯ হৈ-মরম- ৭-৯ অথুম অহাও: চুঙৌ মছি য়াওনা থোরম তোর-বদী, লৈবাক নিংথৌ পুমমক লৈমাতেক হৌনা নিংথৌ নৌহৌনা পালফারে খঙলগনীএ। উত্রাদা কনছুনা সাম্নৌও' লাইনিংদী মুংলিংলিক-লিক অসি হায়হনা সোল্লু॥

থোল তরেৎ থোলাংমৈ মৈতৈ মা কংলৈ পুঙময়োন হাননা শেমবা কোননা লোইবা লৈপাক পাম্বীরেন অসিদা মৈতৈগী উনংলাই হরাওবা হৌদোক্লম। ১—তিংডি রাফোঙবা,। ২—লাবা

—:(০):—

নোংলৈ ফম্। মী অনি অসিনা মৈতৈগী লাইহুরাওবা হৌখী। নোংইল্মু পাখুপ পুযাগী, লা ৫ দা য়্যাওরম্বানে॥

হুংলেং অপিশকা ঈশিং কংলে, হায়রবদি চন্দ্রা মমা চেং খোইদিং স্না কোনয়াই পু ১ সংত্রৈ লাংথৈ অসি য়াওনা লাংও; ঈশিং ংখোকনি, মিংথৈদী কোংলিং "পুরুক. চন্দ্রদি তাওথং-লম্বনে,



## থবল্লুং ঈভার্ন

—:(০):—

মুংজেং থেলেনগী কয়াংনা মুংগোইবী, য়াওরৈবী, ওকসং লাংসং মরিমক্লা কংসাবু কোইনা লৈরিবনে, তুরুপ্ময়েক অসি থঙববু ইরম থঙবা কৌএ। মভাইমা কৌবদি, ওকসং মকমদা চিংঙ্খোইয়ুম লাইরাম পুন্নমক্ ওকনরে হায়বগী ওকসং কৌই। মভাইমদা লানসিনলে হায়বগী লানশং কৌএ। শুনজিনগ্রে, হায়বগী শুমশং কৌই।

লাকস্নুং লাকলে, কংস্নুং কংলে, কংলানে। অসিদা মরম, (মুনি) তরুক য়ানরে, থোংফাং তারেং থেংনৈয়ে, মকমদি কোংবগী ঈবোংনে মুঙ্গোইবীদা থানা থেকলে, য়াওরৈবীদা মুমিং থৌবএ। কংলাগী নাকচিদা থবাই পিচাক নিংথৌসিদবা থোকপনে, অহুগী-দমক মন্নাই শুমদোংপান কৌএ।

মুঙ্গোইবীদগী মুংজেংগা কৈতেন্‌বীগা অনি মকনা পুমছাই-থোংদা থোকখিহুনা কৌক্রনা তিল্লুইয়ে, কৌক্রুদগী চিংগোই মুং-থোং মুংলাওবী, কুনশু থোং অহুম মকনা লংমাইচিঙদা ইরম্ কাহুনা লংমাই চিংতোম্না লাইথুন্ অহুন্ লৈবনে মন্নাই লাই-থুন্না কংলা য়ুমজাও সঙ্গাই ওকসং লাংসঙ থুরাই, বা থৈ, থ্রাই, য়াইস্কুল্ কোইনা তুরেল্ মথেক মাপন্মক্ কাওনা চেলহুনা মুংবী চিংমুঙ হংতা ইথম্বনে, য়াওরৈবী, লৈথোমশং সংলাওমৈ য়ুমজাওরেন্ সঙ্গাই মরি মকনা তেৈদ থাদা তিনবনে, মুঙ্গোই-বীদি নোংপোক্ অপান ফমনে,। ছাসং ফুমোই ফম্নে, য়াও-রৈবীদগী হৌনা থোক্খিবা মফম্ অহুসিংদি, তিনথুনগী কারবনে,।

উমং ৯গী লাংপুম্ ফিদবা খোইয়ুম্ লাইনা থোইয়ুম লাই অমায়বদা পিরারমলে, মাইকৈ ৪ মালেম চিথেক ৮ মুংভাই

—:(o):—

হারৌ কাৱন ১৬ লাংদাই ৩২ ছিংখাই ৬৪ গী সারোই ৬১ নোংথাং লৈমগী জোগ্নি ৮১ মরু ওইবা উমংলাই ৯ লাই মুৱা ৭ লাই অসি থৈবীক কংলা লাইফম ১০৮ দা কম্‌দোংতে। খোইমুম লাইওইবা অমাইবনা মীৱম্‌ লাইৱম্‌, থায়না কারাং খেলাও কুরাক লমদাইরো। লৈপাক মৱা চেংনা মহাও কানা পালে।

মাইল্‌ ৪ মা কোইরিবা কোম্নুং মম্নুঙদা লৈরিবা কংলাগী লাইফম্‌ ১০৮ লৈরিবা মফম্‌গা লাই মমিংগা কোমনা ইবা লম্বু পাফল্‌ মমেক্কা লোইননা মথংগী কংলা ফাংখোংলোন্‌ কৌবা লাইরিক ১ পুখোৱাবা অথুবা মতম্‌গী খৌরাং ১ সিন্থোকপা লোইজরে।। পাথংবা মুম্বী "পুয়া, ১ দি লৈশেম্‌লোন অমন্নুং মীয়াং ১ দি লৈথা কৌবা "পুয়া, লাইরিকশিংদগী খোমজিনজবনি,।

———

## পরিং চুপ্তা সোম্নাবা

অঃ হিং থাংচিঙনে, হঃ হিংঃ কৌক্রনে, মঃ হিং চিথৈনে, সঃ হিং মারাচিঙনে, খে—হিং চুম্মি থাং লাইরেম্মানে,।

চুপ্‌ অমমম্‌দা সোনলাপা মুংউ মপুহুগী ৭ হুবা চুনলা।

—:(০):—

## লঈ-পুঙ থৌ ৯গী পাকল



### "থেংকৌ" খণ্ডনবা

থেংকৌরোন ৯ গী মমৈ মকোক খরা

ময়াইগীদি থংনাবদা মমিং মপালৈনা হায়রী। ।

অহানবা, য়েনহৌতৈগী. তায়পণ্ডপানবা মপু, কুরু সিতাপাপু থুরুমতানা ঈচারনে, তায়পণ্ডপানবী,—কুরুনা লঈপাক্ সেমপাতা, লাইপাখং-৯ মানা, লঙ্গনেং ঙঈতা, খোকখিপাতী, কাইনা ২ নেংএ, আকাও থেংকৌখীয়ে, চোংচিন ২ নেংএ, লঈকন্

—:(o):—

থেংকৌ কৌথীয়ে, চোংথোক ২ নেৎপনা. মোংফন, থেংকৌ কৌথীয়ে, সিকনা ২ চোংনা ২ নেৎপানা. লঈকক থেংকৌ কৌথীয়ে, চোংথোক চোংচিন নেৎপানা, লঈচাই থেংকৌ কৌথীয়ে. চোংনা ২ না ২ নিকপা ২ নেৎপানা. লইনেং থেংকৌ কৌথীয়ে, অসোমনা আমাকক. তায়পঙ পানপা মপুনা আকোনপাতা. লঈফন, ৩লক ফন্যে, লঈনিক্ ৭ লক্ নিকয়ে. খোংফম্ ৭ থাংয়ে. লঈফন্ ৩লক ফন্যে. লঈনিক ৭লক্ নিকয়ে, অসিপু লঈ-খোম, থেংকৌ কৌথীয়ে আতুম্না লঈপাক সেমপা লোইবাপাকা ।

পাথপা কুরুনা. কেক্রু পানতা চৎথীতানা, মতোমমাক মাতানা ককতানা, সাসিঙ চামা ফারে, লান্ সিঙ চামা ফারে, লান্ সিঙ চামা ফারে, হায়না চিঙ কোন থেন কাতানা, আথোম্ থেংকৌ সায়ে, লাক্থা লানমী কৌতানা য়েন্পুম ছুইরোই চনযে, মাকোকনা অমম্বা য়োইথীয়ে ।

আমা লক ককতানা, মামইনা পাফল্ য়োইথীয়ে, মাসানা লাইচৌ য়োইথীয়ে. য়োই মোংপা তাওথিংমাঙ ১ মানা, কক-লেন ফাপা লোইরাপাতাস্থু, সাসিঙ চামা ফারে, লান্সিঙ চামা ফারে, হায়না, তাওথিঙ মাঙনা সারিক্ পানতা, থেনকাতানা, আথোম্ থেংকৌ সাইয়ে, লাক্থা লানমী কৌতানা য়েন্পুম্ ছুইরে ঈ চনয়ে ॥

খুইকা, পাথংপাকা হাংনা ঙঈতা, পাথংপানা, খুইপু মাঙক্ ককতানা, সাসিং চামা কারে হায়তানা, চিঙকোন থেং কাতানা. আথোম্ থেকৌ সাইয়ে, য়েন্পুম্ ছুইরোঈ চনয়ে, খুইকি মা-থারাইনা. রাকম্ পোম্ য়োইথীয়ে, আসুমনা নিংথৌ মরোন ১ তৌলকপা, ॥

লাইয়িংথৌ চিংথংখোমপা,-আথোম্ চামা য়োন. চিঙকোন থেংকাতানা, আথোম্ থেংকৌ সাহনথীয়ে, আথোম চামা য়োনপু

—:(০):—

ফাৎনারাপা মভুংতা, সাপাতী, লাইয়িংথৌ চিঙথং খোমপানা, কুরু অঙোম্ কোপীতা, লাইরিক্ লাইসু, পুলান, থৈপিক সেম্পা, পেনরে হায়ভানা, নিংথৌফী সাইচোনপা পিয়ে, কুরু আঙোম্ কোপিতা নিংথৌফী, কংলকপা তু কোপিনা, লিংতানা, লাকপাতা, চেক্সা নোংথোনপানা হায়রম্‌য়ে, অঙোম্ কোপি নঙনা, নিংথৌফী লিংপাপু সালাল্ করম্পা কাতানা, লিংপাকে, ।।

ঈকাইতা পারা হায়রাপাতা, কুরু কোপিনা, চেকসাপু নঙতী, লান্ সীতা ফাপা নৎতাপারা, নংতানাসু লিংপাতাপু, লান্ চঙ ফাপা ঐনাতী কবি লিংতা কাতাপাকে, হায়তানা থৎনারাকপাতা, চেক সানা, নঙনা লান চঙ ফাইএ ঐনা লানসী ফাই হায়পাতী, করমনা ফাপা হায়রাপাতা, কুরু কোপিনা, নংনা ফাপা লান্তী আথোইনা লান কৌতানা, সামী লানমী চনতানা, ফাপা লোইরাপাকা, কোননা লান সীতা ফারুপা নৎতাপারা, হায়তানা থৎনারাপাতা, লাইয়িংথৌ চিঙথংখোমপানা, চুমরে হায়তানা, কুরু কোপিনা চিঙকোন থেন কাতানা আথোম্ থেংকৌ সাথীয়ে, আতুকী মভুংতা ।

রাংথৈ পস্তিট কোপিরাম্, পাচা হনপানা, পাচাহন লাপাতা আথোম্, থেংকৌ সাথীয়ে, খঙওঃ ।। থেংকৌকী মবোনতী, আকাও থেংকৌনা খোমপাতি, চাক-ঙা হোঙয়ে, নোংফন থেংকৌনা খোমলাপাতী, লঈপাক নোংথৌ পুকচেল তিননাতে, নিংথৌ মাপুক সাউএ, লানকক্ থেংকৌনা খোমলাপাতী, সারান্ মাথে রাংয়ে, ঈলঈ পাকনা লানফায়ে, লঈ চাই থেংকৌনা খোম্লাপাতী লঈপাক্ তাক ফাইএ, নিংথৌ সীত্র, লইনেং থেংকৌনা খোম্-লাপাতী, লাইপাক মারা তপ্এ আথোম্ থেংকৌনা খোম্লাপাতি

—:(o):—

লঈপাক নিংথৌ মারা তপ্এ, তানথোঙ লেনথোঙ মায়ুং মাকৈ পাক্না পানএ, নিংথৌ পুক্লিং হরাউনা মুঙসাংত্র ॥

থেংকো কৌশাতি, লাইয়িংথৌ পাখংপাকী মাথেক্ ৭ মাতা সাপানে, আতুকী থেন্ ৭ মাকৌপানে, থেন, ৭ মাতা কাতানা সাএ, হায়পাকী, থেন্কৌ কৌএ, আরুপা রানে. আম্নমনা খঙওঃ ॥

রা চিপুতী মুমিৎ চায়োন্ ৭ মাতা সাপাকী রা হায়কে, নোংমাইচিঙ মুমিংতা সাপাতী, চিঙথৈ ওন্কানী মারা চিঙ ল্ইপু নিঙকানী, নোংকন্ থেংকৌ সাকানী,। সাকোলসেন্ মুমিংতা সাপাতী আরাং ওনকানী, লাইনিংতী আরাং কৌপা লৈমা লাই খুম্ব হানপাপু নিঙকানী, থেংকৌতী, আকাঙঃ থেংকৌ স.কানী,। য়িরাই মুমিংতা সাপাতী, কৌপারু লাইচী ওনকানী, লাইনিঙতী, কোনচিন, তিঙথোক্পাপু থুরুম-কানী, থেংকৌতী আচোং থেংকৌ সাকানী,। থাঙচা মুমিংতা সাপাতী, নোংচুপ্ ওনকানী, লাইনিঙতী, থাঙচিঙ লাইপু থুরুম্কানী, থেংকৌতী, লানকরু থেংকৌ সাকানী,। য়ুম্শকৈস মুমিংতা সাপাতী, মাথা পাংকানী, লাইনিঙতী, রাংপ্রেন চিঙকী লাইপু থুরুমকানী, থেংকৌতী, কঈনক্ থেংকৌ সাকানী,। লঈপাকপোকপা মুমিংতাতী, কক্চিঙ মঈরম্ ওনকানী, লাই-নিঙতী, মচিঙ লাইপু নিঙকানী, থেংকৌতী, আথোম্, থেংকৌ সাকানী,। নিংথৌকাপা মুমিংতী, নোংপোক ওন্কানী, লাই-নিংতী পাম্থোইপীপু থুরুম্কানী, থেংকৌতী আথোম্ আচাঈ সাকানী, আম্নমা খঙঅঃ, ॥

## মুমিৎকী ফম্বাল রা

লাইরেম্মা লৈমরেলনা মুমিংতা চোংসিনলকঙৈগী মমিংদি মিংতরেংমু কৌই। অমরক ইনখংথিরে কুপতারেংমু কৌই অমরক্

—:(০):—

ইনখংখিরে সুক্তরেংমু কৌই। অমরক্ ইনখংখিরে ঙাংতরেংমু কৌই। অমরক্ ইনখংখিরে ঙাংসংলেন সংতরেংমু কৌই। মুমিংতা থুঙলে মনিংদি ঙাংতুনমু কৌই। অমরক ইনখংখিরে মমিঙদি রঃ হিঙচি কৌঈ।কম্বাল্ রানে নাওয়োমদি তিক থুপয়োম্ তরেং কৌঈ। মমা নাওয়োমদি য়াম্‌কানে মথকৌদি তিলিক-তিলিক য়োম কৌঈ। লিন্ য়োম্‌সং কৌঈ। নাওয়োম্‌গি মিঙথৈনি। রারম্ অসিবু খঙজরবদি চিংঙ্ খোইমোম্ লাইনা চানলে-মুমিংকী কম্বাল্ রাদি অসিনী।

অসিনা খৈরবনী,। নপন তুবী অঙানবা কোবৌ নোংবু খোনবা চমু মালেমৈবু লুম্বা চমু নোংপোক মহৌ লৈয়ংইপাংগা নিংথৌ চমু পাইমা স্বালিনগোইমুংগী, থোহু পুংপাক্ থক্তা নাও-নৌবা চানা লম্‌থাং থোনা খোইরেনবা, লাইজা ঈপাকথক্তা মিংথোংবা, লাংলেন্ কোংয়াং রাতোন্ থক্তা খংতাকপা, নোং-পেংক্ মরাইতা রাইরং লম্‌না তাম্বা চীদোন্ পোক্তা মচেং কাইরেখোং মরক্তা চীথৈ খোংতিং লৈনা হুনলগা মালেম্ খিংখিং খেঙ্গারকপা থবিসেন্ কোইরেন্ অপালবা, মালেম্ লংজথৈ য়োইময়াই মুমিংম খোম্মতোন অতোনবং হেঃ খাগী নহা নকাবা মুমিং রাংনাকা থবী রাংনা হুনবংলক্তে।

য়োইময়াই অঙানবা মুনিং মা নংনা লুবগুম লুজরগে থবি নংনা সেংবগুম্ সেংজরগা থবা নংনা পানবাগুম্ পানজরগে নশক নিংথিবা নঙান্ অরাববু সিঙেল চিমাগে লৈরাং ঙান্‌নগে তম্‌দা য়েংলে কোনা হোংলে। সং সং ত্রে সংত্রো পিলোঃ সংত্রোকা রাইনৌসে চরোলাংমৈ্ রাইনৌসী, মুমিং নংবু হমা-হমা পুনেমজৈ।

হেঃ ইপু মোক্রোকপা পোংলেন হনবওঃ স্নালৈসো তোংবা ইপুওঃ। লাহানবোং মালেম্ লৈশেম্‌তৈদা, ইপুগী নকাদা তোকপা

—ঃ(০)ঃ—

কংলবদী, ইপুনা মুঙাঙ্গ ঈপুন্ মুঙসাং মহৈপী হায়খিঙ্গেী য়াথং তুংইন্না অসি নমুতায়পঙ উমংলাই-লাংপুম্ মোমুনা ইপুদা তোকপা কংলবনী, তায়পঙ মোমুগী লাংকম ফংতাবা অপায়বা খোংবা লিয়ৌ লৈংম্বা পুম্নক্ তোকপা কংপাগা ইপুনা পুবীগ্রো তোকপাবু হঃ-হঃ-হঃ কৌএ। তোকপা হোঃ-কংলবনে ইপুদা অসং কৈপূগি মমিংদি মপুঙ কৌই পাও চংপাদি হঃনা চংলি, পাও থাবদি রঃ-না থাঙ্গ পাথংবগী নাদায়েন তাউরোই লাইদি সিদবা হংসে কুরুগি য়াথংনী।

হেঃ মুমিং মা অপানব সিদবা মহাকী নঙান ৭ না মুমিং চয়োন ৭ ওইংগী মিংলেন্দি তাংহুইরেং অহন্বা লাইরেন্, তাউদন্বা, য়োইমংাঙ্গ্ য়োইখোমথোক্ খোমথোক্ নানৌবা, য়োইপরেং পরেং লৈসংবা কোয়ৌ মুমিং ৭ তা পোকচবা নতাইরেম্ নম্বা অং কঃ অসি মুমিং নংগী সিংপুম্ ১১ নি স্বরবগী য়ুম্তৈ নাসেংলবগী নঙান মশাবু লাংজবা ফংজরে।।

নম্বা নদাইরেমগী থিক সেংবা থাসেংবা, ইপূন মুংসাংবা মুঙাই য়াইক মহৈ পুম্নমক পিনবিয়ু॥ তাইসিকে কুবিঙঃ হাউং হায়েং॥ চুহি-থাই হদা লফোই ১ থাধছুনা কংলগা কোয়ৌনা লংখংলকপা মতমদা পুংজা খেনদোং মপুঙ ফাবদা মাংগোন্ ইসিন্কমদা নম্বা অঙাং মখুং ২ তিংথোকহনলগা হাউং হায়েং হায়না—

হৈথাবিগনা।। নম্বা অঙাং নুমিৎ, থা থুরম্বা লোইরে॥

নুমিৎপু য়েংনা শোলম্ম্।

অতীয়া সিদবা লৈতেংগী মশক ওইবা মুমিংনা থানাম্নং য়োকপা ওমম্রাবমুং মুমিংকি মশেকতা লৈবা তম্ফা পাথংবা মানা মিলিং দং দং॥

—৫(০)৫—

## থাগী কমবাল বা

লোইদাম থাজা পাথংবা থাজ থানিংথৌ মুংদাং তাংলৌ লৈনা থেংলবদা অমমম ভোনবা নাক্লন শিরবদা লৈতেংনরিবা নংবু পুনেমজরি এঃ কুবিও।

অমরক কৌবখি থুপশী লৈতোংনু কৌই কেং রেঃ চিংমু নপ কৌই। অমদি তিল তাবেং লিক কৌই। মিংথনে নাওয়োমগী মমিংদি তিল লিকক্ষা যোংনি মুবংমু য়োমবি য়োংমু কৌই, থাগী কম্বাল রানে লাইথি থৌগী মবা ওযবা রানে। লৈমরেন সিদবীনা থাংগী ছইরিগুম কুপথংবিবে মমিঙদি— হঃ য়ীং হয়ি নপ কৌই। অমরক ইনথংখিরে হঃ নপ তারাইগু নপ কৌই। অমরক ইনথংখিরে তরং তরেং লিক কৌই। তাইপং পানবগী মরুনে মাতোন চোঙবা রানে পাথংববু সংয়ে। অকঙবাবু সঙরে ইপুন মুঙসাংবা পুন্সিব রানে মচু হৈবাইগুম্বানে লৈমরেন কমপাল রানে অসিদগী লৈবখৈবিকপু তোঙ চিনা চিঙবাগুম চুপসিনবা লৈমরেলগী মমিঙদি { হং চিনপ } কৌই। { রুম নপ } কৌই। লৈবা খৈবিক্কৌ পুক্রিঙবু চুপসিনলাগা লৈমরেননে, অসিদগী থংবান- পিচাক নোঙথৌ সিদবদা ইনথংখিরে। মমিংদি তরংনোম লৈ- নপনু কৌই। অমরক ইনথংখিরে মমিংদি তরংনপ কৌই। অমদি অংঙপ তাবৈচি কৌই। মকময়োরে মমিংদি—

খিরিং তারং কৌই। অসিগী মপুক মমুঙদা লিক্লানা লংনা লৈরে মমিংদি { লৈহোপ নপ } কৌই। চিংসিম্না সোনলো মিঙথৈনে।

## থা থুরুম্নবা

হয়ে হোনপ তরেং হন্ন-নপ কৌএ, মোং তরেং তরং কৌএ, থা হন্নী পানবদা থাদা য়েদুনা অহুমলক সোনলম্ মুঙতিগী তৌ থাপুংদা উনসি হায়রম্থ, থাপুম পূর্নিমাগী থানা থোক্লকপদা থাবু য়েংনা ওবা মথে কোনলগা থাবু য়েংবা মহৈ থোক-নিঙো নিংবা মতুং ইমা হায়মিংবা হায়রু কুমনে।

—:(০):—

## সায়াংলোন কুরুগী কায়াৎ মাপন

হা অং হায়েং-লহান নেংং মমুম লুরেন, লোক, লুরেন খুম্বীরেক মানভক থয়াঙ্গী লাক থংনিং লোম্বা লোক, খুংখোম নাংৌলোক থৈয়োং চুম্বা লোক, চিংগোই পাওবলী মখিং ইখৈখোং আচনবা লেংলৈ পাকনা হংথবা পাংম্বী নাওথেম চিঙ থৌড় মুংশম চীং লাইমুরা ভাবনা হনলগ লাই পাখং-মাপান্না ওক লৌিং মুদা ফিবুল ঙাযবোং চিঙদগী হৌমিনরকপ. চিংঙ খোইমুন লাই য়িংথৌ খোইমুম য়াইবী যেনতৌবৈগী য়েংতৌ মচিনঙৈগী অমম লৈসা হনলকপা যাইবী ওথি হনমোইন খেরে মুংগাই ভগুপহৌ পোইদিং নোংথাং ভরুংলেন ভরং লাইজা ঈপোকলকপা— লাইনিংথৌ মুংনাং চবাইলেঙ্গী আহনবা কোরৌ কাবীবা রাংবন কুববা রাংবা নিংথৌ পংঙম্বা হপলাং মপান্না হাবা মউ লিংনা মিশেমপোং কাযবী মহুম মুঙকুম পরিং লাংশমথা উকা মাইথোংয়ান, মালেম লৈংশম, লৈংভৌরকপা চীংঙ ইবুঙোং নদাইরেম মকপু লেপনা ললাকুবীকম্মো মালেম, ভাযবঙ পানবগী মবুংঙোং লৈকোই খোইকোইবা মচি লল মন্না থরুই য়াইবী শিমাবা অংকৌ য়াইবীরেন মিবা. খোল ৭ খোলনা পুঙগী মপু কংলা য়াইকোন মুঙগী য়াইমনিক ভরংবা হীমন্না সিদবগী মক্ক লেম্ম ওইবা লাইনিংথৌওঃ।

ঈহৌ-ইপুগী হকসাংদগী ঈয়েক তরেৎ-সল্লাই মাপন পোকই। মিং য়েক্তগী অঙোম পোকঈ। মিং ওইদগী মঙাং পোকঈ। নাকোং য়েক্তগী লুরাং পোকঈ। নাকেং ওইদগী খুমন পোকঈ। নাতোন য়েক্তগী চেংলৈ-সরাং কৈসাংথেম পোকঈ। নাতোন ওইদগী খাবঙানবা পোকঈ। য়াদগী মোইরাং পোকউ। খোইনৌদগী হৌয়োক উসঈ পোকই। অতন্ন ঈয়েক-তরেৎ সল্লাঈ মাপন পোকঈ॥ লাইপথং ৭—৯ পুথোকপীরকপা মপু সিদবগা, লাইপাখং মবু শেম্বীবা মহীরেন, সিদবী-সিদবরু পুনেমজরী ॥

—:(o):—

লাইরিক হায়বসী লম্বী লমদাংনী, থেলগী থেংকৌদী, খোংখাং খুদিংগী য়াহৈ আমমম্ হায়রগা থাংগানী, ফুঙকা লোংচুমা ও লৈনা-লৈনা ২৭ অমদি ৮১-৭-৯ গী খোংখাংগী, মরোন্ অকুপ্পদি আহন্ নাকতা চংজাবগা, জাগোঈ খুংথেকী মরোন্ আখঙবা আহৈবা আহন্ লাই ওইরবা সিংদগী খঙবা ঙম্বা য়াঈ। মমৈ মকোক্কী, মরমদী, অসিনা চৎনবা য়ারে ।।

থেংকৌগি মরোন্-অকুপ্পা খৈনা খঙদবা মীনা ঐ আমায়বনী, হায়রবা, ঐ অমাইবনী. হায়রিবহু অঙাংদা লিন্ কিদবা গুম্বানী,। লিননী, হায়রবা খঙলম্লাবদী, লিন্দু পাইরোইদবনী,। মী মহাক্না হৈরে সিংঙ ঐ মঙাইরে হায়না চৎচারাবমু, লৈরাং নারোই-দোংনা কানা কাজান সাংলাবমু মকম্ পুম্নমক্তা চম্নাবা য়াদবা-গুম্ বারকতগী, হেন্দবা সিঙেল লৈরাং নারোইদোংগা পাঙখক্নী।

থেলগী, আমনুং থেংকৌ হৌরকফম্ মরু খঙদবা কানাগুম্বানা ঐ পাস্তিটনী, ঐ মাইবনি, হায়জানিংহ্না হায়জারিবহু আখঙবা মীনা নোক্নাগা পাঙ্গল্ হান্নী। খঙবু খঙত্রবদী, ইকায়বা্ মরৈ-ত্রে,। হায়বসী, মীয়াম্না খঙনারবা য়াকমনী।

মৈতৈগী য়েনহৌঙৈদগী চৎনবী, আইন্সিং মরম পুম্নমক্ লৈ, আরাঙবা য়াখলগী থাক্ য়াংখৎনা থম্বা ঈপুখৌ পোক্লেন লাই ওইথ্রবা, পুম্নমকপু হুমিং খুদিংগী নিংসিংজরবদা, য়ুমলোম্নাবা আতোপ্পা জাতিগী মমাংদা, চাউখোকচবা ঙমজবনী। থক্তা তৌখি-বা ঈপুখৌশিংদী, মী খুদিংমক্ নাইহ্ন কিসী থম্নাদনা মুঙসিনাবা অমত্তা ওইবা লিপুম্না পুন্দুনা লৈপাক-নিংথৌ পোৎলেন লাক্নুনা পুন্নপ্ পুরম্বা ঙহাক্নী, হৌরক্লীবা নহারোনমু পুক্নিং পরিং চুম্বা অচুম্বা মরোঙদা থবক তৌরবদী, সানছেন্ নহা নাওরোইহনবদা, চিংঙ্ মতিক লৈবনী, হায়বসী চুম্বা ওাই। অচুম্বা থৌরম্ তৌবা ঙম্নবা নহারোন্দী লৈপাক নিংথৌ মপু ওইবা ঙম্বা মতিক ময়াঈ লৈবা মী মহাক্নে ॥ (পুলনা চেনা ১৪৮ লমাঈ ২৯৬ তনি।)

—ঃ(০)ঃ—

লাইরিক অসি সাহোক পিনবগী ভেংবাংবীগদবা মরুপ, মপাং খারগী মিংচিং :—

১। মৈনম ভরত খাবা এম, এ, মণিপুর ইম্ফাল থাই নাগা মপাল, কাংজাবি লৈরক, ২। খুমন,-হাওবা নোংলেন-কোংবা, (ইন্দ্রকুমার কোলেজ লেক,চরর)। ৩। খুমনচা ভোকপম, খান্নান লেম্বা ভিচরা রাইটারা হুংদাম লৈরক কৈসামথোং। ৪। হুইরেম, ইবোমচা মৈতৈ বিষ্ণুপুর ডিষ্ট্রিক কাসিকাই। ৫। লৈমাপোকপম তেম্বা মৈতৈ রাহেং খুমন, ময়াই লৈকাই। ৬। অকোইজম, তোমচা মৈতৈ কাকৈখেল মথা কোঞ্জেং লৈকাই। ৭। খোইরাম (রামচন্দ্র) ওরকে নাহায়বা মৈদিংগু। থৌবান কাখেল মনিং চুম্রম, লাইগী মশাইগোল। ৮। থাঙোম, ললিট বিঃএঃ মৈতৈ হাওবম মরক ইরোম লৈকাই। ৯। লোংজম, ইবোমচা মৈতৈ ইসোক ১০। অথোকপম, রাজেন্দ্রো লুরাং মৈতৈ ভোপ, খোংনাংথোং ১১। অকোইজম, হেম্নজিৎ মৈতৈ কাকৈখেল মথা কোঞ্জেং লৈকাই ১২। সাগোলছেম, ইবোতোম্বী মৈতৈ খাম্নোন লৈকাই ভেমনুথম লৈরক। ১৩। অথুংবম স্নারৈ মৈতৈ চম্ব লৈমা, ইশৈশকপী উরিপোক লম্বোই খোংনাংখোং। ১৪। হুইজ্রোম, মজি মৈতৈ ইসোক। ১৫। মোংবিজম, ইবোমচা মৈতৈ কাকৈখেল মথা কোঞ্জেং লৈকাই। ১৬। খুমুকচম চিথৈ লুরাং মৈতৈ থাম্নাম, লৈরক। ১৭। লাংপোকলাকপম শামুঙৌ মৈতৈ কাকৈখেল মথা কোঞ্জেং লৈকাই। ১৮। যোমশম, (লুখোই ওরকে) কোন্দুম মৈতৈ চরাংপাৎ মানিং লৈকাই। ১৯। তোংব্রম লৈপাকমচা মৈতৈ সগোলবন্দ তাকয়েন খোংবান। ২০। নামোইজম, গোকুলচান্দ কৈশামথোং লাইলোম, লৈরক। ২১। শালাম, লৈপাক মচা মৈতৈ কেম্ভোজম। ২২। তোংব্রম বীহারি মৈতৈ সাগোলবন্দ লাংজিং হৈনৌপোক ২৩। লাইলোম, মঙ্গপাক মৈতৈ চরাংপাৎ মনিং লৈকাই। ২৪।সোরঃখাইবম ধনঞ্জই চরাংপাৎ মনিং লৈকাই। ২৫। আঙোম, থানেসোর মৈতৈ পোইরৈ কাংথিবা লাংথাবাম লেপ,-কুরা মথোং ॥

## লাইরিক অসি ফংবীগদবা মীওইশী মমিংসীং :—

ই শোক ১৯৫২ দগী এনা কবিরত্ন ওইবগা লোইননা অমাঙ্গী খোরম তৌরকপদগী লোইনারকপা মীওই খরগী মীংসিং

১। মাইবম ইবোতোম্বী মৈতৈ,
পোৎশংবম মখা লৈকাঙ্গী, ডিভিস রোড।

২। হেংনেমশুম্বম চন্দ্রকান্ত মৈতৈ ওর্ফে লাইচিংতানবা,
কোংবা খেত্রি লৈকাঙ্গী, ক্রুকখোং।

৩। য়াংখৈলাকপম অঙাংমচা মৈতৈ, খা ইম্ফাল হায়স্কুল
কৈশাম লৈকাঙ্গী।

৪। শরুংবম লুখোই মৈতৈ,
হাওরৈবী ময়াই লৈকাঙ্গী, য়াবগাই রোড।

৫। শংলাকপম নন্দাকেসো শর্ম্মা,
হৈঙাংখোং মমাং মচিল, হৈঙাং মখা লৈকাঙ্গী।

৬। লৈসাংথেম কাসমানজী মহামন্ট,
য়াংগোই, থম্বালনু হায়স্কুল।

৭। খারিবম নিলমনি মৈতৈ ওর্ফে অথম,
য়ুম্নাম পাৎলৌ, পুখাও রোড।

৮। নান্দেবম কুঞ্জরাজ মৈতৈ, কাকৈথেল মখা, কোঞ্জেং লৈকাঙ্গী।

৯। য়াংগোইজাম্বা পীবা ওর্ফে গুনিন্দ্রো মৈতৈ,
কাকৈথেল, থৌনাওজম লৈকাঙ্গী।

১০। খুমনথেম ভৈগ্য মৈতৈ ওর্ফে খুনথোরেম্বা,
কোংবা, উচেককোন।

১১। অথোকপম ইবোহন মৈতৈ, খোংমন, মখা লৈকাঙ্গী।

১২। লোইতোংবম নিংথৌজা য়ুমজাওবী ওর্ফে সান্তি,
বিষ্ণুপুর বাজার।

১৩। ওইনাম নিংথৌজা মায়পাক, বিষ্ণুপুর বাজার।

১৪। য়ুম্নাম চাউবা মৈতৈ; থৌবাল অথোকপম, মনিং লৈকাঙ্গী।

১৫। ওইনাম মৈনসিং মৈতৈ, লৈমাপোকপম সিঙ্কাই লৈকাঙ্গী।

১৬। তোঙ্গম ইন্দ্রজিৎ মৈতৈ, চজিং মমাং লৈকাঙ্গী,
লিলোং বাজার।

১৭। অকোইজম নিলকুমার মৈতৈ ওর্ফে কুমার,
ক.কৈথেল মখা, কোঞ্জেং লৈকাঙ্গী।

১৮। শালাম বোরাজাও মৈতৈ, সোমাইজিং মখা লৈকাঙ্গী।

১৯। থোংগ্রাম চোঙ্গোন মৈতৈ, বাংবান ব্রহ্মা রোড।

২০। লৈমাপোকপম ধজ মৈতৈ, ৱাহেং খুমন।

২১। নোংমাইথেম শ্যামচন্দ্র মৈতৈ ওর্কে চিংলেন,
লমদেং খুনৌ, লমশাং মমাং।

২২। চোংথামচা লোকেল খাবা, লমলাই বাজার।

২৩। অকোইজম তোমচৌ মৈতৈ,
কাকৈথেল মথা, কোঙ্গেং লৈকাঈ।

২৪। মিলেম ইবোচৌ মৈতৈ, খাগেম পাল্লি।

২৫। কাংজম বিরেল মৈতৈ, ইসোক।

২৬। শালাম সুংসিংথোই মৈতৈ, মোইরাং বাজার, কংলা মনিং।

২৭। পেবম নিলকোমোন মৈতৈ. উরিপোক মনিং লৈকাঈ।

২৮। অমোম লালমনি খুমনচা মৈতৈ,
তাইগর কেম্পু, লম্বোই খুন, কৈবী লাইন।

২৯। ওইনাম লুখোই, আর্টিস, তেনলৌ চানা

৩০। অপুজম খুঞ্জাও মৈতৈ, স্বগ্ন্ লাইসং মনিং।

৩১। ময়াংলম্বম থাবান মৈতৈ, ৱাংখৈ অঙোম লৈকাই।

৩২। হৈস্নাম অপাবী মৈতৈ, পোইরৈ ফাংথিবা কাংঙবোং।

৩৩। নিঙোম্বম বিরমণী মৈতৈ, চুরাচান্দপুর, নিউ বাজার।

৩৪। অথোকপম য়াইমা, পোইরৈ ফাংথিবা, কৈরাউ লংতুম।

৩৫। মোইরাংথেম পুতুন মৈতৈ, খুরাই চাইথাবী মচিল।

৩৬। শ্যাপাম বাবু মৈতৈ, অমাইবা, লুরাংসংবম।

৩৭। থৌনাওজম শমু লুবাং মৈতৈ, কংলা ইম্ফাল।
য়াইরিপোক, ৱাংখেম।

৩৮। নোংথোলবম ইবোতোম্বী মৈতৈ, অমাইবা,
হৈঙাং অবাং লৈকাই।

৩৯। অরাম্বম নিংথেমজাও মৈতৈ, হিসিকা, পুখাও রোড।

৪০। লাইশ্রম অমু মৈতৈ, অসৈবা, বাংজিং।



# কোইজাম্বা পীবা ( নবিয়াচান্দ্রী )
# ছাপা তৌরবা লাইরিকশিং

| | | |
|---|---|---|
| ১। থারোল নুংঙলোন | লুপা | ২ |
| ২। মেরা মেন-তোংকুমচলোন | পৈশা | ২৫ |
| ৩। থারোল নোংখায়রোন | লুপা | ২ |
| ৪। পারি নোংদম্বা | ,, | ৩ |
| ৫। থমনুং-ঈশান | ,, | ৩৫ |
| ৬। বাখুন পোমিং | ,, | ১১ |
| ৭। ঈরেক সন্নাই অমসুং নুমিৎ থাপান | ,, | ২৫ |
| ৮। ঈরেক সন্নাই | ,, | ১৮ |
| ৯। মালেমগী অথ্যংবা থাক | ,, | ৪ |
| ১০। মৈতৈ লৈমরী মারল | লুপা | ১৭ |
| ১১। পাখংগী মাইচল হীদাক লোন | ,, | ১৩ |
| ১২। থমনুং ঈশান ( অনিশুবা শারুক ) | ,, | ৬৫ |
| ১৩। মরি লৈনবা লাইরিক থরহ্ কোংগ্রে। | | |

লিপাং সিংনা ছাপা তৌরগদবা লাইরিকশিং :—

১। ঈশান লাংপুম
২। পাখংবা খুবী পুন্না মরেকা কোম্বা
৩। নোংলোন হিরি
৪। নোংদোন লাংপুম
৫। মায়চৌ লাংওন
৬। হিরি লংখুংলোন
৭। লাংওন থৌরম
৮। মঙম থোঙলৈ
৯। সিংকক লোন
১০। খোংলম পুন্না মপোক লাংওন শঙনবা
১১। মেরা মেন তোংবগী থৌরম পর্বং
১২। পাখংবা রাংবী পাফল মরেকা কোম্বা
১৩। য়াংকেল পুন্না মরেকা কোম্বা

১৫। ঈরেক নিংথৌ তুরেংকী কম্বাল লৈহুন লৈঙাকলোন
১৫। হৌরকউৈগী পুন্না খুমদাবা খুমখায়রোন. খুমনাক শাগৈ ঈ মেক হৌরকপা থঙনবা।